# নিংশিংজবা

"কৃষ্ণকান্তগী উইল" হায়বা [illegible]কদি অহানবদদি ময়োল পাইকানা চে কত্তবদা ফোংজখি। [illegible]ক্কি মসি তন্নবা লাইরিক ওইবা লৌথংপিরবনা মরামগী খুদোং চনিবা পাইকা মরেক্তা থরা কপংপা চেদা অমুক হন্না ছাপা তৌজরে। তৌজিকী মতমসিদা মাইকৈ পুম্বা তাঙশিন্নকপনা হায়মগী মমলদদি লেঙদ্রুক্ত থম্বা ভুমজল্লে, মতুগী দমক মরায়া তাকপিগনি নিংইজ। ৬৮ পু কোংবন্দা চায়গী খামান্ ন-চিংবা অরানবা থরা খাওরম্বদু চুমথোকচরে। অসিগীদু মথক্তা। শ্রীঅরেকপম চন্দ্রমণি সিংহ এম. [illegible], বা ওরিজিনেলগা কোয়ম্না চুপ্না পাবিবদগী, হায়মগী ছাপা নম্বদা চৎখৈবা পেরেগ্রাক মচা অমসু তাক-পিরক্তুনা হন্দক কোংবদা ছাপচিন্নরে। মসিগী দমক শ্রীনা উক্ত ভদ্রলোকতা মফমদা শিঙ্গঙমত্রবা নম্মন তোঙ্গরবনি। মক্তুদা কনাগুম্বা অথঙ-অহেনা অরাংপা অরানবা তাকপিরক্লবস্লু হয়াওনা থাগচচবগা লোইননা লৌজহুবা মথং কোংবদা শেংদোকচনবা তোংনজগনি।

ইতি—

শ্রীশ্যামসুন্দর সিংহ

# বঙ্কিমচন্দ্রগী শম্নপপা পুন্সি ৱারি

ইংশোক ১৮৩৮ শুবগী জুনগী তারিখ ২৬ তা বাঙ্গালাদেশকী ২৪ পরগনাগী কঁাটালপাড়া কোবা খুনদা বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায় পোকই। মহাক্কী মপাগী মমিংনা যাদবচন্দ্র চট্টোপাধ্যায় কৌই। মহাক্কী মপা অসি সরকারগী অচৌবা থবক তৌবা মী অমনি, মেদনীপুরগী ডেপুটি কলেক্টর ন। বঙ্কিমচন্দ্র অসি অত্তাং ওইরিবৈদগী য়াম্না ফবা ছত্র অমা ওইখ্রে চহি খুদিংগী স্কুলদা 'ডবল প্রোমোশন' কই। চহি তরামাপোইতা ওইরিবৈদা মহাক হুগলী কলেজদা মিং চাল্লি। চহি তরামঙ শুরকপদা মতম অচৌবা জুনিয়ার-স্কলারশিপ পরিক্ষাদা মকোক ওই। মতুং চহি অনি লৈরগা মহাক সিনিয়ার-স্কলারশিপ পরিক্ষদসু মকোক ওই। ইংশোক ১৮৫৮ শুবদা মহাক বি এ পাশ তৌই। মহাক অসি কলিকতা বিশ্ববিদ্যালয়গী ইহান হানবা গ্রেজুয়েটকী মরক্তা অমনি। বি এ পাশ তৌরবা মতুংদা প্রেসিডেন্সী কলেজদা আইন তম্বা হৌই। আইন তম্লবৈদা মহাক ডেপুটি ম্যাজিষ্ট্রেটকী থম কাই অমসুং থবক চন্থু তৌনা তৌনা আইন পরিক্ষা থাক্লে।

মহাক মশাগী চাহি ১৩ শুরকপদগী লইরিক ইবা হৌই অমসুং অহল মতম ওইরবা ফাওবা ইবা লেপথিদে। মহাক অসি ইংরেজী লোল য়াম্না কুপ্না নিংখনা হৈ, ইংরেজী লোলদা ফজরবা লাং। অদুবু ইবা ওাম্ম অহুবু মতম ঐঙুদা ইংরেজী জাৎকী মওং মতৌ অমুম্না বাঙ্গালীশিংনা যুরোপ-পৈরেদা, শাক্তা অমসু লোলদা নোংমা নোংমগী লৈথা তারকপতু উতুনা মহক্কা। বাঙ্গালা লোল কমনবা ফবা মথৌ

হোংনখি। মহাক্কী মমাংদা রামমোহন অমসুং বিদ্যাসাগরনা বাংলা লোল শেমগৎনবদি হোৎনরম্মি, অদুবু মখোইনা হোৎনবদু মতম অদুগী বাঙ্গালীশিংনা খোইদাবা লোল খোক্কবনা নিংখিনা মপুং ফাবা ওইরমদে। মহাক্না বাঙ্গালা লোলগা সংস্কৃতকা য়ানশিন্নদুনা তাবদা ফজনবা লোল মওং অমা পুথোক্লম্মি। লোন্দা অসিদা মহাক্না ইহান হানবদা “দুর্গেশনন্দিনী” ইদুনা ফোংই— মদুসা বাঙ্গালী পুম্নমকপু ওমহৎখি।

অদুদগী ইংশোক ১৮৬৬ তা “কপালকুণ্ডলা” ফোংই। অদুদগী মথং মথং— ইংশোক ১৮৭৩ দা “বিষবৃক্ষ”, ইংশোক ১৮৭৮ দা “কৃষ্ণকান্তের উইল” ফোংই। হায়রিবা চহি অসিদা মহাক্না “বঙ্গদর্শন” কৌবা থাগী চেকোং অমসু ফোংবা হৌই। পুম্নমক অসিনা বাঙ্গালী-শিংবু মমারেংলগী লৈংলবা মিংশেলদা মথাংগী মপক নিংথিজনা ঊজনা ফংহনখি। মহাক অসি লোন্দা ফজবগা লোয়ননা খুংগং-বও রারি ইবা হৈনতা নত্তনা, জাতিগী চাওখৎনবা লম্বী তাকপা-সু য়াম্না হৈশিংবা নিপা অমনি। মতম অদুগী লাইরিক হৈবা হাইত্তো-হুমদোংবশিনা মপাল-থোংগী ফজনবতা উৎপা ওইনা থবক পায়খৎপ উৎলা মহাক্না ইংশোক ১৮৭৪ দা “লোকরহস্য” কৌবা লাইরিক অমগা, ইংশোক ১৮৭৫ দা “কমলাকান্তের-দপ্তর” কৌবা লাইরিক অমগা ইদুনা ওমথীবা করেম্নবাগী মওং ফোংদোকখি। অদুদগী মহাক্না চাওখৎনবগী লম্বীসু তাকপা, পাবদম্না খুংগং-ইরগা লাইরিকশিং—ইংশোক ১৮৮৩ দা ‘আনন্দমঠ’, ইংশোক ১৮৮৪ দা ‘দেবী চৌধুরানী’, ইংশোক ১৮৮৭ তা ‘সীতারাম’ ইখি। আনন্দমঠকী ‘বন্দে মাতরম’ শৈরেংনা ভারতপুম্বগী য়াকাইরোল ইশৈ ওইখি। অসিদমক মতনা মহাক্না মীওইবশিংনা

লম্বী খণ্ডবগা লোইননা পনথুংকম য়োনবা হোৎনবদা পুক্নিংগা কপাই কাওবা কয়া য়াম্মা মরী লৈনবগে হায়বদু উৎননবগী দমক ইংলোক ১৮৭৬ডা 'কৃষ্ণচরিত', ইংলোক ১৮৮৮দা 'ধর্ম্মতত্ব' কৌবা লাইরিক ইতুনা কোংখি। অসি নত্তবা মহাক্কী চন্দ্রশেখর, রাজসিংহ, ইন্দিরা, মৃণালিনী রজনী, যুগলাঙ্গুরীয়, রাধারাণী অসিনচিংবা কঞ্জরবা লাইরিক কয়া কয়ানা বাঙ্গালা লোলবু চাওখৎপগী অরাংবা থাক্তা পুখৎলম্মি। মহাকপু বাঙ্গালা লোলগী "লাইকয়রবা হৈবা কমমেৎনবা" কৌনদা অরানবা করিগুম্ত ওইরোই। বিশ্বকবি রবীন্দ্রনাথনা মহাক্কী মরমদা অসুম্না হায়খি,—"বঙ্কিমচন্দ্রনা ঐখোইগী চৎনবা লম্বী শেম্বী-রম্বতা নত্তুনা ঐখোয়না চৎনবা রথসু শাবিরম্মি " অসুম্না মজাতিগী মকমদা মমল য়াম্লবা সেবা তৌরম্লগা ইংলোক ১৮৯৪ শুবদা মহাক্ক লোম্লাখি।

# কৃষ্ণকান্তগী উইল

—:(*):—

## অহানবা পন্দুপ

### অহানবা তাঙ্কক্

হরিদ্রাগ্রামদা চাওরবা জমীদার অমা লৈরম্মি। জমীদার বাবু অদুগী মমিং কৃষ্ণকান্ত রায় কৌই। কৃষ্ণকান্ত রায় অসি য়াম্না ইনাক খুল্লি। মহাক্কী জমীদারী অদুদগী লুপা লক অনিরোম কায়। হায়রিবা লন-থুম পুন্নমক অসি মহাক্কা, মহাক্কী মনাও রামকান্ত রায়গা অনিনা পুন্নপ পুন্না ভানমিন্নবনি। মচিন মনাও য়াম্না চুংশিনৈ, মখোই কনামতনা অমনা অমবু লৌনম-শাজৎ চৎলকনি হায়বসি চিংনবা পোক্লমদে। জমীদারী পুন্নমক অদু মন্নাম্বা অহল কৃষ্ণকান্তগী মমিংদা লৈ, মবানি চাকখুমন্ত পুল্লি। রামকান্ত রায়গী মচানিপা অমা পোকই, মমিংনা গোবিন্দলাল কৌই। মচা অসি হেক পোকপদগী রামকান্ত রায়গী মপুক্লিংদা, মচিন মনাওনা ভানবা লন-থুম পুন্নমক অমতগী মিংদা লৈবসি, মচাগী তুংদা য়াইকনবা হৌনবী লাইরিক-লাইও ইনহৌবা চুম্মি হায়না খল্লম্মি। মরমদি; মহাক্কী মপুক্লিংদা কৃষ্ণকান্তনা কৈদৌদুংদা লৌনম্বা অমদি চুমদবা শাজৎ চৎলকনি হায়বসি থাজবা পোক্ত্রবসু কৃষ্ণকান্তনা লৈখিদ্রবা মতুংদা মহাক্কী মচাশিংনা কদি তৌরকমি হায়বদি কনানা খঙগনি? অদুবু মহাক লাইরিক-লাইও

ইনবগী রাসি পাক হেক কাংখোকপা ওনয়ে— ওসি হয়েং তৌহনা লৈরে। অহুদগী নোংমা মহাক চত্তবা য়াদবা অকবা থবক অমসুমমক মখোইগী লম অমদা চৎপদা ইথং থংহৌদনা মকম অহদা শিয়ে।

করিগুম্বা কৃষ্ণকান্তগী মপুক্কিংদা লন-থুম পুম্নমক অহু মনাও নিপাগী মচাদা করিমতা খুদনা মথন্তা লোগে থল্লবদি হৌজিক অপনবা করিমত্তা লৈরব্রনি। অদুবু কৃষ্ণকান্তদি অহুগুম্বা পুকচেলহু চেন্নমদে। মহাক্না গোবিন্দলালবু মহাক্কী মচাশিং অহুগা চপ মান্নমা য়োকখৎলম্মি অমসুং উইল তৌদুনা মখোইনা ভানবা পুন্নমক্কী রামকান্তনা কংকম খোকপা ভংখাই অহু গোবিন্দলালদা পিগে থল্লম্মি।

কৃষ্ণকান্ত রায়গী মচা— নিপা অনি, নুপী অমা পোকই। মচা অহনগী মমিং হরলাল কৌই, অতোনবগীনা বিনোদলাল, অহুগা মচা-নুপীগী মমিংনা শৈলবতী কৌই। কৃষ্ণকান্তনা অনৌবা উইল তৌরে, মহাক্না লৈখিদ্রবা মতুংদা মহাক্কী লন থুম পুম্নমক্ক লুপাদা মখাই গোবিন্দলালনা, হরলাল অমসুং বিনোদলালনা অনা পৈশামরি, অনা পৈশামরি, মাগী নুপীনা পৈশামরি অহুগা শৈলবতীনা পৈশামরি ফংগনি।

হরলাল হায়ংসি য়াম্না ওক্কবা, অহল-লম্মরা রারকপা চন্দবা, পঙ-কস্তা ওইনা তৌই। বাঙালীশিংগী উইলদি লেম্ম থুপ্না থক লৈগনদে। উইলগী মরোল অসি হরলাল ভ'রক্লে। মহুদা মহাক শাওবনা মমিং চৈ কারদুনা মপাদা হায়রকই, "তৌরিঙসিবু করিনো? গোবিন্দলালনা মখাই অমা ফংলগা ঐনা অনা পৈশামরিতা?"

কৃষ্ণকান্তনা হায়রকই, "মসিনা অচুম্বনি। গোবিন্দলালগী মপানা কংকম খোকপা ভংখাই অহু মতোন্দা পিখনি।"

হর। গোবিন্দলালগী মপানা করি কংকম লৈদুনা? ইপাগী মরলবু

মহাক্কা লৌগদৌরিসিবু করিগীনো ? অদুগা ইমাগা ইচনগদি ঐখোইনা য়োকদবনি —মখোইদা পৈশা মরি পৈশা মরি পিবিরিবনা করিগীনো ? অদুগী মহুত্তা মখোইদি চানবত্তা ফংগনি হায়না ইবিরম্মু।

কৃষ্ণকান্তনা হাইকেং শাওরদুনা হায়রকই, "হরলাল, ঐগী ইরলনি, নংগী নত্তে। ঐনা পিবিংবা মীদা পিরমগনি।"

হর। বাবাদি রাখল চোইরবনি— বাবানা অপান্নত্তা তৌখদি য়ায়োই।

কৃষ্ণকান্ত অদু শাওখিবনা মনিং ঈচপমুক ওানো হায়রকই, "হরলাল থ উ, ওসি নহাক খরা পিকপা অঙাং ওইরম্মবদি, নহাক্কী ওঝা কৌদুনা ননমদু তংপ মথৈ য়েহল্লমগদবনি।"

হর। ঐহাক অঙাং ওইরিঙৈদা ওঝাগী মকোই কাওবা মৈ থারক্লবনি, হৌজিকসু উইল অদু অংম্বা মৈ থাদোকনি।

কৃষ্ণকান্ত রায় অদু বা মখা অমুক ওাদ্রে। মথুংমক্কা উইল অদু শেগাইখ্রে। মতুগী মহুত্তা অনৌবা উইল অমা ইহল্লে। মাদুদা গোবিন্দলালনা মখাই অমা, বিনোদলালনা শিকি পৈশামরি, মাগী ফুপীনা পৈশা মরি, শৈলবত্তীনা পৈশা মরি, অদুগা হরলালবুনা পৈশা মরিত্তমক ফ হল্লে।

শাওদুনা হরলাল অদু যুম থাদোক্লুনা কলিকাত্তাদা চৎখ্রে, অদুগা মফম ঙদুদগী মপাদা চিঠি অমা ইরক্লে। মতুগী মরোলদি অসিনি,

"কলিকাতাদা পণ্ডিতশিংবা লুপ্তাবী লুহোংবসি শাস্ত্রগী মতুং ইন্না য়াই হায়রে। ঐহাক লুপ্তাবী অমা লুহোংলগে হায়না থল্লে। করিগুম্বা বাবানা উইল অদু ওন্থেক্লুনা ঐগী ইমিংদা মখাই অমা

ইরবা, অদুগা উইল অদু থুমমক রেজেষ্টারী তৌরবা অদু ওইরবদি ঐনা থম্লিবা অসি তোকনি, নত্রবদি য়াম্না থুনা লুপ্রাবী অমা লুহোংহনা লৌরগনি।"

হরলালনা খল্লি, কৃষ্ণকান্তনা কিদুনা উইল অদু হোংদোকুনা মঙোন্দা অয়াম্বা শরুক থুংলগনি। অদুবু কৃষ্ণকান্তনা পিরকপা পাওখুম অদু তাবদা মহাক্না নিংবা কায়খে। কৃষ্ণকান্তনা হায়রে—

"নংদি ঐনা ইস্তোক্লবা ইচানি। মহাক নংনা অপাম্বদু লুহোংবা য়াগনি, ঐসু ঐনা অপাম্বা মীদা ইরল পিগনি। নংনা লুহোংলবদি ঐহাক উইল অসি অমুক ওনগনি, অদুবু মদুদা নঙগী অমাঙবা মতুনা অতোংবদি ওইরোই।"

মদুদগীদি ইকুই কুইদনা হরলালনা মহাক লুপ্রাবী অমা লুহোংলে হায়না পাও থারক্লে।

কৃষ্ণকান্ত রায়না অমুক হন্না উইল অদু শেগাইরে। অনৌবা উইল অমুক ইবা তারে।

থুল অদুদা ব্রহ্মানন্দ ঘোষ কৌবা মীঙোন্দা লানবা হৈজখিত্রকা, পুকচেল কথ্রবা নিপা অমা লৈরম্মি। কৃষ্ণকান্তদা তাখল হায়না কৌই অমসুং মহাক্না লৈত-লাইরস্থু য়েংবিদুনা য়োকপি-থাকপি।

ব্রহ্মানন্দগী থুংই য়াম্না কজে। হায়রিবা ইথোক-ইশিনগী থবক মহাক্কনা তৌই। কৃষ্ণকান্তনা অদুগী হুমিন্তা ব্রহ্মানন্দবু কৌরগা হায়রকই, "চাক-ঈশিং চারবা মতুংদা ঐগীদা লাও, অনৌবা উইল অমা ইবা তারি।"

মতম অদুদা বিনোদলালমু মকম অদুদা লৈরম্মি। মহাক্না হায়রকই, "অমুক উইল ওনগদৌরিবদু কন্নি মরমগীনো?"

কৃষ্ণকান্তনা হায়রকই, "হন্দক ইবদি মংগী মরাম্বগী শরুক অদু য়াওররোই।"

বিনোদ। মন্থু কয়া করোইদা। মহাক্না কনা লাম্নবদু মহাকী মচানিপা অমা লৈরি— অর্থাৎ অসিদি মরাল লৈজদে। মহাক্কি কয়মা হিংগনি ?

কৃষ্ণ। মাগীদমক পাই অমা পিবিরমগনি।

বিনোদ। পাই অমা কংবমবু করি তৌগদগে ?

কৃষ্ণ। ঐগী কারক্লিবা শেল অসি লুপা লক্ষা অনিনি। মহুগী পাই অমা কংবা হায়বসি লুপা লিশিং অহুমগী মথক্কি। মহুনা য়ুম অমগী চান-থক্নবদি লেম-পামা ওকনি। মসিদগী হেন্না পিরোই।

বিনোদলালনা কয়া খেনজিল্লে, অদুবু মপাগী মপুক্কিং অদু কল্লিমত্তা হোংবা লৈখিদ্রে।

---

## অনিঙবা তাঙ্কক

ব্রহ্মানন্দ অদু চাক ঈশিং চাবা লোইরগা ওহাক উরোল উরোল্লে তৌনবা থৌরাং তৌরিঙৈদা হরলাল লাকপা উহুনা পুমক্তক ওকখে। হরলালনা চংঙক্লুনা মাগী লুখুম ওইরপ্না কম্নরে।

ব্রহ্মা। কদোমদগীনো বড় বাবু, কৈদৌঙৈ য়ুমদা লাকই ?

হর। য়ুমদদি হৌজিক ফাওবা চংদ্রি।

ব্রহ্মা। চুমদ্রিংমা ঐখোইগীসিদা ? কলিকাতাদগী লাকপদি কম্না কুইরে ?

হর। কলিকাতাদগীদি য়ুমিৎ নিনি ওরে। নিনি অসি মকয়

অমদা লোত্তুম্না লৈরুরিবনি। অমুক অনৌবা উইল ইগনি হায়বদু চুম্বা?

ব্রহ্মা। হোয় অতুম্মা ওায়।

হর। চন্দক্তি ঐগী শরুক কাংমত্তা মাওরবোই?

ব্রহ্মা। হৌজিক্তি শাওতুনা বাবানা অত্তুম হায়রি, অদুবু মহাক্তি কৈদগী থোক্কবনো।

হর। ওসি মুংথিল ইবা খোংপা পুম্নমক তৌগনি, নংবা ইগনি নত্ত্রা?

ব্রহ্মা। করমদি তৌগনি ইবুংঙো! নংগী বাবানা হায়বদা 'ওম্মোই' হায়বদি ওয়া পোং নত্তে।

হর। কৈ কৈদৌগে, মহাক্তু নংনা তৌগে হায়হুনা তৌবা পোংলা? অদুবু হৌজিকপু থরদং ফানবা হোংনগে হায়বরা?

ব্রহ্মা। থুবাক ওইনরা কিল ওইনরা? কৈ, ফুনিংলবত্ত ফু কৈদৌগে?

হর। নত্তেদা, লুপা লিশিং অমথক্কী রানি।

ব্রহ্মা। লুপ্রাবী লুহোংলগা কাংদৌরিব্রা?

হর। হোয়, মহুনিদনা।

ব্রহ্মা। মহাক্দি চহি লিংশিনখ্রে।

হর। অদুদি থবক অমা হায়রগে, হৌজিকমক হৌরো। হায়া লুপা থরদং লৌরো।

অসি হায়রগা ব্রহ্মানন্দগী থুম্ভা লুপা চামক্তাথক্কী নোট পিরে।

ব্রহ্মানন্দ নোট অদু পায়হুনা ওম্মোক ওনাশিন তৌহুনা য়েংলগা হায়রকই, "মসি লৌরগা ঐদি কৈদৌননি!"

হর। তুগশিন্নু, লুপা তরানা মোত্তি শজোম য়োনবীদা পিয়।

ব্রহ্মা। শজোময়োনবী য়োনদবীগী বা করিমত্তা লৈতে। অদুবু ঐবু ত্তো হায়রিবা থবকপু করিনো ?

হর। কলম অনিথক শেম্মু। অমি অহু চপত্তি মায়কনগদবনি।

ব্রহ্মা। ফরে, নংনা অহায় অহায়বতুত্তা হেক তৌরগে।

অসি হায়দুনা ঘোষ মহাশয়না কলম অনি চপ ম'য়মা শেম্লে অদুগা ইবদা ময়েক চপ মান্ননা তাবরা হায়দুনু য়েংলে। অদুদগী হরলালনা হায়রকই, "অদুগী মহু'দগী কলম অমনা উপুদা থমজিল্লো। উইল ইবা চংপদা কলম অহু পুদুনা চংলগ মদুনা ইগদবনি। অত্তোপ্পা কলম অমদুনা চৌজিক মসিদা অমা ইবা তারে। নংগী কালি অকবদি লৈব্রা ?"

ব্রহ্মানন্দনা মুকফু অমা পুংথোরকুনা ইদুনা য়েংহল্লে। হরলালনা হায়রকই, "ফরে, কালি অসিহু উইল ইবদা পুদুনা চংলু"

ব্রহ্মা। নখোইগী ইমুংদা মুকফু কলম লৈতবদোনা করিগী দমক ঐনা মাসিবু লেংথোং-নাদুনা পুদুনা চংকদৌরিবনো ?

হর। ঐনা তৌনংবা থবক অমা লৈ নত্রবাদ নত্তোন্দা লুপা অস্তক য়াম্মা পিরিবসিবু করিগী দমক্তনো ?

ব্রহ্মা। ঐহু মদুবু দ মথজিবনি, কৈ হায়থরকই তাসি।

হর। নংনা কালিফু কলম পুদুনা চংপদুদা কনাগুম্বনা ওসি তৌরিবসিবু করিনো হায়দুনা বাথল অমা থক্লকপা য়াই। অদুনা নহাক সরকারগী কালিগা কলমগবু পংথৈদা চৈয়, অদু ওইরবদি চিংনবদু ঘরাইনা কোকচখিগনি।

ব্ৰহ্মা। মহাক্নীবুদি সরকারী কালি-কলমশু নত্তে, সরকার কাওবা চৈগে।

হর। নত্তে, অদুক হকচিল্লুবগী কারবা লৈতে। হৌজিক্তি মরুওইবা থবক পায়খৎপা হৌরে।

অদুদগীদি হরলালনা জেনারেল লেটারগী চে অনিথক ব্ৰহ্মানন্দদা পিরে। মহা উবদা ব্ৰহ্মানন্দনা হায়রকই, 'মসিদি সরকারগী চে ওইনা উইনা।"

"সরকারী নত্তে— অদুবু উকীলগী মমুমদদি ইন-খোংবা পূর্মক চে অসিদা ভৌনৈ। ঐ খঙই, বাবাম্নু অসিগুম্বা চে অসিদা উইল ই। অদুনা অসি থিদুনা পুরক্লিবনি। ঐনা হায়বা বা পূম্বা কালি কলম অদুনা চেসিদা ইবু।"

ব্ৰহ্মানন্দনা ইবা হৌরক্লে। হরলালনা উইল অমা ইহল্লে। মহুদা মরু ওইনা ইরিবদি অসিনি— কৃষ্ণকান্ত রায়না উইল ভৌরি। মহাকী মমিংদা হেক লৈরিবা সম্পত্তি পূম্নমক মহাক্না শিরবা মতুংদা অমুম্না য়েন্থোকদবনি। মতুদি— বিনোদলালনা আনা পৈশামরি, গোবিন্দলালনা পৈশা অমা, মাগী মুপীনা পৈশা অমা, শৈলবতীনা পৈশা অমা, হরলালগী মচানিপানা পৈশা অমা, হরলাল বাবুনা মচা অহলনি হায়দুনা লেমহৌরিবা শিকি অহুম ফংগদবনি।

ইবা লোইরগা ব্ৰহ্মানন্দনা হায়রকই, "উইলবুদি মইরে, সহি ভৌবিগদবসিবু কনানো?"

"ঐনা" অসি হায়দুনা হরলালনা উইল অদুদা কৃষ্ণকান্ত রায়গীজ অদুগা সাক্ষী মী মরিথকীনে সহি ভৌরে।

ব্ৰহ্মানন্দনা হায়রকই, "অদুবু মসিদি অশেম্বা উইলনিদো।'

হর। মসিনা অশেংবা উইল ওইরবনি, হে'রেল হুংখিদ ইগদৌরিবা অদুনা অশেঙ্বা তারবনি।

ব্রহ্মা। করম্না?

হর। নংনা হোরেল উইল ইবা চৎপদা হৌজিক ইরিবা উইল অসি নংগী মমুংগী কুরিংখাওদা তু'মম্না পুদুনা চৎখদবনি। মকম অদুদা কালি কলম অসমক্না মখোইনা অপাম্বা মওংদা উইল অদুম্মক ইয়ু। চে, কালি, কলম, অইবা মী অমত্তনি; অদুনা উইল অনিমক হেক য়েংবদা চপ মান্নবা উগনি। অদুদগী উইল অদু পাদুনা মম্নামদা তাহল্লো অদুগা ময়ামগী সহি তৌনয়বা মতুংদা নহাক্কী সহি তৌনবা চে অদু লৌশিল্লু। ময়ামদা নতুং ওথোক্কুনা সহি অদু তৌ। ত হুক অদুদা উইল অনিমু শিল্লো। হৌজিকী অসিনা বাবাদা পিরম্নগা বাবাগী উইল অদুনা এঙোন্দা পুরক্কুনা পিয়ু।

মসি তাবদা ব্রহ্মানন্দ ঘোষ অদু রাখল তৌবা হৌরকই। অদুদগী হায়রকই, "লৌশংগীদি কনা মকজয়ে হায়ববু হাক্কাইবদু পাক হেক পাওথোকপা য়াবা থবক্তি নত্তে।"

হর। করি থল্লবনো?

ব্রহ্মা। থবকসি তৌবদি তৌমিংই অদুবু ওথোক্ক। কি। নংগী লুপাসি পুখো। এহাক মীনম শোরিবগী থবক্তা কয়া য়াওনিংদে।

"কদাই লুপা পিরো।" অসি হায়দুনা হরলালনা মথুং তিং-থোরক্লে। ব্রহ্মানন্দ চোবনা নোট অদু হল্লে। হরলালনা মদু লৌরগা চৎলগে হায়দুনা খোঙ থাংবা হৌরকই। মতম অদুদা ব্রহ্মানন্দনা অমুক থাদুনা হায়রকই, "তাখোনে নাবু চৎলগেরা?"

"চৎপা নত্তেদা" হায়দুনা অমুক হজিল্লক্লে।

ব্রহ্মা। হৌজিক লুপা চামস্তাদি পিরে। অতৈদি করি পিখিমি ?

হর। নংনা উইল অদু পুরক্লুনা পিররবদি লুপা চামন্তা অমগা অমুক পিখিগনি।

ব্রহ্মা। লুপাদি ফনা য়াম্লে—অপাম্বা অমদি পোক্লে।

হর। অদুদি মং য়ারেদনা ?

ব্রহ্মা। য়াব্রবদি করমদি তৌনি ? অদুবু ওস্থো'ক ওনশিন অদুবু করম্না তৌগদগে ? মীনা উ নবে।

হর। করিগী উরুগদগে ? ঐহাক হৌজিক নংগী নমাংদা উইল অদু ওস্থো'ক্লে, নং উত্রা য়েংউ।

হরলাল অদু অতৈ মরৈ কয়া হৈরম্বা য়াই, হৈরমদবা য়াই, অদুবু থুংকী চালাকতি কাবক মরৈরে হায়বা য়ারে। মতাক্তা উইল অদু ফুরিংখাওদা হাপচিল্লে, অদুগা অতোপ্পা চে অমা পায়রদুনা ইবগী মওং ওইনা তৌরে। তান্নক অসিদা মথুংকী চেনা ফুরিংখাওদা, ফুরিংখাওগী চেনা মথুঙ্গা করম্না লৈরম্বা, ব্রহ্মানন্দ শুকথক খঙ্‌হৌদ্রে। ব্রহ্মানন্দনা হরলালগী থুংকী চালাক অদুবু থাগংলকই। হরলালনা হায়রকই, "লৌশিং অসি নত্তেন্দা তম্বিগে" অসি হায়দুনা হরলালনা মাগী মরৈ অদু ব্রহ্মানন্দদা তাকুনা হন্না হন্না হোংনহল্লে।

পুং অনি অদুমগী মতু'দা ব্রহ্মানন্দ অদু মহৈ অদু ফনা নিংথিনা হৈরে। মতম অদুদা হরলালনা হায়রকই, "ঐ হৌজিক চংলগে। য়াচংবা মতুংদা অরাংপা পৈশাদু পুদুনা লাক্লগে।" অসি হায়দুনা মহাক চংখ্রে।

হরলালনা চংখ্রবা মতুংদা ব্রহ্মানন্দদি পাংকিদা কিশিল্লক্লে। মহক্না থল্লকই, ওসি মানা য়াকরিবা থবকসি আইনগী থোওদি

ঙাকপিকম লৈত্রবা মরালনি—কনানা খঙনি মহাক মখুংদা পুন্সি চুপ্পা কৈগুমশঙদা লৈরবস্তু মাই। অদুগা ওস্নোক-ওনশিন তৌবা মতমদা কনাগুম্বনা উখিবা থোক্লবদি? মতুদি মহাক করিগী দমক্তা থবক অসি মাশিল্লুরিবনো? য়াম্রগদি খুং চল্লবা লুপা লিশিং অমা নাস্নোকখিবদা তাই। মহুস্তু নাস্নোকহন্নিদে। থরাইনা লৈরিমখৈদি মানিংদে। ওস্নোকপনিদকো! হে কলাহার! লাইররবা ব্রাহ্মণ কয়াবু নংনা থরাইশোক্লা হুংঙাইতবা পিহিদকো! অকুমগী পৈমা পুক থম্ম শীনগ্রবদা কলাহারনা মাংদা লৈবিররে। শেঙ্গেংগী পাত্রদা নত্রগা লাথক্তা লৈত্তেংলবা লুচি, সন্দেশ, মিহিদানা, সীতাফোলনচিংবগী ঙৌশ্রোক ঙৌরবা নিংথিজরবা শককম অতু উবদা লাইরগ্রবা ব্রাহ্মণ অতুনা তৌগদবসি করিনো? হুন্দোক্তদ্রা নত্রগা চাগদ্রা? ঐহাক বাশকুনা হায়বা ওম্মি, ব্রাহ্মণঠাকুর অতুনা চহি লিশিং অমা চুপ্পা অহাও অথুম্বা চোম্মা থেঙ্গংলবা চাকপুক অতগী মনাক্তা কমতুনা রাকম অসি হুম্না হন্না নৈনরবস্তু, মহাক মরৈ খাংলবা রাকম অসিগী পাউথুম কংবা ওম্নোই—মহাক করি তৌসিগে হায়বদু লেপ্পা ওমদ ওমদনা অতুম্বক অচাপোংশিং অতু পুকন্নুং য়োনা খাজিনখিগনি।

ব্রহ্মানন্দ ঘোষস্তু মতুগা চপ মান্নরবা থবক তৌরে। হরলালগী লুপা অসি থুং চল্লবা হোংনবসি অন্নাবগী মশক্কি, কৈগুমশঙ য়োগজ্রা কি; অতুগা নাস্নোকহনখিবস্তু পামদে। অপাম্বা হায়বসি মাম্না কল্লবা লিচিংনি, অতুগা মমম চাদবা হায়বনিস্তু—শাথীনা অকিবগী মশক্কি। ব্রহ্মানন্দ করি তৌসিগে হায়বা লেপ্পা ওমদ্রে। লেপকম থঙদ্রতুনা লাইরবা ব্রাহ্মণগী মতৌগুম্না য়োংশিন্নবগী মাইকৈরোমদা মপুক্কিংক্ষু খিংজিন্নক্লে।

---

## অহুমশুবা তাঙ্কক্

মাচংবা মতুংদা ব্রহ্মানন্দনা উইল ইকরগা ময়ুমদা হল্লকপদা উদ্রে, হরলাল ফমদুনা মাবু ঙাইদুনা লৈরি। হরলালনা হায়রকই, "করম তৌরে ?"

ব্রহ্মানন্দ হায়বসি শৈরেং হাইকেৎ পাম্বা মীতানি। মহাক্না ইনোক-নোক্লিংদনা নোক্লদুনা হায়রকই,—

"পুক্লিংদা থল্লুই ইথুৎনা লামদুনা থাজবু হেকে,
ক্লিংথং পাম্বীনা য়ুদুনা ইথুৎ ঈহিং-নাহিংদুম শারে।"

হর। ঙংত্রবরনে ?

ব্রহ্মা। ভাই, খৌতক খৌতক চাবগুম্বা অমা তৌত্রে।

হর। অদুদি ঙমদ্রে ?

ব্রহ্মা। ঙমত্রে—সে ভাই নংগী অশেম্বা উইলসি লৌরো। অদুগা নংগী লুপাসু লৌরো।

অসি হায়দুনা ব্রহ্মানন্দনা অশেম্বা উইল অদুগা উপূ মসুংদগী লুপা চামহাগী নোট অমগা লৌখোক্লুম্বা পিরে। শাওনিংবগা নুংঙাই-তবগনা হরলালগী মমিং অমিদু ঈমুক ঙাংত্রে, মচিনবান অদু থক থক নিকত্রে। মানা হায়রকই, "অপঙবা, মীরেম, করিসু লৈতবী নুপী অমনা কাওবা ঙমগদবা থবকসিবু নংনা ঙমদবা ? করে এ্র চংলে। অদুবু য়েংউ, নংগী নচিন্দগী বা অসিগী মনিন থজিক্কং হেক তারকপদা, নপুল্লিসু লোইরে খঙউ।"

ব্রহ্মানন্দনা হায়রকই, "মতুংগীবুদি করিমত্তা থল্লুহু। এ্রতোন্দগী করিমতা খোক্লোই।"

হরলাল অদু মকম অদুদগী হৌগৎপ্রগা ব্রহ্মানন্দগী চাকশঙ-

লোমদা চংলক্লে। হরলালদি ইমুংগী মীগুম্বনি, মানা কোইচং চংবদা কনানম্ব করিম্ব হায়বা লৈতে। চাকশংদা ব্রহ্মানন্দগী মনাওনিপানা পোকপী রোহিণীনা চাক থোংহনা লৈরম্মি।

রোহিণী হায়বীসিগী মরমদা এখোই নিংথিনা খঙদবা য়াদবা য়ান্না লৈ। মরম অদুনা মাগী শক চু অদুগা মগুনগী মরমদা খরদং পনবা ভাই, অদুবু হৌজিকী মতমসিদদি শক-চু থাবসি কয়া কম্না চংনদে,— অদুগা গুন থাবনা আইনগী থোঙদা মশাগী নত্তনা অতৈগীদি তৌবা য়াদ্রে। অদুবু মসিদং হায়রগা ময়াগনি, হৌজিক রোহিণীদি মপুং ফানা মথোক-কারকপীনি—শক চুনা মাইকৈ ঙাল্লে, শরৎকী কলা-ভরাতরুক তিল্লবা থাজগুম্লে। মহাক নহা ওইনা লুপ্রাবী ওইরবীনি, অদুবু লুপ্রাবী ওইবগী মতিক চাদবা দোষ কয়ামুক মঙোন্দা লৈ। মহুদি, মহাক মপাল অমুবা চনবা কী শেংলি, খুত্তা খুজি শি, পানাম্ব মচায়। অদুগা অমরোমদদি মহাক অসি চাক-রেনশাং থোংবদা দ্রৌপদীগুম্মি হায়বা য়াই। মহী-মনাই লৌরকপা, অশীনবা থোংবা, ময়ান তুয়ানগী শাক, ঙ', হরাইনচিংবা পূম্নমক থোং-থাকপদা অঙকপা ফংনা হৈবীনি. অদুগা লাই তিনগী থবক-ইনথাং তৌরকপা, হৈরুক পানা শেম্বা, লৈ-শুমী লৈতেংলকপা, লোনবা খোৎপগী থবক তৌরক-পদম্ব মহাক পাবিনিংঙাইসি অঙাঙবনি। শম শুনবদা, লুহোংপদবা ফুপী শেম-শাবদা মহাক নত্তনা থুল অদুদা তৌবিনিংঙাই লৈতে। মহাক্তানি হায়বা কনাম্ব লৈজক্রহনা মহাক ব্রহ্মানন্দগী ময়ুমদা লৈরিবনি।

শকহেনবী রোহিণীনা হরাই থোংবা চকুদা ক্রোক ক্রোক লাওনা থাবৈনা ঙংলি, থাপ্পপ হৌদোং অমনা কুন্দুনা লৈরি, শা হায়বা

জাৎসিন্থ মুশী ওইবাশিংগী নোংখাংগুম্লবা মিৎচিগী তেম্না থাবদা কোক-চাওবা কাত্রা কাদত্রা য়েংগে হায়রগা রোহিণীনা মরক মরক্তা হৌদোংহুদা হু চেন্নবা মিৎচিগী তেম্না থা রি, হৌদোং অহুনা অহুগুম্লবা মুংশি মিৎচিগী মিৎয়েং অহুবু হন্দোক্লবা ওাগী মকোক-মরু চারো কোবনি হায়না থম্লহুনা খজিক থাজক অসুম্নক চংশিল্লকই, তাপ্তা অহু মরুদা হরলাল বাবুনা খোঙউপ গে গে লাওনা তোংহুনা ইমুং অহুদা চংলক্লে। মহু উংদা হৌদোং অহু কিরহুনা ও মকোক-মরুগী মিহৌবা তোক্লনা হৌহুনা চেনখ্রে ; রোহিণীনা থাবৈ থমহুনা মথুৎ চানখোল্লগা মকোক্তা ফাজি চিংখত্নুনা হৌগৎলক্লে। মথুৎকী খুজিন শিক্ল-শিক্লহুনা হংলকই, "কাকাচোবা কৈদৌঙৈ লেংঙকই?"

হরলালনা হায়রকই, "ঙরাং লাকই। নঙোন্দা রা অমতং হায়নিংহুনা লাকপনি।"

রোহিণী অহু খাই লাওখ্রে; হায়রকই, "ঙসি অসিদা লুক হাখ্রোদনা? চেং মচং খোংলগে।"

হর। খোংগে হায়রবস্থু খোংউ, অহুবু এৈনা লাকপদি মহুগী মরম নত্তে। নহাক মমাংডৈগী রা অমা নিংশিংলিত্রা?

রোহিণী অহ তুমিন্না মনাই লুকথহুনা লৈখ্রে। হরলালনা হায়রকই, "মমাংডৈদা নোংমা নহাক গঙ্গাস্নান তৌরুরগা কারকপদা খোঙবু কাইনখিহুনা নপন্ত তাহৌবহু ক্বাওপ্রবরা?"

রোহিণী। (য়েৎ থংবা মথুৎকী খুৎশা মরি অহু ওই থংবা খুৎনা পায়শিল্লগা মরু লুকনা) কাওদ্রি।

হর। অহুগী তুমিন্না নহাক লম্মাংনখিহুনা লমহাং য়োরকপহু নিংশিংলিত্রা?

রো। নিংশিংলি!

হর। অদুগী সুমিত্তা নহাক লমহাংদুদা সুমিৎ তাখিদুনা নথত্তা ওাইরবদা কত্তবা মী থরনা নংবু তায়রকপদুদি নিংশিংলিব্রা ?

রো। নিংশিংলি।

হর। সুমিৎ অদুদা নংবু কনানা কনবিখি ?

রো। নংনা। নহাক শগোল তোংদুনা লমচাং অদু শমদুনা কদাইদনো অমা চৎপদা—

হর। সুগী মপামদা।

রো। নহাক থেনদুনা ঐবু কনবিখি— ঐবু দোলাইনচিংবা রাইবিদুনা য়ুম তংম্না থাবিরকই। পুম্নমক অমত্তা কাওব্রি। মদুগী লম্নন ঐহাক মপোক্‌সদা শিংবা ওমগনি নিংত্রে।

হর। শিগে হায়রবদি হৌজিক শিংবা য়াই— অদুগী মথক্তা ঐ অসিবু নংনা পুন্সিসিমা লৈবত্তুম্না অংম্বক থম্বা ফাওবা য়াই— মদু নং পামত্র ?

রো। ক'র তৌজোগে তাকপিয়ু ঐহাক থরাই থারবা ফাওবা নংগী কান্নবা থবক্তি তৌরমগনি।

হর। থবক তৌবা তৌদবদুদি থগুংত্র, অদুগা রা অসিদি নাকোং মরি শুচনবদি য়াবা নত্তে।

রো। শিরবা ফংওবা হাব্রদোক্লোই।

হর। অদুদি রাশকউ।

রোহিণী রাশক্র।

অদুগী হরলালনা কৃষ্ণকান্তগী অশেংবা উইল অদুগা অশেম্বা উইল অদুগী বারম পুম্নমক শুগাইনা তাক্লে। মমৈথংদা হায়রকই,

"অশেংবা উইল অমু হুরাল্লগা, অশেংবা উইলনা মহাক্কী মক্তা থনম-গনবনি। ঐখোইগী ইমুংদদি নখোই চংথোক-চংশিন অমুম তৌরিবনি, নহাক্তি লৌশিং লৈবীনি, নংন, ইরাই লাইনা ওমগনি। ঐগী দমক্তা মহা নং তোগে হায়বরা ?"

রোহিণী অমু কোকচাওবী কাশ্রে। হায়রকই, 'হুরানবা ? ঐগী ইশাসি মতুপ মতুপ খোক্লা ককথংপা তারবস্থ ঐ মহুদি ওস্মোই।"

হর। হুপী হায়বসিমক্তবু তৌবিমল কয়া থগুদে—মাহৈ ফজবগনি। অদি ওইরে, নংনা পুন্সিসিদা ঐগী লম্মন শিংবা ওস্মরোই হায়বহুদে ?

রো। অতৈ হায়রিবমথৈ ঐ ওমজগনি। শিয়্ হায়রবস্থ শিগনি ; অমুপা অসিগুম্বা মীনম-শোয়িবগী থবাক্ত ঐ ওস্মোই।

হরলালনা রোহিণীবু যাহনবসি ইভম মওম্মক্ত বহুদা লুপা লিশিং অমগী নোট অমু রোহিণীগী মখুত্তা পিনবা হোংনরক্লে। হায়রকই, "লুপা লিশিং অসিমা হায়া অয়ামন লৌ। থবক অসি নং শোইদনা তৌদবা য়াদে।"

রোহিণীনা নোট অমু লৌত্রে। হায়রকই, "লুপা পাম্বগী মা নত্তে। নখোইগী অহলগী মরল মথুৎ পূম্নমক পিরবস্থ ঐহাক ওস্মে'ই। করিগুম্বা থবকসি তৌবা তারবস্থু নংগী মাদগী তৌগদবা মঙাই।"

হরলাল অমু মুংশাম্বর মপী হোমকলে ; হায়রকই, "ঐনা খল্লুবদি, রোহিণী ! নং অসি ঐগী য়াইফনবা থনবীনি হায়না খল্লুবনি। অমুবু খীতোম্বা ঐগী ওইবা হায়বসিমক্তবু কদাইদগীদি থোক্কবনো ? য়েংউ, ওসি ঐগী মুপী হিংলম্বা থোকলবদি ঐহাক অম্নয়া নঙো'ন্দা নপচবা লাকলম্মোইদবনি। মহাক্কা ঐগী থবকসি ইরাই লাইনা অমুম্মক তৌখিগদবনি।"

রা অসি তাবদ রোহিণী নে রুক্লে। মতুদা হরলালনা হংঙকই, 'করিগী নোক্লিবনো ?"

রো। যুমগী মুপীগী রা পল্লকপতুনা লুপ্রাবী লুহেংবগী রা অহু নিংশি লক্লে। নহাকপু লুপ্র বী লুহোংহুনা লৌগনি হায়বদাই ?

হর। খনবদি মতুম খল্লি অহুবু পুক্লিং তাবা লুপ্রাবীবু কদাইদনো খিক্লগদবা ?

রো। অহুবু লুপ্রাবীবু ওইরবস্থ, নত্তবীবু ওইরবস্থ—শ্রেনা হায়বদি, লুপ্র বীবু ওইরবস্থ লৈশাবীবু ওইরবস্থ—অমতং লৌহুনা যুস্বাম্নবা তৌবনা ফগনি। ঐখোই মরুপ-মপাং শাগৈ নাতৈ পূমনমকস্থ মচম তৌরবদি ফরাওগনি।

হর। য়েংঙেই রোহিণী লুপ্রাবী লুহোংবা হায়বসি শাস্ত্রনা য়ারিবনি।

রো। মহুবুদি হৌজিক মী অয়াম্বনা হায়নরে।

হর। অহুনা নস্থ লুহোংবা য়াই—করিগী দমক্তা হোংলোই-দৌরিবনো ?

রেহিণীনা মকোক্নী কী অহু খজিক্তুং চিংথরগা মমাই লৈথোকখ্রে। হরলালনা মখা তংথরকই, "য়েংউ, নখোইগা ঐখোইগা কৈরোই-লৈকাই ওইবগী মিংগোঁ অমা অহুক কৌনবনি মরী মতাদি খোইনা খোক্লবা নত্তে।"

রোহিণীনা কোকী কী অহু চোম্না চিংথরগা, লৈরং মনাক্তা চংহুনা হন্নাই অমুক ওংপা হৌগ্রে।

মহু উবদা হরলাল অহু মথরাই মুংঙাইতনা চংকদবগী মমাই লৈথোরক্লে।

হরলালনা থোওজিন স্নৌরক্লবদা রোহিণীনা হায়রকই, "সে অদু থমগে হায়রগা থম্বিরম্মু, লাইবক অদুক মখেংসি।

হরলাল অদু হরাওখিদুনা অশেম্বা উইল অদুগা নোট অদুগা রোহিণীগী মনাক্তা থম্মরে। মদু উবদা রোহিণীনা হায়রকই, "নোট অদুদি য়াওবিগনু। উইল অদুতা থম্বিরম্মু"

অদু তাবদা হরলালনা অশেম্বা উইল অদু থংম্নগা নোট অদু পুদুনা চৎখ্রে।

---

## মরিশুবা তাঙ্কক

হুমিং অসিগী হুমিদাং পুং নিপাললোম তাবা মতমদা কৃষ্ণকান্ত য়াম্না মহাক্কী তুম্ফম-কাদা ফমুংদা ফমদুনা মোনদা ঙানা ঙানা তোংজেদা হিদাক চিংলি অমসুং সংসারসিগী অমতা ঙাইরবা হিদাক— মহাই-কাবশিংগী মরক্তগী অথোইবা অহিফেন অমদি অফিমগী নেশানা হুংঙাইবা ইপাক্তা তাওদুনা উইরুম উইরুম তৌরি। উইনা উইনা য়াখলনা উরি, মাগী উইল অদু ইখঙ খঙহৌদনা নিলাম তৌদুনা য়োম্বোকখ্রে। হরলালনা লুপা অহুম আনা তরাহুমথোই লিফোল অনি ক্রান্তি অনি পিদুনা মাগী লম-তু পুম্নমক্ু লৈখ্রে। অদুদগী কনাগুম্বা অমনা হায়রকপগুম তৌই, "মদু য়ারোই, মসি য়ানপত্র মখে, তমস্নুকনি (পৈশা পুবগী ইনবা চে)।" খুদক্কুদা মহাক্না অমুক উয়ক্নে, ব্রহ্মাগী মচা বিষ্ণু লাক্কুনা বৃষভ তোম্বা মহাদেবগী আফিক কোটা অমা শোৎতুনা [illegible] অমা ইরমদুনা বিশ্বব্রহ্মাণ্ড অসি বন্ধক থমখ্রে— মহাদেবদি গাঁজানা ঙাওখিদুনা ফোয়ক্রোক তৌবা কাওহৌরে।

তাঙ্গা অসিদা রোহিণীনা তপ্না তপ্না কা অত্থুদা চংলক্লুনা হায়রকই, "ইথো তুমবরা ?"

কৃষ্ণকান্তনা উইনা উইনা হায়রকই, "কনানো, নন্দীরা ? নখোইগী নবুঙোদা হৌজিকমক কোরক্লোজ তৌশিল্লু হায়ু।"

রোহিণীনা ভাব তারে, কৃষ্ণকান্ত অহু আফিঙ্গী নেশাদা লুপরে হায়বা। নোক্লহুবা হায়রকই, "ইথো নন্দী হায়ববু কনানো ?"

কৃষ্ণকান্তনা মমাই ইহাই হায়গৎলকপা তৌদনা হায়রকই, 'উম, চুম্মি হায়রিবহু। বৃন্দাবন্দা গোয়ালাগী ইমু'দগী মাখন চাখোকরে—মমলদি ওসি কাওবা পিত্রি।

রোহিণী অহু ইশি শিনা নোক্লক্লে। মহু তাবদা কৃষ্ণকান্ত বৃদ্ধি হাইফেং তারক্লে, মঙক থাঙৎলক্লুনা য়েংলগা হায়রকই, "কনানো নংবো, অশ্বিণী, ভরণী, কৃত্তিকা, রোহিণীরা ?"

রোহিণীনা খুমকই, "মৃগশিরা, আর্দ্রা, পুনর্ব্বসু, পুষ্যানি।"

কৃষ্ণ। অশ্লেষা, মঘা, পুর্ব্বফাল্গুণীসুনি।

রো। ইথো! ঐবু নঙোন্দা পাঞ্জি তম্বা লাক্লিবোই নিংলত্রা ?

কৃষ্ণ। চুম্মিনে! অহুদি করি তৌবা লাক্লিবনো? আফিঙ্গ লৌগে হায়বরা ?

রো। থরাই থারবা কাওবা পিবা ওয়রোইদবা পোৎতুগী দমকপু ঐনা করিগী দমক লাকউগদগে ? ঐবু ঐখোই থুত্তানা অমুক্তা চৎলু হায়হুনা লাকপনি।

কৃষ্ণ। অহুদি চুম্মে-চুম্মে! আফিঙ্গগী দমক্তা ওইরমগনি!

রো। নত্তে ইথো, ঐ রাশক্লুনা হায়রিবসিনি,

আফিঙ্গগী নত্তে। ঐখোই খুড়ানা হায়রকপদি, ঙসি ইখিব উইলচুদা নংগী সহি তৌখিদ্রে হায়।

কৃষ্ণ। করি ৱানো হায়রিবচুবো? ঐ অশে না নিংশিংলি, ঐ সহি তৌগ্রে।

রো অচুৰ্ খুড়ানদি নহাক্তী সহি তৌখিদ্রমাল্লে হায়না নিংশিংলকপগুম তৌই হায়, অমৰ্ ওইরবস্থ অমৰ্ ওইরবস্থ, অসুম চিংনচুনা লৈবসিৰ্ করি কবগে? অমুক্তং কাক্কোক্লুনা হেক য়েংউদনা।

কৃষ্ণ। চুম্মি—অচুদি মৈ অসি অচুক পায়রকউ।

অসি হায়রচুনা কৃষ্ণকান্তনা হৌগৎলগা মোন মখাদগী শো অমা লৌথোরক্লে। রোহিণীনা মনাক্তা লৈবা থাওমৈ অচু পায়খৎলে। কৃষ্ণকান্তনা অহানবদা পিক্লবা উপু বাক্সি অমা হাংদোক্লুনা মচুগী মমুংদগী অওকপা মওংগী শো অমা লৌথোক্লগা চেষ্টড্রয়ার অমগী দেরাজ অমা হাংদোক্লে, অচুদগী কোইখি খিচুনা উইল অচু পুথোরক্লে। অচুগী তুদা আনোক মখুমদগী আনোক লৌথোক্লুনা মনাতোন্দা হংপবা হোৎনরক্লে। আনোক হাপ্পা হোৎনরিৰ্ঙে তাঞ্জাচুদা অচুম মরিরক আফিঙ্গগী নেশা কাওগৎলক্লে—অচুদা খরা কুইরপ চংলে। মমৈখৎদা আনোক অচু মকম চানা হাপ্লবা তুংদা কৃষ্ণকান্তনা উইল অচুদা মুৱা য়েংলগা নোক্লচুনা হায়রকই, রোহিণী! ঐৰ্ অহল ওইরচনা ভান চময়রবোই খনব্রা? য়েংউ অসে ঐগী সহি।"

রোহিণীনা হায়রকই—"হায়ৈদবা রানি, করিগী অহল ওইরুপদগে? ঐখোইৰ্ নমচুনা ইওকক্কা হায়ৈচুনা হেক্তা কৌশিনবিবা পোত্তনি; করে হৌজিক্তি, ঐ চৎলগে, খুড়াদা হায়রুরগে।"

অসি হায়রগা রোহিণী অদু কৃষ্ণকান্তগী তুম্ফম কাদগী মপান থোকখ্রে।

* * * * *

থেংনবা অহিংদা কৃষ্ণকান্তনা মুংঙাইনা তুমথরিঙৈদা, খঙহৌদনা মিকপ খংথোক-থোকলকলে। মিকপ থোকলকপদা মহাক্না উরে, মাগী তুম্ফম-দা অদু থাওমৈ থাস্ত্রে। ইতং-তত্তনা অহিং চুপ্পা থাওমৈ অচুম্বক থান্দুনা থম্বনি; অদুবু অহিং অচুদি থাওমৈ থাদ্রমদ্রে। মিকপ হেক থোকলকপগী ত'ঙ্গাতুদা মহাক কনাগুম্বা অমনা শো হাংদোকপগুম্বা মথোল অমা ভায়। অদুগা কা অদুদা কনাগুম্বা অমা কোয়চং চংপগী নাহুমস্থ কংবগুম ভৌই। মী অদু মহাকী কমুং মনাক্তা লুথুম ওইনা চংলকলে, মাগী মোন অতু পায়ররে। কৃষ্ণকান্তদি আফিঙ্গী নেশাদা পুমঙাও ঙাওরি; তুমঙ্ক তুমদে, মিৎ শিংবস্থ তৌদে, করিগুম্বা অমতা নিংথিজনা ভাব ভাবা ঙমদে। ইমুংদা থাওমৈ থানদ্রে হায়বা ফাওবা মুম্না খঙদে, অমুকস্থ উইরোরোল তৌথে— অমুকস্থ মিৎ কাবক মশিংই,— মিৎ খরা শিংলবলবস্থ মম্রিত্তি খক পাংথোক্তে। অমুকং লাইগী নো·দমদগী মমিৎ পাংথোক্লবপদা ফনা শাথীনা মমই হায়বদি মখঙই হায়ববু মানা মতমতুদা খনবদি, মহাকা হরি ঘোষকা ভৌনবা মোকদ্দমাদা মানা অশেম্বা উইল পুথোকলুদুনা জেলদা চংলে। জেল মমুংতু য়াম্না মম্মি অসিনি। অদুদগী ঙহাক্তং লৈরগা খঙহৌদনা শো হাংদোকপগী মথোল হায়কেং অমা ভাবগুম ভৌরকই— করিনো আসদে জেলগী শো হাংদোকলবরা? মহাক হাইকেং ঙকই। কৃষ্ণকান্তনা ভোংজৈ লাম্মকই, থেংনদে অদুদগী মহোশা অমুম হৈনখিবা ওইনা কৌরকই, "হরি।"

কৃষ্ণকান্তদি মথুংগী মুমদস্থ তুমদে— মপালগী মুমদস্থ তুমদে। অসিত্থগী মরক্তা মুম অমা লৈ, মত্থদা মহাক তুম্মি। মকম অত্থদা হরি কৌবা খানসামা অমখক্তা মাবু শওবা ওইনা তুম্মি। অতৈ করামতা য়াওদে। কৃষ্ণকান্তনা মহাক্তুবু কৌরকই "হরি!"

কৃষ্ণকান্তনা অমুক অনিরক্তুং হরিবু কৌরমলগা অমুক হল্লা আক্লিন্নদা লুপখিত্থনা উইথল্লে। তাল্লক অসিদা অশেংবা উইল অত্থদি মাগী ইমুংদগী মাঙল্লে। অশেঙ্গা উইলনা মত্থগী মহুৎ শিন্দুনা লৈহৌরে।

## মঙাশুবা তাঙ্কক

মথুংগী মুমিংকী নোংঙাল্লকপদা রোহিণীনা অমুক চাক থোংত্থনা লৈরিবৈদা হরলাল অমুক হল্লা লাক্তুনা মুনা মুনা য়েংলয়ে। মরাইবক কত্থনা ব্রহ্মানন্দ মুমদা লৈরমদে, নত্রবদি কারিনো অমা খনগ্রগদবনি।

হরলালনা তপ্পা তপ্পা রোহিণীগী মনাক্তা চংলকলে—রোহিণীদি খোঁওইনা য়েংলকপা তৌরে। হরলালনা হায়রকই, "অমুক্তুং য়েংলকপদা উয়ানত্থ কায়ববক্তি কায়রোই।"

রোহিণীনা লৈ-ত্থনা য়েংলকলগা নোকলকই। হরলালনা হায়রকই "করম তৌরে?"

রোহিণীনা ক্তরাল্লকপা উইল অত্থ পুখোরক্তুনা হরলালদা য়েংহল্লে। হরলালনা পাত্থনা য়েংলে— অশেংবা উইল অত্থমক্তি। মতম অত্থদা কত্রবা অত্থগী মায়থোং অত্থ হুরাও মিনোক্তা পুমথন থনক্লে, উইল অত্থ পায়রগা হায়রকই, "করম তৌনা পুরকই?"

রোহিণীনা রারি অদু ভম্বা হোরক্লে। অশেংবদুদি শুকতম তমক্লে। শেমজিনবা রারি অমা লৌথরক্লে—মানা অসুম লৌনা লৌনা হরলালগী মধুত্তগী উইল অদু লৌরদুনা করম তৌনা চে অদু মুকফু কলম থক্কম অমদা লৈরম্বগে হায়বদু উংলক্লে। উইল হুরাল্লকপগী রারি অদু লোইরবা তু দা রোহিণীনা ইথঙ খঙহৌদনা উইল অদু পুদুনা হৌগত্তুনা চৎখ্রে। মহাক্না অমুক হল্লকপা মতমদা উইল পায়রক্তবদু উদুনা হরলালনা হংলকই, "উইলদুদি কদাইদা থনম্লে ?"

রোহিণী। লোংশিন্দুনা থনম্লে।

হর। অমুক লোংশিল্লবগী করি কান্নরিবগে? ঐদি হৌজিকমক চৎলগনি।

রো। হৌজিকমক চংলগদবা? অসুক তফিং তফিংনফি করিগীনো?

হর। ঐগী লৈকম লৈতে।

রো। অদু ওইরবদ চৎলো।

হর। উইলদুদি?

রো। ঐন্ডেন্দা অসুম্মক লৈসমু।

হর। করি রানো হায়রিবদুবো? উইল অদু ঐন্ডোন্দা পিরোইদবা?

রো। নঙোন্দা লৈস্‌ ঐঙোন্দ লৈবসু অমহানি।

হর। ঐন্ডেন্দা উইলদু পিরোইদবা লৈরবদি করিগীদমক্তা হুরাল্লকইবনো?

রো। নংগী দমক্তনি। নংগী দমক্তা থমজিল্লবনি। নংনা লুপ্রাবা

লুহোংলবা মতমত্তুদা উইল অসি নংগী মুপীদুদা পিগনি। হৌজিক নংনা পুপ্রবদি অরেম্বদা শেগাইত্তুনা তোক্লনি।

হরলাল অদু পুম্নমক ভাব তারে। হায়রকই, "মত্তুদি য়ারোই— রোহিণী, নংনা অপাম্বা লুপ'ত্তু পিগে।"

রো। লুপা লাক্ষ অমা পিরবস্থু ঐ ওম্মোই। নংনা পিগনি হায়খিবদো, মত্তু পিয়্ব।

হর। মত্তুদি ওইখোক্তবা য়ানি। ঐহাক লৌনম তৌই, হুরাল্লি, ইশাগী কানবগী দমক। অদুগা নংনা হুরাল্লুরিবদি কনাগী কান্নবগী দমক্তনো ?

রোহিণী অদু মাইথোং খ লাং লাংশিনখ্রে। মরু লুকথত্তুনা লৈখ্রে। হরলালনা মখা তাথরকই, "ঐ অমবু ওইরবস্থু অমবু ওইরবস্থু—কৃষ্ণকান্ত রায়গী মচানি। হুরানবী অমবু কৈদৌঙ্গুংদস্থু য়ুমগী মবেম্মা ওইহনবদি ওম্মোই।"

রোহিণীনা তকিং-তকিংনা কুক হৌগত্তুনা লেপ্লগা মকোক্তগী কী অদু চিংখৎলগা হরলালদা শংত্রিক য়েংলকই ; অদুগা হায়রকই, "ঐনা হুরানবী। নংনা সাধু ? কনানা ঐওোন্দা হুরাম্নু হায়না ইনশিনবগে ? কনানা ঐওোন্দা শাথীনা অপাম্বা পোকহল্লবগে ? পুকচেন ভিংলবী মুপীমচানি খঙত্তুনা কনানা নমথাক তৌবিররিবনো ? লৌনম্বা অসিদগী হেন্না লৌনমশিংগাই লৈত্রবা, মীনম্বা অসিদগী হেন্না মীনমশিংগাই লৈত্রবা, তোল্লবা শাগুম্বা মীমরুস্থু হায়দোকপা ওয়রোইদবা য়া অত্তুবু নহাকনা কৃষ্ণকান্ত রায়গী মচাদি ওইরগা ইরাই-লাইনা ওয়বা। অওকপনি ! ঐ অসিবু নংগী মতিক চাদবী ? নংগুম্বা পুকচেন পিক্লবা লৌনম চাওবা মীবু, মাগী ওইনা খনগদবা ময়াইবক খীবা কনামতস্থু

লৈবা চৌনদে। নং মুপীকনা ওইরম্লবদি ঙ স শুমজিংকী মগুণ করম তৌবগে হায়বচু খঙহল্ল্লগদবনি। অদুবু নং নিপানি, তুমিন্না নিংথিনা অদুম্মক হূনখো।"

হরলালনা থ'ল্লি, মতিক চপ চাবা তৌরম্লে। অদুনা তুমিন্না অদুম্মক হূনগ্রে—চৎলমদাইদা হাইক্কেৎ নোকমি নোকমি তৌরম্মি। রোহিণীস্থ মপুক্লিংদা থল্লি, মতিক চপ হেক চাই,—অমস্তু অমস্তু। মচাকস্তু শমজী অদু থরা চেৎলপ পুনশিল্লগা চাক থোংবা কমংগ্রে। শাওবদা শমজী অদু নাম্থোকলুরবনি। মতিস্তা পিগী ইরা কাওবা চেল্লুরবনি।

---

## তরুকশুবা তাঙ্কক

ন'বুনে, বসন্তগী কোকিল! নথরাই পেম্না থোংউ, মচুদা ঐ করিমতা হায়জরোই অদুবু ঐনা নডোন্দা থল্লাইশোকনা হায়জবা অমদি, মতমতদি খঙউ অচাবা, চাদবা মতম পূম্নমক্তা পংথোং থোংবদি ফত্তে। য়েংউদো, ঐনা য়াম্না রনা মুকফু, থোজৈর্জ, চে থিজহুনা, অদুদগীস্থ অমুক্তা হেম্না রানা রাখল মুম্না তৌথজহনা কৃষ্ণকান্তগী উইলগী রারি অসি শেমহুনা ইবা হৌগৎলকপগী তাঞ্জ'হুদা ন'না নোংমদোনদগী থোংবিরক্লে—"কুহু! কুহু! কুহু!" নং নখোঞ্জেল কৈ ঐ য়াই। অদুবু খোঞ্জেল কৈ হায়দুনস্তু পংথোং হেক থোংবদি কনাগীস্থ অধিকার লৈতে। অদুম ওইনমক, ঐগী ঙৌরল্লা কোক, চৎলিবা কলম, পুম্নমকসিগী মকমদদি নংনা ফনা থোংহুনস্তু অকায়বা পোকহনবদি থোইনা ঙস্লোই। অদুবু য়েংউ, ভনৌ-ভনৌরিবা বাবু অমনা শেলগী

চৈনাখোল কংছুনা, লাকপা-চৎখিবগী হিসাবতা মকোক উরু উরু ঙাওছুনা লৈরিবৈদা, মংনা আকিসকী অকায়বা চেকপলদা তোংহুনা করিগুম্বা খোংবিরুরবদি "কুছ"—বাবুগী হিসাবতু অমুক তাবা ঙমদ্রে। অছুগা খাইন-মৈচাক্না ঙৌরবী নিংখিজরবী কনাগুম্বীনা, মুমিৎ চুপ্পা অমা হানা লেনজরবগী মুংদা হায়বদি মথংগী মুমিত্তা অমুক পুং মাপললোম তারকপা মতমদা খজিক্তং চাজগে হায়ছুনা শঙ্কোমগী তেঙ্গোং অদু হেক চিংশিনজবতা ঙাইরিবৈদা মংনা খোংবিরক্রে—"কুছ"—অদুদদি নিংখিবী অদুগী শঙ্কোমগী তেঙ্গোং অদু মকম লেংদনা অদুম্মক লৈরে—নত্রগনা মপুক্রিংদু কৈফে চৎখিছুনা মতুদা থুম খাক-চিন্নগা চাগ্রে। অওইবমক, মংগী কুছ খোঙ্কেলদা যাদু থরদি মরাওরে অদু নত্ত্রবদি, মংনা বকুল পাম্বীদা তোংলছুনা খোংলিবৈ—অদুগা লুপ্রবী রোহিণীনা শনাবুল খুাংদা চপ্লহনা ঈশিং শোকপা অসুম লাকচবা—তাঙ্গ হুদা-ঙাইখো অদুক, হান্না ঈশিং শোকপা লাকপগী মরম অদু তমখিগে।

মদুগী মরমদি অসিনি। ব্রহ্মানন্দ ঘোষ হায়বসি লাইরবা মীনি—মীনাইনচিংবা থবক নোাম্বনবা খোইনা ৎম্বা ঙমদে। মসিনা খুদোং চাবরা চাদবরা মহুদি খঙদ্রে। খুদোং চাবনু ওইরবসু, চাদবনু ওইরবসু, মীনাইছুগী লৈতবা ইমু হুদদি লোনম্বা, মীনম্বা, ঈ-পাও খৎনবা অদুগা অমোংপা হায়বা পোৎ মরিসিতদি মরৈব্রে, মীনাইছুগী হায়বা লাইরেম্বীসিদি মখোই মরি অসিবু শেম্বীনি। মীনাই মুপীবু মায়া হেক্তা লৈপ্রবা ইমুংদুনদি মুমিৎ খুদিংগী কুরুক্ষেত্রগী লাক্লাও খোকই, রাবণ হাংপগী মাখোক ওই। কনাগুম্বী মীনাইছুপীনা ভীমগী শক্তম লোম্বুনা অরেপ্পা মাইদনা ভুমজিৎ-খুৎপা হনহুনা ইমুংগী লানকনদা

কোইচৎ চত্তুনা দৈ। মহাক্কা মাইয়োক্লরবা কনাগুম্বা রাজা দুর্য্যোধন, ভীষ্ম, দ্রোণ, কর্ণগা মায়রবা অকন-অথোশিংবু থীনা থীনা চৈ; কনাগুম্বী অমনা কুম্ভকর্ণ ওইহুনা— থা তরুক চুপ্পা তুম্মি, মিকপ থোক্লকলগা অফংবা মথৈ চায়; কনাগুম্বা অমনা সুগ্রীব ওইহুনা মঙকশম নিক্লহুনা কুম্ভকর্ণ হাৎনবা থৌরাঙ তৌই। অসিনচিংবা কয়া কয়া।

ব্রহ্মানন্দগীদি অতুগুম্বা অরাবা অত্থু মনম কাওবা তাদে, মরম অহুনা ঈশিং শোকপা, কোল-লিক কেংবা পুন্নমক রোহিণীগী মথক্তা তারম্মি। হুমিদাংরাই, থবক পুন্নমক লোইরবা মতুংদা রোহিণীনা ঈশিং শোকপা হেক চৎলি। ঐখোইনা মথক্তা হায়রবা নোংমা থোকখিবা থৌদোক অতুগী, মতুং নোংমা কোনবদা রোহিণী অত্থু হায়গী তাঞ্জা কারহুনা খুংদা সনবুল পুদনা ঈশিং শোকপা চৎলি। বাবুখোইগী চাওগ্রবা পুখ্রি অমা লৈ— মমিং বারুণী কৌই— মহুগী ঈশিংদি য়াম্না হাওই— রোহিণীনা মহুগী ঈশিং শোকপা হেক হেক চৎলি। ওসিন্থ চৎলি। রোহিণীদি মথক্তা ঈশিং শোকপা চৎলি, থেঙবু নাইনা, অয়াং-অশোইবী মুপীবচাশিংগা লোইননা অয়াং-অশোইরবা মীনোক নোক্ল-নোক্লহুনা, য়াংলবা সনাবুলদা ঈশিং য়াংনা শোকুনা চৎপহু রোহিনী কয়া হৈনদে।

রোহিণীগী শনাবুলদি লুম্মি শাজৎস্থ চীং-লেম্মী। অহুবু রোহিণীদি লুগ্রাবীনি। অতুগা লুগ্রাবী ওইবগী মতৌদ মশাদা করিমক্তা পক্তে। চিনবান্দা পানাগী খুদম, খুত্তা খুজি, শেৎলিবা মপান চনবা কী, অহুগা লেংজুম-থক্তনা খুৎলোল হৈনা লোল্লবা অমুবা লিনগা-পাংথক ওইরবা, মচা থারনা য়েৎশিল্লবা, কোম্লপ হাই হুম্নিবা পুক্লিং হুরবা শমজী; পিথাইগী শনাবুলনা খাংদা; থোঙথাং খুদিংগী

হাই- হুন্নকপদা, তপ্পা তপ্পা শনাবুল অদু অগোই শারি ইথক ইপোম খুদিংদা কাংঙনা অগোই শাবগুম, তপ্প তপ্প শাথেক্কা লোইননা শনাবুলনা থেক্লি। তবারবা খোঙ্‌মচা অনিহুনা খোংনা মৌনা, লৈখোক্তগী কেল্লক্রবা লৈরাংগী পাংখক্লুম, মোং হাদনা লৈমাইথক্তা নেৎশি—মহুগী তান্নাদা ইরাং খঙলবী শনাবুল অহুম্ব তান চানা অগোই থুৎথেক হাপ্লি। হাইনা হুম্না, কীজংদা মুংশিংকী কল্লবা ইপোম ঁৈরবা জহাজগী মতে'গুম, নোয়না নোয়না, থেক্কা থেক্কা রোহিণী নিংথিবী পুথ্রি-লমদম পুমঙান ঙালহন্দুবা ঈশিং শোকপা লাক্লি— তাঙ্গাহুদা বকুলগী মশাদা তোংলহুনা বসন্তগী কোকিলনা খোংঙকই—

"কুহুঃ! কুহুঃ! কুহুঃ!" রোহিণীনা মাইকৈ মরি লৈ হুনা য়েংঙকই। ঐহাক হাশকুমনা হায়বা ঙম্মি, রোহিণীগী চেপ্পপ কল্লপ য়েংথৎলকপা তথক তথক্লবা মিৎচিগী তেন অহুনা উশাদা তোংলিবা কোকিল অহদা পা'ল্লম্ব থোক্লখদি, পিক্লবা চেক্লা অহু থুদক্তু- মক্তদা থম্মোই কাওনা লোংখিহুনা মমৈ মকোক থঙদনা থরো থরো লৈম'ইথক্তা পোপ লাওনা তারক্নি। অহুবু চেক্লা অহুগী মরাইবক্তা মহুমক্তি তম্নমক্রে। থবক্তা- খোৈরমগগী অতৎ—অথম লৈতনা লৈরক্লবা মরীদা হন্দক্তি কোচি অমা কাক্তিল্লমহুমাক্লে। নহুগনা চেক্লা অহুগী হোৈখিবা লাঙোন্দা অহুগুম্বা মিৎচৎতু কংজনবা থোইনা তানশিনজরক্ত মাক্লে। পঙলবা চেক্লা অহুনা অমুকন্ম হন্না খোংলক্লে "কুহুঃ! কুহুঃ! কুহুঃ!"

"চৎখোকপ্রো চৎলো! শকথিবী!" অসি হায়রম্নগা রোহিণী চৎক্লে। চৎত্তি চৎপ্রে, অহুবু কোকিল অহুবুদি কাওবা ইঙম ঙমক্রে। ঐখোইনা য়াম্না নিংথিজনা থঙই, কোকিল অহুনা খোংউবহু মতম

ওস্থোক্লা চাদে, নংলবী লুখ্রাবী মখোক-কারকপী অমনা মথন্তা ঈশিং শোকপা চংলিন্তৈদা অস্নুম্না খোংবসি য়াম্না চুমদে। করিগীনো হায়বদু, কোকিলনা খোংবা ভারবদি হৌনদবা রাখল কয়া পুক্লিংদা পোক্লকই। করিগুম্বা অমা মাঙখিবগুম্বা, মহু মাঙখিদগী পুন্সি চুম্লসি মখোং-মরম ইথঙ খঙদবগুম্বা—মহুবু অমুক হন্না কংলরোইদবগুম্বা অমা থল্লকই। করিগীনো অমা লৈতবগুম, করিনো অমা রাৎপগুম, মহুবু মেনশিনকম ইথঙ-খঙদবগুম, মহুবু ইকং-কংলরোইদবগুম পুক্লংদা হুংনাংনরকই। কদাইরাইদনো মণি অমা থংমাঙ মাঙখি, কনানো অমনা কপ্পবতা লীক্লি। পুন্সিসিনা অরেম্বদা তাখি—হুংঙাইবা শরুক ইথুং থুংদে—তেংবান অসিগী মপাল নইত্রবা কজবা পুম্বসি করিমতা কাওদবগুম্না থোকই।

অমুকস্থু হন্না কুহুঃ, কুহুঃ, কুহুঃ। রোহিণীনা কোইয়েং য়েংলকই—শংবান্নবা, তরু-তরুরবা মপাল নাইত্রবা নোংমদোন—পুমচিক চিকই, অহুবু কুহু খোঞ্জেলগী ইপোমহুগদি চুশিন্নরি। মহাক্লা উরকই—পোম-শাৎনরক্রবা হৈনৌমপালনা লুপা ফুদোংবগুম, চবুন চবুন শংলবা উনা-শিংগা ইতোৎ তোৎনরি, মেঙনা হুংশিরবা মনম্না মায়কৈ থুংনা লীক্লি, মহুদা হয়িংখোই নত্রগা খোইমুনা ভুং ভুং ভাংহুনা পাইরি, মহুস্থু কুহু খোঞ্জেলহুগা অমতা ওইশিন্নরি। অহুগা অমুকস্থু উরকই—পুক্রি মপান্দা লৈরিবা গোবিন্দলালগী লৈকেন্দা লৈরাংনা চবুন চবুন মপৈ মপৈ, চরোং চরোং, উশা থম্না, উনা য়ৈনা পুমথন থম্না শাৎলি; কয়া অমনা অঙৌবনি, কয়া অমনা অঙাংবনি, কয়া অমনা নাপুনি, কয়া অমনা অশংবনি, কয়ামরুমনা পিকই, কয়ামরুমনা চাওই—করিগুম্বা মকমদা হয়িংখোই তোংলি, করিগুম্বা মকমদনা খোই ইল্লি—

মখোইশিং ভতুস্থ কুহু খোঞ্জেলতুগা খোস্থং অমত্তদা তিনশিন্নরি। নামিরগা ইরোয়ননা লৈবাংশিংগী লৈনমচু মায়কৈ শীন্না য়েল্ল— মঙাঙুবা খেস্থংহুগা চানরবা মওদা। মতমসিদা লৈরাং থন্না শাংলবা কুঞ্জবন অমগী মথাদা লেপ্তুনা লৈরি—গোবিন্দলাল মশামক। মহাক্তী মুরবা খোইরপ তৌরবা শমলাংশিং অচু ইচোই চোইনা ভারি লৈহাও-ওদা মাল্লবা লেজুমথক্কুদা,—লৈরাংতনা য়োম্লবা পাস্থীদগী হেন্না নিংথিরবা মরেপ মঙান চুনরবা হুকচাং অচুদা লৈরাং চোন্না শাংলবা উরি অমনা হাই হুম্না তারক্লি কন্নদা পকচথ্রবা! মসস্থ কুহু খোঞ্জেলহুগী মঙ শুবা খোস্থাংগা অমতা ওইনা চুশিন্নবি। কোকিল অচুনা অমুকস্থ হন্না হৈনৌ পাস্থী অমগী মথক্কুগী খোংলকই, "কু উ!" মতম অচুদা রোহিণীদি পুখ্রিগী সিংড়িদা কুমথরক্লে। সিঁড়ি মত্তোন য়োরবদা শনাবুল অচু ঈশিংদা তাওথোকনথ্রগা ভুম্নিন্না কমচুনা বপ্লক্লে।

করিগীদমক্তা কপ্লিবনো, মচু ঐহাক খঙদে। হুপী ওইবীগী পুক্নিংগী বাবু ঐনা করম্না খঙলুগনি? অচুবু ঐগী পুক্নিংসিদা কন্না চিংনবদি, কত্রবা কোকিল অচুনা রোহিণীবু কপহনবনি।

---

## তরেৎশুবা তাঙ্কক

বারুণী পুখ্রি অসিনা ঐবু ওম্বোক্লা অরাবা অমা তাহল্লে—ঐহাক মচুগী মরমচুদি শেংনা হায়বা ঙমদ্রে। পুখ্রি অহ য়াম্না পাক-চাওই— অশাংবা মচুগী শকয়েং-মিংশেলগুম নাপীগী ক্রেম্না ইকোই-কাইনা ভন্নি। নাপীগী ক্রেম অচুগী মথংদা অমুক ক্রেম অমা—লৈকোলগী

ফ্রেন—পুখ্রিত্থগী মাইকৈ মরিমক্তা বাবুশিংগী লৈকোল লৈ—লৈকোলগী উপাল অত্থুগা লৈকোলগী চেকপল, অমুক অরোই অথম নাইদে। ফ্রেম অত্থু যাম্না য়েক-খোংলি—অঙাংবা, অমুবা, অশংবা, ঙাঙ্রাবা, অঙৌবা, নাপু, মচু কয়াগী লৈরাংনা হৎলি—মথল কয়াগী উটৈনা থাম্লি। মত্থুগী মরক মরক্তা ঙৌরবা পোথাকম-শঙশিং অত্থুনা চাওর-চাওরবা হীরা মত্থুম অমমমগুম চায়থরক্রবা কোরৌহনবগী মঙালদা পুমলং লংলি। অত্থুগা, কোকথক্তা লৈরিবা অতিয়া অত্থুস্থু লৈকোলগী ফ্রন অত্থুনা কৌইশিল্লি, অশংবা শকয়েং মিংশেল অমগু ম্ন। অত্থুগুম্লবা শংবাম্নরবা অতিয়া, অত্থুগুম্লবা লৈকোলগী ফ্রেন, অত্থুগুম্লবা নাপীগী ফ্রেম, হৈরাং লৈরাং, উপাল, য়ুম পুম্নমক অত্থু শাবাম্নরবা ঈশিংগী মিংশেল অত্থুদা ওম্না মমি তারি। মরক মরক্তা কোকিল অত্থুস্থু খোংলি। পুম্নমক অসিদি মতৌ অমা ওইনা থঙহনবা মঙল্মি, অত্থুবু অত্থুগুম্বা অতিয়া, অত্থুগুম্বা পুখ্রি, অত্থুগুম্বা কোকিল অত্থুনা খোংবা অত্থুগা রোহিণীগী মপুক্কি গা করি মরী লৈনবা, মত্থুমদি থঙহনবা ঙমত্রে। অত্থুনা ঐনা হায়খিবত্থুনি, বারুণী পুখ্রি অসিনা ঐবু ওস্তোক্লা অন্নাবদা তাহন্রে।

ঐস্থু অন্নাবদা তারে, অত্থুগা গোবিন্দলালস্থু ওস্তোক্লা অন্নাবদা তারে। গোবিন্দলালস্থু লৈরাং থম্না শাংলবা উরি অত্থুগী মরুমদগী উরে, রোহিণীনা লাক্লগা হিদেন তাকমদগী সিংড়িদা ফমত্থুনা কপ্পি। গোবিন্দলাল বাবুনা মপুক্কিংদা থম্লকই, লৈকাইগী কনাগুম্বা কহারোলশিংগা থৎন-চৈনরক্লুনা কপ্পা ওইরমগনি। ঐখোই গোবিন্দ-লালনা পুরিষা ম্রাথল অসিদা খোইনা অচুম-অরান খিরুবা পাম্নদে। রোহিণীদি অত্থুম্মক কপ্পি।

রোহিণীগী মপুক্লিংদা করি খল্লিবা, মহূদি হায়বা গুমদে। অদুবু ঐখোইনা অসুম খনবদি, মহাক্না খল্লম্বা য়াই, করি ইরাদগী অসুক নৌনা লুপ্পা ওইহ্ন হায়না ইরাইবকসিদা তম্নমলিবনো? ঐহাক্না মী অতৈদগী করম্বা শাথীবা ইরাদ লৈদুনা তেংবান অসিগী করিগুম্বা হুংঙাইবা অমতা ফংবা য়াগ্রিবনো? করি দোষতগী ঐহাক অসিবু মখোক-কারকপদা ঙাইরিত্তে তাঙ্গাসিদা অকংবা উগী পাংখক্লুম পুন্সিসি লেনবদা তারিবনো? পুন্সি অসিদা হুংঙাই'পুম্বা য়াওন্নরিবা মখোইশিং অদো—খন্দুনা য়েংউ—গোবিন্দলাল বাবুগী হুপী অসে. মখোইনা করম্বা গুণদা ঐঙোন্দগী হেনবগে—অদুবু করি পুণ্য তৌরক্লুনা মখোইগী মরাইবক্তা হুংঙাইবা অাস থোক্লিবনো—ঐগী ইরাইবক্লুনা করিসু তম্নখগ্রিবনো? চুমদবা য়ানি—ঐহাক মীগী হুংঙাইবা উরগা মিচৌক্লবগী রাদি নত্তে অদুবু ঐগী লম্বী পুম্নমক খিংলিবদি করিগীনো? ঐগী অসিগুম্বা হুংঙাইকম লৈত্রবা পুন্সি অসি থমলুবগী করি কান্নবিগনি?

অসিনা ঐখোইনা হায়রিবসিনি, রোহিণী হায়রীসি অকবা মীশ্না নত্তে। য়েংউ—খজিক্তং অসিদা কয়াদা থল্লক-মিচৌ চাওথ্রবা। রোহিণী মশাগী দোষ য়ান্না লৈ—মহাক্না কপ্পা উরগা কপ্পিংবা পোকপরা? পোক্তে। অদুবু অদুক য়াম্না নৈনক্লবগী কান্নবা লৈতে—মীনা কপ্পা উরগা কপ্পদি কৈ। লৈশেম্বগী নোংনা তিংখং মরক্লি হায়দুনা তাদবা লৈতে।

অদুনা, নখোই রোহিণীগীদমক অমুক্তংদদি অন্নাবা ফোংদোক-পিয়ু। য়েংউ, হৌজিক কাওবা রোহিণীসি খাউ। ফমদুনা মরাইবক্তা মথুং থম্নদুনা কপ্লি—অহাংবা শনাবুলনা মালং'ইপোমদা জগোই শারি।

মমৈথং অতুদা হুমিৎ ভাবে। পুখ্রিগী শংবাম্নরবা ঊশিং অমু মথং মথং অমুবা মমি তারক্লে—অতুদগীদি পুম্মম মমশিল্লক্লে। উচেক রাম্না পুম্বা ঊথক পাংমা মহুম নাক্তা পায়নরক্লে। ষণগী যম্নুপাশিং শজোল ওম্না ভম্নরক্লে। থাজকু থোরক্লে—অমম্বা মরক্ত। মেঙলবা মঙাল শন্দোরক্লে। মতম অতু কাওবা রোহিণী ঘট্টা কমছুনা কাপ্লে—মাগী শনাবুলহুন্নু ঊশিংদা অহুম্মক তাওর। মতম অতুদা গোবিন্দলালদি লৈকোলদগী মমুম পাংনা চৎপা হৌরক্লে। মানা অমুম লাকপদা উরক্লে তাঙ্গা অমু কাওবা রো'হণী ঘট্টা কমছুনা লৈরি।

মতম অমুক কুইনা পাঙল-শোনবা মৎত্তা কমছুনা কপ্পুনা লৈবছ উবদা মহাক হাইখেৎ মুঙাইতবা অম পোক্লে। মহাক্না খল্লকই, মুপী অসি মরমচৎ করীব ওইরবমু, কত্তবীব ওইরবমু, তেংবান-মপুনা থারকপ, তইবংগী তীল অমানি—ঐহাকমু মহাক্না থারকপা তাইবংগী তীলমি। অতুনদি মহাক আসমু ঐগী হৈচলনি। ঐহাক্না মাগী অরাবা অসি কোকহনবা ওম্নবদি, ঐহাক কররিগদমক হোৎনরোই?

গোবিন্দলাল অমু ভপ্না ভপ্না সিঁড়ি কুমথরক্লগা রোহিণীগী মনাক তাম্না চংদুনা লৈহাওতবা তাহুনা শারবা মুর্তিগুম লৈহাও লৈরেনগী কুচুগুম্নবা থাবল অতুদা লেপ্লরে। হেক্ক উবদা রোহিণী অমু থাই লাওবা অমা পোকখ্রে।

গোবিন্দলালনা হায়ম্লকই, "রোহিণী! নহাক অমুক কুইনা নথন্তা কমছুনা কপ্লিবা কররিগীনো?"

রোহিণী লেপথংলক্লে, অমুবু থাদি ওাংদে।

গোবিন্দলালনা অমুক হন্না হায়রকই, "নংনা থারিবছ কররিনো

ফায়বা ঐগী তোন্দা য়ারবদি হায়দোকউদনা। ঐহাক নংগী নত্তেং পাংবা ওন্থ্রা য়েংগে।"

হরলালগী মমাংদা চিনপনবীগুম শৌ শৌ ত্থাংখিবী রোহিণী অহু গোবিন্দলালগী মমাংদদি য়া মতেৎ অমা কাওবা ত্থাংবা ওমখিজ্রে। কৰিমতা হায়ত্রে—লৈত্তেংবিরবা লাইকদীবীগুম পুথিগী সিঁড়িচুগী ফজবা হেনগৎহন্নুনতা লৈরে। গোবিন্দলালনা লুরবা পুথিগী লাইজদা অচুগুম্বা খুৎহৈবগী মিংচৎ তানজকম-ওইরবা মূর্তি অচুগী মমি অহু উরক্লে, মপুং ফারবা থাজগী মমি উরক্লে অমসুং লৈরাং চোম, শাংলবা লৈপাক্লাশিংগী মমি উরক্লে। পুম্নমক হক ফজ্জ সুংশহৈতবা অহুতনি ফজত্রিবা! মহৌশাগী খুৎশেমদি থোজাল হেবনি—মীওইবতনা থোজাল য়াংপান। গোবিন্দলালনা মহৌশা লাইরেম্বাগী ফজরবা খুৎই অহু নিখিনা পারক্ল। অহুদগী অমুক রোহিণীনা হায়রকই, 'নংগী কারগুম্বা অরাবা মরম লৈরবদি, ওসিবু ওইরবসু, মতু দবু ওইরবসু, ঐগী তোন্দা থওদত্নু। নশানা হায়বা হজোইরগা, ঐখোইগী হন্নুংগী সুপীশিংদা থওহল্লকউ"

হন্দক্তি রোহিণী অহু য়া ত্থাংলক্লে। হায়রকই, "নোংমা হায়গে। ওসিদি হায়ররোই। নোংমাদি মহাক ঐনা হায়জবা শোইদনা তাখিবা তাই।"

গোবিন্দলালন্থু মতুদা য়ারহুনা মরুমলোমদা চৎত্রে। রোহিণীনা ঈশিংদ চোংথহুনা শনাবুল অহু লৌশিল্লগা ঈশিং শোকচিল্লে—শনাবুল অহুনা মত্তম অহুদা থ্রোক-থ্রোক থ্রু-থ্রু হায়হুনা য়াম্না য়ানিংঙবা উৎলে। ঐহাক খণ্ডই, হাঙলবা শনাবুলদা ঈশিং থম্না শোকচিল্লকবদি, ফোলগী শনাবুল খুঙদে, লৈপাক্কী শনাবুল থওদে

মীওইবগী শনাবুল থওদে, অসুম্না হেক হেক য়ানিংদবা উংগি—য়াম্না ইশৌ লাংই। অসুম্না মবুক হাম্বা শনাবুল অদু থল্লকুবা মতমদা রোহিণীনা লৈকংদা কাখতুনা অচোংপা ফা অদুনা মশা অদু নিংথিনা কুপশিল্লগা তপ্পা তপ্প মরুপলোমদা হল্লক্লে। মতম অদদা 'চো্ক চো্ক চো্ক শ্রিং শ্রিং শ্রিং!' হায়দুনা শনাবুলনে শনাবুলগী ঈশিংনে অদুগা রোহিণীগী থুজিবে বারি শাবা হৌরক্লে। অদুগী মথক্তা রোহিণীগী মপুক্কিংতু য়ায় শাবদুদা য়াওররে—

রোহিণীগী মপু'ক্কংনা হায়রকই—উইল হুরাম্লুবা অদুদি।
ঈশিংনা হায়রকই - চরো।
রোহিণীগী মপুক্কি—মদুগী থবক্তু চুমজ্রে।
থুজিনা হায়রকই শ্রি শ্রি—শোইরে! পুমশোয় শোয়রে।
রোহিণীগী মপুক্কিং—হৌজিক্তি করি পাইরবো?
শনাবুল—গ্রোং গ্রুং গ্রাং—পাইবদি ঐনি; থোরি য়াওরগা।

---

# নিপালগুবা তাক্কক

রোহিণীনা থম্না ওনলপ্পা চাক-ঈশিং থোংবা লৈ'ইথোক্কুনা ব্রহ্মানন্দবু পিজরগা, মহাক মশাদি চয়া হেন্দুনা তুম্ফম-কাদা চংদুনা থোক্ত লোন'শিল্লগা তুনংরে। তুম্মিংদুনা নত্তে, রাথল তৌনবগী দমক্তনি।

মহাক দার্শনিক অদুগা বিজ্ঞান হৈবশিংগী মরা-মপাও ত্তাইহাক্তং কাওথোক্কুনা, ঐগী ইকমদগী ইপৌ-পৌবা য়া থরদং তাও। সুমতি হায়বী লাইরেম্বী অমগা কুমতি হায়বী হিংচাবী অমগা অনিথক ইতং তত্তনা মীওইবগী থম্মোয়দুংদা কোইচং-চত্তুনা লৈ অদুগা মংখাই

অনিসি মতম চুপ্পদা সূন-চৈনছুনতা লৈ। কৈ অমোম অনিনা অশিবা মথ অম মুমছুনা চিন্নবগুম, লমছুই অমোম অনিনা মী অশিবা মশা লাক্লুনা খংনবগুম, মখোইনা অহিংবা মীগী মশাবু মুমৈ, লাক্লে। ঙসিসু চিন্নবা তুম্ফম-কা অসিদা মখোই অনিনা রোহিণীবু মুমছুনা কল্লা খংনরা কৌরক্লে।

সুমতিনা হায়রকই,—"অসিগুম্বা মীগীবু মাঙনবা শীনবা হৌদরা ?"

কুমতি। উইল অদু হরলালদা পিবমক্তি পিত্রিদনা। মাঙনবা কদাইদা শীল্লবগে ?

সু। কৃষ্ণকান্তগী উইল অদু কৃষ্ণকান্তদা হনখ্রে।

কু। সুংঙাইরেদা ! কৃষ্ণকান্তনা ঐঙোন্দা "উইল অসি নং কদাইদগী কংলুই' অদুপা ঐগী দেরাজদা অশেংবা উইল অমা লৈরম্মি-বসিনা কদোমদগীনো" হায়না হংলকপদা ঐনা খুমগদবসি করিনো ? করাদা ঙকখ্রবা য়ংমোনেসে ! খুড়াপা ঐগবু পুন্না থনাদা অতুম্বক চংখ্রে হায়রিব্রা।

সু। অদু ওইরগনা রা পুম্বসি গোবিন্দলালদা শেংনা তমছুনা মখোওদা কপ্তুনা তুজরুচোদনা ? মহাক্তি খোজাল হৈবা মীনি, নংবু শোইদনা কনবিগনি।

কু। অদুসু অমহানি। গোবিন্দলালসু শোইদনমক রা পুম্বসি কৃষ্ণকান্তদা খঙহন্দবা য়ারোই, নত্রবদি উইল ওম্বোকপা য়ারোইদো-রিবমিনা ? নত্তদা কৃষ্ণকান্তনা থানাদা লাম্বোক্লরবদি, গোবিন্দলালনা ঐবু কনবা ঙমগদরা ? মতুগী মতুংদা রা অমা থল্লসি। হৌজিক তুমিন্না অতুম্বক লৈরসি—কৃষ্ণকান্ত শিথিসন্থ, অতুগী তুংদা নংনা হায়বা

মচুংইন্না গোবিন্দলালগী মনাক্তা চত্তুনা মখোং‌ঙদা তুকপে। মতম অদুদা মঙোন্দা উইল পিপে।

স্থ। মতম অদুদদি কাম্বররোই। কৃষ্ণকান্তগী ইমুংদা লৈরম্বা উইল অদুনা অশেংবা ওইনা অদুম্মক লৌগ্রপনি। গোবিন্দলালনা উইল অদু পুংথাকলুবদা অশেম্বনি হায়না অমাবত্তুম তাংবা য়াই।

কু। অদু ওইরবদি তুম্নিন লৈরো—থোকখিবত্তু থোকথরে।

মরম অসিদগী স্তমতি অদু তুমিন্না লৈখ্রে— মহাক মায়থিবা কংলে। অদুগী তুংদা মখোই অনি তাইশিন্নমুনা মরুপ ওইনা থবক অমা পায়খৎলক্লে। অতুগুম্নবা পুপ্রিমপান্দা-ত্তাম্বোইখিবা, থাজগী মত্তান্না পুমলং কানা লৈতেংখিবা লৈলাও লৈরেক্তনা য়োমহুনা শাব-গুম্নবা নি থিজরম্বা মূর্তি অদু রোহিণীগী থম্মোই মিৎলমদা পুরক্তুনা থম্লরে। রোংহিণীনা মিৎ কুপ্তুনা য়েংবা হৌরকই— য়েংনা, য়েংবা, কপ্লক্লে। অহিং অদুনা রোহিণী মিংকী-কল্লা অমত্তা উইশিনখিদ্রে।

———

## মাপলগুবা তাঙ্কক্

অত্তগী মুমিত্তুগী হৌনা নোংমতা কাংদনা রোহিণীনা শনাবুল পুরত্তুনা বারুণী পুখ্রিদা ঈশিং শোকপা চৎলি, মুমিৎ খুদিংগী কোকিল অদুম্মক খোংই, মুদিৎ খুদিংগী গোবিন্দলালবু লৈরাং থম্না শাংলবা লৈকোলশুংচুদা অদুম্মক উবা ফংই, মুমিৎ খুদিংগী স্তমতি কুমতি অনিগী থৎনবা তাইশিন্নবা থোদোক অনিমক অদুম থোকই। স্তমতি কুমতিগী থৎন-লাওনবদি মীওইবমা খাংবা ওন্নি, অদুগা মথোই অনিনা চাম্নরকপসিদি অক্লিবা ফংবা মাংনবগী মশক্নি। মতম অদুদদি

সুমতিনা কুমতিগী মাখল চেন্নকই, কুমতিনা সুমতিগী থবক তৌরকই। করম্বনা সুমতিনো করম্বনা কুমতিনো খঙবদা মানা থোকলকই। মীনা সুমতি ওইরবোই নিংদুনা কুমতিগী মথা পোন্নকই।

অহুম অহুম ওইমমক, কুমতিবু ওইরবসু, সুমতিবু ওইরবসু গোবিন্দলালগী শককম অদু রোহিণীগী থম্মোই লাইবুঘদা নোংমা নোংমগী ময়েক লানা তাবা হৌরকলে। মন্নবা লাইযুম্ন লংলবা শককম্নি। নোংমা নোংমগী শকফম্না লংখৎপা হেনগৎলকলে, লাই-মুম্না মমশিনবা হৌরকলে। মতম অদুদা তেংবান অসি মাগী মমিঙা —তোক্রসি থাইনগী মাসি অমুক হৌদোকলুদুনা কান্নদে। রোহিণীনা ইথঙ খঙহৌদনা গোবিন্দলালবু থম্মোইজুংদা মান্না চিক্না মুংশি-কোলোইগী কিশি থাংবা হৌগ্রে। কুমতিনা অমুক চন্না মমাউ পাক্রে।

মতম অমুক কুইরবগী মতুংদা কদোমদগী মচাক দশা অসি তাশ্রিবনো হায়বদু ঐহাক খঙবা ঙমদে অদুগা খঙহনবসু ঙমদে। রোহিণীনা গোবিন্দলালবু অঙাং ওইরিঙৈদগী উৎপলবনি— নোংমতসু মাবু রোহিণীগী মপুক্কিংদা খোইদাংবা লৈতে। ঙসিদি খঙহৌদনা কদোমদগীনো? খঙবা ঙমদে। থোকথি থোকথিবা থৌদোক অদুতা চিথদনা হায়বনি, কত্রবা কোকিল অদুনা তত্তনা থোংবা, পুশ্রিমপাল অদুদা কপ্পা, মতুগী মতম, মতুগী মকম, মতুদগী পোকলকপা মাথল, অদুদগী গোবিন্দলালনা মমম চাদনা থৌজাল উৎলকপা— অদুগী মথক্তা গোবিন্দলালগী মকমদা রোহিণীনা মরাল লৈতনা চুমদবা চৎলুবা, থৌদোক পুন্নমক অসিনা মতম থম্না অসি অতৎ অথম লৈতনা রোহিণীগী থম্মোইদা গোবিন্দলালবু নিংশিংদুনতা লৈরম্মি। মতুনা

করি থোক্লকপা হৌনবা মতুদি ঐহাক খঙজে, ঐদি থোকখিবা অতুতা চুম্না অঙ্গম্বক ইবনি।

রোহিণীদি লৌশিং য়াম্না লৈবীনি, কেক্কমক ভাব ভাই, শিবা য়াবা য়াকমনি। করিগুম্বা গোবিন্দলালনা মসিগী মরমদা মাশোল খজিক্কং হেক কংখিবদা, মাগী মমি কাওবা নেংথ্রম্লোইদবনি। মহাকপু খুলদগী তাম্লোক্লবা কাওবা য়াই। কনাগী মকথদসু হায়দোক-পা য়াবা য়াকম নত্তে। রোহিণীনা য়াম্না চেকশিন্না থম্মোয়গী থাখ্যাইস্লুংদা ওমহুনা থমজে।

অতুবু উৎনা থুম্নবা মৈনা মমাংদগী অস্নুম অস্নুম চাকথংলকপগুম রোহিণীগী থম্মোইসু অস্নুং অস্নুম চকখংলক্লে। অদুবা পোৎলুম অদু পুথুনা পুন্সি লেনবা রোহিণী অমুক ভমশিল্লক্নে। অহিং হুংথিল অনিদ রোহিণী শিবতা লাই খুক্নম্লে।

মী কম্নানা শিজ্জনবা য়াওরবগে হায়বা কনানা খঙনুগনি? ঐনা নিংবদি, হুঙাই য়াইফবা কদায়, অদুবা নংলবা কদায় থরাই-মক শোক্না শিজ্জিংবগী রাখল পোকপা নৈ। তেবান অসিগী হুং-ঙাইবা হায়রিবসি হু ঙাইবা নত্তে, হুংঙাইবসু অদোমগী মশক্নি, করিগুম্বা হুংঙাইবা অমতা হুংঙাইবা য়াঙদে, হুংঙাইব অমত্ত মপুং কাদে, অদুনা হুংঙাই হায়রিবা মী শিং অসিসু শিজ্জিংবা অঙ্গম্বক পোকই—অদুগা অদোম মীশিংশিদি, অদুবা পোৎলুম পুবা ভম্মকবদগী মশানা অশিববু অহুম কৌজরকই।

অশিববু কৌদি কৌনে, অতুবু কনাগী মকমদা অশিবনা লাক-পিবগে? হেক কৌরগা অশিবা লাক্লে। হুংঙাই য়াইকরিবা, শীমিং-জিবা, মশক মতৌ কজবা, মথোক কারকপা, হুক্রী আশা য়াম্না

লৈরিবা, মগিত্না তেংবান অসি মখুন কাননগুম উরিবা, মখোইশিং অদুগী মঙ্গমমতা অশিবা লাকই। রোহিণীগুম্বী মীগী মকদদি লাকপিবা কৌনদে। মাইকৈ অসমদদি মীওইবগী মপাজম অসি কদিগুম লেখিত্রে, অশিববু কৌদুনা পুরকপা ঙমদে। পিরবা য়েত্তুব অমনা শিনবদা, হিদাক মরিক তংখাই অমত্তং চাবদা পল্লেপকম নাইত্রবা পুন্না অসে নাঙহনবা য়াগ, তনিক ওনিরা থাঙলিবা পুন্না লাইজ নারকাসে মত্তমগী পাক্লবা ইপাক্তা তিলহনাথবা য়াই, অদুবু পরাইমক য়াওনা শিজিনিংবা পোকলবসু কনা অমত্তনা মশানা পায়া য়েত্তুব অদু থিন-জিন্দে, হিদাক মরিক তংখ ইত্তু চাকদে। কনাগুম থরুদি মদু ঙমগনু মল্লাই অদুবু রোহিণীদি অদুগুম কাংবুগী মীওা নত্তে— অদুনা রোহিণীদ মদু ঙনদে।

অদুবু হিরম অমদদি রোহিণীগী পুকচেল অদু লেপ্লে—অশেংবা উইল অমুক থনলরোই। মদুগী অবাইবা লম্বী অমদ লৈ কৃষ্ণকান্তনা হায়রবা, নত্রগা কনাগুম্বা অমা থাজিন্দুনা হায়রম্বা, মহাশয়গী উইল অদু হুবানত্রে, দেরাজ হাদোক্তুনা মদুদা লৈরিবা উইল অদু ওমুক্ত পাওনা য়েংশিনু। অদুন তৌরবদি রোহিণীনা হুরানবনি হায়রবসিসু অদুম্মক হায়দোক্তবা য়ারে- হুরানখিবা অমনা হুরানত্রংসু কৃষ্ণকান্তগী মপুক্লদা চিনবা থজিত্তুং পোকখিবদা শোইদনা উপু হাদোক্তুনা পাদুনা য়েংলি, অদুদগীদি অশেংবা উইল অদু উবদা অনৌবা উইল অমুক মরাংবা হজরগনি। গোবিন্দলালগী নরল মথুম লেপ্দনা অদুম্মক লৈরগনি অদুগা উইল হুরানবা মীশক কনানো হায়রবসিসু কনামত্তনা থগুলরোই। অদুবু মদুদা খুদোংথিবা অমদি—কৃষ্ণকান্তনা অশেংবা উইল অদু হেক পাবদা ব্রহ্মানন্দনা ইবনি হায়রবসিদি হেক্তমক

খঙলগনি—অহু ওইরবদি ব্রহ্মানন্দদি শাথনা অয়াবা কংবদা তাগ্রে; মরম অসিনা দেবাজদা অশেংবা উইল লৈরে হায়বসিসু কনামজদা অমুক হায়দোকপা য়াদ্রে।

অমম তৌনা হরলালবু পাম্মুদগী রোহিণীনা গোবিন্দলালগা মরূ ফংনা মাঙনবা শীগুন্তু কেক্রগী নরএদা মপুক্লিংদা ময়ম খোয়-রংবা পেক্লংসু মথুড়ু কয়বা হোৎনবদা করিগুম্বা মাইকৈদা থুংথোবা উনদ্রে মখৎদা মপুক্লদা লেপ্লক্লে, লোংমা অশেংবা উইল তুরাম্মুনা অশেংবা উইল খনখগী এণ্ডং অহুগুম, অমুক হয়া অশেংবা উইল খনমগা মতুগী মতুং অশেংবা উইল অহু পুংক্লগ

অহু তাংলৌ থৎঙাক্লবদা, শকহেনবী রোহিণীনা অশেংবা উইল অহু পুরহুনা লৈজবা মখোনা পুম্বা পুখেক্তুনা মথন্তা কৃষ্ণকান্তরায়গী ময়ুম পানা খঙলাক্লে। কেশগী মনিংথোঙ অহু দ লিংগ্রে, অহুনা রোহিণী অহু খোংনবা পংনা চায় হনা ক্ময়হুনা মথিং উইক্রম উইক্রম তৌনা, মখোল লোয়প লোয়প, পিঙু রাগিনাদা মপা মপুগী শ্রাদ্ধ শোল্লিবা খোঙাগ অচৌবরোমদা লাক্তুনা লেপ্লরে। খোঙশংবাশিংহুনা হংদকই "কনানো লাক্লা?" রোহিণীনা খুম্ম, "সখীনি।" সখী হায়বীস হমুং অহুগী নহা ওইরিবা মীনাওহুবীনি, অহু।। লোউশংনশিং অহু রা এখা অমুক তরক্লে। অতুদগী রোহিণীনা অমুক অপনবা লৈতনা ইমু তগা চ লক্লগা হাপনা থঙহুনা লৈরকা লম্বদা কৃষ্ণকান্তগী তুম্ফম কা য়োরক্লে। দোলাল অহু নিংথিনা ওংকশেল্লি হায়হুনা কৃষ্ণ-কান্তগী তুম্ফম কাগী থোঙ অহু লোন্দে। চংঙমদাইদা মনা থাংঙকহুনা রোহিণীনা তারে, নিংঙইবা লৈতনা কৃষ্ণকান্ত নাখোক্তুনা তুম্লি অহু-দগীদি খোঙথাং তপ্প, শোৎ-পেক লাওদনা উইল হুয়ানবা ইমুংদা

চংলক্লে। হেক চংঙকপগা অহানবমক্তদা থাওয়ৈ অদু মুথংলে। অদুগী তুংদা মমাংঙৈগী মতৌগুম শো লৌথোক্লুরে অমসুং মমাংঙৈগুম্বা অমম্বদা মা-তুনা লেপ্লঞ্জ হাংদোক্লে।

রোহিণী অদু য়াম্না চেকশিন্না হোংদৈ, মথুং অদু ঙম্মিবমথৈ থোংনা-নৌনা শিঞ্জিন্নৈ। অদুমকপু শো অদু লৈরকপদা খট্ হায়না মখোল খজিক্কং থোক্লে। মখোল অদুদা কৃষ্ণকান্ত মিকপ লোক্লে।

কৃষ্ণকান্ত অদু নিংথিজনা ভাব ভাদে, করি মখোলনো হায়বা। চেক-মোক লাওদনা মনা থাজংতুনা লৈরে।

রোহিণীসু উরে, নাখোকপা লেপপ্রে। মহাক নিংথিনা খঙলে, কৃষ্ণকান্ত মিকপ থোক্লে। করিগুম্বা নাশোল অমত থোকহন্দনা রোহিণী তুমিন্না লেপ্তুনা লৈরে।

কৃষ্ণকান্তনা হায়রকই, "কনানো লৈরিবা ?" কনামতসু খুমক্তে।

রোহিণী হৌজিক হায়গী রোহিণী অদু নত্রে। রোহিণ তাইকেং তাইপ্রে ক'ত্রিক কাশনগ্রে, বুদ্ধি চম্মনরে—খজিক্কং অকিংগুম্বা অমা পোকখিবগুম তৌরমান্নে। মরু মপী হাইকেক্তং হোল্লকই। মরু হোনবগী মখোল অদু কৃষ্ণকান্ত তাবক্লে।

কৃষ্ণকান্তনা হরিবু হয়্ম হয়্মা কৌরকই। রোহিণীনা তৌগে নিং-লবদি তাল্লক অসিদা চেনখিবা য়ারবনি অদুবু মচুনদি গোবিন্দলালগী ফননবা শীনবদি ওইররোই। রোহিণীনা খল্লকই, "ফত্তবা থবক্তী দমক্তি নহাল অদুক থোনা ফম্বগা, ঙসি অফবা থবক্তী দমক্তদি করিগী থোনা ফরোই ? ফারবসু ফাসমু।"

রোহিণী চেনত্রে।

কৃষ্ণকান্তনা হয়্মা হয়্মা হরিবু কৌরবসু খুম্মকপা লৈত্রে। হরিদি

অতোপ্পা মকম অমদা মুংঙাইবা থিবা চৎথোকপ্রবনি—থিন্নদি হল্লকনি। মতম অদুদা কৃষ্ণকান্তনা মোন মথাদগী মৈথেৎ লৌথোকুনা ইথঙ্ঙ থঙহৌদনা থেংনক্লে। মৈথেংকী মঙাল অদুদা উরক্লে ইমুংদা দেরাজগী মনাক্তা মুপী অমা লেপ্তুনা লৈরি।

চাক্লবা মৈথেৎ মচৈ অদুমা কৃষ্ণকান্তনা থাওমৈ চুথংলে। মুপী অদু শ্লেংলদুনা হায়রকই, "কনামো মং ?"

রোহিণী অদু কৃষ্ণকান্তগী মনাক্তা চংশিল্লক্লে। অদুপা হায়রকই "ঐহাক রোহিণীনি।"

কৃষ্ণকান্ত অদু পুমঙক ঙকখ্রে, হায়রকই, "অসুক থেঙলবা অহিংদা অমম্বদা নঙ মসিদা ঠৈকদৌরম্মিবনো ?"

রোহিণীনা হায়রকই, "হুরান্নম্মিবনি।"

কৃষ্ণ। কাগী তৌথিমু। করিগীদমক্তা থিঙন অসিদা নহাক লৈরম্মিবনো হায়। নহাক হুরানবা লাকপানি হায়বাসিদি ঐ পাক থাজবা ঙমদে। অদুবু হুরানবগী কীন্তমদদি নহাকপু থেংনরে।

রোহিণীনা হায়রকই, "অদু ঙাইরবদি ঐনা তৌগে লাক্লিবা থবক অদু নমাংমক্তদা তৌরগে, য়েংথিমু। মতুংদা ঐবু করি তৌকম থোকপ ওঙ্গম্বর তৌথিরো। ঐহাক হৌজিক ফারবনি চেনবা ঙমগদবা লৈত্রে। অদুপা চেনস্ম চেন্নোই।"

অসি হায়রপা রোহিণীনা দেরাজগী মনাক্তা অমুক হন্না চংলগা দেরাজ অদু চিংথোক্লুরে। মদুগী মনুংদগী অশেম্বা উইল অদু লৌথোক্লগা অশেংবা উইল অদু থমজিল্লে। অদুগী মুংদা অশেম্বা উইল অদু মচেৎ মচেৎ শেপাইথোক্লে।

"হাই হাই, করিনো শেপাইরিবনো ? য়েংগে য়েংগে", অনি

হায়দুনা কৃষ্ণকান্তনা লাওরক্লে। অদুবু মহাক্না লাওরিবৈগী তাক্লক অদুদা রোহিণীনা মচেৎ মচেৎ শেগাইরবা উইল অদু মৈ চুদুনা উং ওলহনখ্রে।

কৃষ্ণকান্তনা শাওখিবনা মমিত্তু ঈ কারদুনা হায়রকই, "হৌজিক মৈ থাদোকখিবদু করিনো ?"

রোহিণী। অশেম্বা উইল অমথক্কি।

কৃষ্ণকান্ত কোকচাওবী কাখ্রে, "উইল। উইল! ঐগী উইলনা কদাইদা চৎখ্রবা ?"

রো। নংগী উইল অদুদি দেরাজ মনুংদা লৈ, য়েংবিয়ুদনা।

ঙ্গনী মচা অসিগী য়াম্না হ'থবা—তপা-পাখত্তবা মত্তৌ অদু উবদা কৃষ্ণকান্ত পুমথক ঙকখ্রে! খল্লকই, "করিগুম্বা লাই অমনা লৌনম ত্তৌবা লাকপা ওইরিগদ্রনে ?"

অদুদগী কৃষ্ণকান্তনা দেরাজ হাংদোক্কুনা য়েংলে, উইল অমদি মনুংদুদা য়াওরি। মদু পুখোর ক্ল, আমোক লৌথোক্কুনা হংল্লে। উইল অদু পাদুনা য়েংবদা খঙলে, মাগী অশেংবা উইল ওদুমাক্ল। ঙক্লদুনা অয়ুক্তা হয়া হংলকই, "নংনা মৈ থাদোকখ্রিবদুদি কারনো ?"

রো। অশেম্বা উইল অমনি।

কৃ। অশেম্বা উইল? কনানা শেম্লিবা? নংদি মদু কদাইদগী ফংলুই ?

রো। কনানা শেম্বনো হায়বদুদি ঐ হায়রা ঙমদে—মদু ঐহাক্না দেরাজ অসিগী মনুংদা থেংনখনি।

কৃ। নহাক করম্না খঙই, দেরাজ মনুংদা অশেম্বা উইল লৈয়ে হায়বদে ?

রো। মতু ঐহাক হায়দোক্লোই।

কৃষ্ণকান্তনা ওহাক য়াথল তৌরকই। অতুদগী হায়রকই, 'ঐহাক নংগুম্বী মুপীমচা অমগী নয়োশিংবু থওবা ওমত্রবদি, অমুক য়ামগ্রবা সম্পত্তিবু মতম অমুক কুইনা করম্না ওাকপা ওমকম থোকই ? অশেম্বা উইল অসি হরলালগী খুজিল শোইদনা ওইরমগনি। নহাক্না মতোন্দগী লুপা লৌতুনা অশেম্বা উইল অতু থনম্লগা অশেংবা উইল অসি হুরানবা লাকপনি। অদুদা কারক্লবতুদা কিরতুনা অশেম্বা উইল অদু শেগাই-থোক'গ্রবনি। হায়রিবসি অচুম্বা নত্রা ?"

রো। নত্তে।

কৃ। নত্তে হায়বা ? অতুদি করিনোনা ?

রো। ঐহাক করিমতা হায়রোই। ঐহাক নংগী নয়ুমদা হুরানবগুম চলক্লবনি, ঐগী তৌকম থোকপতু তৌ।

কৃ। নং করিগুম্বা ফত্তবা থবক অমা তৌগে লাকপনি হায়বসি-মদি চিংনক্কম লৈত্রে, মত্রবদি করিগীদমক অম্নুম্না হুরানবগুম্না লাককম থোকই ? নহাকী মতিক চাবা দণ্ডিদি শোয়দনা পিগনি। নহাকপু পুলিশতা লাম্মোকওই, হয়েং মক্ক অতু কোকথোক্লগা য়াইওং-ভম্ব তৈশিন্দুনা খুল অসিদগী তাম্থোকনি। ওসি নং কাতুনা অত্নম্মক থম্লগদবনি।

রোহিণীবু অহিং অদুদা কাতুনা থমত্রে।

---

## তরাগুবা তাক্কক

অহিং অত্তমকী নোংওাক্লকপদা তুক্কম কাগী হাংদোক্লবা মিহুংথোও মপাদা গোবিন্দলাল লেপ্তুনা লৈম্নি। নোং পুমতান

ঙানকাত্রি—ঙাহাক য়াংলি। হৌজিক কাওবা শুমাংদা হৌরিবা কামিনী কুসুমগী কুঞ্জদা কোকিলগী অহানবা শৈহৌ শকলক্তি। অহুবু চরোইগী শৈহৌদি মতারকলে। চিংথৈ হুমকপগী ইংলবা নামিবা শিংলকলে—গোবিন্দলালনা মিহুৎখোঙ হাংদোকলদুনা লৈকোন্দা হৌরিবা মালিকা মালতি-চিগোংলৈ নচিংবগী মুংশিবা লৈনম পুরবা অইংবা চিংথৈ-নামিবা য়ৈহয়বগী দমক ম-পাদা লেপ্লি। মতম অসিদা মাগী মনাক্তা পিক্তক চেংতক তৌবা সুপীমচা অমা লাকুনা লেপ্লরে।

গোবিন্দলালনা হায়রকই, "নং মকম আসদা অমুক করিগী লাকলিসনো?"

সুপীনচাদুনা হায়রকই, "ন দি মকম সদা কৈদৌরিবনে?"

অমুক তাকলুকম খেংঙনা লৈতে, সুপীনচা আস গোবিন্দলালগী সুপীনি।

গোবিন্দ। ঐহাক হওয়া চাবা খোকলকপনি, মহু ফাওবা নপুক্লিংদা খোইশাওনবা পোক্লবরা?

সুপীমচাদুনা হায়রকই, "করিগী শাওদান? অমুক হওবা চাবা? ইমুংগী পোৎশিংদদি খোহদাত্রে, অদুগা লমহাং-তুহাংদা সুংশৎ কাদুনা চানবা কোইতান তাঁরদুনা লৈরে।"

গো। ঐবু য়ুমগী পোংথৈবু কয়'মুক য়াম্না চায়বগে?

"করিগী চাদনি, হৌজিক্তা ঐগী ইকরদগী মীচৈ চাখিবদুনিদনা।"

গোবিন্দ। নঙ খঙত্রা তোময়া! মীচৈ চায়পা বঙ্গালী নিপা-শিংগী মপুক থল্লবদি, লৈপাক অসিগী মীপুম্বা নহায়া শাগৈ-নাতৈ য়াওনা পুংতুম তুমখিদুনা শিনদুনা লোইরনি। মদুগী পোৎশক্তুদি বাঙ্গালীগী মপুক্তা ওয়োক্লা লায়না মতুগ্রবা পোংনি। নং অমুক্তং

ননাত্তোন কপোক্কুনা নাসিকা অদু কেৎ কেৎ হাইহল্লু ভোমরা, ঐ অদুক য়েংগে।

গোবিন্দলালগী মুপীগী থাক্কেশেংবা মিংসি কৃষ্ণমোহিণী কৌব্রা, কৃষ্ণকামিনী কৌব্রা, অনঙ্গমঞ্জুরী কৌব্রা নত্রগা অসিগুম্বা মিংদা অমা মপা মমানা থোনবিবা লৈব্রা মতুদি হৃতিহাসতা য়াওরমদ্রে। শিক্তিয়-খিদবদগী মিং অদু অতুম্মক মাত্তখ্রে। মাবু মুংশিনা কৌনারবদি "ভ্রমর" নত্রগা "ভোমরা" অসিনি। পরুবস্তু মসিনা হেনবদগী মিং অসি ওইনা অতুম্মক চৎনগ্রে। ভোমরাসি কুচু মুই।

নাসিকা হাইহল্লু হায়বা য়াকমসিদা ভোমরাগী মথরাইদা য়াম্না শাওনিংবা পোকই হায়বাসে থওহন্নবগী দমক নাসিকা অদু পৌথোক্কুনা কোচি অমদা য়ানশিন্দুনা থম্লগা, গোবিন্দলালগী মনাত্তোন অদু পায়দুনা কেৎ কেৎ হাহাবরা হৌরকলে। অদুদগী গোবিন্দলালগী মশক অদু য়েংলগা মোমোন মোমোন নোক্লকলে,— মপুক্কিদা থল্লকই, য়াম্না মিংচৎ লৈবা থবক অমা তৌরে। গোবিন্দলালসু মাগী মাইথোং অদু পেনবা নাইজবা মিংকম্না চিংনা চিংনা য়েংলি। মতম অসিদা কোরৌ-হনবা হন্দোরক্কদবগী অহানবা ঙাঙ্রাবা মশেক্কী লুহুপ নোংপোক অতিয়াদা কাওরকলে,— মতুংগী মেঙলবা মঙালগী মপৈ মালেমথক অসিদা তারকলে। তনৌ তনৌরিবা মঙাল অদুনা নোংপোক পাংবদগী লাক্কুনা মমাই নোংপোক ওল্লিবী ভ্রমরগী মাইথোংদা লৈতেংলকলে। অদুগুম্বা লংলবা, লুরবা, তনৌ তনৌরবা, মুরপ তৌবা ফজরবা মাইথোং অদুদা তনৌ-তনৌরবা অমুক্কী মঙালনা য়েৎথা মহাক্কী ফল্লপ তারবা হরাও-তরাম্না থলবা মিংস্না অদু তরং তরং নিংথিরকলে, থোংলবা পুসুম ফ্লাবা খজাই অমিহু ঙাঙ্রাবা মচুনা লৈতেংলকলে। মোমোন-মীনোক্কী মিংয়েংকে

নিংথিরবা মণ্ডালছুনে, গোবিন্দলালনা মুংশিজবনে অছুগা অয়ূক্তী নামবনে—পূন্নমক অমত্তা ওইশিন্নখ্রে ।

মতম অসিদা য়াহৌগৎলকপদা ঙাইরিবী মীনাইচুপীশিংগী লৈকমদা পুমনিন-নিনবা অমা হৌরক্লে । ইমু' য়াইশিংপা, য়াই-তৈবা কোল কেংবা অসিনচিংবগী শ্রো শ্রো, শ্রা শ্রা, ক্রোং-ক্রোং হায়বা মখোল পুন্নমক্তু পুংলেপ লেপখিদুনা 'ইমাইপেম্মা, করি মত্তৌনি হায়বগে !" "ইস মাঙলেদনা !" 'ওস্থোক্লা ঙকখ্রেদা !' "কয়া তৌ'ঙমগ্রবনো !" হায়বা খোঞ্জেল কয়াগী মরক্তা নোক-খেবগী ইরাং অমম্ব তারকলে । মতু তাবদা ভ্রমর্ অতু মপাল থোরকলে ।

মীনাইচুপীগী কাংবু অতুনা ভ্রমরবু কয়া থৌশাদে, মতুগী মরম খরম্ব লৈ । ভ্রমরদি অঙাংস্তু ওইরি অতুগা য়ুম-পুখীমকস্থু নংত্রি, মহাক্তী মনম্ম-মনেম লৈরি অতুগী মথক্তা ভ্রমর মশানা নোকচবা হৈবা অতুক মী লাকপদদি হৈত্তে । ভ্রমরগী মশক উবদা মীনাইচুপীশিং অতু লাঙবা থোইনা হেনগৎলক্লে—

অহানবা—তারবরা ইবেম্মা ?

২শুবা—অস্থক অকিবা মাদি কৈদৌঙুংদস্থ তাজরক্তি ।

৩শুবা—কয়াদা তৌ'ঙমগ্রবনো ! য়োং-সুবীস্থু চত্তুনা হৌজিকমক শুমজিংসিনা মমাইদা কম্নিংই ।

৪শুবা—শুমজিংগদি কৈদৌননি—মমৌ ইবেম্মা নং হায়দা হায়ু ঐহাক মনাতোন অতু ককথৎলগা পুরক্কে ।

৫শুবা—উম্না খুম্বা পুক্নি, কনানা কনাবু খঙলুগনি ইবেম্মা—ভ্রমরনা নোক্লছনা হায়রকই, "হায়া অতুক ভমথোদনা, করি

তৌরবগে, অচুদগী নখোই নখোইনা অপাম্বচু অচুম্মক তৌ।” মসি হেক তাবদা অমুক হায়গুবা পুন্নাঙ-লাওবা হৌরকলে।

১বা—তাঞ্জবোইরে ? লেকাইপুম্বা রা-রা লাওরবদা—

২বা—কৈগী চমুংদা শক্তিনা মুমদাংলবা।

৩বা—লরাই মুপীচু মনম শিংজিংনা শিংলগা চু হৈজিন-গদবনি।

৪বা—করিবু হায়সিগে মথৌইবেম্মা, মথিক নেম্বনা থা লাম্নিবনি!

৫বা—হৌদোং লম্বে ইবনা চফু ডুম্মি হায়বচুনি—শিগ্রসচু! শিগ্রসচু!

ভ্রমরনা চু ময়রকই, “নখে ইচুম শিরসচু।”

মচু তাবদা মীনাইচুপী পুম্বচু খোম্মাং অমতা ওইনা লাওরক্লে, ‘ঐখোনা করি হরাল লৈচুনা? ঐখোইনা করি তৌজরচুনা? ঐখে ইসু লোইনমক হেক খঙই। অ-তীবা অমনা তৌরগা, দোষনা ঐখোইদা হেক হৈবগবনি! ঐখোইদি উপায় লৈজদ্রবসু শরু-শরাংশি তেকপা মথৈ গুরগা চ’বা ফংনবা হোৎনজরনি।” রা পরেং ময়াম অসি হায়বা লোইরবা মতুংদা মখোই অমা অনিদি মমাই কিনা খুমচুনা কপ্পসু য়াওরকলে। অমগীনা মচা শিখিবগী তেংথারকপসু য়াওরে। ভ্রমর অচু মখরাই ধারকপে—অচুগা নোক্নি বগীসু খিংবা-লাকপা ওমশিন্নক্করে। হায়রকই, ‘নখোইবু শিরসচু হায়বা রাদি, হৌজিক কাওবা নখোইনা করি তৌরবগে হায়বা রারোল তাক্কনগীনি করি তৌরবগে হায়রবনি?”

অচুদগীদি অমুক মাইকৈ মরিমক্কুগী খোম্মাং মখল মরি মঙাগী খোঞ্জেল অমা ফুজিন্নকলে। রাম্না বানা ভ্রমরনা, অচুগুম্বা লেপ্পা

মাইজবা বা পরেং ময়াম অহুদগী, ভরাং অহিং মকু ইবুঙোগী ইমুংদা হরানবা চংলম্লে হায়বা জাব অমদি শাজিল্লে। কনা অমনা হায়রকই, হুরানবা নত্তে, লূটনি,—কনা অমনা হায়রকই, শগুণ তৌহনা চংবনি, কনা অমনা অমুক হায়রকই, হায়রিবহু অমত্তা নত্তে, মথোই মী মরি মঙাথক্তং লাকুনা লুপা লাক্ষ অমগী কোম্পানীগী চে পুথিবনি।

ভ্রমরনা হায়রকই, "অহু ওইরবদি করম্না তৌ'ওম্বীনো নখোইনা মনাত্তোন কক্কে হায়রিবদে ?"

১বা—কনাগী ওইগ'মে—রোহিণীগীনিদনা ?

২বা—তৌ'ওম্বী অহুতনা মাঙন-তাকুবা পুম্বসি শীল্লিবনি।

৩বা—মহাক্না ডাকু ময়ামহু পুহনা লাকপনি হায়নে।

৪বা—মশানা তৌজবনা মশানা ফংজবা হায়বহুনি।

৫বা—হৌজিক্তি জেল মমুংদা শিরসম্ন।

ভ্রমরনা হ'ওকই, "রোহিণীনা হুরানবা লাকই হায়বসিদি নখোই করম্না খঙই ?"

"করিগী খঙতোইদৌরিবনো, ফাহনা লৈরিবসিদবো। মপালগী লোইশঙগী উপুদা ক'হনা থম্লেদনা।"

ভ্রমরনা অতাব পূম্নক্কু গোবিন্দলালদা চত্তনা তম্মুরে। গোবিন্দলালনা ওহাক রাখল তৌরুরগা মঙক হ'ইরকই।

ভ্র। ঙক হাইরিবদি করিগীনো ?

গো। ঐহাক থাজদে রোহিণীনা হুরানবা লাকই হায়বসি। নংদি থ'জব্রা ?

ভ্রমরনা হায়রকই, "থাজদে।"

গো। নহাক করিগী থাজত্রিবনো অতুক হায়য় ভাসি? মীনদি ঙাংনরে।

ভ্র। নংনা থাজত্রিবদি করিগীনো ঐঙোন্দা অতুক হায়খো?

গো। মতু কোয়া হায়গে। নংনা থাজত্রিবতুগী মরম হায়া হায়খো?

ভ্র। নং হায়া হায়্?

গোবিন্দলাল নোক্লক্লে, অতুগা হায়রকই, "নং হায়া হায়খো।"

ভ্র। করিগী হায়া হায়রুনি?

গো। ঐহাক ভানিংই।

ভ্র। অশেংবা হাযুরা?

গো। অশেংবা হায়্।

ভ্রমর অতু হায়গে হায়গে তৌবদা হায়বা ঙংত্রে। ইকাইরতুনা ভুনিয়া মমাই লুকথতুনা লৈখ্রে।

গোবিন্দলালনা পুন্নমক্কু ভাব ভারে। হ'য়দগীস্ম অতুম খঙল-বনি। হায়া খঙংতুনা অস্থক য়ায়া ভক্লতুনা হংলবনি। রোহিণীবু মরাল লৈজদবীনি হায়বসি ভ্রমরনা থর'ইমক য়াওনা থাজে। মহাক মশাবু মশানা থাজবা অতুক, ভ্রমরনা মাবু মরাল লৈত্তবগী মরমদা থাজবা পোকই। অতুবু থাজক্লায়বা অতুগী মরমাদ থোইনা করিস্ম লৈতে—গোবিন্দলালতনা হায়খি, "মহাক মরাল লৈরম্মোহ হায়না ঐহাক থাজে।" গোবিন্দলালনা থ'জবা অতুত্তমা ভ্রময়গী থাজবনি। গোবিন্দলালনা মসি পুন্নমকসি মুয়া ভাব ভাই। ভ্রমরবু মহাক চংখোয়া থঙই। মরম অসিনা মহাক্লা কুচু মুবী অসিবু অস্থক ঙংশিজবানি।

নোক্লহুনা গোবিন্দলালনা হায়রকই, "নহাক করি মরমদনী রোহিণীগী মীচং চংলিবনো হায়বহু ঐহাক হায়ুরা ?"

ভ্র। ক'রগীনোনা ?

গো। মহাক্না নংবু কুচুমুবী হায়দহুনা লংনা শংবান্নবী হায় অহুননি।

ভ্রমরনা শাওশিন্নবা মিৎয়েংগী মিংচিনা হাইক্কেৎ য়েংলহুনা হায়রকই, "চংথোকহ্রো চংলো।"

গোবিন্দলালনা হায়রকই, "চংলে" অসি হায়হুনা গোবিন্দ-লাল চংপা হোরক্লে।

ভ্রমরনা তান্নহুনা ফীজি লাক্কুনা চিংলগা—"কদাইদা চংলিবনো ?"

গো। খঙলবদি অহুক হায়ুদনা কদাইদা চংলিবনো ?

ভ্র। হায়ূরা ?

গো। হায়ু।

ভ্র। রোহিণীবু কনবা।

"মানি" অসি হায়রগা গোবিন্দলালনা ভোমরাগী,মাইথোং থাজদা মুংশিনা চুপ্পক্লে। অর'বদা—তারবা-মীগী দমক রাবিবা থম্মোই অহুবু মীগী অরাবদা রাবিবা থম্মোইনা মুম্না মখক খঙলে—অহুনা গোবিন্দলালনা ভ্রমরগী মাইথোং-থাজহু চুপ্পনি।

---

## তরামাথোইশুবা তাঙ্কক

গোবিন্দলালনা কৃষ্ণকান্ত রায়গী মপালগী লোইশঙদা লাক্লে। কৃষ্ণকান্ত অহু অয়ুক ওস্তানা লোইশঙদা ফমহুনা লৈরম্মি,

পাক্লবা মোস্পাক্কী মথক্তা মোনশাংবা ইকোই কোইশিল্লহুনা, মনা-য়োম্বা হিদাকফুদা মনম হুংশিখা হিদাক থক্লহুনা মীরমলেন অসিদা লাইরমলেনগী মতৌ তমলি। নাকন অমদা চবুন চবুন পুনশিল্লহুনা খাজনাগী মিং চনখংপা বহি, খাজনা থৌনবা বহি, রসিদ, হিসাবকী বহি, খাজনা তোনবা ইবা বহি, নম্বাগী চেরাম অসিনচিংবা— অদুগা নাকল অমরোমদনা নায়েব, গোমস্তা, মহুরী, পিওন, তহশীলদার, আমীন, পাইক, প্রজাশিং লৈরি। মাংদনা মমাই লৈথা ওন্দুনা ফীরুক খুমহুনা রোহিণী লৈরি।

গোবিন্দলালদি মহাক্না লুনা তৌজরবা মনাওনিপাগী মচানি। হেক য়েীরকপগা হংলরে, "করি তৌরবগে ইপল ইবুঙো ?"

মহাক্কী খোঞ্জেল হেক তাবদা রোহিণীনা ফীরুক খুম্লিবহু খজিক্তং হাইদোক্নুনা মঙোন্দা হ'ইক্কেত্তং য়েংঙকই! মহু উবদা গোবিন্দলালদি কৃষ্ণকান্তনা মানা হংলিংহুগী করি পাউথুম পিরকপগে হায়বরোমদা থোইনা পুক্লিং চংবা ঙম্মুদ্রে। মহাক্না খল্লকই, য়েংলকইবা মিৎয়েং অসিনা হায়রিবসি করিনো? মমৈথংদা মানা লেপ্লে, "মানা য়েংলকপা মিৎয়েং অসিনা হায়'রবদি—নিজবনি।"

করি নিজরিবনো? গোবিন্দলালনা খল্লকই, অরাবদা তারবা মীনা নিজগদবসিবু করিনো? অরাবদগী কনবিয়ু অসিতান। নোংমা পুক্লি মপান্দা সিঁড়ি মথক্ত লেপ্লহুনা ঙাংনখিবা রারোলশিং অহুসু মহাক তাপ্পাসিদা নিংশিংলক্লে। গোবিন্দলালনা রোহিণীদা হায়খি, "নংগী করিগুম্বা অরাবা মরম লৈরবদি, ঙসিবু ওইরবসু মতুংদবু ওই-রবসু, ঐঙোন্দা খঙহল্লকউ।" ঙসিদি রোহিণী অরাবা হায়বহুমক তারে,

অতুনা হৌজিকী মিৎয়েং অতুনা মসিগী রাকমসি রোহিণীনা খঙহল্লকপা ওইবা ভাই।

গোবিন্দলালনা মথক্তা মপুক্লিংদা খল্লকই, "নহাকী মঙল, ওইজবা, মসিনি ঐহাক্না খল্লিবনু; মরমদি, হৌজিকসিদা নহাকীনি হায়না লেপ্লিগদবা কনাসু লৈজ্রে হায়বসি ঐ উরে। অতুবু তরাই তরাইবা খবক্তি নত্তে।" অসি খন্দুনা মপাল ইবুঙোদা হংওকই, "করি তৌরবগে ইপাল ইবুঙো?"

অহল ওইরবা কৃষ্ণকান্তনা রারম পুন্নমক মকোক্তগী লোইবা কাওবা গোবিন্দলালদা হৌজিক্তা তমথ্রবনি, অতুবু গোবিন্দলালদি রোহিণীগী মিৎয়েংগী রা শুপায়না খনবা হোৎনরিত্তৈদা করিমতা তাহৌদ্রে। মমাওগী মচাদুনা অয়ুকসু হংলক্লে, "করি তৌরবগে ইপাল ইবুঙো?" মসি তাবদা অহল অদুনা মপুক্লিংদা খল্লকই, "লোইরেদনা! নহা অসি যোং সুবী অসিগী থাক-মাইথোং উবদা তাওথ্রেদনা।" অতবু কৃষ্ণকান্তনা অমুক হন্না মকোক্তগী লোইবা কাওবা ওরাং অহিংগী থোদোকশিং অদু গোবিন্দলালদা তম্লে। তম্বা লোইরগা হায়রকই, "মসি পুন্নমকসি তৌওম্বা হয়রানা শীল্লিবা থুজিল ঙাকনি। ঐনা খনবদা যোং-সুবী অসিনা মঙোন্দগী লুপা চারগা অশেম্বা উইল অদু থনম্লগা অশেংবা উইল অদু হুরানবা লাকপা ওইরমগনি। অদুদগীদি কারবদুদা কিরকলদুনা অশেংবা উইল অদু শেগাইথোকত্রিবনি।"

গো। রোহিণীনদি করি হায়রিবা?

কৃ। মানবুদ্দি করি হায়গদগে? নত্তে হায়বসি মঙাইদনা।

গোবিন্দলালনা রোহিণীদা ওনশিল্লগা হায়রকই, "হায়রিবসি নত্তবদি করিনিনা রোহিণি?"

রোহিণীনা মমাই থাঙৎলকুনা তনিক-তনিকপা খোঞ্জাংনা হায়-রকই, "ঐহাক হৌজিক নখোইগী নথুঙ্গা তারবনি, ঐবু তৌকম খোকপন্থু অহুম্মক তৌবিয়ু, ঐহাক না মচেৎ অমা কাওবা ঙাংজ-ররোই।"

কৃষ্ণকান্তনা হায়রকই, "উরেদনা তৌ'ওম্বীসিগী ৱাঙাংসে ?"

গোবিন্দলালনা মপুক্রি দা খল্লকই, "তংবান অসিগী মী পুম্নমক তৌ'ওম্বা ঙাক নন্তে। খৌদোক অসিগী মহু দা তৌ'ওম্বা নত্তবা করিগুম্বা অমা লৈরম্ব। য়াই।" ফোংনা হায়রকই,— "মহ কপু করি তৌগনি হায়না তাকপিরবগে ? থানাদা লাম্থে'কপিগ্রগদ্রা ?"

কৃষ্ণকান্তনা হায়রকই, "ঐঙোন্দবু থানা ফৌজদারি হায়বা অমুক করি লৈরিবগে ? ঐনা থানানি, ঐনা মেজষ্টরনি, ঐনা জজনি। অহুগী মথক্তা কারন্থু লৈত্তবী মুপীমচা অসিবু কাদোক পিরগা ঐগী তৌবা ওম্বদা কার হেনগৎকনি ?"

গোবিন্দলালনা হায়রকই. "অহুদি করি তৌ'ববদা ত'রি ?"

কৃ। মরু অসি কোকথোকলগা য়াইঙং শুহু তৈশিন্দুনা কৌরাম হুমদোকবা হুমাইনা হুম্ন-হুম্নহুনা খুল অসিদগী তান্থোকখিগনি। ঐগী লমগী মনুংদা অমুক চংঙকহল্লরোই।"

গোবিন্দলালনা অমুক রোহিণীরোমদা ওনশিল্লগা হায়রকই, "নংদি করি হায়রি রোহিণি ?"

রোহিণীনা হায়রকই, "মহুদা করি মহাম তাবা লৈবগে ?"

গোবিন্দলাল অহু পূমঙক ওকখ্রে। হাইকেঙং খল্লগা কৃষ্ণকান্তদা হায়রকই, "ঐহাক করিগুম্বা অমত্তা হায়জনিংই।"

কৃ। করিনো ?

গো। মহাকপু ভহাক্ত দ থাদোকপিয়ু। ঐহাক আমিন য়াজগে—হৌজিক পুং তরা তাবা মতমদা অমুক পুক্তয়কে।

ক্তৃষ্ণকাস্তনা খল্লকই, "ঐনা খনবক্তুমক চুমলে। নহাসি হাইকেৎ মরাই অমা কারে।" কোংনা হায়রকই, "কদাইদা পুগদৌরিবনো? থংদোকদৌরিবগী মরম্না কারনো?"

গোবিন্দলালনা হায়রকই, 'অশেংবা য়াকমসি করিনো হায়বা খঙদোকপনা য়ায়ং চুম্মি। মী মরাম অসিগী মমাংদদি মহাক অশেংবা য়াকমন্থু হায়দোকনি হায়বা উত্রে। মাবু ইমু দা পাশল্লগা খরা হংদোক-হংজিন ভৌজগে"

কৃষ্ণকান্তনা খল্লকই, "মপাই মকোক হংগে মঙাই! .হৌজিক-কালগী নহারোলশিং অাস ও.স্থাক্লা ইকাইবা খঙজিল্লকরে। কৈ ইকাই খঙদবা নং! এস্থ নত্তীংদ্রু খেক্কবা খবক অমা তৌগেদো খঙগনি।" অাস খল্লুনা কৃষ্ণকান্তনা হায়রকই,— "কৈ কৈদোগে।" অাস হায়রগা কৃষ্ণকান্তনা পিওন অমদা হায়রকই, "হায়! নং মুপীসিবু পুরগা মীনাই—মুপী অমদা শিন্নহুনা ইমৌ-য়াইমগী মনাক্তা থাজিনখো, চেলহনখিবা য়াদে হায়।"

পিওন অহুনা রোহিণীবু পুহনা চৎখ্রে। গোবিন্দলালস্থ মপাল খোকথ্রে। কৃষ্ণকান্তনা খল্লকই, 'ছুর্গা! ছুর্গা!! নহারোলশিং অাসবু করি খোকলগবা?"

—

## তরানিথোইগুবা তাঙ্কক

গোবিন্দলালনা ইমুংদা চংলকলগা উরে, ভ্রমরনা রোহিণীগা লোই-নবা তখিন্না কমহুনা লৈরি। অকবা রা খরদং হায়গে হায়না খনবনি,

অদুবু থোক্লিবা থৌদোক অসিগী মরমদা অফবা রা ভাংলুরবসু রো'হিণী অদু হেক কপথোকখিগদ্রা খনবদগী কাংথোকপা ঙমদদুনা লৈরে। গোবিন্দলাল লাকপা উবদা ভ্রমর অদু মশা খর কোমজবগুম তৌরে। খুনা য়া'না থ'গ্লপ চথে'কখিদুনা গোবিন্দলালবু মথুং হন্তুনা কৌরকই। গোবিন্দলালন' ভ্রমরগী মনাক্তা চংলক্লে। ভ্রমরনা গোবিন্দ-লালদা য়াম্না লোম্না হংঙকই, "রোহিণীবু মফম অসিদা থারক্লিবা করিগীনো ?"

গোবিন্দলালনা হায়রকই, "ঐহাক লোম্না মঙো'ন্দা রা খরদং হংগে। অদুগী মতুংদগীদি মরাইংক্তা তঙ্গদু থোকচবা হায়রদুনি।"

ভ্র। করি হ গদৌরিবা ?

গো। মাগী মপুক্লি'গী রা। ঐহাকপু মাগী মনাক্তা ইথত্ত' থনম্বসি নপুক্লি'দুদা চিনরগা, মরুম অমদা কৈশিন্দুনা তাগে হায়রবসু তাও।

ভ্রমর অদু য়াম্না থোইদো শাংগৎলক্লে। ইক'ইবনা মম্নাই লুকখরদুনা তফিং-তফি'না মফম অদুদগী চেম্থোকখ্রে। অদুদগী চুমজ্রিং চাকশং য়ৌরকুবা তু লোমদগী পুজারী মুপীগী মশম লাকুনা চিংলুরগা হায়করে, "পুজারী হবেম্মা ! চাক থোংনা-থোংনা ফুজা-রারি অমতা লিম্বনা।"

অসোমদনা গোবিন্দলালনা রোহিণীদা হংঙকই, "থোক্লিবা থৌদোক অসিগী মরম পুম্নমক ঐঙোন্দা অদুক হায়দুনা ?" হায়-দোক্লি'ঘনা রোহিণী অদু থ্রো থ্রো থোংলবনি,—অদুবু হিংনা হিংনা মৈমুংদা চে'ংশিনবা ঙস্বী কাংলুপ অদুদা রোহিণীসু পো'ক্লবীনি— আর্যা নিঙোলনি। মহাক্না হায়রকই, "নপল ইবুঙোগী মফমদগী লোইনমক তারবদুনিদনা।"

গো। ইপল ইবুঙোনদি হায়রি, নহাক্না অশেঙ্বা উইল থনম্লগা অশেংবা উইল অদু হুরানবা লাকপনি। মসি অচুম্বরা ?

রো। চুমদে।

গো। অদুদি করিনো ?

রো। হায়রকহুনা করি অমুক কাম্লগদগে ?

গো। নহাক্কী অকবা ওইবা য়াই।

রো। নহাক থাদি থাজগত্রা ?

গো। থাজকম থোকপা রা ওইরবদি করিগী থাজরোই ?

রো। থাজকম থোকপা রা নত্তে।

গো। ঐঙোন্দা করিনা থাজকম থোকই করিনা থোক্কে হায়বদু, ইশানা থওজগদবনি, নংনা করম্না থওকম থোকই ? ঐদি থাজকম থোক্কবা রাসু করি করিগুম্বদা থাজবা য়াওই।

রোহিণীনা মপুক্কিংদা মথন্তা খনজরকই, "অদুবু নত্রবদি ঐহাক্না করিগী দময় নঙংলাংগী শিগে হায়না থোরাংলুগদগে ? করে হৌজিক্কি, ঐহাক শিবদা মতারবনি, অদুবু নংবু অমুক্কং চাংদি য়েংলম্লগা শিগে।" কোংনা হায়রকই, "মতুদি নংগী নত্তিক নুগুণ লৈবনা থোকপনি! অদুবু নঙোন্দা অরাবগী ৱারি অসি লিক্লহুনা করিবু কাম্লগদগে ?"

গো। ঐহাক নংগী কননবা থরদং তৌবা ওম্সু য়াই।

রো। করি কননবা তৌবিগদৌরিবা ?

গোবিন্দলালনা থম্লকই, "মসিগা রা ভাংনবিনিঙাই মী লৈতে। কৈ অদুম ওইনমক, মহাক অসি ৱারিবনি—মহাকপু তরাই তরাইনা হেক থাদোকপদি চুমদে।" কোংনা হায়রকই, "ম্রায়গা ইপল

ইবুংঙোদা হায়জ খোৎচন্থনা তৌগনি। মানা নংবু থাদোকপিবস্থ য়াই।”

রো। নংনা হায়জত্রগনা মহাক্না ঐঙোন্দা তৌগদবসি করিনো?

গো। মতুদি নংনা তারিবতুনিদনা?

রো। “ঐগী ইক্ক কোকনি, য়াইঙং তৈশিনগনি, লৈপাক-সিদগী তাম্থোকনি, অসিনিদনা। মতুগী অক-কন্তুদি ঐ থোইনা থঙলুদে। অছুবু মীংদা-থাবা অসি থোকপ্রবদা লৈবাকসিদগী তাম্থোক-পিবা হায়বতুদি ঐগী য়াইকবনি। ঐবু তাম্থোক্ত গস্থ ঐ ইশানা অতুম্বক চচ্চগ্রপদবনি। অমুক ময়াম মমাংদা শক অসি করম্না উংজুপদগে? য়াইঙং-শুনু তৈশিনবদি থোইনা অরুম্বা দগ্রি নত্তে, চামথোকপ্রগা মরাইনা কোকচখিগনি। অতুগা অমনা শম অসি -” অসি হায়তুনা রোহিণীনা মহাক্কী ইথক-ইপেম্না থল্লবা-অমুবা-পুখ্রিগা পাংথক ওইরবা শমলাংশিং অতু মুম্না য়েংঙকই —অদুগা হায়রকই,—“শম অসে— কাটি অমতং লৌহনবিরু, ঐহাক ননাও ইংবেম্মগী শম্বান্দোং শেম্নবা লোয়নমকসি ককথত্তুনা থমজরমগে”

গোবিন্দলাল অতু মথরাইদা মুংঙাইতবা পোক্লে। মুংশাখর মপী অমা হোল্লগা হায়রকই, “থঙলে রোহিণি! মীংদা থীবা অসিমক্তনা নংগী খ্বাইদগী লুম্নবা দগ্রি তারে। দগ্রি অসিদগী নাম্থোকপা ওমত্রবদি নহাক অতৈ দগ্রিবু থোইনা নাচুংবা পোক্তে”

হন্নক্তি রোহিণী অতু কপ্লক্লে। থম্মোইমুংদা গোবিন্দলালবু মগীং মাইদনা থাগৎলক্লে। মানা হায়রকই, “হৌজিক্তি থঙবিরবনিনা ঐঙোন্দা তাকপিয়ু, মীংদা-থীবা অসিদগী ঐবু কনখিবা ওমগত্রা?”

গোবিন্দলালনা ঙহাক রাখল তৌরগা হায়রকই, মহু ঐহাক

পাঁক হায়বা ওমদে। অশেংবা রা অহু তারগা ওমগনি ওম্মোই হায়বা ওমগনি।"

রোহিণীনা হায়রকই,"করি খঙবিনিংবা, ভাকপিয়ু।"

গো। নংনা মৈ থাদোকখি হায়বহু ক'রিনো?

রো। অশেংবা উইলনি।

গো। কদাইদগী ফংলুই?

রো। নপল ইবুঙোগী ইমুংদা, দেরাজদা।

গো। অশেংবা উইলদি মফম অতুদা করম তৌনা লৈরম্লিবনো?

রো। ঐ ইশানা থনম্বনি, অশেংবা উইল ইবগী অহিংহুমফুদা ঐহাকি ইশা লাক্লুনা অশেংবা উইল অহু হুরাম্লগা, অশেংবা উইল অহু থনম্বনি।

গো। করি মরমগীনো, মহুনা নংনা করি কাম্বা লৈ?

রো। হরলাল বাবুনা হায়জবদগীনি।

গোবিন্দলালনা হায়রকই, "অহু দি ওরাং অহিং অমুক করি তৌবা লাক্লিবনো?"

রো। অশেংবা উইল অহু থনম্লগা অশেংবা উইল অহু অমুক হুরাম্লবা।

গো। করি মরমনগীনো। অশেংবা উইল অসুবা করি করি ইরদনা।

রো। বড় বাবুগী শিকি অহুম—অহুগা নংগীনা পৈশা অমা।

গো। করিগীদমক উইল অমুক ওম্লোক-ওনশিন তৌবা লাক্লিবনো? ঐদি নঙোন্দা হায়জবসু লৈতে।

রোহিণী অহু কপ্পা হৌরক্লে। মায়া রানা কপ্পা থাম্লগা হায়রকই,

"চুপ্নি হায়জরদে—অদুবু ঐহাকী হন্দকী মপোকসিদা অমুক্তম্ন কংজত্রিবা—মপোকসিদা কংকমম্ন থোক্তবা—পোৎশক অদু নহাক্না ঐঙোন্দা পিনবিরে"—

গো। করম্বা পোৎশক্নো অদুদি রোহিণি ?

রো। নোংমা বারুনী পুক্রিগী মপানগী রা অদু নিংশিংবিয়ু।

গো। করম্বা র' রোহিণি।

রো। করম্বা য়ানো হ'য়বা ? মপোকসিদা ঐহাক হায়দোকপা ওম্মোই—করম্বা য়ানো হায়বমু। অটৈ অমুক মখা তাবিরগনু। লাইথুং অসিগী লাইয়েংনিঙাই লৈতে—ঐহাকী কোকফম অমুক লৈরে। ফু কাংলম্নবদি ঐহাক চারমগদবনি ; অদুবু নহাকী নয়ুমসিদদি নরে। নহাক ঐগী ফননবা শীর্ণিবা ওম্মরেই, অদুবু অমতংদদি তৌবিবা য়াই—ঐহাকপু অমুক্তা থাদোকপিয়ু, থরাই অসি পেন্না অমুক্তা কপচ-রুগে। মহুগী তুংদা ঐহাক হিলকপা থোক্লবদি, ইরু অসি কোক-থোক্লগা য়াইঙং-শুমু তৈশিন্দুনা লৈপাকসিদগী তানগে হায়রবমু তাম্থোকপিয়ু।

গোবিন্দলাল অদু পূম্নমক্কাসি তাব তারে। মিংশেলদা তাবা মমিগী মতৌগুম রোহিণীগী মপুক্তিং অদু ভগেংনো উবা ফংলে। মহাক খঙলে, ভ্রমরবু শুমহৎলিবা মন্ত্র অদুনা অমুবা লীল অসিবুসু শুমহৎগ্রে। মহাক হয়াওবসু দৈতে—থাওনিংবসু পোক্কে—সমুদ্রগুম্নবা থম্মোই অদু ইমাই পাথোরক্কুনা থৌজালগী মরমগী অমা হোৎলক্লে। হায়রকই, "রোহিণি, শিখিবনা নহাকী অফবা ওইরগনি খল্লি, অদুবু শিকহুনা থোইনা কায়রে। পুম্নমক অসি মথৌ অমমমপা তেংবান অসিদা লাক্লিবনি—মথৌ পাংথোক্লমদনা করিগী দমক শিখিকম থোকপগে ?"

গোবিন্দলাল অদু ওহাক লৎ-লৎ ভৌদুনা লৈরে। রোহিণীনা হায়রকই, "ভাকাপয় কৈদোগে ?"

গো। নহাক লৈপাক অসি থাদোক্লুনা চৎপা তাই।

রো। করিগীনো ?

গো। নং নশানা হায়বদাই, লৈপাক অসি থাদোক্লুনা চৎনিংলে হায়দুনা।

রো। ঐনা হায়বদি ইকাইবগী দমক্কি, অদুগা নংনা হায়রিবনা করি মরমগীনো ?

গো। নংগা ঐগা অমুক উনদনবগী দমক্কি।

রোহিণীনা উরে, পুম্নমক্‌স গোবিন্দলাল ভাব ভানা খঙলে। মপুক্কিদা য়াম্না পেন্দবা অমা পোক্লক্লে—থুংঙাইবগী ইন্নন অমা কাও-য়ক্লে, মাগী অরা-অনা পূম্বা কাওখ্রে। মহাক অমুক হিংানংলক্লে। অমুক হন্না মহাক লৈবাক্লুদা লেঙদনা লৈনিংলক্লে। মীওইবা হায়বসি মীথা ওন্থোক্লা পোন্না।

রোহিণীনা হায়রকই, "ঐহাক হৌজিকমক চৎলু হায়রবসু য়াই, অদুবু কদাইদনো চৎকদৌরিবসিবো ?"

গো। কলকত্তাদা। মফম অদুদা ঐহাক ঐগী মরুপ অমদা চিঠি পিগে। মহাক্না নংগী নয়ুম অমা লৈ দুনা পিগনি, নংগী পৈশা ভিংলোই।

রো। ঐগী খুড়াদি করম তৌগনি ?

গো। মহাকসু নংগা লোয়নন্না চৎকদবনি, অদুবু নত্রবদি ঐহাক মংবু কলিকত্তাদা চৎলু হায়রোই।

রো। মফম অদুদদি করম্না থবাই হিংনবা হোৎনগনি ?

গো। ঐগী মরুপ্পুনা নংগী খুত্তাগী থবক অমা থিন্নুনা পিগনি।

রো। খুত্তাদি লৈপাকসি থাদোক্লসি হায়বা করম্না য়াররকনি?

গো। নহাক মহাকপু পুন্নমকসি শীল-লাংলবমক্তদা য়াহনবা শুপ্নোইদ্রা?

রো। শুমগনি, অদুবু নপাল ইবুঙোবু য়াহনগদবসিদি কনানো? মহাক্না ঐবু করম্না পাক হেক থাদোক্লকদগে?

গো। ঐনা য়ানবা হায়রগনি।

রো। অদু ওইররবদি ঐহাক্কী মীংদা থীবগী মথক্তা অমুক্তা হেন্না থীরগনি, নংমু হায়কেং মীংচৎ-থীবা থোক্লগনি।

গো। চুপ্পি, নংগী দমক ইপাল ইবুঙোদা ভ্রমরবু হায়হল্লগে। নহাক হৌজিক ভ্রমরবু থিরু। মহাকপু যক্ষম অসিদা থাররুগা, নহাক্না থংনবা কা অসিদা লৈয়ু। হেক কৌরকপদা ভা-নবা লৈগদবনি।

রোহিণীনা মপি তরং-তরং চেল্লহনুনা গোবিন্দলালবু চিংনা য়েংল-য়েংলহনুনা ভ্রমর থিবা চৎখ্রে। অমুক্না মীদা থীবগী লিপুক্না রোহিণীগী অহানবা মুংশি-শৈশক তৌখ্রে।

---

# তরাহুমদোইশুবা তাঙ্কক

ভ্রমরনা মকুইবুঙোদা করিগুম্বা অমতা হায়জরু হায়বসি য়াদ্রে—য়াম্না ইকাইকৈ, শুমজরোই হায়রে। মরম অদুনা গোবিন্দলাল মশামক কৃষ্ণকান্তগী মনাক্তা চৎলে; কৃষ্ণকান্তদি মতম অদুদা চাক চাবা তোক্লুনা কমুংদা উইরুম-উইরুম তৌরহনুনা তোংজৈ পায়না-পায়না হিপ্পি। মাইকৈ অমদা মহাক্কী মনাক্তোন অদুনা নাদম্বুরদা লাপথং-

নেমথ ভৌহুনা তাল্মূর্চ্ছনাগা লোয়ননা মথল মথা অয়াম্বা রাগ-রাগিনী ওংলি—অহুগা অমরোমদনা মাগী মপুক্লিং অহু অহিকেনগী খৌজাম্না মরোল-অহুম কোইবা-ভম্বা শগোলদা তোংলহুনা মকম কয়াদা কোইচৎ চৎলি। রোহিণীগী খাজ মায়খোংগী মমি অহু হুমুবা অহুগী মপুক্লিংদসু কাওজিনগ্রমাল্লে নিংই,—থা-না খোক্তবা লস্থ নৈত্র ? অহু নত্রবদি হুমুবহু অকিঙ্গী নেশা পাল্লক্রবদা করম্না মহাকী শকফসু ইন্দ্রাণী ওইনা উরুগদগে ? কৃষ্ণকান্তনা উরক্লে, রোহিণীনা মকম ইথঙ খওহৌদনা ইন্দ্রগী শচী ওইখিহুনা মহাদেবগী শঙ্গোলদা কাও হুরানবা চংলক্লে। নন্দীনা ত্রিশূল পায়না পায়না কাওগী শজিক হুনবা চংওকপদা থেংনহুনা কারে। নন্দীনা রোহিণীগী ইফা কারবা শমলাংশিং অহু পায়রহুনা কোইচিং চিংলি, তাঙ্গাহুদা কার্তিকী রাহোংনা খেংনরহুনা মাগী অহুগুম্বা নীংহুবগী হায়থরক্লিবা খোইরপ তৌবা শম্না শিং অহুবু মতোক কল্লবা লীলগী মপৈ ওইনা খল্লুহুনা য়োংকে ভায়রক্লি—খুদক অসিমক্তদা কার্তিক মশামক্তা রাহোংগী লমহেন্নবা থোদো অহুগী দমক রাকৎকে হায়রহুনা মহাদেবগী মনাক্তা চংলহুনা কৌরকই, "ইপল ইবুঙো !"

কৃষ্ণকান্তনা ওকপগা লোয়ননা খল্লকই, "কার্তিকনা মহাদেবদা করি মরমদগী ইপল ইবুঙো হায়না কৌরিবনো ? তঙ্গা অসিদা কার্তিকা অমুকসু কৌরকই, "ইপল ইবুঙো !" কৃষ্ণকান্তনা মহু ভাবদা মখোইদো য়াম্না শাওগৎলহুনা কার্তিকী মনা নৈগে হায়রহুনা মখুৎ খাল্লৎলকই। খুদক্তুমক্তদা কৃষ্ণকান্তগী মখুত্তগী তোংঙৈজ অহু নাম্বু-খিহুনা শ্রেং-শ্রেং লাওনা পানা ক গোক মথক্তা তাপ্রে, ক'গোক অহুসু অমুক শ্রোং-শ্রোং লাওনা তাখিহুনা চিনগুপশেল মথক্তা ওম্রে,

অতুদগী তোংজৈ, কগোক, চিনগুপশেল পুন্নপ ওংমিন্নখিতুনা লৈপাকথক য়োথ্রে। মখোল অসিদা কৃষ্ণকান্তগী ভুম্বা কায়রে। মহাক্না মমিং পাংথোক্লকপদা উরে, অওইবমক কার্ত্তিক মাংদা লেপতুনা লৈরমলে। থাইস-হেক-শেংবা কার্ত্তিকী মতৌগুম্না গোবিন্দলালনা মমাংদা লেপ্তুনা লৈরি—অদুগা কৌরি, "ইপল ইবুঙে।" কৃষ্ণকান্তনা ওকিং-ওকিং হৌগত্তুনা কয়গা হংলকই, "করিনো গোবিন্দলাল?" গোবিন্দলালবু অহল অসিনা য়াম্না লুনা চায়না তৌই

গোবিন্দলালন্থ মথরাই মু ডাইরকত্রে—হায়রকই, "তূম্বিখো—ঐহাক খোহনা অরুবা থবক লৈতুনা লাকপা নত্তে।" অসি হায়দুনা গোবিন্দলালনা চিনগুপশেক অদু লৌথত্তুনা কীভম চানা থম্মে, কাগোক অদুস্থ লৌখৎলগা মকম চানা থম্লত্তুনা তো জৈ অদু কৃষ্ণকান্তগী মখুত্তা লানশিল্লে। অদুবু কৃষ্ণকান্তদি মরিংজেল থাবা অহলনি, পাক পাক কাওবিবা মীত্ত নত্তে, মপুক্লিংদা মথন্তা হায়জরকই, "অতৈগী নত্তে, মায়থাবসি খাজমানথী য়োং-সুবী অদুগী না হায়বা লাক্লিবনি।" কোংনা হায়রকই, 'ঐহাক তূম্বা ওক্লে—অমুক তূম্মরোই।"

গোবিন্দলাল অদু হাইফেৎ অন্নাবদা ভাগ্নে। রোহণীগী মরমদা কৃষ্ণকান্তনা না হায়বদা অমুক্তদি করিমতা ইকাইবা পোকলমদে, হোংজাক্ত হাইরপ ইকাইবা অমা পোক্লে। হায়গে তৌনা তৌনা হায়বা ইওম ওখদ্রে। রোহিণীগা বারুণী পুখ্রি মপানগী না ওংনখিবদুদা হৌজিক ইকাইনসি পোক্লবরা?

অহল অদুনা নোংকংলবা মত্তৌ অদু য়েংলক্লে। গোবিন্দলালনা না হৌদোকপা ওমদবত্থ উবদা মহাক মশানা মথোইগী জমীদারীগী না হৌদোরক্লে— জমীদারীগী না লোইরবা মতুংদা ইমুং মচুংগী না, ইমুং

মন্থংগী রা লোইরবা মতুংদা মোকদ্দমাগী রা মথং মথং হৌদোরকলে, অদুবু রোহিণীগী রাকমদি শুকপন পল্রে। গোবিন্দলালনু রোহিণীগী অরমদা শুকাং কাংথোকপা ঙমদ্রে। কৃষ্ণকান্তদি মপুক্নিংদা মথন্তা পংনোক্তা নোক্লকলে। ওন্থোক্না কত্রবা হন্নবনি।

অতুদগীদি গোবিন্দলাল অদু হন্দুনা চংপা তারদুনা হল্লক্লে— মদু উবদা কৃষ্ণকান্তনা মাগী মুংশঙরবা মনাওনিপাগী মচা অদুবু অমুক কৌশিল্লদুনা হংঙকই, "অমুক নংনো জামিন য়াদুনা পুখিবা মুপী অদুবু অশেংবা রা থরা হায়দোক্লকলবরা?"

মসি তাবদা গোবিন্দলালনা তাঙ্গা কংলদুনা রোহিণীনা অহায়-বশিং অদু শন্নপ্পা ঙমলে। বাকনী পুথ্রি মপান্দা থোকখিবা রাকম অদুবদি হায়দোকত্রে। মদু তাবদা কৃষ্ণকান্তনা হায়রকই, 'চৌজিক্তি নহাক মহ'কপু করি করম তৌবদি পাম্মি?"

গোমিন্দল'লনা ইকাইরদুনা হায়রকই, "ইপল ইবুঙোনা পাম্বা অদু ঐখোইগীনু অপাম্বনি"

কৃষ্ণকান্তনা মপুক্নি'দদি নোকলগা মপাম্বোদা উত্তি উত্তনা হায়-রকই, "ঐহাক মাগী শরাঙ্গ থাজদে। মাগী মক কোকথোকলগা য়াইঙং শুদু তৈশিন্দুনা থুল অসিদগী তাম্থোকত্রো — করি হায়বগে?"

গোবিন্দল'ল অদু ছুমিন্না লৈত্রে। মদু উবদা যত্রবা অহল অদুনা হায়রকই, "অদুগা নখোইনা শনবদা মরাল লৈতে হায়রগনা থাদোকপিত্রোদনা।"

মসি তাবদা গোমিন্দলাল অদু স্বর চনিংতানা হোল্লদুনা অহলগী মথুক্তগী নাম্থোরকলে।

---

## তরামরিশুবা তাঙ্কক্

রোহিণী অমসুং গোবিন্দলালনা হায়বা মতুংইন্না লৈকৈদা চৎলবা শেম শাবা ময়ুমদা লাকলে। মথুড়াদদি করিমত্তা হায়দনা মহাক ইমুং লমন্নাইদা কমথক্লনা কপ্পুনা লৈরে।

"হরিদ্রাগ্রাম অসি থাদোক্লুনা ঐ মকম কৈদম্ চৎলোই, অদুম ডৌরবদি ঐহাক অমুক উবা ফংদনা অচুম্বক শিরগনি। ঐনা কলি-কাতাদা চৎপ্রবদা গোবিন্দলালবু করম্না উবা ফংগনি ? ঐ চৎলরোই। হরিদ্রাগ্রাম অসিনা ঐগী স্বর্গনি, মকম অসিদা গোবিন্দলালগী মন্দির লৈ হরিদ্রাগ্রাম অসিনা ঐগী মোংকমদা, মকম অসিদা ঐহাক চাক্লুনা অচুম্বক শিগনি। মোংকমদা শিজবা ফাওবা ঐগী ইরাইকক-সিদা তমলমত্রবরা ! ঐনা হরিদ্রাগ্রাম অসি করিগুম্বা থ দোক্লুনা চত্রবদা ঐবু কনানা কৰি ডৌরগনি ? কৃষ্ণকান্ত রায়না ইরু অসি কোকথোকলগা য়াইথং শুম্ন কৈশিন্দুনা লৈবাকসিদগী তাম্থোকলগে হায়গত্রা ? অদু ওইরবসু ঐ অমুক হুম্না ল কনি। গোবিন্দলালনা শাওরগত্রা ? শাওরবসু শাওসন্ন— অচুম অচুম ওইনমক ঐহাক মশক্তদি উবা মকংলগনি। ঐগী মিৎ অসি কোথোকখিবমক্তি ডৌরোইদনা ? ঐহাক চৎলরোই। কলিকাতাদসু চৎলরোই, মকম অমদসু চৎলরোই। চৎপা তারগা যমগী ময়ুমদা চৎকনি। অতৈদদি শুকচৎ চৎলরোই।"

য়াথল অসিদা লেপ্লদুনা, ইকাই-খওত্রবী রোহিণী অমসুং হৌপৎ-লক্লুনা থোঙ হাংদোকলগা অমুকহন্না "পতঙ্গবদ্বহ্নিমুখং বিবিক্ষুঃ"— গোবিন্দলালগী মনাক তান্না লাকলে। মপুক্লিংদা অসুম্বক হায়জরকই,—"হে জগৎকী মপু, হে ডোন্নবগী মদুত্তো, অরাবা তারবা মীগী লেওত্রবা

মরুপ, ঐদি শ্বান্না লাইবক থিরবীনি, শাথীনা ঋারবা ইপাক্তা ভারে—ঐবু কনবিয়ু— ঐগী থম্মোইহুংদা চাক্লবা খাংওমজবা হুংশি-মৈচাক অসি নহাক্না মুথৎপিয়ু—ঐবু অমুক ভোঠনা থম্বিরগনু। ঐনা উনবা চচ্চরিবা মহাক অসিগী মশক— উরিবমথৈ মৈচাক অম্লম্মক হেমগৎ-লকই—মপাল নাইত্রবা হুংজাইবা ফাওরকই। ঐদি লুপ্রা ওইরবীনি, ঐগী ধর্ম্ম মাঙব্রে, হুংঙাইবা লোইব্রে থম্নাই য়াওদ্রে— করি অমুক লৈরিবগে প্রভু? করম্না ঐনা ঙাকপা ঙমগদগে? হে ঈশ্বর! হে দুর্গা, হে কালী—হে জগন্নাথ। ঐঙোন্দা অফবা ঋাথল পিনবিয়ু—পুক্লিং অসি ঋাথতনাবিয়ু— ঐহাক মৈচাক অসি অমুক পুহনা লৈবা ঙমজররোই।"

অদুবু ইরাং হৌরবা, মীগী ওইত্রবা, পল্লেপকম নাইদ্রবা—হুংশি-ঋাথলদা ইরাক্লরবা থম্মোই অদু— খাম্বা য়াবা লৈখিদ্রে। অমুকশু থল্লকই, হ চারসিরা; অমুকশু থল্লকই, গোবিন্দলালগী মথোক্ত কোনজতুনা থম্মোই শেংনা রারম পূম্নমক অসি হায়রসিরা। অমুকশু থল্লকই, থাকনীদা চেংথতুনা শিরসিরা। অদুগা অমুকশু থল্লকই, ধর্ম্মকা অমুক ইয়েং শেংবা তৌদনা গোবিন্দলালবু মুন্দুনা লৈপাক ঋাংমা লম্ন চেনথ্রসিরা। রোহিণী অদু কপ্পা কপ্পা গোবিন্দলালগী মনাক্ত অমুক হৌরকলে।

গোবিন্দলালনা হংঙকই, "হৌজিক্কি কক্ষিক'ত'দা চৎপা হায়-বদু লেপ্লেদনা?"

রো। লেপ্লে।

গো। করি ঋানো হায়রিবদুদে? হৌজিক্তা ঐগী ইকমদা ঋাদুনা চৎথ্রবা নত্তা?

রো। ঐহাক চৎপা ওয়রোই।

গো। অদু রোয়বদি ঐহাক হায়বা ওমত্রে। নবু মমছুনা চৎহলনবা ঐগী করিগুম্বা ইত্তিক অমত্তা লৈতে অদুবু চৎলবদি য়াম্না কপনি।

রো। করিগী দমক্তা কপদৌরিবনো?

গোবিন্দলাল অদু মমাই লূকথদুনা লৈপ্রে। ময়ম পুম্নমক ওগাইনা হেক তাকদবসিবু মহাক্তা করি খোক্লদুনবনো?

অদুদগীদি রোহিণী অদু তুমিন্না মপি তৈথোক তৈথোক্লদুনা ময়ুমলোমদা হনখ্রে। গোবিন্দলালনা মথন্নাইদা য়াম্না শোক্লদুনা মাথল তৌবা হৌরকই। তাঙ্গা অদুদা ভোমরানা খেক্ল-নৌনা হাই হুম্লদুনা মকম অদুদা লাক্লে, অদুগা হায়রকই, "করি মাথল তৌরিবনো?"

গো। মং খঙলবদি অদুক হায়দনা?

ভ্র। ঐগী অমুবা মাইথো শিবুনি।

গো। ——হিঃ——

ভ্রমরনা য়াম্না শাওনা হায়রকই, "করি হায়রিবা?" ঐবু খনবা মত্তবা? ঐবু নত্তনা পৃথিবীসিদা মংনা খনগদবসিবু কনা লৈরিবগে?

গো। করিগী লৈরোইদৌরিবনো? পুমথন্ত হেক খঙলবদু মত্তাই! ঐহাক অতোপ্পা মী অমবু খল্লিবনি।

মদু তাবদা ভ্রমরনা গোবিন্দলালগী ওকপম কোম্শিল্লদুনা মুংশিনা মাইথোং অদু চুপ্লগা, মুংশি মীনে'ক্তা ইরোইনবা মত্তেক মত্তেক ওইবা মাঙাংনা হংলকই, "অতৈ কনাবু খল্লিবনো হায়্?"

গো। নঙোন্দা হায়রগা করি কাম্নগদগে?

ভ্র। অদু ওইরবস্থ হায়্ হায়রবা?

গো। নং শাওরকনি।

ভ্র। শাওরবম্নু হায়।

গো। অছুগী শরুকপুদি চৎলো, ময়ামম্না চাক চাবা লোইরবরছুম য়েংউচো।

ভ্র। হোইনে য়েংউগেনে—অছুবু হাঁরো হায়বা, কনানো মী অদো ?

গো। তৌওম্বী রোহিণীবু থম্লিবনি।

ভ্র। করিগী রোহিণীবু থম্লিবা ?

গো। মছুদি কনানা খঙগনি ?

ভ্র। নং খঙইপোৎনি—হায়

গো। মী অৎনা মী অমবু থম্নজনে ?

ভ্র। থম্নদে। মানা মানা মুংশিনবা মী অহুতবু থঙ্গে। অছুনা ঐহাক নংতবু তা থম্লি—নংম্নু ঐবু তা থম্নগদবনি

গো। অছু ওইরবদি ঐহাক রোহিণীবু মুংশিবা তারেদনা।

ভ্র। ওইদবা য়ানি—নহাক ঐবু মুংশিগদবনি—অতৈ কনাবুম্নু মুংশিরবা য়াদে; করিগীদমক রোহিণীবু থম্নুরিবনো হায় হায়বা।

গো। তাইখো, লুপ্রাবীনা তা চাবা য়াব্রা ?

ভ্র। য়াদে।

গো। লুপ্রাবীনা তা চাবা য়াদে ; অছুগা তারিনীগী মমানা চারিবসিদি করিগীনো ?

ভ্র। তৌ'ওম্বী হায়বছুনি হৌনদবা থবক তৌরবদি।

গো। ঐসু তৌ'ওম্বা হায়বছুনি হৌনদবা থবক তৌরে। রোহিণীবু মুংশিরে।

ভ্রমরনা গোবিন্দলালগী মথক্তাইদা খুবাক্লা তপ্পপ পোপ লাওনা থারে। অতুদগী য়াম্না শাওনা হায়রকই, "ঐহাক শ্রীমতি ভোমরাগ দাসীনি— ঐগী ইকমদবু ওইদবা ভাংবদি।"

গোবিন্দলাল লাল্লে মশামা য়ারে। ভ্রমরগী মরেংবান্দা মথুৎ থরুহনা, কুপাইনা-শাংলবা অশংবা থরো মাক্লবা নিংথিজরবা মাইথোংহু খুবামহুদো চিংশিল্লগা তপ্পা তপ্পা অহুমদি ওইরগা থম্মোই পোকলবা খোম্থাংদা গোবিন্দলালনা হায়রকই, 'দাসি, ওইদবা য়াসি ভোমরা। ঐহাক রোহিণীবু কুংশিরবা লৈতে। অদুবু রোহিণীনদি ঐবু কুংশিরে।"

য়াম্না কীংনা গোবিন্দলালগী খুবামহুংদগী মমাই অহু লৌথোক্লগা ভোমরা অহু থাপ্পা হন্দোক্লনা লেপ্লে। কুংশা-মগী হোল্ল হোল্লহনা হায়রকই, "ইকাই'খত্তদবী,—তৌ'ওম্বী—য়োংসুবী— মহাক্তা শিগ্রসহু শিগ্রসহু ! শিগ্রসহু ! শিগ্রসহু !"

গোবিন্দলালনা নোক্লহনা হায়রকই, "পংদৈদা হেক্তা চৈরিবসিবু করিগীনো? মংগী অথোইবা লল মনি অহুদি হৌজিক কাওবা মুন্দুনা পুথিবদি নত্রিদনা।"

ভোমরানা হাইক্কেৎ মথরাই শোক্লা হায়রকই, "শিয়াঃ— মতুবু মাগী মতিক্ল— অদুবু য়োংসুবী অহুনা মহুবু নপ্তোন্দা হায়রিবসিবু করিগীনো ?"

গো। মতুদি চুম্মি ভোমরা — মহাক হায়বা চুৎদবনি— অহুনি ঐনা থল্লম্মিবা। ঐহাক মাসু ময়ুম হোৎহুনা কলিকাতাদা লৈক্লনবা হায়রবনি— মহুগী অওতবা পেলমথৈসু পিগে য়ারবনি।

ভো। অহুদা মানা করি হায়রবা ?

গো। মহাক চৎলু হায়বা য়াজে।

ভো। করে অহু ওইরবদি, ঐহাক মতোন্দা না অমত্তংদি তাকপিগেদনা ?

গো। তাকউ কৈদোগে, অহুবু ঐহাক না অহুদি হান্না তাখিগে।

ভো। তাও।

অসি হায়রুনা ভোমরানা "ক্ষীরি! ক্ষীরি!" হায়রুনা মীনাই-তুপী অমবু কৌরে।

অহু তাবদা ক্ষীরোদা, অমদি ক্ষীরোদমণি, অমদি ক্ষীরোদদ্ধিতনয়া, অমদি ক্ষীর অহু ল'তুনা মনাক্তা লেপ্লরে। মহাক অসি নে'য়-চাওবী— পুমহৈ ওইনা তৌবী খোঙজীশিবী, খ্বাংলৌ চাওনা য়াম্ববী— নোকমি নোকমিতা তৌতুনা লৈবী মীওইনি। ভোমরানা হায়রকই, "ক্ষীরি, তৌ'ওবী রোহিণীগী মনাক্তা হৌজিক ওহাক্তং চৎলুবা ওমগদ্রা ?"

ক্ষীরিনা হায়রকই, "করিগী ওঙ্খোইদৌরিবনো, করি হায়ক হায়বগে ?"

ভোমরানা হায়রকই, 'ঐনা হায়রকই হায়, মহাক থুনমক শিজংগ্রা হায়না।"

"অহুগী ওইরে?—অহুদি চৎলগেনে।" অসি হায়রুনা ক্ষীরোদা অমদি ক্ষীরি অহু খোঙজী মখোলগা লোয়ননা থরা চৎপা হৌরক্লে। তাপ্পাহুদা ভ্রমরনা অমুকসু হায়রকই, "মানা করি হায়রকপগে হায়বহু, ঐঙোন্দা অমুক তম্মগদবনি।"

"কৈ" হায়রগা ক্ষীরোদা চৎখ্রে। থোইনা পংকুই কুইদনা অমুক হল্লক্লগা হায়ররে, "হায়রুরে।"

ভো। মহাক্লা করি হায় ?

ক্ষীরি। মহাক্লা হায়রকপা হায়রবু, মতুগী উপায় তাকপিরকউ হায়।

ভো। অতুদি অমুক্তা চৎলু, মঙোন্দা হায়রুচো— বারুনী পুখ্রিদা— য়াচংবা মতমদা— শনাবুল গুক্তা কিশিল্লগা— খঙলবরা ?

ক্ষীরি। খঙে।

ক্ষীরি অমুক চৎখ্রে, অতুদগী অমুক হল্লক্লে। ভোমরানা হংঙকই, "বারুনী পুখ্রিগী ৱাহ্ হায়রম্মব্রা ?"

ক্ষীরি। হায়রম্মে।

ভো। মহাক্লা করি হায়রকই ?

ক্ষীরিনা হায়রকই, "কে হায়."

গোবিন্দলালনা হায়রকই, "কবি মত্তোনো অতুদি ভোমরা ?"

ভোমরানা হায়রকই, "চিংনকন্নু। মহাক কদৌভেদস্ন শিরোই। নংগী নশক্তা ভাওখ্রবা মী অতুনবু শিব্রা প্যাক ঙম্মা হৌনব্রা ?"

---

## তরামঙাশুবা তাঙ্কক

নোংমগী তৌগদবা মথৌ পুন্নমক লোইরদুনা নিতিগী চৎলকপা মতুংইদা গোবিন্দলালনা হুমিং তারমদাইদা বারুনী মপান্দা লৈবা লৈকোল অতুদা কোয়চৎ চত্তুনা লৈরি। লৈকোলদা কোরবা হায়রবসি গোবিন্দলালগী হুংঙাইজবা অমনি। উথোং খুদিংমক্তা অতুম-মরিরক হন্না কোয়চৎ অনুম চৎলি। ঐখোই হৌজিক উপালশিং অতুগী ৱাদি

হায়রয়োই। বারুনীগী মপান্দা লৈকোল মল্লংদা য়াংলবা কম্পাক অমা লৈ, কম্প্যাক অতুদা মুংঙৌনা শাবা স্তুপীগী মুর্ত্তি অমসু লৈ। স্তুপীগী মূর্ত্তি অদু কৌজোন-ত'থাইদা শেংপী'নি—মমাইন। লৈমায়-লোমদা ওল্লি— চক্ষূ অমদগী মশাগী মথোঙ অনিহুদ ঈশিং হৈথবগী মগুং ওইনা তৌরি,—মহাক্কী মাইকৈ মরিদা কম্পাক মথক্তা লংলবা গমলাশ দা পিক্ক পিক্কবা লৈরাং থন্না শাংলরা পাম্বিশিং - জিরানিয়ম, তাবিনা, ইউফরিয়া, চন্দ্রমল্লিকা, গোলাপ— অদুগা মথ দনা কম্পাক অদুবু কোইশল্লদুনা কামিনী. যু'থকা, মল্লিকা, গন্ধরাজ অসিনচিংবা মনম মুংশিরবা চরৈবাক লমগী লৈরাং পরেং, চনমতনা নোংমদোন শীন থু'লি—মতুগী মথংদা অমুক মথল মথা অয়াম্বনা লংনা শংবা, নাপু মানবা, তাংশং তাংবা, ঙৌরোক ঙৌবা মচু কয়াগী ইরৈবাক্কী মীরৈবাক্কী মিৎকম হোংবা য়াক্রবা উনা পাম্বীগী পরেং লৈরি। মকম অতুদা পো-থাবসি গোবিন্দলালনা য়াম্না পামজৈ। থাবল ফবা অংিংদা করি করিগুম্বা মতমদসু ভ্রমরবু লৈকোল কোয়বদা লোয়নরক্তুনা মকম অতুদা হেক কমহাল্লি। ভ্রমরনা মুংনা শাবী স্তুপীগী মূর্ত্তি অদুবু কৌজোন তংথাইদা শেংলি হায়দুনা ইকাই-খুতদবী হায়না হেক হেক চৈবী—করি করিগুম্বদসু মশাগী কীজিনা মশা অদুবু থুমজিনবি— করি করি-গুম্বা মতমদনা ময়ুমদগী ফজরবা কী পুবক্তুনা মহাকপু শেংথোকহনবিবসু য়াওই—অদুগা করি করিগুম্বদনা মথুত্তা পায়রিবা চক্ষূ অদু কোইমুন মুম্দুনা লাক্লে।

মকম অত্তুদা গুসি গোবিন্দলালনা য়াচংবা মতমদা কয়তুনা শকয়েংমিংশেলগা পাংথক ওইরগা বারুনী ঈশিংগী কজবদু য়েংলি। অসুম য়েংলকপদা মহাক্কা উরক্লে, পুত্তি অদুগী পাক্লবা মুংনা চনবা

সিঁড়ি অদু মথং মথং রোহিণীনা খাংদা শনাবুল পুরদুনা কুমথরকলি। পুম্নমক লৈত্তবা য়াই, ঈশিং লৈতবদি য়াদে। য়ারবা মতম অসিদসু রোহিণী ঈশিং শোকপা লাকলি। রোহিণীনা ঈশিংদা কুমথদুনা ইরুজবা য়াই—অদু ওইরবদি সহ'কপু উবা মফমদা লৈবসি চুমল্লে হায়দুনা গোবিন্দলাল অদু মফম অদুদগী হৌগত্তুনা চৎল্লে।

মতম য়াম্না শাংনা গোবিন্দলালনা মাইকৈ অমা–অমদা কোইচৎ চৎলুরে। অদুদগী মমৈথংদা মপুক্লিংদা থুল্লক্লে, রোহিণী কাখিরম্বা য়ারে। মরম অদুনা মহাক্না অমুক হন্না কম্বাকথক্তা ঈশিং চাইবগুম-লৈরিবী হুংগী শক্তমদা নিংথিবী অদুগী মখোঙ ময়াদা চংলক্কুনা কল্লরে। অমুক বারুণীগী নিংথবদু য়েংবা হৌরক্লে। মহাক্না উরে, রোহিণী নত্রগা কনাগুম্বী হুনী নত্রগা নিপা অমত্তা মফম অদুরাইদা লৈত্রে। কনাগুম্বা অমতদি লৈত্রে, অদুবু ঈশিং মথক্কুদা শনাবুল অমাদি তাওদুনা লৈরি।

কনাগী শনাবুলনো? থঙতৌদনা মাগী মপুক্লংদা চিংনবা অমা পোক্লক্লে—কনাগুম্বনা ঈশিং শোকপ লাকপদা ঈশিংদা তাদুনা শিথিবা য়াওরবরা? হৌজিক্তা রোহিণী ঈশিং শোকপা লাক্লম্মি—মতম অদুদা মহাক ওসাই মুংথিলগী মা অদু থংনিং-নিংশিংলক্লে। ভ্রমরনা রোহিণীদা বারুণী পুখ্রিদা - য়াচংবা মতমদা—ওক্তা শনাবুল পুনশিন্দুনা হায়বা পাও অমা থাখি। মদুগী পাওথুমদা রোহিণীনা "কৈ" হায়খি।

থুদক্কুনক্তদা গোবিন্দলালনা পুখ্রীগী সিঁড়ি তাম্না লাক্লে, ঈশিংগা হেক তাইনবা সিঁড়িথক্কুদা কেপ্লগা পুখ্রি অদু শীন থুংনা য়েংলক্লে। ঈশিং অদু মিংশেলগা চপ মান্দনা লুরি। সিঁড়ি মথাগী ঈশিং মনুংদো

লৈবা লৈবাক কাওবা তশেংবা ঊরি। মতম অদুদা মহাক্না উরক্লে, লাংলবা মণিমুক্তানা থাম্লবা শনাগী মুর্তিগুম রোহিণী অদু লাইজমুংদা য়াহিগুনা লৈরে। মম্লবা লাইজমুং অদু মাগী নিংথিবনা পুমঙান ঙালহনখ্রে।

---

## তরাত্তকরুশুবা তাঙ্কক

গোবিন্দলালনা থুদকুমক্কদা ঈশিংদা কুমথদুনা ইরুগুনা লৌখংলক্লগা সিঁ ড মথক্তা হিপহন্দুনা থম্লে। মহাক্না উরে, রোহিণী ছিংচিত্রা হায়বসি য়াম্না চিংনকম ওইরে, মহাক জ্ঞান য়াওদ্রে, স্বর হোদ্রে।

লৈকোলদগী গোবিন্দলালনা মালী অমা কৌরে। মালী অদুগী মতেংনা রোহিণীবু লৈকোল মনুংদা লৈবা পোথাকম শঙ তাম্না লায়েংনবগী দমক পুবাক্লে। হিংলগবু ওইরবসু, শিয়গবু ওইরবসু, রোহিণী অদু মমৈথংদা গোবিন্দলালগী ইমুংদা চংখ্রে। ভ্রমর নত্তনা কনাগুম্বী অমত্তা কৈদোম্নু দা লৈকোলগী শঙ মথু সিদা চংখ্রিবানি।

নোং-ঙ্গংশিংনা চামথোক্লবা লৈহাও লৈরেনগী মত্তৌগুম মথরাই য়াওজবী মপী অদুগী মশা অদু ফমু থক্তা শাংনা য়াম্তাদুনা চাম্লবা থাওমৈ মঙাল অদুদা লৈতেংলদুনা লৈরি। নীংদু মৈনা শাংশ্বরা, মুশিন মুরবা শংলাংশিং অদু ঈশিং চোংপনা খোইরপ খোইরপ তারি—মদুদগী ঈশিং মরী মরী চেন্থরকপনা অমুবা নোংলক্কী নোং-মরিক মরীক তারকপগুম্লি। মমিং অদু উইশিল্লি; অদুবু উইশিল্লিবা মিৎপাস অদুগী মথক্তা লৈরিবা পিগুম অনিদু ঈশিংনা চোক্লুনা অমুক হেন্না মুশিন্না নিংথিবা হেন্দ্রগংহল্লি, অদুগা লাইবক-মত্তা ফবদো—য়াম্না

চিক্লা-লেয়া কন্দাকুনা লৈরি, ইকাই-ইকি করিমতা পক্কে, ওমত্তনা থম্বা রাখল অমগী মমি তারি—মথক্তাই অহু হৌজিক কাওবা তঙাং-তঙাংলি—মচিনবান অহু হৌজিক ফাওবা লৈহি চেনবগুম্না ভোরি, ইকাই খিবী লৈরাংনা ইকাইনক্কম ওইরি। গোবিন্দলালগী মমিত্তা পিগী ইরা চেল্লক্লে। হায়রকই, "ওস্থোকপগী মগৌম্বিদা। করিগী দমক্তা সোংদম্বনা নংবু অম্ভক নিংখিজনা শেম্বিরক্লগা মুংঙাইবগী শরুক্তি থুংবিরক্তি বনো? অচুম্না নংনা চৎকদবগী থৌরাংলিবদি করিগীনো?" নিংথিজরবী অসিনা মথক্ত মথরাই থাজরিবসিগী মরুদি মহাক মশামক্লিকো হায়বসি থজ্জনদা মতাক্কী থম্মোই অহু পুবা ওমশিল্লক্করে।

রোহিণীগী মপুক্তি লৈরম্নবদি রোহিণী তিংহুন্দবা য়াদে। ঈশি দা তারবা মীবু করম্না তিংশংহনগদ.গ হায়না গোবিন্দলাল থক্তই। পুক্কুংদগী ঈশিং পুম্বা ইরাই লাইনা লোথোকপা য়াই। অহুন মরিরক রোহিণীবু চিংখক্কুদা ফমহল্লগা, নাকল য়েংলোন—ওইরোমদা লৈথোক লৈশিন তৌহন্নুনা ঈশিং পুম্বা ওথোকহল্লে। অহুবু মহুনম্ভু স্বর হোন্দোক হোক্তিন্দি তৌত্রে। মহুদগীদি য়াম্না লুপা থবক্তা তারক্লে।

গোবিন্দলালনা থক্তই, রাম্বরিবা মী অহুগী মথুং অনিহু পায়হুনা মথকলোমদা থাজংলবদি পুক্কুংদা লৈরিবা মুংশিং থাও অসি চাও-থোকই, মত্তম অঙ্গদা অনাবা অহুগী মচিন্দা স্বরনা কামশিনগদবনি, অহুগী তুদা থাঙংলিবা মথুং অনিহু তপ্পা-তপ্পা অমুক থাদরক্কদবনি, থাদরক্লগা মুংশিং থাও অহু অমুক চপশিল্লি। মতম অত্তদা কামশিন-খ্রিবা মুংশিং অহু মথক্তা মপানলোমদা থোকচরকই। মহুনা খুংশেমগী মুংশাস্বর হোন্দোক হোঞ্জন তৌই। অস্তুম্না হম্না হম তৌরক্লগা মুংশিং থাওগী থবক অহু মথক্তা পাংথোকচরকই। খুংশেমগী মুংশাস্বর

হোন্দোক-হোজিন শান্নবা অসিনা অমুম তোয়বক্লগা মশা মথন্তা অমুম্ম ; হোন্দোক-হোজিন তৌজরকই । রোহিণীদম্ব মহুম্না তৌবা ঙাই । খুং অনিনা মখুং অনিহু খাঙ্গত্‌না পাম্মরগা মচিন্দা স্বর কাম্বা ভারি, মহাক্কী অহুগুম্ববা ভয়ানবু ঙমজরবা, হৌজিক কাওবস্ব অমুত্তনা থল্লবা, কাম ইহৌহল্লবা-হুগী চকুগুম্ববা ভাঙ্‌বা ভাবারবা চিনবান অহুদা চিম্না শোক্ত্না কাম্বদা ভারি । কয়াদা শাথীরবা মত্তৌনো । কনান কামগনি ।

গোবিন্দলালগী মত্তং পাংলিবী হায়রবু ঊড়িরা মালী অমতনি দৈকোলদুগী অতৈ থবক তৌবশিংদি মসিগী মমাংদা মন্নমদা চৎনপ্রে । মহাক্না মালীহুদা হায়রকই, "এইহাক মাগী মখুং অসি থাঙ্গৎত্‌না পায়গে, নহাক মাগী মচিন্দা স্বরনা অহুক কাম্ম য়েংসি ?"

মচিন্দা স্বর কাম্বা ! ওইথোক্কবা য়ানি ! ভাঙ্‌বা অমুত্ত চেল্লবা চিনবানসিদা মালীগী মচিম্না শোক্ত্না কাম্বা ! মহু ঙমকম থোক্কবা য়ানি !

মালী অহুবু মাগী মবুঙোনা শালগ্রাম মুং চিকথাইয়ু হায়রবস্ব, মবুঙোগী য়াথং ভাক্লবা চিকথাইথিবা ময়াই, অহুবু খাজ-মানবী অসিগী ভাঙ্‌বা চিনবান্দা—কটককী চমোৎনরবা মী অহুনা মচিম্না শোক্ত্না কাম্মগদবা । মালী অহু হুথাং কাংলক্লে । মহাক্না তশেংনা হায়জরক্লে; "এইহাক মহু ঙমজরোই ইবুঙো ।"

মালী অহুনা হায়জরিবহু অচুম্বনি । মহাক্না অহুগুম্ববা লাইমক্না ভাওনা কংলবা চিনবান অহুদা মচিম্না থমহুনা স্বর কামলুবদা রোঙ্গিণী অহু হিংগৎলকপা থোক্ত্না হৌগৎলক্লগা, মচিনবাম অহু থোইক্কম মোমোন তৌনা, খুঙদা শনাবুল চপ্লহুনা, মালীহুদা হাইকেৎ মিৎচিনা

য়েংলম্নগা মম্নমদা হৃনখিবা থোক্লবদি— মহাক অমুক লৈকোলগী থবক তৌগদবা লৈব্রে। মহাক য়োংপাক, থাংজৌ, গয়ন্তি, কাটিনাচিংবা পুম্নমক বারুনীগী ঈশিংদা লংথরম্নগা চুমথ্রিং তদরক তাম্না চেনখিগনি হায়বদা চিংনকম লৈতে— নত্রগনা মহাক স্ুবর্ণরেখাগী শংবাম্নরবা ঈশিংদা চোংথত্না মথরাই থাখিবম্ম য়াই। মাদৌ অত্তুনা অত্তুম্মক য়ৌনা খস্থরমগত্রা খস্থরম্মোইত্রা মত্তুদি হায়বা ওমত্রে, অত্তবু স্বরনা কাম্মু হায়বত্তুদি য়া দ্র

মরম অসিদগী গোবিন্দলালনা মঙ্গেন্দা হ য়রকই, "অত্ত ওইরবাদ নং ঐনা তৌরিবা অস্নম্না মাগী মথুং অনিসি তপ্ন তপ্ন থাঙ্গৎলু, ঐহাক কামগে। অত্তুদগী তপ্না তপ্না অমুক থুংসি থাদরকদবনি।" মত্তুদি মাদৌ অত্তু য়ারে। মহাক্না তপ্না তপ্না মথুং অনিত্তু থাজংলক্লে। মতম অত্তুদা গোবিন্দলালনা অত্তুগুম্নবা পোমশাংনরবা-ভাঙ্গুবা লৈরাংগা পাংথক ওইরবা চিনবান অনি অত্তুদা মহাক্তী ফুগাহনা শাংলবা অঙাংবা লৈরাংগুমলবা মচিনবান আনিত্তু থম্নত্নুনা রোহুণীগী মচিন্দা স্বরনা কাম্ম হৌরক্লে।

তাঙ্গা অ সমক্তদা ভ্রমরনা চৈ অমা পায়ত্তুণা হৌদোং অমা ফুগে হায়না তাৈম্ন। হৌদোং তম্না চৈ অত্তু ফুখবদা হৌদোংদদি পাঙ্খত্নুনা ভ্রমরগী মরাইবক্তা চৈ অত্তুনা শোক্লে।

মাদৌ অত্তুনা রোহিণীগী মপাম্বোম অনিত্তু থাদরকই, অত্তুণা অমুকম্ন থাঙ্গৎলকই। অমুক হম্ন। গোবিন্দলালনা স্বরনা কাম্মি, অমুকম্ন অত্তুম্না তৌই। অস্নম্না হম্না হম্না হোংনরক্লে। পুং অ ন অত্তুম চুপনা লাক্লরক্লে। অত্তুদগীদি রোহিণী মুংশাস্বর হোল্লক্লে। রোহিণী হিংলে।

---

## তরাতরেৎশুবা তাঙ্কক

রো'হিণীনা দুংশাস্বর হোনবা হৌরকলবদা গোবিন্দলালনা মঙোন্দা হিদাক থমা পিথকলে। হিদাক অদু পাঙ্গল কনথৎনবনি— মদু থকপদা রোঙ্গিণী অদু মপাঙ্গল থরা কনথৎলকলে। রোহিণীনা লৈ তুনা য়েংঙকই—নিংথিনা লৈতেংলবা ফজরবা যুম অদুগী মনুংদা ইংলবা নামিবনা লিরি লিরি মিদুথে দগী তুমজিল্লকলি, মাইকৈ অমরোমদা লংলবা চিমনিগী মনুংনা ঙ'ল্লবা থাঙমৈ থাল্লি— অদুগা মাইকৈ অমরোমদনা থম্মোই পোনদুংদা পুন্সি থংওমৈনা ঙানথৎলকলি। অসোমদা রো'হিণী অদু গোবিন্দলালগী মথৎমক্তা পিবা থরাই হায়া হিদাক থক্তনা শিরুবদগী হিংলৎলকলি, অদুগা অমরোমদনা মহাকী পুন্সি কল্লকপগী রা মনাকোংনা তাত্তনা থম্মোই চাওথৎলকলি। অহান-বদা স্বর হোল্লকলে, মথ দা জ্ঞান লাকলে, অদুদগী মমিৎ উরকলে, মতু দা নিংশি বা থোক্লকলে, মমৈথংদা রা ঙাংবা ঙম্ল রু। রোহিণীনা হায়-রকই, "ঐহাক শিরুরবনি, কনানা ঐবু কনবিরিবনো ?"

গোবিন্দলালনা হায়রকই, "অমনবু কল্লবস্নু অমনবু কল্লবস্নু— নহাক হোজিক হিংলে, অসি মতাই "

রোহিণীনা হায়রকই,— "ঐবু করিগী দমক্তা কনবিরিবনো ? ঐহাক অসিবু নগী কয়ামুক শাথীনা য়েরুবা ওংগ্রতুন শিঙবা ফাও-বদা য়ৈথাইবা পিবিরিমনো ?"

গো। নহ'ক্তা শিগদোরিববু করিগীনো ?

রো। শিবা ফাওবদা ঐহাকী ইনিং তমজবা য়াত্রবরা ?

গো। পাপকী থবক্তদি কনাগীসু মনিং তম্বা য়াদে। মথক্তা শিঙবা হায়বসি পাপনি।

রো। ঐহাক পাপ-পুন্য খঙদে—ঐবু তম্বিবসু কনামতা লৈতে। ঐহাক পাপ পুন্যগী রা লৌদে—করি পাপ্তগী ঐহাকে অমুক রাবসি কংলিবনো? পাপ তৌরবসু অমুক অরাবসি কংলবদা পাপ তৌরপ্পনা কয়ামুকপু য়াম্না হেনগংলক্কদগে? ঐহাক শিরগনি, হন্দক্তি নহাক ঊথতুনা ঐবু কল্লে, মতু দদি নহাক উদনবা চেকশিন্না হোৎনরগনি।

গোবিন্দলাল স্তব্ধ মথন্নাইদা য়াম্না রারে; হায়রকই, "নহাক করিগী দমক্তা শিগদৌরিবনো?"

"পুলিস চুপ্পা অসি পুংজা থুদিং, মিকুপ থুদিং, অহিং সুংথিল নাইদনা শিহুনা লৈবগী মতুঙা অমুক্তদা হেক শিখিবনা কেন্না কৈ।"

গো। করি মরমদগী অমুক নথরাই শোক্লিবনো?

রো। অহিংদা খোরাংবনা থ্রক থ্রক কংখতুনা থরাইসি পুবা ঙমশিন্নরকরে—ইমাংদদি ঈ লবা ঈশি লৈ, অহুবু পুন্সিসিদা ঈশং অমু অমুক শোকপদি ফঙরোই। কংগনি হায়বসু উত্রে।

মতু তাবদা গোবিন্দলালনা হায়রকই, "রা অসি অমুক ঙাংনরুবগী করিসু কান্নকম লৈতে চংলো. নংবু নযুম তাম্না থিনখিরগে!"

রোহিণীনা হায়রকই, "থিনবিগন্তু, ঐ ইবস্তু চংচখিগনি।"

গোবিন্দলাল ভাব তারে, য়াত্রিবসিগী মরম করিনো হায়বতু। মহাক রা মচেৎ অমতা ঙাংদ্রে। রোহিণী মথন্তমক চংত্রে।

অতুদগী গোবিন্দলাল অহু চিক্লবা কা অতুগী মসুংদা খঙহৌদনা লৈমাইথক্তা তুথখিহুন', উকুপ মরক্তা ওন-থাইরতুনা কপ্পা হৌরক্লে। মমাই লৈখা তম্লহুনা, অতৎ-অথম লৈত্রবা পিগী ইচেনগা লোইননা কৌবা হৌরক্লে, "হে ঈশ্বর। তাইবং মপু। ঐবু অরাবসিদগী অমুক্তং

ক্নবিয়। নহাক্না পাম্বল পিনবিত্রবদি কনাগী মতিক্না অরাবা অসিদগী মাঙ্গোকপা ঙমগদগে ? ঐহাক শিরগনি—ভ্রমরসু শিরগনি নহাক্না লেংদনা থঙ্গোইহুংসিদা ঙাঙ্গোইহনা লৈবিয়ু—নহাকী থোজায়া ঐহাক পুক্লিংসি য়ারকপা ঙমজগে।"

---

## তরানিপালশুবা তাঙ্কক

গোবিন্দলালনা য়ুমদা হল্লকপা মতমদা ভ্রমরনা হংতকই, "ঙসি অসুক থেঙনবা কাওবা লৈকোন্দা লৈরুরিবা করিগীনো ?"

গো। করিগী দমক হংলিবনো ? ঐবু অসুম্না লৈখিবা থক য়াওত্রবরা ?

ভ্র। য়াওই—অদুবু ঙসিদি নংগী শকক্তম অদু উবদা, থোনফম অদু তাবদা করিগুম্বা অমা তৌমান্নে হায়না নিংই।

গো। করি তৌরবগে ?

ভ্র। মতুবু নংনা হায়দনদি ঐনা কয়া খঙগদগে ? ঐনা মফম অদুদা চংলুবরনে ?

গো।. করিগী থংত্রিবনো—ঐগী ইশক অসি য়েংলগা হায়বা ঙমত্রনে ?

ভ্র। কাগী তৌখিয়ু—য়াক্কমসি কয়া করমগনি নিংদে। মতুমদি ঐহাক নংগী মাইথোংহু উরগা হায়বা ঙম্মি—ঐদোন্দা তাকউ, ঐগী থরাইসিদা য়াম্না অরাবা অমা পোকই।

অসি হায়না হায়না ভ্রমরগী মমিৎ অদুদা পিগী ইরা শিন্দবা হৌরক্লে। গোবিন্দলালনা ভ্রমরগী মমিত্তগী পি অদু তৈথোকপিরগা চুংশিনা হায়রকই, 'মতুংদা নোংমা হায়গে ভ্রমর—ঙসিদি হায়রোই।"

ভ্র। ওসি হায়রোইদৌরিবদি করিগীনো ?

গো। নহাক হৌজিক নহা ওইরি, নহানা তাবদা কাম্নবা স্নাকম নত্তে।

ভ্র। হয়েংমক ঐবু অহল ওইরগনি ?

গো। হয়েংস্থ হায়রোই—চহি অনি লৈরগা হায়গে। হৌজিক অমুক হংবা তৌরগম্ন ভ্রমর!

ভ্রমর অদু মুংশাস্বর মপী হোল্লক্লে। অদুগা হায়রকই, "করে অদু ওইরবদি—চহি অনি লৈরগ' হায়রো। ঐহাক্তি য়াম্না তানিংবনি—অদুবু নংনা হায়দোক্ত্ববনিনা— তাকম লৈত্রেদনা। ঐহাক্কী পুক্লিং অসি য়াম্না কয়া নিংজিং-মাংজিংনবা অমদি তৌই।"

য়াম্না শাথীনা মু'ঙাইতনগুম্বা অমনা ভ্রমরগী মপুক্লিংদু ইমম-মমশিনবা হৌরকই। য়াম্না নিংথিজরবা, লূনা শংবাম্নরবা, পুমলং লংগ্রবা মক্কম কৈদা কৈস্থ পকথিত্রবা— বসন্তগী অতিয়াদা— ইখণ্ড খণ্ডহৌদনা নোং মতুম অমা হৌরক্লগা মাইকৈ মরি পুমমম মমশিনহনখিবগুম ভ্রমরাস্থ মাগী থম্মোইদুংদা অদুগুম্না নোং মতুম অমা হৌরক্কুনা খণ্ডহৌদনা মমশিনখিবগুম থল্লক্লে। ভ্রমরগী মমিত্তা পিগী ইরা ভত্তুনা শিন্থবা হৌরক্লে। ভ্রমরনা থল্লকই, "ঐহাক মরম চাদনা কপ্লে—ঐহাক য়াম্না কংচিল্লকত্রে—ঐগী ইবুঙোনা শাওরকপা তারে।" অস্থম্না খন্দুনা ভ্রমর অদু কপ্না কপ্না মপাল থোকখিদুনা কাচন অমদা মখোঙ তিংথোক্কুনা কম্নগা অন্নদামঙ্গল পাবা হৌরক্লে। পুক্লিং চংলিত্রা, চোইত্রং-পাত্রং পারিত্রা মহুদি খঙত্রে, অদুবু মাগী থম্মোইদুংদগী অমুবা নোং মতুম অদুদি পাইথোকখিবা লৈত্রে।

---

## তরামাপলগুবা তাঙ্কক

গোবিন্দলাল বাবু অদু হৌজিক মপল ইবুঙোগা লোয়ননা মখোইগী লৌ ইংখোলগী ময়মদা য়ারি শাবা হৌরক্লে। য়ারি অসুম শাবগী মওং ওইনা করম্বা লমনা করম্বা ফিভমদা লৈবা, অসিনচিংবা পুম্নমক হংজিন-খোংচিনবা হৌরক্লে। কৃষ্ণকান্তনা গোবিন্দলালগী অম্বম্বা য়ুম্বাক্লোন্দা মপুক্লিং চংলকপদু উবদা হয়াওরদুনা হায়রকই—'নখোইনা থম থমদং য়েংশিন-খোংচন তৌরবদি ফগদবনি। য়েংউ, ঐহাক কম্না কুইনা ছিংথিপনি? মখোইনা হৌজিক্তগী হৌনা থরা থিজিল-খোংচিলহৌত্রবদি, ঐনা লৈখিত্রবা তুংদা করিস্ত অমতা থঙল-রোই। ঐহাক হৌজিক অহল ওইরে, চংখাক-চংশিন তৌবা ঙম-শিল্লক্তরে। অদুবু য়েংশিনবা য়াৎপদগী ঐখোইগী ই রম পুম্নমক অসি ফত্তবা অসুম হেংগ্লকলে।"

গোবিন্দলালনা হায়রকই, "ঐবু চংলু তাকপিরবদি ঐ চংগে। ঐস্থু ঐখোইগী লমশিং অসি অমুক্তং কোয়চং চংতুনা য়েং জানংই।"

মসি তাবদা কৃষ্ণকান্ত অদু মথয়াই য়াম্না নুংঙাইরে। হায়রকই, "ঐস্ত মতুম তৌরবদি য়াম্না নুংঙাইবা ওইগনি। হৌজিকমক বন্দর-খালিদা ইরাং থব থোকলি। নায়েবনা হায়রি, প্রজাপুম্বা চপমান্নবা খাজনা থীরোই হায়দুনা থীত্রে; প্রজাশিংনা হায়রি, ঐখোয়দি খাজনা থীজত্রে, নায়েবনা চনখৎলিদবনি। অদুনা করিগুম্বা নংনা চংকে হায়বা লৈরবদি, হায়, ঐহাক নংবু মফম অদুদা থাননবা থৌরাং তৌগে।"

গোবিন্দলালসু চংকে য়ারে। মহাক অসিগী দমক্তা কৃষ্ণকান্তগী মনাক্তা লাকলিবনি। হৌজিক মহাক মপুং ফানা মথোক-ফারকপগী থিংঙমদনা ঈহৌরকপা পুক্লিংগী ইরাং অদু ঈমাই-চোম্না ঈহৌরবা

সমুদ্রগী ঊথকুম কনশিল্লক্লে, লৈকী ইথো লাংবনা খাকু কয়া চাক-শিল্লক্লে। ভ্রমরগীদি থোয়াংবা অছু কোকপা ভমক্লে। ওলাংথাগী অমুবা নোংগী ফৈপেগুম রোহিণীগী শক্তম অছু নোঙ্গৌবী অসিগী মিং-লমদা কাওরাক্লে—নোংজুথাগী অহানবা নোং-শক উবদা থবক ওথকলবী য়াহোংগুম গোবিন্দলালগী মপুক্লিং অছু রোহিণীগী মশক উবদা মকা-লাম্বা হৌরকলে। গোবিন্দলালনা মসি খঙলদুনা মপুক্লিংদা মথন্তা য়াশকচদুনা লেপ্লে, শিবা তারবসু শিঁথগনি, অদুগা কৈদৌঙ্গুংদা ভ্রমরগী মকমদা থাজদবা অমদি ভৌবিমন খঙদবদি ওইরোই। মহাক্না মপুক্লিংদা মসিম্ন লেপ্লকই, য়ুম্বানবগী থবক-ইংথাংলোমদ মপুকনিং চিংশিন্দুনা রোহিণীবু কাওনবা হোৎনগনি—লৈকেদা চথোকলগা শোইদনমক কাওবা ভমখিগনি। অসুম্না মপুক্লিংদা য়াশকপগা লোয়ননা লেপ্লদুনা মহাক্না মপল ইবুঙোগী মনাক্তা ইমুং মচুংগী য়া ঙাংনবা হৌরুবনি। বন্দরখালিগী য়া তাবদা মহাক য়াম্না হরাওনা চৎকে হায়রবা য়ারে।

মপুরোইবা লৈকে চৎকনি হায়বসি ভ্রমর তারে,। মহাকসু চৎকে হায়দুনা কয়া ভক্করকলে। কপ্লা-লাওনবা, ফুনা-চৈনবা কয়া তৌরে। অদুবু মনেম্বোক্না চৎকে হায়বসি গুকয়া য়াজ্রে। হি শেম শাদুনা মনাইশিংনা চাক-শেল্লদুনা, ভ্রমরগী মাইথোং-থাজ চুপ্লগা গোবিন্দলাল অছু মুমিৎ তরানিগী লম্বী বন্দরখালিগী মমক খোঙশাল্লকলে।

অহানবদা ভ্রমর অছু নৈবাক্তা ওন থোইনা কপ্লকলে, অদুদগী হৌগৎলদুনা অন্নদামঙ্গল শেগাইরকলে, পোনগী চেকলা থাদোকপ্রে, আয়পোৎ পুম্বা ঈশিংদা লংথপ্রে, গমলাগী নৈপাল পুম্বা ককথৎলে; চারিবা চাক্না চাকথোংবীগী মশাদা লংশিল্লকলে, মীনাইচুপ্পীগী শমজো

পায়রুনা কোইচিং চিংলকলে— মচেম মনাওশিংগা থৎন-লাওনরে— অরুম্না মথল মথা কম্না থোক্না লমহেনবগী থবক তৌরম্নগা কনুংদা চংদুনা হিপত্রে। হিম্নগা কৌরক থুমজিন্দুনা অমুক কপ্পা হৌরকলে। অসোমদনা কল্লবা মুংশিংকী ইপোম্না হুমদুনা গোবিন্দলালগী হি অদু ইথক অচৌবা মচা কম্না কম্না কাওদোকুনা য়াঙনা পাইবা হৌত্রে।

---

## কুনশুবা তাঙ্কক্

করিস্ন মুংঙাইবা নৈতে—ভ্রমর মথস্তা। ভ্রমরনা কনুং ফগত্তুনা থম্লে—য়াম্না ওলাং ওনশাওই। কমুং মনাক্তী হুমাই লৌথোক্লে—মুংশিং অশাবা হুপ্লি; মীনাইনুপীশিংবু নৈ পুরকহল্লে—নৈদা তিল য়াম্না য়াওই। ডাস শান্নবা তোক্লে—মমান্নবীশিংনা হুংলগা থুপ্লি, ডাস শান্নবা মনেমবোক্লা শাওই। য়েন্তুম, লং, উল, পেটার্ণ পুন্নমক অমমম ওইনা নৈকাইগী মুপীমচাশিংদা য়েন্থোকত্রে—হুংলক্লগা হায়, য়েংবদা মিং নাই। কী-রোন চযোংনরবদি কৈদৌরে হায়না কনাগুম্বনা হুংলগা, থোবীবু পংচৈদা চৈ,"অদুগা অশূবা কীদি ইমুং অদুবা শিক থন্না নৈ। কোক্লা শমক্লেংকা অমুক শুকথোক শোক্লখিত্রে চরোং-লমছাংগী ই-নাওম মশমশিং অদু মুংশিং মরক্তা কোইপাই পাইরে, মীনা হুংলগা ভ্রমরনা নোক্ল-নোক্লহুনা মশমশিং অদু মথুংনা থোম-জিন্নগা শমজীদা শুপ্লব অদুক নমশিল্লি। চাক চাবা মতম পুন্নমক্তা ভ্রমরনা মুমিং খুদিংগী ওইদবা ঙাংবা হৌরক্লে ঐ চাররোই, লাইহৌ তৌরে।" মনেমবোক্লা কবিরাজ কৌহুনা হিদাক লাংথক শেমহন্দুনা কীরোদাদা শিন্নয়ে, "ঐগী ইমৌদা হিদাকশিং অসি পিজগদবনি।"

মমৌনদি ক্ষীরিগী মখুত্তগী হিদাকশিং অদু মুল্লগা মিহুৎখোক্ত রাংমদা ওয় হৈদোক খ্রে ।

অসুম অসুম লমচেনবগী থবক তৌরকপসিদা ক্ষীরি অদু মিং নাবা অমা পোল্লক্লে ; ক্ষীরিনা হায়রকই, “ঙাইখো, ইবেম্মা, কনাগী দমক্তনো নংনা অসুম তৌবিবসিনো ? মগুংলাংগী নগাক্পা ভুম্বা চাবা লৈত্রিবা মহাক অদুনবু ন'বু নোংমতা ফ'ওবা থনবিরমগনে ? নংদি কপ্পনে লাওবনে শিবু শিদৌরে, অদুগা মহাক্তি তোংজৈদা হিদাক হাওনা চিংলদুনা মমিং উইশিল্লদুনা রোহিণীবুদুম র'খল তৌরমগনি ।”

ভ্রমর ক্ষ রিদ ৎশৎ লাওনা খুবাক্পা কল্লা থারক্লে ।

ভ্রমরদি য়াম্না ফুগল-চৈগ'ল্লি । মহক্ক ক'প্নি' ক'প্ল' তৌনা হায়-রকই, “নহাক মচিন থীদনা ঙা'নিংবত্তা ঙাংগদবা লৈরবদি এরীগী ইমাক্তগী চৎপিগ্রে চৎলো ”

ক্ষীরিনা হায়রকই, ‘ঙু চৈত্তনা হেক তৌরগা মীগী মচিনবু মেন-শিনবা য়'গব্রা ? নংনা শা'ওরকব্রা হায়দুনা এরেখোইনা কিদুনা হ'য়দ-বনি । অদুব হ'য়দবসু য়াদে । পাঁচী চাঁড় লমীবু কৌরগা অদুক হংউ —নহাক নোংমা রোহিণী অদু অহি' অথেংলদা এরেখোইগী বাবুগী লৈকোললদগী থোরকপ্রা থোরক্তব্রা হায়না ?”

ক্ষীরোদা অদু দশা কয়া পাংলম্লোই, অদুনা অ'সগুম্বা য়া অসি ঙম্মানা ভ্রমরদা হায়রকগনি । ভ্রমরনা ক্ষ চৌগ'লক্লুনা ক্ষীরোদাবু খুবাক, খুত্তুম, কিম্না হায়কম থত্তদনা কু'র লৈপাক মথক্তা ইদু্ত্তুনা মশম অদু শ্রে-শ্রো লাক্লুনা চিংলে । অদুদগী মমৈথংদা মশা মথক্তা হিক্লা হিক্লা কপচরক্লে ।

ক্ষীরোদা অদু মরক মরক্তা ভ্রমরগী খুবাক, কিন চাদবা নত্তে,

মহাক মহুদা থোইনা শাওরুবা লৈতে, অহুবু ওসিদি কা থরা হেনগ্রে, অদুনা মহাক হাইফেৎ শাওরে । হায়রকই, "অহুবু ইবেম্মা, ঐখোইদা মু চৈহুবা তৌরগা করি কাল্লগদগে—ঐখোইদি নংগী দমক্তা হায়রবনি। নখোইগী রা অসি ভাংনহুনা মী পুম্বনা রা রা নোক্নে, মহু ঐখোইনা তাহুনা লৈবাদ ঙমদেদো। ঐনা হাল্লরিবসিদা থাজত্রগা, পাঁচৌবু কৌরগা হংউনে ।"

ভ্রমরনা শাওবগা মুংঙাইতবগা লোয়ননা কপ্প-কপ্পহুনা হায়রকই, "নহাক হংনিংলগা হংজক্কে', ঐদি নখোইদোনা হোনবা থঙদবীম্ব মহুনা করিগা দমক ইপুরোইবগী রাবু পাঁচৌ চঁড়ালনীদা হংজরুনি ? অহুক উশিং-খঙহৈদবা রাবু নংনা ঐঙোন্দা হায়জবা শারিবা ? চাক-থোংবৌ বামোনহুপীদা তংযহুনা শুমজিৎনা ফুহুনা নহাক য়ুমসিদগী তাস্থোক্কে থঙগনি । চৎথাকপ্রো চৎলো ঐগী ইমাংদা লৈবিগনু ।"

মতম অহু অয়ুক্কি । চৈফু থরা চা, মীচৈ থরা তা, ক্ষীরোদা অমদি ক্ষীরি চাকরাণী অহু শাওবনা কৌঃ কৌঃ কাল্লহুনা মফম অহুদগী চৎখ্রে । অনৌরোমদা ভ্রমরনা মমাই নোংথক ওল্লহুনা মমিত্তা পিগী ইরা চেন্না চেন্না, মথুং লোম্নহুনা মপুক্কিংদা গোবিন্দলালবু কৌরহুনা হায়রকই, "ঐগী লমজিংবা ওইবিরিবা ! অক-কত্ত তাকাপরিবা, ধর্ম্ম লৈরবা ঐগী অমত্তা তাইরবা থাজকম ওইরবা ! নহাক্না নহাল নোংমা রাকম অসিরা ঐগী ইঁফমদা থুপ্তুনা থম্বীখিবদো ?"

মহাক্কী রাখলগীম্ব রাখল, থম্মোইগী রাম্না চিক্লবা কাচিন্দ কনানম্ব কৈদৌউ উবা কংখত্রবা—মশাবু মশানা অমুক নমথাক তৌজবা ওমত্রবা, মফম অহু কাওবা ভ্রমরনা থৌজিন্দুনা য়েংলক্লে, মহাক মপুরোইবগী মফমদা থাজদবা করিমত্তা পোক্তে । থাজদবম্ব লৈত্তে ।

ভ্রমরনা মপুক্কিংদা অসিমতংদি খল্লকই, "মহাক্কা থাজদকম থোকপা থবক তৌরগা করিগী য়াককম লৈবগে ? ঐনা কোক শিন্দোকশ্রগা পুন্নমক ইক-ক্ষগনি। হিন্দু স্নুপীদি শিববু শাম্নপোংকুন্না থল্লিবনি।"

---

## কুনমাথোইগুবা তাঙ্কক্

হোজিক ক্ষীরি চাকরাণীনা মপুক্লিংদা অস্তুম খল্লকই, হৌজিক্কী মতমসি কলি খম থেংলে—ওরাংগী স্নুপীমচা অসিনা ফাওবা ঐনা হায়বদা থাজদ্রে। ক্ষীরোদাগী তিংলবা পুকচেল অদুদা ভ্রমরবু কল্লক-য়েংথিবা করিস্ত লৈতে, মহাক্কি ভ্রমরগী য়াইকনবদুম খাল্লবানি, মহাক্কী ফত্তবা কৈদৌঙ্গুংদস্ত থোকহল্লিংদে, অদুদা মহাক্কী অশৌং-অপা শাবা য়াওাংদা ভ্রমরনা না ওইনা তাজ্রে, মসিনসে মহাক্কা খোইদৌ শাওগংজিবা। ক্ষীরোদানা মতম অদুদা মহাক্কী লংলবা মশা অদু থাও লাংকপ লাংক্লপ তৈশিল্লগা, মচু শংলবা খুদৈ মত্তুপ অমা মরেংবান্দা য়ানশিল্লদুনা থাংদা শনাবুল চল্লদুনা বারুণীগী খাট্টঃ ইরুজবা লাক্লে।

বাম্রোন-স্নুবী হরমণি হায়বীসি বাবুখোইগী ইমুংগী চাকথোংবী অমনি, তাঙ্গা অদুদা মহাক বারুণীগী ঘাট্টগী ইরুজনদুনা কারকই, মহাক্কা ইহান হান্না কোক থেংনরে। হরমণিবু উবদা ক্ষীরোদানা মথন্তা অস্তুম ঙাংবোই লাকপোই তৌরকই, "মীশা হায়নবদাইদো মাগী লমক্তা হুয়ল্লুরপ মানদুন হুরানবা শীরকই—অদুনা অচৌঅশাংগী থবক তৌবা হায়বসে ওস্থোক্কা লুপ্রে—কনাগী মপু মুংনা কমদৌরিবা, খঙতুবা ওম' পোৎ নত্তে।"

হরমণিনা খৎন-চৈনরকপাগী ইন্নন অমা হাইবেৎ খঙলদুনা,

য়েংকী খুদাংদা য়াম্লিবা অদুবা কী অদু ওইরোমদা শিন্নদুনা হংজকই, "করিনো ক্ষীরোদা—করি অমুক তৌরবগে ?"

মসি তাবদা ক্ষীরোদানা মপুক্কিংদা ওম্লিবা য়াখলগী পোৎলুম অদু থাদরক্লে, মানা হায়রকই, "য়েংউনেসে অদুক, লৈকাইসিগী ইকাইখওনবীশিংনা বাবুগী লৈকোন্দা কোয়বা লেংখোকপিরকপসিবু— ঐখোই মীনাই—মীশন্না মপুদা তাকপা শুকয়া য়াত্রবরনে ?"

হর। করিনোমে হায়রিবা য়াম্লুনো ? লৈকাইসিগী করম্বা মুপীনা বাবুগী লৈকোন্দা কোয়বা য়াওরুরবগেনে ?

ক্ষী। কনাবু ওইগদগে ? ইকাই খওদবী রোহিণীদনা।

হর। ইমাইপেম্মা ! রোহিণীবু অমুক অদুগুম্বা শাজৎসু চৎলক্লরে ? করম্বা বাবুগী লৈকোন্দনো—হা ক্ষীরোদা ?

ক্ষীরোদাম্না বাবু-য়াইমগীদনি হায়বা তাক্লে। অদুদগীদি মখোই অনি থাইকেৎ য়েংনরগা, হাইকেং মন্নংগী তাং খওনবগী মীনোক নোক্করদুনা, মানা মানা চৎকদবা মাইকৈরোমদা চৎনখ্রে। খজিক্কুং হেক চৎপগা ক্ষীরোদানা অমুক লৈকাইদুগী রামগী মমাগা উনরে। মাবুসু ক্ষীরোদানা হরাও মীনোকী লানা ফদুনা ওহাক লেপহল্লগা রোহিণীনা তৌওম্বগী য়ারিদু শারে। মখোই অনিসু মোমোন মীনোকী মীৎলৈ তৌনরগা চৎকদবা লম্বীদা চৎনখ্রে।

অমুম্না ক্ষীরোদান্না লম্বীদা রামগী মমা, শ্যামগী মমা, হারী, তারী, পারী হেক থেংনবা মখৈদা মাগী মথরাই-খোংক্লিবা য়াকম অদু তন্নগা, কাইনথদা মখা খিঙ খিঙ লাওনা পুক্কি মকা-লান্না বারুণীগী লুরবা ঈশিংদা কুমথদুনা ইকজখোক্লে। অসোমদনা হরমণি, রামগী মমা, শ্যামগী মমা, হারী, তারী, পারীনা অমুক, হেক উনবা মী মখৈ

ফার-ফারদুনা, তোঁওস্বী রোহিণীনা বাবু য়াইমগী লৈকোলদা কোয়বা চংলুই হায়বসি তমখোক্লে। অমদগী তরা, তরাদগী চামা, চামাদগী লিশিং ফারক্লে। অদুগুম্বা হুন্দোরকপদা ঙাইরিবা কোয়োহনবা অদুগী মেঙলবা মশেক্লা য়াকশিনবা ইন'-নংহৌদনা ফীরিনা ইহান হায়া ভ্রমরদা চৌদোকখিবা রোহিণীগী রাফম অদু, নোংচুপ চিংমাই লৈথক্রি-ঙৈগী মমাংদা য়ুমথোং থৃদিংদা শীনগ্রে, রোহিণীদি গোবিন্দলালগী চান্নবী ওইরে। লৈকোলগী রাফম অদু মতংদগী মপাল নাইত্রবা চুংশি চুংওলগী রা, চুংশি-চুংওলগী রাফমদগী মশীং লাকঙমদ্রবা লিক-কোলগী রা, অসুম্না রা কয়া কয়া খোক্লকলে, মদু পুম্নমক্কু হে রাশেম-খোরাং হৈবী, মীরা-মীপাও-ঙাংগনবী নিঙোল পুম্বা! মদু পুম্নমক্কু –তোম্নবা অচুম্বতা ঙাংজরবা নিপা অইবা ঐহাক্না নথোইগী নফমদা শন্দোকনা হায়রম্লুনা রায়াম শুবা পামজদ্রে।

অদুদগী মমৈথংদা ভ্রমরগী মফমদা পাও অসি য়োরক্লে। অচান-বদা বিনোদিনী লাক্লুনা হায়ররে, "হায়নরিবাসিবু অচুম্বরা?" ভ্রমরনা মাইথোং হাইফেৎ লাংশিন্না মথরাই শোকলপ তৌনা হায়রকই, "করি রাবুনোনে ইনম্মা?" মনম্মহুনা মতম অদুদা লৈরাংগী লিরুংগুম্বা পিশুম অনিহু হাইফেৎ শুক্কোক্লহুনা, মোমোন মীনে'কী তেঙ্গা খোং-লহুনা, মচা অদুবু মতম্পাক্কা চিংশিন্নগা হায়রকই, "রোহিণীগী রাহুবু হায়বনি?"

ভ্রমরনা বিনোদিনীদদি করিসু অমত্তা হায়রবা ঙম্দ্রহুনা মচাকী মচাহুবু লৌরগা, কুপীমচাশিংনা হৈনবা লৌশিং অমা তৌহুনা কপকল্লে। বিনোদিনীনা অঙাং অদুবু লৌরগা খোম পিথক পিথক্লা অদুম্মক চংখ্রে।

বিনোদিনীগী মতুংদা সুরধুনী লাকুনা হায়রে,— "তারিবরা মসৌ ইবেম্মারাইমা, ঐমা হায়দ্রা, বাবুরাইমাবু লাইরা তৌ। মসিদি লিশিং অমা লাওহুনসু কুচু-পানবী নত্তে, মিপা হায়বসিগী মপুক্কিংদি শক চু থরা য়াওদনা রাঙ্গাং-রাত্তাতনা ফাবা য়াবা নত্তে। অদুবু ইবেম্মা রোহিণীগী মরৌশিংসিমক্তা অণ্ডরপা হায়বহুনিকো?"

ভ্রমরনা হায়রকই, "রোহিণীনা করি লৌশিং শায়রবগে?"

সুরধুনীনা মরাইবক্তা থুবাক্তা পাক য়ৈরহুনা হায়রকই, "ইমাই-পেম্মা! মী পুম্বা তানরবদা— নংতদি তাদ্রিবোইরে? বাবু-য়াইমানা রোহিণীদা লুপা লিশিং তরেৎকী লিক-কোল শাহুনা পিরেদনা?"

ভ্রমর অহু খোইদৌ প্রাক প্রোক চাক্লহুনা মপুক্কিংদা সুরধুনীবু থমগী মথয়াস্তা দ শিস্তোবলে। মপাল থোংদদি কাইবদিবী অমগী মকোক অহু লৈথৎতুনা থদৎলগা সুরধুনীদা হায়রকই, "মন্তদি এইসু খঙই, খাতাদা য়াওরে। নংগী নমিং মপাদা লুপা লিশিং তরামরিগী লিক-কোল ইস্তুনা লৈ"

বিনোদিনী সুরধুনীগী মতুংদা রামী, বামী, শ্যামী, কামিনী, রমনী, সারদা, প্রমদা, সুখদা, বরদা, কমলা, বিমলা, শীতলা, নির্ম্মলা, মধু, নিধু, বিধু, তারিনী, নিস্তারিনী, দীনতারিনী, ভবতারিনী, সুর-বালা, গিরিবালা, ব্রজবালা, শৈলবালা অসিমচিংবী ময়াম লাকুনা অমমম, অনিনি, অহুম অহুম তিম্নহুনা য়ারবী, থাইনা মৈচাক ফংলবী মুপীমচা অতুদা, নপুরোইবদি রোহিণীগী মুংশি লাংদা থুগ্রে হায়না হায়-বিররো বনাগী যৌনহা, মৌরি, হম্বী লৈশাবী কাওবা, ওম্না লাকুনা ভ্রমরদা হায়ররে, "করিদা ওকফম লৈবগে? বাবু য়াইমাগী শকফম উবদা তাওরোইদবসিবু কনানো? অদুগা রোহিণীগী মশক উবদা

মহাকন্থ করম্না ত্তম্নাংলোইদৌৱিবনো ?" কনা অমনা স্থুংশিবা কনা অমনা পেম্নবা ৱাওনা, কনা অমনা কাপ্পী ওইনা, কনা অমনা শাওনা, কনা অমনা স্থুংঙাইনা, কনা অমনা ৱানা, কনা অমনা নোক্না, কনা অমনা কপ্না ভ্রমরদা ভাকপিরম্ব, "ভ্রমর, নংগী স্থুংঙাইবা লোইহরে।"

থুল অহুগী মরুংদা ভ্রমর হায়বীসি স্থুংঙাই ম্নাইফবী হায়বহুমা ওইরম্মি। মহাকী স্থুংঙাইবহু উবদা মী পুম্নমক্না কল্লক্লে—কুচুমুবী শকথীবী অসিনা অস্থুক স্থুংঙাইবা; মপাল নাইদ্রবা লন থুমগী মবেল্মা ওইবা—ল ইগুম্নবা মপুম্নোইবা কংবা—মীনা ঙাংনফম লৈজ্রবা মিংচৎনা লৈতেংবা—লৈমাং অপরাজিতবু থম্বালগুম্না লুনা চেকশিম্না তৌনবা? অহুগী মথক্তা অমুক মাল্লিকাগী লৈনম? পুম্নমক স থুলগী মীয়ামহুনা য়েংহুনা লৈবা ওম্নদে; অহুনা শঙ্ক শঙ্ক, কাংবু কাংবু, কনানা মচা পমহুনা, কনানা মনাওগুপী লোইনংকুনা, কনানা শমজী নাম্না পুল্লহুনা, কনানা শমজী পুম্না পুম্না, কনা অমনা মশম-মনা উফা ক।না মঙোন্দা পাও হায়বিবা লাক্লে—"ভ্রমর, নংগী স্থুংঙাইবা লোইখ্রে।" কনামতমহ্ থম্বিক্কবা লৈতে, ভ্রমরদি হৌজিক মপুম্নোইবা কায়নবগী মৈচাক্না ঙৌরবী, করিস্থু মরাল লৈজদ্রবী ৱায়বী কুপীমচানি হায়বাদ।

ভ্রমরনা অমুক থাওবা ওম্নক্তুনা, থোঙ লোনশিল্লগা ইজিংশিংলবা লৈমাইথক্তা তুথরহুনা, উকুলথক্তা ওন-থোইনা কপ্না হৌরক্লে। মপুক্লিংদা মথন্তা হায়জরকই, "হে থরাইদগী হেল্লবা! চিংনবু মাঙহনবিবা ওম্বা। নহাক্লি ঐগী চিংনবা, নহাক্লি ঐগী থাজবা। ঐনা অমুক কনাদা হ'লুগনি? ঐনা নংবু চিংনফম থোকপ্রা? অহুবু ময়াম্নদি ঙাংনরি। অচুম্বা নত্তনদি ময়াম্না কায়গী ঙাংনফম থোকই? নং হৌজিক মফম অলিদা লৈতে, কনানা ওসি ঐগী চিংবসি কোকহনবিগনি?

ঐগী চিনেবসি কোকহনবা ঙমদ্রে—অদুদি ঐহাক করিগী দমক্তা হিংদুনা লৈকখিগদগে ? হন্নকপা মতমদা, থন্নাইগী মবুদো । মারৌবি-পল্লকো ভ্রমরামা নংবু তাক্লমদনা মথন্নাই থাগ্রে হায়দুনা ।"

---

## কুননিথোইশুবা তাঙ্কক্

হৌজিক ভ্রমরনা চাক্লিবা অদুগুম্না রোহিণীসু অদুম মচাবই ; মীয়ায়া শন্না শন্না ঙাংনরক্লবদা, রোহিণীসু তারোইদবা করি অমুক লৈবগে ? রোহিণীনা তারে, খুদ পুম্বা পুগনিন নিনগ্রে, গোবিন্দলালদি মচাকী মখুবাক্তা লৈরে,– দূপা লিশিং তরেংকী লিক-কোল শারে হায়দুনা । মাকম অসি কনাদগী থোক্লকপনো হায়বা রোহিণী খঙদে কনানা থোকহল্লিবনো হায়বসু খিঙ্জিল্লবা তৌদে ; অদুবু মহাকী মপুক্লিংদুদা চপ য়ু'না হেক্তা লেপ্লে. ভ্রমরনা থোকহল্লিবনি, নত্রবদি কনানা অসুক য়াম্না মথন্নাই চাকহনবা ঙমগদগে ? মহাক্না থল্লকই,— ভ্রমরনা ঐবু শাথীনা চাকহল্লে । নহালমুক্না হুরানবী হায়না মীংদা-থীহনবা, হন্দক্না মীংদা থীবা অসিমগা অমুক থোকহনবা । লৈবাকসিদা ঐ অমুক লৈররোই, অদুবু চৎত্রিবৈঙগী মমাংদা ভ্রমরগী মথন্নাই অমু-ক্তংদি থ্রোক থ্রোক চাকহল্লমগে ।

রোহিণীনা ঙমদবা থবক অমুক লৈত্তে, মহুদি মথকী মাগী বান্নিদগী থঙনদুনা অদুম্মক লৈরে । রোহিণীনা কনাগুম্বী মরেকাইগী ফুগী অমদগী বানারসী শাড়ী অমথক্তা পিলটিগী লিক কোল মপু অমগা মাইকরে । মুমিং তারকপা মতমদা মহাক্না পুম্নমক্কী অমদা রোম-শিল্লগা পুরক্তুনা রায়খোইগী ইমুং তাম্না চংলক্লে । অদুদগী ভ্রমর

মথন্তা লৈমাইথক্তা ওন-থোইনা কাপ্লবা, মরক মরক্তন্ত লৈথোক্লহনা নোংথক য়েংহনা রাখল তৌরিবা মকম অদুদা চংলকুনা কীয়োম অদু লৈবাক্তা থম্লগা কম্লরে। ভ্রমরদি পুমগুক ওকখ্রে—রোহিণীগী মথক উবদা মথরাইদু প্রোক শ্লোক চাকুনা মশাপুম্বা থাংথক্তা ভোবগুমখ্রে। থাওবা ওমশিন্নক্তুহনা ভ্রমরনা হায়রকই, "নহাক নহালমুক্লা ইকু ইবুঙোগী ইমুংদা হুরানবা চংলুহ, ওসিনা অমুক ঐগী হমুং অসিদা অস্থুমা হুরানগে লাক্লত্রা ?"

রোহিণীনা মথন্তা মপুক্লিংদা হায়জরকই, "নংগী মকোক-নক শায়গে হায়হনা লাক্লবানে।" কোংনা হায়রকই, "ঐহাক হৌজিক হুরান্নবগী থোইনা কায়কম লৈত্রে, ঐ অমুক শেল-থুমগী অরাবা লৈত্রে। বাবুয়াইমগী মপান্দগী শেং চাবগী মরমদা করিমত্তা য়াংত্রে। অদুবু মীনা হায়নারিবা অদুমুক য়াম্বা পোৎ নত্তে।"

ভ্রমরনা হায়রকই, নং মফমাসিদগী চংপিঙ্খো চংলে।"

রোহিণীনা, য়া অদু মনা ওইনা তাবা তৌদনা হায়রকই, 'মীনা হায়নরিবদো মতুমক্তি য়ৌদ ময়াম্নদি ঐহাকপু লুপা লিশিং তরেংকী লিক কোল ফংলে হায়রৈ। অদুবু ঐনা হেক ফবমক্তি লুপা লিশিং অহুমগী লিক-কোলগা শাড়ী অসিমতগনি। অদুগা নঙোন্দা য়েংহনগে হায়হনা লাক্লিবানে। ময়াম্না কারগী দমক্তা লুপা লিশিং তরেং হায়না হেক্তা হায়জল্লিবনো ?"

অসি হায়হনা রোহিণীনা কীয়োম অদু হাংদোক্লুনা বানারসী শাড়ী অদুগা গিলটিগী লিক কোলশিং অদুগা ভ্রমরদা উৎলে। ভ্রমরনা খোঙপাক্লা কাওহনা লিক-কোলশিং অদু মাইকৈ থুংনা কোইচাই চাইথাইরে।

রোহিণীনা হায়রকই, "থনাদা খোঙপাক্না কাওহেদে।" অনি হায়রহুনা রোহিণীনা তুমিন্না শিলটিগী লিক-.কাপশিং অমু অযময় ওইনা খুনগাংপগা অমুক কৌনা রোমশিন্দুনা কিশিল্লে, মরুদগী তুমিন্না মকম অক্তদগী হোৎলকতুনা চৎখ্রে।

ঐখোয়না য়ায়া হুংঙাইত্তবা অমা লৈরে। ভ্রমরনা ক্ষীরোদাবুদি লেৎপনে কাওবমে ত্তৌখি, অহুপা রোহিণীবুদি খুত্তুম্না কাওবা থাহৌদে, মসিনি থরাই শোক্না ঐখোয়না হুংঙাইত্রবা। ঐখোয়গী লাইরিকসি পারিবীশিংনা মকম অহুদা লৈরম্ব খোক্লবদি রোহিণীবু মশামক্না চোং-শিন্দুনা ফুগনি কায়বসিদা ঐখোই করিমত্তা চিংনবা লৈত্তে। মুশীগী মৃশাদা চৈ থাবা হৌনদে, মহু ঐখোইস্ থঙই; অহুবু হিংচাবী নক্লগা মীচাবীবু কৃবা য়াদে হায়বসিদি, কয় কম্না য়ানিংদে। অহুবু ভ্রমরনা রোহিণীবু কৈদৌদনা ফুখিদ্রিবনো হ য়বহু ঐখোই হায়বা ওম্মু; ভ্রমরনা ক্ষীরোদবু হুংশি, অহুনা মাবু কু চৈহনা তৌনি। রোহিণীবুদি হুংশদে, অহুনা খুং থা-দবনি। অঙাং মশেল থৎনরক্লবদা মমা ওইবীশিংনা মচাতবু হুই, মীগী মচাবু ফুক্নবা লৈত্তে।

---

## কুনহুমদোইশুবা তাঙ্কক

অহিং অহুগী নোং ঙাল্লম-ঙানফাৎখিবৈঙেদা ভ্রমরনা মপুরোইবদা চিঠি ইনা হৌরে। লাইরিক ইবা পাবসি গোবিন্দলালনা তম্বিবনি, অহুবু ভ্রমরদি লাইরিকতা মরমসোমদা খোইনা পাংথৈহ হৈজিনবা ওমত্রে লৈ-শুদা, শায়পোত্তা, উচেক-রায়াদা, মপুরোইবদা ভ্রমরগী মথরাইহ লুপ্তুনা লৈ, লাইরিক লাইশুদা অমদি ইমুং মহুংগী থবক্তদি খোইনা

খোইজংলুবা লৈতে। চে পুখোক্লুনা ইবা হৌরকপদা, অমুক মুখংলি, অমুক ককথংলি, অমুকস্থ চে অমা হোংই, মন্থদস্থ অমুক মুখংলি; অমুক ককথংলি। কাইনথদা হুন্দোক্লুনা থম্মি। হুমিং নিনি হুম্মিদা চিঠি অমা লোইনা ইবা ওনদে, অহুম্ব ওসিদ মচুম চৌব্রে। পরেং খোহাব্রং-খোইব্রাংনা কলমনা চংলকপা মাইকৈজুমা ভ্রমর অহুম্মক য়ারে। "ম" শিং অহু "স" ওম্না ওনব্রে—"স" শিং অহুনা "ম" ওম্না ওনখ্রে—"ধ" না "ক" ওনব্রে, "ক" না "থ" ওনখ্রে, "ধ" না "খ" ওনব্রে ইকারগী মফমদা আকার—আকার মথৈনা পুংয়াও য়াওব্রে, ময়েক তপাশন্নবগী মহুত্তা পূম্নমক তোঙান-তোঙান্না; করি কান্নগুথা ময়েকস্থ চিংথৈ—মহু পুম্নমক ভ্রমর থে হনা থম্লুবা লেব্রে ভ্রমরনা ওসি পুং অমগী মতমদা শাংলবা চিঠি অমা মপুরোইবদা হংব্রে। কক-থোক ককাশন কারমতা তোদবগী বাদ নত্তে। ঐখোই চিঠি অহুগী মওং থরা মথাদা তাক্লবাসান।

ভ্রমরনা হরি—

'সেবিকা শ্রীভোমরা" (অহুংগী ভোমরা ককথত্তুনা ভ্রমর ওক্লে) "দাস্য:" (অহানবদা দস্যা, মহু ককথংলগা দস্য—মহু অমুক ককথংলগা দাস্যো—দাস্যা: পাক ইবা থোক্লে) "প্রণাম:" (প্র ইংদা অহানবদা "স্র", অহুদগী "শ্র", মমৈথংদা 'প্র") "নিবেদনঞ্চ" (অহানবদা নিবেদঞ্চ অহুদগী নিবেদনঞ্চ), "বিশেস" ("বিশেষ:" হাইনা ইবা থোক্লে)।

চিঠি ইবগী মওহু অস্নমনি। মহাক্না ইবহু, ময়েকশিং চুমখোক্লগা লোল হাইফেত্তং শেমদোক্লুনা মথাদা ইরিবাসনি।

"লোংমা অহিং লৈকোলদা নংমা থেংনা লৈক্লবগী মরমহু ঐওোম্বা

তায়দোকখিদে। চহি অনি লৈরগা হায়গনি হায়খি, অদুবু ঐগী লাইবক থীবনা হান্না মরমদু থগদে। থগৎলা নত্রে, ইমিংমত্তু উরে, নহাক্না রোহিণীদা থোক্নবা কী-বোল লিক-কোলনচিংবদু মহাক মশাগক্না ঐত্তোন্দা লাক্কুনা উৎলম্মে।

নহাক নপুক্কি দা থগলমগনি নিংই, নহ কী নকমদা লৈবা ঐগী ভক্তিদি লেংহৌবনি—নংবু ঐনা থাজবদি মপাল নাইদবনি। ঐনু মতুং থল ম্ম; অদুবু হৌজিক্কি মদু নংলমদ্রে। নহাক অসি ভাক্ত তৌবদা মতিক চারিবা মতম অতক্কী মথৈ, ঐহাক্কী ভক্তিসু লেংদনা লৈ, থাজবা যারিবা মতম অতুকী মথৈ, ঐহাক নংবু থাজৈ। হৌজিক্কি নংগী নফমদা ঐগী ভক্তি লৈত্রে থাজবসু লৈত্রে। মহাক্কী নশক উরগা ঐগী মু ঙাইনা অমুক্ত পোক্লে। নহাক্না মুমদা হল্লকনবা মতমদু খোজানবিদুনা ঐত্তোন্দা থগৎনবিরকউ—ঐহাক থুক্কম-থাজ ডুনবু শুইরবসু অঙম্বা উপায় হেং-ডুনা, ইপামদা চৎচখিগে।”

গোবিন্দলালনা মতম চানা চিঠি অসি পাক্লে। মকোক্তা বজ্র তাবগা চপ মান্ননা থাকখ্রে। থুংহৈ অদুগা লাইরিক মথেক্কচিংবা লাল্লিবা অক্ষুপত্তনা মহাক ভ্রমরনা ইবনি হায়বসি থাজবা পোকপনি। অদুমকপু মপুক্কিংদা হন্না হন্না চিংনবা পোকই—ভ্রমরনা ঐত্তোন্দা আসঙুম্বা চিঠি পাক ইরক্কনি হায়বসি মহাক কৈদৌমুংদা থাজবা লৈতে।

ডংক অদুদা অতৈ চিঠি থরম্মু লাকই। গোবিন্দলালনা মহানব-মক্তুনা ভ্রমরগী চিঠি শন্ন ফাক্তোকুনা পাক্কবনি, মদু পাবদগী মহাক উগী মুক্তিগুন মান্না কুইনা চমম্লহনা লৈত্রে; অতুগী মতুংদা অতৈ চিঠিশিং অদু মপুক্কিং কয়া খোইজংদনা পাবা হৌরক্লে, মদুগী মতুংদা

ব্রহ্মানন্দ ঘোষকী চিঠি অমা য়াওরমলে। শৈরেং পাম্বা ব্রহ্মানন্দনা ইরকই—

"ভাই-হে। নিংথৌ মশেল লাল শোক্লরগা— চয়োং লমহাংনা তুম্মি। নঙোন্দা নংগী ইবেম্মনা ওৎ-নৈবদি মচুম্মি। অদুবু ইদু-শোক্লবা ঐখোইদা ওৎ-নৌবরিবদি করিগীনো? মহাক্না নিনখোকপিরে, নংনা রোহিণীদা লুপা লিশিং তরেৎকী লিক-কোল পিরম্মে হায়না। অতৈ ভাইদবা না কয়াম্থু খোক্লে, মহু নঙোন্দা কুবদা হৌজোইবা পোকই,— অহুম অহুম ওইনমক, নঙোন্দা ঐনা রাকৎচরিবদি—নংনা পুম্নমকসি কনবা শীল্লু। নত্রবদি ঐহাক মকম অসিদগী মুম হোংবদা তাহ। ইতি—"

গোবিন্দলাল অদু অমুক হেন্না ওকখ্রে।— ভ্রমরনা নিংশোক্লিবা? অওইবা রাকম অসি করমন্তা থডবা ওমত্রদুনা গোবিন্দলালনা থুমিৎ অদুদা য়াখং তৌরে, "ঐহাক মকম অাসগী ঈশিং-মুংশিৎ অাসগা কয়া চুনব্রে, হয়েংদক য়ুনদা হল্লগান। ইহ শেম-শাও।"

খংনবা থুমিঙা ইহ তোংলদুনা, মথন্নাই মুংতাইডনা গোবিন্দলাল অদু ময়ুমলোমদা খোঙশাল্লক্রে।

---

## কুনমরিগুবা তাঙ্কক

থ্রুশিবা মহাক অদুবু, মিৎকমগী রাংমদা থম্লগনু। মুংশি লিপুন চেৎহনগে হায়রবদি লংতুং য়ায়া পিকহল্লু। নিংজারবা অদুবু মিথক্তা লেংদনা থম্মু, মিৎয়েং-কারন-লানথ্রগা তমথীবা থৌদোক কয়া খোক্ল-কই। মহাক্না কল্লবা মতমদা কয়া কপাখবা, মহাক লৈজ্রবদা ইংল-রোইদবগুম থনখিবা—মীশক অদু—চহি কুমজা কয়াগী মতুংদা অমুক

উনবা মতমদা, হৌবতমক মহাক,— "করম্না পাল্লি ?" মতু ফাওবা হংদবসু য়াওই— চিন ফংওবা কাংথোকখিদবসু নৈ, থম্মোইগা থম্মোইগা কায়নপ্রবনা। নত্রপনা পুক্নিংদা য়ারৌথিবদগী শক ফাওবা উনবিংদবা য়াই। মতুমক থোকত্রবসু, মিৎকম য়াংমা হেক লানখিবদা, ওইরম্বতুমা ওইখিত্রে, চৎখিবতুমা হল্লকত্রে, কায়খিবতুমা শাগৎলকত্রে। কাংথ্রবা ইচেম্না তিম্নরবসিযু মফম কৈদা উত্রবগে ?

ভ্রমরনা গোবিন্দলালবু মীরৈবাক্তা চৎহনখিবসি অকবা থবক নত্তে। মতম অসিদা মবান পুম্নপ নৈমিন্নরম্নবদি মপুক্নিংদা মক্লিরবসি থোক্লমদবা য়াই। চিন থোক্ল খৎনরকপদা অশেংবা রংফম অতু অহুম্মক ফোংদে ক্লরকদবনি। ভ্রমরগী শেরংম্নবা রাখল অসি পোক্লম্মে হ্রদবনি। অসুক শাওরম্মোইদবনি। শাওবদগী অসুক শাথীনা মাওবসি থোক লম্মোইদবনি

গোবিন্দলালনা মমুমলোমদা থোংশাজক্লবদা,— নায়েবনা কৃষ্ণ-কান্তদা চিঠি অমা থারক্লে, মতুদা বাবু মাহমা জাসি অয়ুক য়ুমলে মদা থাক্না তৌরক্লে হায়বসি খঙহল্লক্লে। চিঠি অতু ডাকতা থারকপনি। হিদগী ডাকনা থুবা হাল্লি। গোবিন্দলালনা য়ুমদা থুংলগদবা মুমিৎ মরি মঙানিগী মমাংদ, কৃষ্ণকান্তনা নায়েবকী চিঠি অতু ফংলে। ভ্রমর তারে, মপুংরাঙবা লাক্লে হায়বা। থুদকুমক্তদা ভ্রমরনা চিঠি অমা ইরে। চেনা মরি মঙা মুক্ল পুমতৈ তৈতুনা শেগাইহুনা লংথোকপ্রগা পুং অহুম মম্নিগী মতুংদা চিঠি অমা ইবা লোইরহুনা থম্লে। চিঠি অসিগী মযোলাদ মমাদা অহুম্না ইরি—"এহাক শাথীনা ইশা ওমদহুনা লৈরে। নখোইনা এবু অমুক্তং লৌররবদি, এহাক থবা পোথাগনি। তংথবদি য়াত্রে, অমাবা হেনজনপ্রবদি অমুক ফবা লৈররোই। য়ারবদি, হয়েং

মক মী থারকউ। মকম অসিদদি অনাবগী রা খণ্ডহনবা য়াদে।" চিঠি অসি ইরগা তুমিন্না ক্ষীরি চাকরাণীবু মী থিহন্দুনা, ভ্রমরনা মপামদা থাগ্রে।

মমা নংলমদহুনা কনাগুম্বা অমা ওইরম্লবদি, ভ্রমরগী চিঠি অহু হেক পাবমক্তদা মমুংদা রা অমা লৈরে হায়বাস খুদক্তা খণ্ডগমগদবনি অহুবু মমাদি মচাগী অনাবা পাও তাবদা রাবনা পাখংগ্রে। অথাম্বা লম অহুদা লৈনা লৈনা ভ্রমরগী মনেমবোকপু ঙমখৈ লৈতনা চৈরে অদুগা মপুরোংবমুস্থ চাইকেৎ তাংলে, অহুদগী কম্নে লাওবনে তৌরহুনা—হয়েংমক মীনাই খরগা লোইননা দোলাই থাহুনা ভ্রমরবু লৌহন্নগনি হায়না কেপ্নরে; ভ্রমরগী মপাস্থ কৃষ্ণকান্তদা চিঠি ইরে। লৌশিং তৌহুনা ভ্রমরনা মশা ঙমংবগী রা শুকপন পন্দনা চিঠিদুদা ইরে, "ভ্রমরগী মমা ফমুংদা লাহকম্লহুনা লৈরে, ভ্রমরবু অমুক্তং থা বরকউ।" মীনাইশিং অম্বুদস্থ রারম অন্থম্না হায়কনবা তম্বিরে।

কৃষ্ণকান্ত হৌজক য়াম্না অরাবদা তারে। অসোমদা গোবিন্দলাল লংকৈদগী থুংলগদৌরে, মতম অসিদা ভ্রমরবু মপামদা থাখিবা চুমদে। অদুগা অমরোমদনা ভ্রমরগী মমা ফমুংদা লাইকম্লরে, থাদনস্থ য়াদে। রাখল মণ্ডা তর থোক্না খন্থরগা ভ্রমরবু শুপ্নগী মুমিৎ মরিনিগী দমক্তা চৎহনবা হায়না লেপ্নরহুনা মপামদা থাগ্রে।

মরিনি শুবগী মুমিত্তা গোবিন্দলাল থুংলরে। থুংলবগা তারে, ভ্রমর মপামদা চৎখি, ওসি লৌকনবা দোলাই থাগদৌরি। গোবিন্দলালনা তৌরিবা পূরমকতু তাব তারে। মপুক্নিংদা কম্না রুরৌরক্নে। মহাক্না খম্লকই, "অস্থক থাজদবা? অচুম্বস্থ খণ্ডদনা, ঐঙোন্দা হায়বস্থ তৌদনা ঐবু হন্দোক্তুনা হেকমক চৎখিবা? ঐহাক ভ্রমরগী মশক

অমুক হয়া য়েংবা তৌগ্রয়োই। ভ্রমর লৈত্রপবু, ঐহাক হিংদুনা পানবা ঙম্মরোইদ্রে ?”

অসি খল্লদুনা গোবিন্দলালনা মমাদা ভ্রমরবু লৌবা চৎলুনবা মা থাখদু তোকহল্লে। করিগী দমক্তা তোকহল্লিবনো হায়রদুদি, ময়ম হায়রোক্তে। মহাক মশানা য়ারবদুগা কৃষ্ণকান্ত বাবুসু মমৌবু লৌরু-মখা থোক্টনা অমুক লাও থোংপা তৌত্রে।

---

## কুনমঙাশুবা তাঙ্কক্

অসুম্ন' চুমিং চুথি মরিনি হোৌশ্রে। ভ্রমরবু লৌবা করাসু চংদ্রে। ভ্রমর মশামসু লাক্তে। গোবিন্দলালনা খল্লকই, ভ্রমর অসি মঙক য়াম্না হায়গংলে, খরদং কপহনগে। অদুম্নসু খল্লকই ভ্রমরনা য়াম্না শাথীরবা অরানবা চংলে, খরদং কপহন্দবা য়াদে। অদুবু অমুক অমুক অহাংবা ইম্মুতু উবদা মশা মথন্তা কপচরক্লে। ভ্রমরনা থাজদবা পোকখিবদু খল্লুবদা মরক মরক্তা মথন্তা পি তৈথোকচরক্লে। ভ্রমরগা খংনবা-চৈনবা তৌবদু নিংশিংলুবদা পিগী ইরা চেল্লক্লে। অদুদগী অমুক মমিত্তগী মপি তৈথোক্কুনা শাওগংলকই শাওদুনা ভ্রমরবু কাওনবা হোৎনরকই। কাওবদি করম্না ঙমগনি ? তুংত্তাইবদি হৌথি, নিংশিংবদি মাওবা লৈতে, অশোকপদি কখি, শোককমদি কোকপা লৈতে; মীদি শিথি, মমিংদি লৈহৌই।

মচৈথ দা কজবা রাখল চেল্লকুবা গোবিন্দলালনা খল্লক্লে, ভ্রমরবু কাওননবা থাওদগী করা পাম্বেদি রোহিণীগী রাখল তৌবা। রোহিণীগী চাংদম্নিঙাই লৈত্রবা ফজরবা শকফম অদু মোংমত্তা ফাওবা

বারুণীগী ঘাট অদু শেংনা উবা ফংজে। গোবিন্দলালনা মশেল-মরাং ওইনা উরক্লে, হুপী অমথক ঘাটকী সিঁড়দা কুমথরক্লি। রোহিণীনা মোংমা সিঁড়িদা কুমখিবদু গোবিন্দলাল নিংশিংলক্লে। নোং-মুংশিং তৌবনা ঘট অদু য়াম্না নক্লে—অনানবদুদা করিগুম্বা মখোঙ নাম্দু-খিদুনা হুপী অদু ঈশদা তাদুনা শাথীনা অরাবদা তারগদ্রা হায়না গোবিন্দলাল অদু পাখংপা অমা পোক্লে। লৈগীশঙ্চং অদুদগী খোঞ্জেল য়াম্না লাওরকই, "কনাগো হোৎলিবী? ওসি ঘট্ট কুম্মুগদু—য়াম্না না-মবান, তুগনি।"

হুপী অদু মাপী রাহেশিং আস তশেংনা তারিগদ্রা তারিরোইদ্রা মচুদি শঙদ্রে। নোংদ কয়া তারে—নোংগী মখোল অদুনা মহাক নিংথিনা তাদ্রমাম্রে হায়না নিংই। মহাক মখু'দগী শন'শ্ল অদু ঘাট্টা থদ্রে। সিঁড়ি অদু অমুক হন্না কাখৎলক্লে। ওপ্না ওপ্না গোবিন্দলালগী লৈকোল হন্না ল'ক্লে। লৈকোলগী থোঙ্গাল অদু চ'দে ক্লগা মচুদা চলক্লে, অদুদগী গোবিন্দলালনা লৈরবা মাহকৈ অদোমদা লাক্লে। মহাক্না কাপ্পবা শঙ অদুগী মনাক্তা চঙকুনা লেপ্লুরে। গোবিন্দ-লালনা উরক্লে, মমাদা রোহিণী।

গোবিন্দলালনা হায়রকই, "চোংনা চোংনা অসিদা করিগী লাক্লিবনো রোহিণী?"

রো। ঐবু কৌবিখিবগুম তৌরা?

গো। কোদে। ঘট অদু য়াম্না না-ল্লে, কুম্মুগদু হায়বনি। অদুম চোংনা চোংনা লোপ্লবা করিগীনো?

রোহিণী অদু ভাঙ্গা ফংলদুনা শঙ মচুংদা চংলক্লে। গোবিন্দ-লালনা হায়রকই, "মীনা উরগা করিনি হায়নি?'

রো । হায়নগদৌরিবহু ঐ হায়জগে । রা অসি অমুক্তং নওোন্দা হায়গে হায়চনা ঐহাক য়াম্না কুপ্না তাঞ্জা য়েংছদা লৈরিবনি ।

গো । ঐস্থু মতুগী মরমদা রা খরদং নওোন্দা হাংগদবা লৈ । কনানা রা অসি থোকহল্লিবনো ? নখোয়না ভ্রমরবু অরানবা শীরিবা কারণীনো ?

রো । পুম্নমক হায়গে । অদুবু মকম আসদা অম্নম্মক লপ্পগা হায়বাসবু ফংগদ্রা ?

গে । ফত্তে, ঐগী হৃতুং হল্লকউ ।

অাস হায়হুনা গোবিন্দলালনা রোহিণীবু পুহনা লৈকোলগী পোথশঙ তন্না চৎখ্রে ।

মকম অহুদা মপানিনা ঙাংনখিবা রা অহু, ঐখোয় থোইনা ময়ামদা হায়দোক্লিজ্রে । অহুবু মাসং তাংদি হায়গে, অহিং অহুদা মন্নুমদা হল্লিরিকৈগী মগা দা রোহিণীনা ভগেনা খঙখ্রে গোবিন্দলাল অহু মহাক্কী ফজরবা মশক্তা শুমহৎখ্রে ।

## কুনতরুকশুবা তাঙ্কক

ফজরবা শক্তম্না শুমহৎপা ? কনা শুমহৎশুবা য়াওই ? ঐহাক নাপুগা খশংবগনা হৎলবা কুরাক আসবু উবদা শুমহৎলি । নহাক লৈরাং চাম্না শাংলব, কামিনী কুসুম উপদা শুমহৎলি । মতুদা করি দোষ লৈ ? ফজবা শক্তমদি শুমহৎনবগী দমক্তা শেম্বান ।

গোবিন্দলালসু অহানবদা হায়রিবা মতৌ অম্নম্না থাল্লি । পাপকী অহানবা থাক্তা থোঙদারক্লবদা পুণ্য চেনথা থম্মোইস্থু অম্নম্না মথল্লি ।

মী পুম্বা হৌগৎলুনা মপাল থোকখ্রে। মতু উবদা গোবিন্দলাল অদু হাইকেং লুংঙাইতনা হায়রকই; "ঙসিবু হকচাং করম তৌরিবগে?"

কৃষ্ণকান্তনা শোল্লবা খোম্বাংনা হায়রকই, "ঙসিদি কয়া লুংঙাই-কম থঙদে। নহাক ঙাস অহিং অসুক থে লকলিবা কারিগীনো?"

গোবিন্দলালনা বাহং অদুগী পাওখুম পিবা তৌদনা কৃষ্ণকান্তগী খুদাং অদু পায়রগা মিতুন য়েংবা হৌরক্লে। থ হৌদন গোবিন্দলালগী মাইথোং অদু লাংশিনখ্রে। কৃষ্ণকান্তগী পুক্নিংগী ঈচেল অদু য়াম্না তপ্না তপ্না চেল্লে। গোবিন্দলালনা "এ অমুক থুনা লাকচগে," বা অসিতমক হায়রম্লগা, কৃষ্ণকান্তগী তুম্ফম-কা অদুদগী মপাল থোকখিহুনা চুমজিং মশামক মাইবগী ময়ুমদা লাকলে। মাইবা অদু পুমঙক ঙকখ্রে। গো-বিন্দলালনা হায়রকই, "মহাশয়, থুনমক হিদাক পুহুনা লেংঙাস—ইপল ইবুঙোগী কীতম্ কয়া ভুগোং চাদবগুম তৌরে।" মাইবা অদু তকিং তাকনা হিদাক-লিকলি চবুন অমা পুহুনা মহাক্কা লোয়ননা চেল্লকলে— কৃষ্ণকান্তগী মনাক্তা গোবিন্দলালনা মাইবগা লোয়ননা য়ৌরকলে। মতু উবদা কৃষ্ণকান্ত অদু হাইকেং পাৎপা অমা পোকই, মাইবনা থুদাং-মিতুন য়েংই, মতুদা কৃষ্ণকান্তনা হংলকই' "করম তৌই, হাইকেং চিংনবগুম্বা অমা পোকলবরা?" মাইবনা হায়রকই, "মীওইবগী হকচাংদবু করম্বা মতমদা চিংননি ঙাই লৈতবা য়াওবগে?"

কৃষ্ণকান্ত অদু ভাব তারে। হায়রকই, "মতমদি কয়া য়াম্না শাংলি!"

মাইবদা হারকই, "হিদাক চারবা মতুংদা হায়বা ঙমগনি।" মাইবনা হিদাক শেম্বলগা পিজনবা কৃষ্ণকান্তগী মনাক্তা চংলকলে,

কৃষ্ণকান্তনা হিদাক হাপ্পা পাত্র অদু লৌরগা মকোক্তা থামজুনা অমুক্তং লোকলে; অদুদগী হিদাকা কোম্লনা পূম্নক্ক চিনগুপশেসদা থাদগ্রে।

থাইবদু মথরাই য়াম্না হুংঙাইগ্রে। মদু কৃষ্ণকান্তনা উরদুনা হায়রকই, "হুংঙাইতবা তৌগদু। হৌজিক ঐহাক হিদাক চাদুনা হিংনবা হোৎনবগী চহি মতাং অদু হৌগ্রে। হৌজিক্কী মতমদা হিদাক্কী হরিনামনা ঐঙোন্দা থোইনা হেন্না কান্নরগনি। নখোই হরিনাম শোন্দুনা ঐবু ঙাহল্লু"

কৃষ্ণকান্ত নত্তুনা কনামত্তা হরিনাম শোগ্রে। মনাম পূম্নমক অদুদি পাখৎপগা কিবগা ঙকপগা পুংতিন তিম্নখ্রে। কৃষ্ণকান্ত মথান্তদি অকিং পেকে। মহাক্না গোবিন্দলালদা হায়বকই, 'ঐগী লুখুমদা দেরাজগী শো লৈবনি পুথোকললকউ।"

গোবিন্দলালনা মোন মথাদগী শো লৌথোরকলে।

কৃষ্ণকান্তনা হায়বকই, "দেরাজ হাংদোকলগা ঐগী উইল অদু পুথোকললকউ"

গোবিন্দলালনা দেরাজ হাংদোক্লুনা উইল অদু পুথোকললকলে।

কৃষ্ণকান্তনা হায়রকই, "ঐগী লাইশংদা থংক তৌবা মুহুরি-শিংগা খুলগী মকোক ওইবা মী কয়ামুক্তা কৌরকউ।"

খুদক অদুমক্তদা নায়েব, মুহুরি, গোমস্ত, কেরানী— চট্টোপাধ্যায়, মুখোপাধ্যায়, বন্দোপাধ্যায়, ভট্টাচার্য্য— ঘোষ, বসু, মিত্র, দত্ত-নচিংবনা ইমুং অদু পিক থনগ্রে।

কৃষ্ণকান্তনা মুহুরির অমদা য়াথং পিবকই, "ঐগী উইল অদু পারকউ"

মুহুরি অদুনা লোইনা পারে।

কৃষ্ণকান্তনা হায়রকই, "উইল অদু শেগাইথোকখ্রো। অনৌবা উইল অমা হয়।"

মুহুরিনা হংলকই, "করম্বা মরোলদা ইগনগে?"

কৃষ্ণকান্তনা হায়রকই, "লৈরিবা পূম্নমক্কু অমতা কায়রোই, অমতং নত্তনা—"

"করম্বা ওইরবনো?"

গোবিন্দলালগী মমিং অদুত্ত' ককথৎলগা মদুগী মহুত্তা ঐগী ইনাওনি পাঙ্গী মথৌ ভ্রমরগী মমিং ইযু। ভ্রমরনা করিগুম্বা লৈখিদ্রগা গোবিন্দলালনা তথহ অতুমা ফংগনি ইয়ু।"

পূম্নমক অদু তুমিন্নতুমিন্না লৈরম্খ্রে। কনামতা বা মচেং অমা ফাওবা ঙাদ্রিখিদ্রে। মুহুরিনা গোবিন্দলালদা য়েংওকই, গোবিন্দলালনা "ইযু" হায়রগুনা ইঙ্গত তৌরকই।

মুহুরিনা হবা হৌরক্লে। হবা লোইরগা কৃষ্ণকান্তনা সহি তৌরে। সাক্ষীশিং সহি তৌরে। গোবিন্দলাল মশানা হায়জরগুনা উইল অদু লৌরগা মদুদা সাক্ষী ওইনা মহাকনা সহি তৌরে।

উইল অদুদা গোবিন্দলালগী শরুক লিকোল অমা ফাওবা য়াওদ্রে—ভ্রমরগী তথাহ অমা তাখ্রে।

আংং অদুমক্তদা হরিনাম শোল্ল শোল্লগুনা তুলসী মথোঙ কোল্লগুনা কৃষ্ণকান্ত নোঙাখ্রে

---

## কুনতরেৎশুবা তাঙ্কক্

কৃষ্ণকান্তনা লৈতবগী পাও তাবদা লৈবাক অদুগী মী পূম্নমক অরাবগী মুংশাঙপী হোয়খ্রে। কনানা হায়রকই, "ইন্দ্র অমা তুখ্রে,"

কমানা হায়রকই, "মাইকৈ ভাকপা অমা লৈখিত্রে," কনা অমনা হায়রকই, 'সিদোম নিংখাইত্রে।" কৃষ্ণকান্তদি য়াম্না চেকশিনবা মীনি, অদুবু মীদি য়াম্না কৈ, লাইরবা অমসুং ব্রাহ্মণ-পণ্ডিতশিংদা মতিক চানা দান তৌহ অদুনা মী অয়াম্বনা মহাক লৈত্তবদা অরাবা ওইনৈ।

মখাম্মকতগী থ্বাইদগী হেনবদি ভ্রমরনি। হৌজিক্তি থৌয়ম্না য়াদবনা ভ্রমরবু লৌরুবদা তারে। কৃষ্ণকান্তনা পৌখদবা মতুং নোংম' হেক কোনবদা গোবিন্দলালগী মমানা শীল-লাংহুনা মনৌবু লৌরুনবা মী থারে। ভ্রমর য়ৌরক্লগা কৃষ্ণকান্তগী দমক ভমথৈ লৈতনা কপ্লরে।

গোবিন্দলালগা ভ্রমরগা অহানবা শকা শকা হেক উনবদা রোহিণীগী বা পুথেৎলুহনা চাওরবা লাক্লাও অম, থে ক্লগত্রা থোক্ল-মোইত্রে, মহুদ এখোই থাঙ্গশেংনা হায়বা ভমত্রে অদুবু কৃষ্ণকান্ত লৈতবগী রাবনা হৌজিক মহু পুম্নমক্ত পুম্নম নমশিন্দুনা লৈত্রে। ভ্রমরনা অহানবদা গোবিন্দলাগা হেক উনবা মতমহুদদি, মহাক মকু-ইবুঙো-অহলগী দমক কপ্লুনা লৈরম্মী, গোবিন্দলালগী মশক উবদনা খোইনা হেম্না অমুকা কপত্রে। গোবিন্দলালসু কয়া কপাখ।

মরম অদুনা অচৌবা রাথোক অমা থোকত্রা হায়না চিনরম্বহু থবকী ইরাংনা নমহৎত্রে। মবানিমক পুম্নমকাস লোহনা খঙই। নবানিমক মপুক্লিংদা থনৈ, অহানবা উনবদা থোইনা বা ভাংনত্রবনিনা, অমুক রাথোক-লাংহক তৌরুবগী কায়সু কাম্নত্রে—হৌজিক বা থোকপা য়াবা মতম নত্তে। নিংথজনা ইংনা কৃষ্ণকান্তগী শ্রাদ্ধ আস লোইখিসহু—মহুদগী মানা মানা পাম্বহু অহুম্মক চৎনবা হায়বহুনি। মসি থুন্দুনা গোবিন্দলালনা নোংমা মতম চাবা য়েংহুনা ভ্রমরদা রামাং

য়ান্দুনা থমহৌই, "ভ্রমর ! ঐহাক নঙোন্দা হায়গদবা য়া থরা লৈ, য়াশিং অদু হায়বদা ঐহাক্তী থম্মোইদি কায়গনি। ইপা কায়নবগী অরাবদগী হেন্নবা অরাবনা হৌজিক ঐগী ইকোক্তা নম্লবনি। হৌজিক ঐহাক য়া পুম্নমক অদু নঙোন্দা হায়বা ঙমদ্রে। শ্রদ্ধ লোইরগা হায়-গদবা পুম্নমক হায়গে। মরক অসিদা য়া অদু হৌদোকলুবগী থোইনা কান্নবা লৈতে।"

ভ্রমরনা য়াম্না য়ানা মিৎকী পি থাদ্রদুনা অঙাং ওইরিঙৈদগী থঙজরক্লবা লাইয়াম কালী, দুর্গা, শিব, হরিবু নিংশিংজরদুনা হায়রকই, "ঐস্নু হায়গদবা থরা লৈ। নংগী মতম লাকক্লগা ঐঙোন্দা থঙহল্লকউ;"

অটেঙ য়া অমুক ঙাংনদ্রে। হায়গুম্না মতম অদু লেনবা হৌরকলে, উ-না উ-না মতম অদুম্মুক লেম্নরক্লে; মীনাই দুপী নিপা, য়ুমগী মবেম্মা, ইমুংগী মৌশিং, শাগৈ-নাতৈ কনামতনা থঙনখিদ্রে, আতয়াদা নোংছৌ শাক্লে. লৈবাংদা তীন চংথ্রে, লুরবা দুংশি-শক্তম আসদা শূম চাথ্রে হায়বসি। শূম চায়ে হায়রিবসি অচুম্বমক্লি। লৈরম্বদু অমুক লৈখিদ্রে। হান্নগী মীনোক অদু অমুক উবা ফংখিদ্রে। ভ্রমরবু ইনোক মনোক্তবরা? গোবিন্দলালবু ইনোক মনোকত্রবরা? নোকই, অদুবু হান্নগী মীনোক্তুদি নোকখিদ্রে। মিৎকা মিৎকা হেক চা নবদা মথন্তা নোকচরকপা, অদুগুম্বা মীনোক্তু অমুক লৈখিদ্রে। অদুগুম্বা নোকপগা মুংশিবগা তংথাই তংথাই য়ান্নবা মীনোক্তু অমুক উখিদ্রে; মীনোক অদুদা তংথাই অমনা ঙেংবান আসি ফুংঙাই উৎপা, তংথাই অমনা ফুংঙাইবগী পেনবা লৈদ্রে তাকপা— অদুগুম্বা মীনোকতু অমুক লৈখিদ্রে। অদুগুম্বা মিৎয়েংদু লৈখিদ্রে— মিৎয়েং অদু উবদা ভ্রমরনা থনজবা— "কয়াদা কজথ্রবা!" মিৎয়েং অদু উবদা গোবিন্দলালনা থনজবা,— "কয়াদা

শুণ লৈরবা !" মিৎয়েং অদুস্তু মাঙখ্রে ; মিৎয়েং অদুদা গোবিন্দলালগী খুংশি-হয়োইনরবা লেংজবা মিৎকম, হয়াং কারবা মিৎস্না অদুবু উরগা ভ্রমরনা খনজবা—'ঈপাক অসি এগী পুক্নিংসিদা ইয়োহল্লুনা লাম্বোকপা শমগনি থাজব্রে—মিৎয়েং অদু উরগা গোবিন্দলালনা রাখলনা থুমহৎ-খিবুনা তেংবান পুম্বা কাওথোকখিরা, অদুগুম্বা মিৎয়েংশিং অদু অমুক উবা ফংখিদ্রে। খুংশি-মিংগোশিং অদু অমুক তাখদ্রে, অদুগুম্নবা "ভ্রমর, ভোমরা, ভোমর, ভোম, ভুমরি ভুমি, ভুম, ভো, ভোং— অসিনচিংবা— মুখিৎ খুদংগী অশোয়া, খুমিৎ খুদিংগী খুংশিবনা থম্লবা, কাগী চেল্লব, খুংঙাইবগী মশক ওইরবা মিংগোশিং অদু অমুক লৈখিদ্রে। অদুগুম্ব কালো, কালা, কালচাঁদ, কেলোসোনা, কালে-মাণিক, কালিন্দী, কালিয়ে হয়বা— চান্ন-মিংগো অদু অমুক তাখদ্রে। অদুগুম্নব য়েংঙোই, তারিবম্না, ইহে, তাখো-ও হায়বনাচংবা খুংশি-মিংগোদুস্ত অমুক কৌখদ্রে। মরম ইংল কৈভনা কৌথোক-কৌশিন তৌনবদুস্ত লৈখিদ্রে রারেম-থোরেম পুথোক্লুনা পংঙাং-ঙাংনবা অদুস্তু লৈখদ্রে। রাঙাং খোনকম অদুস্ত অমুক তাখদ্রে। মমাংঙৈদি রা ঙাংনকগী ঙাংনফম ঙাক্ত লৈরম্মি— হৌজাক্ত কার ঙাংগদগে হায়বা খিকম থঙদ্রে। তথাই অমা রাহৈনা, তথাই অমা মিৎকা মিৎকা, চিনবানগা চিনবানগা ফোঙদোক্লবা রাঙাংশিং অদু হৌজিক্ত মাঙখ্রে। হায়কগী থোইনা কান্নকমদি লৈতবা, থুম্লকপা পাওথুমগী খোম্মাংহুত্তা তানবা হোংনব অদুগুম্বা রাঙাংশিং অদুস্তু ঙাংখিদ্রে। মমাংঙৈদদি গোবিন্দলালগা ভ্রমরগা পুম্বা হেক লৈমিন্ন-খিবদা, কনাগুম্বনা গোবিন্দলালবু ফৌরুরবস্ত্র পাক উনবা ফংদে— ভ্রমরবুদি শুকফংবু ফংদে। হৌজিক্তি কৌথোকলুকম লৈব্রে—"যাদ্রা

শাগ্রে” হায়দুনবু ওইরবস্তু “কনানো অমনা কৌরেঁ” হায়দুনবু ওইরবস্তু অনিগী মরক্তা অমা হেক্তা হৌগৎখি। নিংথিজরবা পুর্ণিমা থাজংদু হৌজিক্তি অমুবা মোংনা থুমগ্রে। মেয়া থাগী মপুং কারবা থাজদা গ্রহণ লাকগ্রে, কনানো অমনা অশেংবা শনাদা মিসি মকুপ য়ানশিনগ্রে, কনানো অমনা স্তুর চারবা যন্ত্রগী মরী খদংগ্রে।

অতুগী মথক্তা কোকাত্তান-লোমলকলবা-কোরৌ মশেকুন-ঙাম্লবা-থম্মোইদুং অতু শীন্না অমম্বনা কুপগ্রে। গোবিন্দলালনা অমম্বা অদু ঙালহন্নবগী দমক রাখল তৌরি রোহিণীবু, ভ্রমরনা অতুগুম্লবা ভমথীনা শুক্তা মম্লবা অতুবু মাঙহনখিনবগী দমক থাম্ল যমবু। চুজকম লৈত্রবগী চুংজক্তম, পাদ্মৈ লৈত্রবগী পাদ্মৈ. মুংশি-শকক থুংত্রবগী মুংশিকমদি নংতনি যম! থম্মোই মকা লাংহন্নবা, মুঙাইতবা মাঙহনবা, অন্নাবা কোকহনবা, অত্তোনববু পেলহনবদি নংতনি যম! মিংবা কায়রবগী নিংনক্তম, মুংশিবা লৈত্রবগী মুংশিকমদি, নংতনি যম! ভ্রমরবু লৌশিন-বিরো, হে যম!

---

## কুননিপালগুবা তাঙ্কক্

অতুদগী কৃষ্ণকান্ত রায়গী চাওরবা শ্রাদ্ধ অতু লোইগ্রে। য়েংথিবা কাংবুশিংনা হায়, “হোই, কাবক মচাওই হায়বদি মাই, লুপা লিশিং মঙা অমা তয়া অমদি চঙনা মহোংনরে” মীচং ওইবা কাংবুশিংনা হায়, “লুপা লাক্ক অমা চংই।” কৃষ্ণকান্তগী মচা-মতশিংনা মথোইগী ওইবা মীশিংদা তুমিন্না হায়,— “চাওরাক্লা লুপা লিশিং মাংথৈরোম চংই।” ঐথোইনা থাতা য়েংবদদি পুল্লপ্পা চংবা লুপা ৩২৩৫৬৵/১২॥ নি।

অদুম অদুম ওইনমক, ফুমিং থরনিদি পুম্নাং লাঙখ্রে। হরলালনা শ্রাদ্ধ শোনহন্নবা থোকপনা, লাক্কুনা শ্রাদ্ধ শোল্লরে। ফুমিং থরনিমুক্তি হয়িংগী ঙুং ঙুং ঙংবনে, কোল-লিক্কী মখোলনা গ্রোং গ্রোং লাওবনে, চাক্কিবশিংগী নিন-থোংবনে, মরৈ য়েৎনবা কাংবুগী ঙংখৎনবা রাউবনে; থুল অদু নাকোং থম্মফম লৈখিদ্রে। সন্দেস-মিঠায় হোনজিল্লকপগী, চাক্কিবা ময়াম চেনশিল্লকপগী, শিখা-নামাবলীগী কাংবু ওমশিল্লকপগী, শাইগী অমুক শাগে, মদুগী অমুক মথং শাগে তিনশিল্লকপগী অরোইবা অথম লৈদ্রে। অঙাংশিংনা মিহিদানা সীতাভোগ কাওদুনা থোঙ্গাওদী শাম্লরে, মুপীগী কাংবুনা যুগী থাও তাঙখিবদুদা মকোকতা লুচি তাওনবগী ঘি অদু তৈনবা হৌরক্লে, কানিগী দুকান থেঙ লোনখ্রে, কানি চাবা মী পুম্নমক ফলাহার চাবা চৎনখ্রে। যুগী দুকান থিংখরে, যুভাওবা পুম্নমক শিখা থাক্কুনা নামাবলী লৈরুদুনা চাকলুক ওম্না লানখ্রে। চেং তাংশিনখ্রে, মরমদি — চাক থোংবতনা নত্তে য়াম য়াম্না চঙমনখিবনা চেংকুপ হাপ্লবা ফাওবদা ওকপা নংখিদ্রে। ঘি অমুক য়াম্না চঙখ্রে মদুদি, অনাবাশিংনা কাস্টর অয়েল অমুক ফংনখিদ্রে; গোয়ালাদগী শঙ্গোম অকম্বা লৈগে হায়রুবদা মখোইনা হায়রকলে, "ঐখোইগী লৈজরম্বা শজোম অমম্বা থরদং অদু ব্রাহ্মণশিংগী থোক্নাম্না দই ওম্না ওনখ্রে"

অম্মম তৌনা তৌনা শ্রাদ্ধগী লংঙলম্বদু লোইখ্রে। মতুংদা উইল পানবগী রা থরক্লে। উইল অদু পাবদা হরলালনা উরে, উইল অদুদা সাক্ষী মশিং য়ামখ্রে, করিগুম্বা য়েৎ-থোৎপা তৌরুবগী কানকম করিসু লৈররোই। অদুনা শ্রাদ্ধ লোইবগা হরলাল অদু মাগী লৈকমদা অদুম্মক চৎথরে।

উইল পাবা লোইরবা মতুংদা গোবিন্দলালনা ভ্রমরগী মনাক্তা লাকুনা হায়রে, "উইলগী রা তারবরা ?"

ভ্র। করি বালো ?

গো। তথাই অমা নংগী শরুক তারে।

ভ্র। ঐগীরা নংগীরা ?

গো। হৌজিক্তি ঐগীগা নংগীগা থরা থেমবা লৈরে। ঐগী নত্তে— নংগীনি।

ভ্র। অদুবু ওইরবদি নংগীনি।

গো। নংগী নরল ঐহাক লৌরোই।

ভ্রমর অঢ় ও খো'না কপনিংলক্লে; অদুবু মহাক নাপলনা নম-হৎখিদুনা কপনিবা অদু খাক্লদুনা হায়রকই, "অদুদি করি তৌগ-দৌরবা ?"

গো। নৈশা অনিত, ওইরস্সু তানবা ঙম্বা লম্বী রেংলপনি।

ভ্র। করি থবকনো অদুদে ?

গো। লৈপাক রাংবা লায়' কোইচৎ চৎতুনা থবক থিরুগনি।

ভ্র। লন থুম পুম্নমক্‌সি ইকু ইবুঙো অহলগী নত্তে, ঐগী ইকু ইবুঙোগীনি। মতু ক কন থোকপদি নহাক্কি,—ঐহাক নত্তে। অহলনা উইল করিসু তৌবমক্কম থে'ক্লে। হৌজিক্কী উইল অসি অরানবনি। ঐগী বাবানা শ্রাদ্ধগী মতমদা লাক্লম্বদা পুম্নমক'স ঐঙোন্দা তশেংনা তাক্লম্বনি। লন-থুম পুম্নমক নহাক্কীনি, ঐগী নত্তে

গো। ঐগী ইপল ইবুঙোদি মীনম্বা রা তাংবা মী নত্তে। লন-থুম অসি নংগীনি, ঐগী নত্তে। মহাক্কা নত্তোন্দা ইদুনা পিবম্ববিনা নংগী তারে, ঐগী ওইদ্রে।

ভ্র। মশুগুম্বা চিংনবা অমা লৈরগা, ঐহাক নত্তেংন্দা অমুক ইহুনা পিরগে।

গো। নংগী দান লৌহুনা পুন্সিসি হিংবা তারিবা ?

ভ্র। মহুদা করি অকায়বা লৈবগে ? ঐ অসিবু নংগী মীনাইগী মীনাই নত্তনা কনানো ?

গো। হৌজিকী মতমদদি মা অহু পকচত্রে ভ্রমর।

ভ্রমর। ঐনা করি তৌরবগে ? ঐদি নংবু নত্তনা জগৎ সংসার অসিদা কনাবুস্থু খঙজবা লৈত্তে। চহি নিপালত্তা ভাইরিত্তৈদা ঐহাক লুহোংলকপনি— হৌজক্তি চহি তরাত্তবেৎ শুরক্লে। চহি মাপল অসি ঐ কনামত্তা খঙদে, নংবুত্তনি ঐনা খঙজরিবা। ঐ অ'স নত্তেংন্দা চংজরক্লবীনি, নংগী শায়পোৎনি—ঐহাকী করি ইয়াল লৈরবগে।

গো। নহাক খম্বহুনা অহুক য়োউ।

ভ্র। মতম চাদনা ইপামদা চৎলুরে— মহু ঐ লাক্লে, ঐহাক হায়ভমদনা লাক্লে—ঐবু ত'কপিয়ু। ঐহাক অতৈ করিমত্তবু খঙদে, নহাক্তবু খঙই অহুনা পুক্নিংদা শাওনিংবা পোকলুবনি।

গোবিন্দলাল অহু রা ভাংত্রে। মহাকী মমাদা মথম চোইজাই-নরবী পিনা মাইথোং থুম্লবী, অঙাওবীগুম্লবী, রাধনা থম্মেই শোক্লবী, মহাকী রাখলদা শুন্দংলবী, চহি তরাতরেত্তা ভাইরিবী মাগী মুপীনা, মথেং মরাদা ওন-থোইনা লৈরি। গোবিন্দলাল রা ভাংখিত্রে। মহাক্না মতম অহুদা খল্লকই, "মসিদি কয়াদা যুগ্রবা! রোহিণীনা কয়াম কজগ্রবা! ম'সমনা গুণ লৈ, মহাক্তুনা শক ফজৈ। মতম অস্তুক কুইবসি গুণনা সেবা তৌরক্লে, হৌজিক মতম খরা অমুক শককী সেবা তৌরগে। —ঐগী অসিগুম্লবা পাম্লপকম নাইত্রবা, আশা পকত্রবা

কায়রকম লৈরবা পুন্সি অসি ঐনা পাম্বা মতুংইস্না লেজগে। লৈবাকী পাত্রনি, থুগাইমিংবা হুমিস্তা কোক থুগাইগ্রগা লোইরে।"

ভ্রমরনা মখোঙদা তুহ্নমা কপ্লি,—"ঐবু ঙাকপিয়। ঐদি পঙলবী হুপীয়চানি।"

মপাল নাইত্রবা অরা অনাবু শোম্বিরিবা, পুন্নমক উ থঙলবা, অরাবগী মরুপ ওইবিরিবা ইবুঙো মহাক অহুদি শোয়দনমক হায়জ-রিবশিং অসি তাবিরমগনি, অদুবু গোবিন্দলালদি তাবা অমুক লৈখিদ্রে। তুমিন্না অহুম্মক লৈগ্রে। গোবিন্দলালদি রোহিণীগী রাখলদা লুপ্লি। য়াক্রবা-মঙালগী-মশেক্কুম্নবী, চাংজো-নাইত্রবা-ইরাংগী-ফুংনফম ওইরবী, অয়ুককী–শজিক্কুম-চেংলৌ-হেন্নবা ঙথক ঙথকলবী রোহিণীগী রাখলদা ঙাওরি।

ভ্রমরনা পাওথুম ফংলকত্রহুনা অমুক হায়রকই,— "করি হায়রিবগে ?"

গোবিন্দলালনা হায়রকই, "ঐহাক নংবু থাদোক্লগনি।"

ভ্রমরনা খোঙদা কোল্লিবহ থাদোক্লে; মপাললোমদা চৎনবা খোঙ থাংলকপদা খোঙজিনদা খেংজিনহুনা রাম্থহুনা লৈমায়থক্তা তুখরে।

---

## কুনমাপলঙবা তাঙ্কক্

"করি ইরাল লৈহ্না ঐবু থাদোকদৌরিবনো ?" হাইহ অসি ভ্রমরনা গোবিন্দলালদা চিনথেংননা হায়বদি ঙমদ্রে— অদুবু থোকথ্রিবা থোদোক অসিগী মতুংদদি মিকুপ খুদিংদা মথন্তগী মপুক্কিংদা ভঅনা হংজরক্রে— "ঐগী ইরাল করিনো ?"

গোবিন্দলালনা মপুক্কিংদা অমুম থন্নুনা হেংঙকই, "ভ্রমরগী মরাল করিনো ?" ভ্রমরগী শাথীরবা মরাল অমা লৈরে হায়বদি গোবিন্দলালগী মপুক্কিংদা পাল্লে, অদুবু করি মরালনো হায়বহৌদি খোইনা অমুক থন্নদুনা হংলুদে। থন্নদুনা হংলবদি মহাক্না খেংনগনবনি, ভ্রমরনা মাবু থাজদ্রে, থাজদ্দুনা মণোন্দা অকনবা রাইগী চিঠি ইরকলে— অমুকন্থ মডোন্দা চিনখেংনবা অচুম-অরান হংবা তৌখিদে, মসিনি মহাক্কী মরাল। মহাক্কী দমক্তা অমুক রানা হোৎনরগা, মহাক্না ইরাই লাইনা ঐবু থাজদ্রে, মসিরা মহাক্কী মরাল ? ঐখোই কুমতি সুমতিগী রা মথক্তা হায়ব্রে। গোবিন্দলালগী থম্মোইদুংদা কুমতি সুমতি অনিনা চকখেংননা কমদুনা ওাংনরকপা রাশিং অদু ময়'মদা অদুক তমগে।

কুমতিনা হায়রকই,—"ভ্রমরগী অচানবা মরালনা'— থজদবা অসিনি।"

সুমতিনা খুমকই, "থাজদকম থোক্লবা অদুবু থাজরোইদবসিবু করিগী দমক্তনো ? নহাক্না রোহিণীপা ইরাং তৌরুবা অদুবু ভ্রমরনা চিংনবা পোকখি হায়দুনা মহাক্কী মরাল অমুক শাথীনা লৈবা তারবরা ?"

কুমতি। তৌক্তিকপুদি ঐহাক থাজদকম থোকপা হায়বদু ওইরে, অদুবু ভ্রমরনা থাজদবা মতমদুদদি ঐহাক ইরাল লৈতবা— ওইরি।

সুমতি। নোংমা নিনি খেন্নবনা করিগু অকায়বা লৈত্তে— নহাক অরানবা থবকতি তৌরে। অরানবা চৎলকপা ওস্মা মী অদুবু মরাল লৈ হায়না খনবদা য়াম্না চকচিন্নবা মরাল তাগনা ?

কুমতি। ভ্রমরনা ঐবু ইরাল-লৈবা মীনি হায়না খনবদুদগী—

অতুম্মক ঐহাক ইরাল-লৈবা-মী হায়বত্থ ওইগ্রবনি। স.ধুবু হুরানবা হায়না অত্থুম হায়জিন্নকলবদি হুরানবা অত্থুম ওইরকই।

সুমতি। হুরানবা হায়রুবত্থগীনা মরাল লৈরবা? হুরাল্লু'রিবা অত্থুগীনা করিন্থ নজবা;

কুমতি। নংগা খৎনজবা ঐ স্থকত্তম ওমজরোই। য়েংউদনা, ভ্রমরনা ঐহাকপু কয়াদা শাথৌনা ইকাইবা পিগ্রবা? ঐহাক লংকৈদগী হল্লক্লে তাবদা মপামদা হেক্তা চৎগ্রিবনি।

সুমতি। মহাক্না থল্লিবা রাখলত্থদা চেৎনা থাজবা পোকলবদ মহাক্না তৌরিবত্থ অচুম্বা থবক্নি। মপুরোইবনা অত্তোপ্পা স্থপীগী ইরাংদা তাংগ্রবদা স্থপী ওইনা পোকলগা শাওনিংতোইদবসিবু কনানো?

কুমতি। খ.জবা পোকলিংত্থ মহাক্না অরানবান—মত্থদগী হেনবা মরালাস করিনো?

সুমতি। রা অসি মতোন্দদি অমুক্তং হংলবরা?

কুমতি। হ দে।

সুমতি। নং'দ হংস্থ হংদনা শাওই। অত্থুগা ভ্রমরদি নৌরিবী স্থপীমচানি, মাবুদি হ দনা শাওই হায়ত্থনা অস্থক চাওনা রাথোকপা? পুম্নমক'স চৎনবা য়াগ্রবা রা তাক্তান, থাজৈশেংনা শাওরিবাসগী মরম করিনো, হায়ুরা?

কুমত। হায়ু তাসি।

সুমতি। থাজৈশেংবা মরুদি রোহিণীনি। রোহিণীদা থরাই রুপগ্রে— অত্থনা কুচু-স্থবী তোমরাবু অমুক পাম্মকত্রে।

কুমতি। অস্থক কুইবা তোমর'বু পা'ম্র'ম্মবদি করিগীনো?

সুমতি। অস্থক কুইবসি রোহিণীবু থেংনরুদে। নোংমত্তদা পাক

হেক ওইশিল্লু য়াবা নত্তে। মতমগী মতুংইন্না পুন্নমক অন্থুম ওইরক্কই। ঙসি চুংশা শাই হান্নজ্না হয়েং নোং তারোই হায়বা ওস্তরা? অসিদা ওইরবোই নিংত্রা? অতৈস্ত লৈরি।

কুমতি। অতৈদি করি?

সুমতি। কৃষ্ণকান্তগী উইল। হক্তবা অহুনা থত্তই, ভ্রমরদা লন-থুম পিরম্মন'দ নংগী অংম্মক ওইগনি। মসিস্থু মহাক থত্তই, ভ্রমরনা খা অমগী মহুংদা পুন্নমক্তু নত্তোন্দা ইহুনা পিগনি। অহুবু মতম অসিদা মহাক হাইক্কেং লম্নচৎ চুমদবা চংলে হায়বহু উত্থনা নরমচন্তু, চুমথোক্কবা নংবু ভ্রমরগী ক্কৌ'জদা কিশিন্দুনা থনম্বনি। মহাক পুন্নমকসিদি ইথত্ত-থত্তদন, ভ্রমরগী মফমদা পংশাওদা মশাওই।

কুমতি। মহুবুদি অচুম্বনি। অহুবু ঐহা'ক হুপীগী তলব চাহুনা লৈরগদ্র?

সুমতি। নংগী নরল-নথুম পুম্বা ভ্রমরদগী ইনা খোংনহুনা লৌখোক্ক'দন?

কুমতি। হুপীগী দান লৌহুনা থরাই ত্তি গদবা?

সুমতি। বাঃ হু'ঙাইরেদা। লিংজেল ফগ্রবা নিপানিনা। অহু ওইরগা ভ্রমরগী মথক্তা মোকদ্দমা তৌহুনা ত্তিক্রী হাইস্নোদনা— নংগী নপাগী মরল নত্রা?

কুমতি। হুপীগা মোকদ্দমা তৌগদবা?

সুমতি। অহুদি করম তৌনি মাঙজগ্রোদনা?

কুমতি। মহুনি ঐনা নিংলিবা।

সুমতি। রোহিণীদি, মাস্থ চেমখিগগ্রা?

অত্থদগীদি কুমচিগা সুমত্তিগা মথম মথম পায়নরহুনা কম্ম ফুনবা হৌখ্রে

## কুহ্‌মংশুবা তাঙ্কক

ঐনা খাজবা অমা লৈ মহুদি, গোবিন্দলালগী মমানা করিগুম্বা যুম্‌ণান—হৈবী সুপী অমা ওইরম্লবদি, স্মরনা খঙ্জিক্ত' কান্বদা অমুবা নোং অাঁস পাইথে কহনখিবা ঙমগদবনি। মহাক্কি হ'ম্মনা খণ্ডলবনি, মচাগা মমৌগা থম্মাই শোক্লা স্থুং'ঙ্ক'ইনদ্রে হায়বনি সুপীদি মসি ইরাই লাইনা হেক্কা থজবা ঙম্মি। করগুম্বা মহাক্লা মতম আঁসদ' অফবা পাওতাক পিহুনা, মুংশিবা ৱাইহ কয়া হায়হুনা অত্থগা সুপী ওইবীগী তৌনপা অতৈ অতৈ অকবা পাম্বৈ কয়া শ'জন্নদে মহু কে'ক্লবা তোং- নরম্লবাদ, অকবা ফীজনলোমদা তারবগনি নিংই; অত্থবু গোবিন্দলালগী মমা শত যুম্বান-হৈবী সুপী অম নংলমদে, অতুগী মথক্কা অমনা মমৌনা লন থুম পুম্নমক্কী মবেম্মা ওইখ্রে হায়বসিদা ভ্রমরবু হাইকেং কল্লক- য়েংখিবা অমম্থ পোকখ্রে। ভ্রমরগী য়াজ্ঞফনবা থনপদবা মহাক্কী সুংশি লৌচা অহু মঙেন্দা অমুক পোকখি'জ্র। মহা লৈরিবমক্তদা মমৌনা লন থুম পুম্নমক ফংখ্রে হায়বাসিদা মহাকী মনরাই অত্থ প্রোক প্রোক চাকখ্রে। মহাক্লা থাজক্লা কাওবা ঙা'ন তাবা ঙমখিদ্রে মহুদি, কৃষ্ণ- কান্তরায়না ভ্রমর-গোবিন্দলালদি তোঙানবা নত্তে খণ্ডহুনা, গোবিন্দ- লালগী মরম5ৎ মাঙথরকদবা মমি অমা উবদগী গোবিন্দলালবু য়াক্ল- বগী দমক ভ্রমরদা লন থুম পুম্নমক পিরম্মবনি হায়বদে। অমুক্লা ফাওবা মহাক্ল থম্মকবা তৌখিদ্রে, কৃষ্ণকান্তনা শিরমদাই থুদক্লা রাথল চোইরক্লহুনা, বুদ্ধি শেরাম্নরকপদগী অসিগুম্বা হৌনদবা থবকসি

তৌরম্লবনি হায়বা। মহাক্না খল্লকই, মথৌগী ইমুংদা মহাক চানবতা খরা খরা কংহুন', পুক্নী দমক নোম্লরিবা অতৈ মুপীশিংম্লগা চপ মান্ননা পুন্সি লেনবদা তাগ্রে। মরম অহুনা মহাক ইমুং মন্নুংগী রাখল পূম্লমকসি থাদোক্লগে হায়না মপুক্নিংদা লেপ্লে। মপুরোইবনগা লৈথিদবনে, মশাগী ওইজবগা খর খনবনে, মহাক লুপ্পা হেক ওইবা মতমদগী কাশীদা চৎনবা খল্লক্লবনি, অহুবু মুপী ওইবীগী হৌনশা মচা-মুংশিবা লৌচংনা অমুক কুংবসি পাংথোকপা ওৎনহুনা লৈরক্লবনি। হৌজিক্তি মহাক্না নিংশিবহু অমুক হেন্না মরা চেংলক্লে।

মহাক্না গোবিন্দলালদা হায়রকই, "মুসুবেলশিংসু মথং মথং লাইরৈবাক পাংগ্রে, হৌজিক্তি এগী মতমসু নকাশল্লক্লে, মহাক মচা অমা ওইবগী নথৌ তৌরো, ঐহাকপু মতম অসিদা কাশীদ থারো"

গোবিন্দলালনা খুদক্কুনক্তদা রাজমসি য়ারে; মানা হায়রকই, "চৎসি, ঐহাক ইশানা নহাকপু কাশী তান্না থিল্লগে।" মরাইবক খীবনা মতম অসিদা ভ্রমর অহু মপামদা চৎনিংহুনা চৎখিবা তঙ্গা থোকই। কনানসু মাবু খিংবা-খোৎপা লৈতে। মরম অসিনা ভ্রমর খঙদনা গোবিন্দলালনা কাশী চংনবা লাওবা হৌরক্লে। মহাক্না মমিংদা পোৎ—চৈ খরদং লৈবহু মহাক্না তুদিম্না য়োম্বোক্তুনা পেশা খরা তুগাশল্লে। শনা-হীরানাচংবা মমল য়াম্বা পোৎ খরদং মহাক্না লৈজবহুসু ওন্না য়োম্বোক্লে। অমুম্না লুপা লাক্ষ অমরোম খোমজিল্লে। গোবিন্দলালনা মহাক্নী পুন্সি অহু লুপা অসিনা লেন্নবা হোৎনরগে হায়না লেপ্লে।

অহুদগী মমাগা লোইননা কাশী চৎনবা মুদিং লেপ্লহুনা ভ্রমরবু লৌকনবা মী থাগ্রে। মনেমবোক কাশীদা চৎলগনি তাবদা ভ্রমর অহু য়াম থুনা লাক্লে। মহাক য়োরক্লপা মনেমবোক্না মথোঙ পায়হুনা য়ম্না

হায়জরে ; মনেমবোকী মখোঙদা তুথরদুনা কপ্পা কপ্পা হায়রকই, "ইমা, ঐদি নৌরিবী মপীমচানি—ঐবু ইত্তোমতা হন্দোকপিরমগনু—ঐহাক্কবু যুম-পানবগী মরমদা করি খঙলুগনি ? ইমা—মপাল নাইদ্রবা তাইবং ইপাক্কি—ঐহাকপু ইপাক অসিদা লংখবিগনু।" মনেমবোক্না হায়রকই, "নংগী ননেম অহল লৈরি, মহাক্ন নংবু ঐগুম্না চেংশিন্না য়েংবিগনি—অতুপা নংসু যুমগী মবেম্মদি ওইরেদনা।" হাযবিবশিং অসি ভাব করিমতা জাব তাবা ঙমদে, কপ্তুনা অতুম্মক লৈরে।

ভ্রমরনা উরে, শাগীরন অরাবা খেনবা তারে। ইনেমবোক্না ঐবু খাদাক্তুনা চৎল্লে—ইপুরোইবস্ন মহাকপু খিনবা চৎকদৌরি—মহাকপু খিনবা চৎখনদগী অমুক হল্লকনি খাজল্লে ভ্রমরনা গবিন্দ-লালগী মখোঙ পায়রদুনা কপ্পা হৌরক্লে—হায়রকই. "কৈদৌঙৈ হল্লকনগে হায়রংসু"

গোবিন্দলালনা হায়রকই, "মতু ঐ হায়বা ঙমদে হল্লকে হায়বা কয়া নি দ্রে"

ভ্রমরনা খেঙ কে 'ল্লবদু থাদে তুনা তৌগংলগা মপুক্লংদা খল্লকই, "করি ধাক্কম লৈ ? হু হেক চারগা লাইরে।"

অতুগী তুদ চৎকনি হায়দুনা কেপ্পা হুমিত্তু য়ৌরক্ল। হরিদ্রা গ্রামদগী খরা থপ্লপ দাগাইদা চৎলগা ট্রেন তোংগদনান। অফবা পূ কম য়ৌরক্লে—পূম্নমক শেম-শদুনা লোইরে। য়োৎকী উপু, তোরঙ, উগী উপু, ব্যাগ পোৎয়োম অসনচিংবা কয়া ময়াম্না হোনবা হৌরক্লে। মীনাইস্নগী নিপা খরনা তোরবা অশুবা কী শেঙদুনা, মশম নাম্না হাৎলদুনা, খোঙজিন ময়াদা পানা ঙাংনা চারদুনা লেপ্তুনা লৈরক্লে, মখোইস্ন লোইননা চৎকদৌরিবনি। খোঙশংবশিংনা হিট অরাংবগী

কুম্‌ৱিংতু কুদাম চেংনা পানশিল্লগা, মথুক্তা চৈত্তুপ পাররত্না পোং পুম্বিবশিং অত্তুগা লাওনবা হৌরক্লে। খুলগী মুপী অঙাং পুম্বা য়েংবা চেম্মরাক্লে। গোবিন্দলালগী মম'না যুমগী লাইরেম্বী খুকমল্লতুনা ইমুংদগী মী পুম্নমক্না নিংথিবা মাহৈনা পুকমেন পাওমেয়েরগা কপ্পা কপ্পা দোলাই তোংগ্রে। ইমুংগী মী পুম্নমক কপ্পরক্লে। মাগী দোলাই অত্তু চৎপা হৌগ্রে।

অসে'মদা গো'বিন্দলালনা ইমুংগী মুপী অতৈশিংগা পুকমেন-পাওমেয়েরবা মতুংদা তুম্ফম কাদা কপ্তুনা লৈরিবী ভ্রমরগী মনাক্তা বিদায় লৌবা চংলক্লে। ভ্রমরনা থরাই শেক্না কপ্তুনা লৈরম্বত্তু উবদা মহাক্না হায়গে নিংঙকপা পুম্নমক্তু অমতা হায়বা ঙমদ্রবতুনা চুমথা হায়রক্লে, "ভ্রমর! ঐহাক ইমাবু থনবা চৎলুখিগে।"

ভ্রমরনা মথিত্তগী মপি অত্তু তৈথোক্লগা হায়রকই, "ইথাদি মক্কম অত্তুদ অত্তুম্মক লৈরগদবানি। নত্তাক্তি হল্লকনিদনা?"

ৱা অসি ভ্রমরনা হঙকপা মতম অত্তুদা, মাগী মমিত্তা পিগী ইশ্না অমুক চেত্নে, মহাক্কী হায়দেরকপা খোঙ্গাং অত্তুনা য়াম্ন' ওগ্না, চৌং-লেম্বা, মচিনবান্দা ৱল্লবা ৱাশক অমগী এমি ঙাবা উবদা গোবিন্দলাল অত্তু হাইথং ঙকপা অমা পোক্লে। পাওথুম পাক পিবা ঙমদ্রে। ভ্রমরনা মহাক্কী মপুরোইবনা তুমিন্না লৈখিবত্তু উবদা অমুক হায়রকই, "য়েংউ, নংনা ঐঙোন্দা তাকপিখিবনি, অচুম্বতনা লেংদ্রবা থর্মনি, অচুম্বতনা লেংদ্রবা মুংঙাইবনি,—ঙসি ঐঙোন্দা অচুম্বত্তা হায়বীয়ু—ঐদি নঙোন্দা চংজরক্রবা মুপীমচানি, ঐঙোন্দা অমুক নমথাক তৌবিগনু— হায়বিযু, কৈদৌঙৈ হল্লকনি?"

গোবিন্দলালনা হায়রকই, "অছুদি অচুম্বদো তারো। ঐহাক হল্লকে হায়বা নিংঙ্গে।"

ভ্রমর। করিগী দমক্তা হল্লক্লিংঙ্গবনো মহ তা'ক্লম্বা য়াত্রা?

গো। মকম অসিদা লৈরবদি নংগী ছেং চাঙুনা মীনাই ওইনা লৈবা তাই।

ভ্র। অছুবু করি অকায়বা লৈবগে? ঐদি নংগী ননাইগী ননাইনি।

গো। ঐগী ইনাইগী ইনাই ওইরবী ভ্রমরদি, ঐহাক্তা লংকৈদগী হল্লকপা খোঁরাংবা তাইডুনা মিচুংখোঙ মরাদা কমডুনা লৈরমগদবনি, মতম অছুদা মহাক মপামদা চত্তুনা নিংঙাইদনা কমদে ক্তুনা লৈয়োই।

ভ্র। মহুগী দমক্তা করারক নখে'ঙদা হায়জরে—অমুক্তং লানখিবাসবু ভাকশিবা হয়া মঙ্গাঙ্গবরা?

গো। হৌজিক্তি অহুগুম্ব মরাল অছু চাম চাম খোঙ্গক্লগনি। মহাক হৌজিক লন থুম-পুম্মকী মবেম্মনি।

ভ্র। মহু ওইদ্রে ঐহক্তা হন্দক ইপামদা চৎলুবদা বাবাগা তাম্নডুনা তৌরকইবা থবকসি য়েংঙু।

অসি হায়ডুনা ভ্রমরনা চে অমা উৎলে, মহু গোবিন্দলালগী মখুত্তা পিরগা হায়রকই, "পাও।"

গোবিন্দলালনা পা'ডুনা য়েংলে—দান পত্রনি, ভ্রমরনা হৌনবী মমলগী ষ্ট্যাম্পতা মাগী লন থুম পুম্মক্তু মপুরোইবদা দান তৌরে। মহু রেজেষ্টার'সু তৌরে। গোবিন্দলালনা পাবা লোইরগা হায়রকই, "মহাকী মথিক চাবা থবক নং তৌরে অছুবু নংগা ঐগা লৈনবা মরীসিবু করিনো? ঐনা নঙোন্দা লিক-কোলনাচ'বা খো'ঙ্গগা নংনা

শেং চাপ্পদবনি, নংনা লন-থুম দান তৌরগা ঐনা হুংঙাইনা চাবা —মচুগী মরিছুদি নত্তে ” অসি হায়রগা গোবিন্দলালনা মমল য়াম্নবা দানপত্র অদু মচেং মচেং থোক্না শেগাইরগা হুন্দোকখ্রে ।

ভ্রমরনা হায়রকই, “বাবানা হায়, মসি শেগাইদুনা হুন্দোকখিবনা করিস্থ কান্ন’পোং নত্তে সরকারদা মসিগী চপ মান্নবা অমা লৈগ্রবনি ।”

গো । লৈগে লৈজসহু । ঐহাক চংলে ।

ভ্র । কৈদোংদা হন্নকনি ?

গো । ঐহাক হন্নক্রোই ।

ভ্র । করি মরমগীনো ? ঐহাক নংগী হুপী ন, নত্তুং ইনজ-রিবীনি, নঙোন্দা চংজরক্লবীনি, নংনা ঙাক-শেনবীরিবীনি—ননাইগী ননাইনি—নয়াথংও ভাইজরিবীনি—করি মরমগী দমক্তা হন্নক্রোই দৌরিবনো ?

গো । ঐহাক হন্নকনিংজ্রে ।

ভ্র । ধর্ম্ম হায়বদু লৈত্রবরা ?

গো । ঐহাক মতুস্থ লৈজ্রে ।

য়াম্না রানা মিংকী পি অদু থাদ্রে । কয় থামখিবনা পি অমুক চেম্বরক্তে—ভ্রমরনা মথুং লোম্নরদুনা মখোঙ্গেল অমুক নিকপা তৌরনা হায়রকই, “অদু ওইরববি চংলো—ডয়গা হন্নকপর্ন্ন । ইরাল লৈতবা ঐবু থাদোকে নিংলবস্থ, থাদোকই,—অদুবু মর্সিমদি কাওগন্ন, মথক্তা ঈশ্বর লৈরি । মসিমদি থঙউ নোংমা নহাক ঐগীদমক্তা শোইদনা কপ্লখিগনি । মসিমস্থ কাওগন্ন—নোংমা নহাক খিরকখিগনি, ভেংবান অসিদা অশেংবা থম্মোই য়াওনা চুর্ংশিবা কদাইদা লৈ হায়না ?— ঈশ্বরনা সাক্ষী ওইবিসন্ন । ঐহাক্না করিগুম্বা সতী ওইরবা, পুন্নিং-

হুকচাং য়াওনা নংগী নখোংদা লেংহ্রবা ভক্তি লৈরবা, অদু ওইরবদি নংগা ঐগা অমুক শোয়দনা উনখিগনি। ঐহাক মহুগী য়াখলত্তা হিহুনা লৈনবা হোৎনগনি। চৎলো হৌজিক্তি, হায়নিংলবস্তু হায়, অমুক চন্দ্ররোই হায়বদু। অদুবু ঐহাক্তি হায়রিবসিনি—অমুক হন্নকখিগনি—অমুক ভ্রমর হায়না কৌরখিগনি—ঐগী দময় কপ্পখিগনি। হায়রিবা য়া অসিনা করিগুম্বা শোয়রবা, অদু ওইরবদি থওউ ঈশ্বরস্তু মীনম্বনি ধর্ম্মস্তু মীনম্বনি, ভ্রমরস্তু অসতীনি, হৌজিক্তি চৎলো ঐগী করিস্তু অয়াবা লৈতে। নহাক্তি ঐগী লেংদ্রবনি—রোহিণীগী নত্তু।"

অসি হায়রদুনা ভ্রমরনা শক্তিগা লোইননা মপুরোইবগী মথাক্তা থুকয়গা তপ্পা তপ্প অতোপ্পা কা অমদা চংখিদুনা থোঙ লোননিনত্রে।

## কুন্দ্র মাথোইশুবা তাঙ্কক্

য়ারি অসি হৌদ্রওদা মতম শরদংগী মনাংদা ভ্রমরগী মচানিপা অমা পোক্লগা চাবোকশঙদা অদুম্মক লৈখত্রে, ভুসিদি ভ্রমরনা অতোপ্পা কা অমদা চংলগা থেঙ লোনাশিল্লদুনা দুযিং ভরেৎনত্তা হি কম্বা মচা অদুবু কৌদুনা কপ্প ক্ল লেম ইংখক্তা ভুদুনা উকুলম ক্তা ওন থোইনা ভুশাশ্বর মপী ভাঙ্গনা হাল্লদুনা মচাই দনক কম্মা হৌরক্লে—"ঐগী খম্মোইগী লন, তোম্বগী লা রবীগী মণি, নবু কদাইদা চৎপ্রনগে? ভুসি নহাক লৈরম্বা খোক্লবদ ঐবু ভুজ্ঞেকাপ্পদবা কনাগী মাত্তক লৈবগে? ঐবু মুংশিবরক্তুবস্তু, নবু মু শিদবাদ কনানা ভংগদগে? ঐহাক্কী ইশক হৈতো থীজরবস্তু, কনানা মংবুশি শক থী হায়জরগদগে? নভোন্দগী হেন্না ফজববু কনা লৈবগে? অমুক্ত হন্নকখেগবা ইমাগী

ইবুঙো—রায়বা মতম অসিদা অমুক্তা হল্লকপা য়াখিত্রবরা ? শিগ্রবা হায়বসিবু অমুক উনবা ইয়া-য়য়াখিজবরা ?”

অছুদগী ভ্রমরনা মখুৎ লোয়রছুনা, মমাই নোংথক ওল্লছুনা মপুক্লিংদা অছুমদি ওইরগা পেংকাস্তবা খোম্মাংদা লাইশিংগী মকমদা হুঙ্কই “কনানো ঐঙোন্দা তাকপিয়ু, ঐগী করি ইরন লৈছুনা চহি তরাতরেংতা ওাইজরিবী ঐহাক অসিগুম্বা ওইখোক্তবা অরাবা দখা অসি তারিনবো ? ইচা শিরে—ইপুরোইবনা হুল্লেকপিরে ; চহি তরা-তরেংতা ওাইজরিবীনি—চহি মতাং অসিদা ঐহাক ইপুরোইবগী মুংশিবা ক জবা নত্তনা অতৈ করিসু পামজদে—ঐগী হন্দক্কা মপোক-সিদা নিংজবা করিসু লৈতে—নিংজনম্ব অমুক তম্মুবা লৈতে—ঐহাক চহি তরাতরেংতা ওাইজরিগুঁ তাঙ্গাসিদা অমুক শাথীনা নিঙবা কায়বা থোক্লিবসি ক'রগীনো ?”

ভ্রমরনা কপ্পা কপ্পা মপুক্লিংদা কেপ্পল্লে—লাইশিং অসি ওল্লোক্না মুংশি হৈতে। লাইশিংনা মু শি হৈত্রবদা মীওইবনদি কার তৌবা ওস্মুগনি—কপ্পনবা লৈবা তাই। ভ্রমর অছু কপ্পনবা লৈরল্লে।

অসোমদা গোবিন্দলালনা ভ্রমরগী মকমদগী বিদায় লৌরগা তপ্পা তপ্পা মপালগী কাদা থোরল্লে। ঐখোই অছুমছুতা হায়গে--গোবিন্দ-লাল অছু মমিত্তগী মপি তৈথোক তৈথোক্ল থোক্লকই। মুপীমচা ওইবীগী য়াম্না তিংলবা, খুংশেম য়াওদ্রবা,থম্মোই-ইপাক-তোল্লবা, রাঙাং খুনিংদা মশানা য়াওজরবা, মমুংশিগী ইচেল অমা ভ্রমরগী থম্মোইমুংদা অতৎ অথুম লৈতনা চেম্মুনা লৈ, অছুগুম্বা তাঙলবা মুংশি লাইজ অছু থকপা কংজছুনা গোবিন্দলালনা মপাল নাইত্রবা মুংতাইবা কংজরম্বনি, মা অসি হৌজিক গোবিন্দলাল থঙলল্লে। মহাক্না উরল্লে, মহাক্না ওনি

থাদোক্লম্লিবা অসি, পৃথিবী অসিদা অমুক হম্না থিজ্জনস্থ কংলরোই। মহাক্না খল্লকই, থোকখ্রিবা অসি—হৌজিক অমুক থোকপ্পু হায়বা ম্লারোই—হৌজিক্তে চৎপদা তারে, খোঙশান্দোরক্লে, অস্থম মচৎলগে, অমুক হল্লকানি হায়বদি উত্রে। অদু মঙাইবে, খোঙশান্নক্রবনি চৎলগে।

মতম অদুদা করিগুম্বা গোবিন্দলালনা থোঙকম অনিতং হঞ্জিন্দুনা ভ্রমরনা থিংজিল্লিবা থোঙ অদু নমজুনা অমুক্তং হায়রম্লবা—"ভ্রমর, ঐহাক অমুক চল্লক্লে," অদু ওইরবদ পুম্নমক পুমক-ফরম-গদবনি। গোবিন্দলালস্থ কথারক হম্না মতুম ঙৌগেদি মথ'ল্ল। খল্লবস্থ খুং থা-বদি তৌবদ্রে। খল্লবস্থ মপুক্লিংদা ইকাইবা অমা পোকখ্রে মহাক্না খল্লকই; করিগী দমক্তা অম্রক তফিং-তফিংলুগ-দৌরিবনো? পুক্লিংনা নিংঙ্কপা মতমদা, হেক হল্লক্লগা অদু মঙাই। ভ্রমরগী মফমদা গোবিন্দলাল শাথীনা লাল্লে। অমুক ভ্রমরগা মাই-য়োক্লবা মহাক ঙমদ্রে। মহাক করিগুম্বা থবক অমত চনীঙ-তানা খঙনব রাখল থোক্লে। চৎলবা লম্বী অদুদা অদুম্মক চৎলে, মহাক রাখল পুম্নমক থাদোক্লুনা মপ ল য়ৌনক্লগা শেম-শাজুনা হৈরবা শগোল অদু তোংজুনা শাক্লে থাগ্রে। লম্বীদা অস্থম চৎনা চৎনা রোহিণীগী নিংথিরবা শকফ। অদু মহাকী থম্মোইফুংদা লংলবা মঙালগা লোইননা কাওব হৌরক্লে।

---

# অনিশুবা পন্দুপ

## অহানবা তাঙ্কক

### অহানবা চহি ।

হরিদ্রাগ্রামগী য়ুমদা পাও লাক্লে—গোবিন্দলাল অহু মপানচিংবা পুম্নমক্কা লোইননা অনা-অয়েক য়াওদনা মৈথাই-থিনগাই লৈত্তনা কাশীধামদা থুওলে। ভ্রমরদদি করিওম্বা চিঠি অমতা লাক্কে। চিঠি-শংঠি পুম্বা লোইশঙগী থবক পুন্নিবশিংদা লাকই। রাম্নৌবদগী ভ্রমরম্ন চিঠি অমত্তা ইস্ত্রে।

থা অমা হৌখ্রে, থা অনি হৌখ্রে, চিঠি'দ অদুম্মক মরাকই। মমৈথংদা নোংমা পাও অমা লাক্লে, গোবিন্দলাল কাশীদগী য়ুমলোমদা থাত্র' তৌখ্রে।

মহু তাবদা ভ্রমরদি থওলে, গোবিন্দলালনা মমাবু অস্নুম্না উৎ তাইরম্নগা অত্তোপ্পা মকম অমদা চংথ্রবনি। য়ুমদা হলকান তান্নবা মহাক থাজদে।

মতম অসিদা ভ্রমরনা লোম্না লোম্না রোহিণীগী পাও তম্বনা লৌবা হৌরাক্ল। রোহিণী চাকথো ই, থিদোকই, চাই, ইরুকৈ, ঈশিং শে'কই, অসি নত্তনা অতৈ পাও থোইদোকপা ফংদে। মতু'দা নোংমা পাও অমা ফংলে, রোহিণী মশা ওমত্রে, ইমু'দা কৈজুপ তপচিন্দুন' হিপ্তুনা লৈত্রে, মপাল থোকখিত্রে। ব্রহ্মা'নন্দ মশানা চাক থোংত্তুনা চাই।

অত্তুদগী নো'মা পাও অমা অমুক ফংলে, রোহিণী থরা ফরে, অহুবু অনাবা পুম্নকোক কোকপ'দি ওমত্রে। চাকথাওদা লোকপনি—লাইস্নেংবা ওমত্রে—লাইথুং অহু কোক্লনবশীদমক তারকেশ্বরদা ইন্নাং-

পুন্না তৌনবা রোহিণী তারকেশ্বর তান্না চৎথ্রে, মথন্তমক চৎখি,—কনাগদি লোয়ননিংঙাই লৈ ?

অসোমদনা থা অহুম মরি কৌথ্রে—গোবিন্দলাল হল্লক্তে। থা মঙা তক্সক শুজিনখ্রে—গোবিন্দলাল হল্লকপা লৈত্রে, ভ্রমরনা কপ্পগী অরোই-অথম হায়বা অমুক লৈখত্রে। মাগী মপুক্লিংদা মসিতমক খল্লি, হৌজিক মকম কদাইদা লৈবা—মতুতং খঙলবদি মুংঙাইগনি। মসিগী পাও কাওবা ফংত্রিবসি কন্নিগীনো ?

মমৈথংদা মনেমহল্লদা হায়জহুনা মনেমবোক্কা চিঠি ইহল্লে—"নংদি মহানি, শোইদনমক নচাগী পাও খঙলমগানি।" মনেমবোক্কা ইরক্লে, মহাক গোবিন্দলালগী পাও মরক মরক ফংই। গোবিন্দলাল হৌজিক প্রয়াগ, মথুরা, জয়পুরনচিংবা মফমশিং কোইক্রবগা দিল্লীদা লৈরি। মখা থুনা মফম অতুদগী অমুক অতোপ্পা অমদা চৎলগনি। মফম কৈদম্ব লৈতানা থক লৈতে।

অসোমদা রোহিণীস্ব হল্লকপা কৌবা লৈত্রে, ভ্রমরনা খল্লকই, অপবাম্মা খঙগদবতা মঙাইরে, রোহিণী কদাইদা চৎখ্রবগে হায়বা। ঐগী পুক্লিংদা চিংনরিবসিদি পাপ-চেন্নবা চিনসিদা অমুক কাংথোক্ল-রোই। ভ্রমরনা অমুক থাঙবা ওমশিল্লক্তরে। কপা কপা মনেমহল্লদা হায়তুনা দোলাই তেং হুনা মপামদা চৎখ্রে।

মফম অতুদা লৈরগা গোবিন্দলালগী পাও ফংবা ওমগনি হায়বা উত্রহুনা অমুক হল্লক্লে, মযুম মোরক্লগা হরিদ্র গ্রামদস্ব মপুমোইবগী পাও অমতা ফংত্রহুনা অমুক মনেমবোক্কা চিঠি ইহল্লে। মনেমবোক্ক হন্দাক্তি ইরক্লে, "গোবিন্দলালনা পাও অমতা থারক্তে; মহাক হৌজিক কদাইদা লৈবগে হায়বা খঙত্রে। করিগুম্বা মরোল অমত্তা তাখিত্রে"

অহুম্মা অহানবা চহি অহু হৌরে। অহানবা চহি অসিগী লোইরকপদা ভ্রমর অমু অনাবা হায়বহুনা ওইরহুনা কমুংদা য়াতাহনা লৈরে ; অপরাজিতা লৈরাং কংশিল্লকপা হৌরে।

---

## অনিশুবা তাঙ্কক্

ভ্রমরনা কমুংদা য়াতাহনা লৈরে ভাবদা ভ্রমরগী মপানা মচা-মুপীবু য়েংবা লাক্লে। ভ্রমরগী মপাগী মরমদা ঐখোয় খোইনা নিংথনা তাকপা লৈখিদ্রি, হৌজিক তাক্লগ। মহাক্কা মপা মাধবীনাথ সরকার হায়রিবসি চহি নিকুমাংখোই শুরে। মহাক অসি মশক মতৌ য়াম্না ফজবা নিপানি ; মহাক্কী মরমচংকা মরমদদি চিন-মখুরবা য়াম্না লৈ। খরনা মরু য়াম্না থাগৎলি—খরনদি হাও, মাসুক ফত্তবা মী লৈতে। মহাক য়াম্না অকবা মীনি হায়নসিদি ময়াম্মক চপ মাননা হাই, অদুগা মাবু থাগৎলিবা মীশিং অদুনমক মহাকপুদি শিটে।

মাধবীনাথ অহু মচাগী মতৌ উবদা য়াম্না কপ্লক্লে। মহাক্না উরে—অদুগুম্বী মুনা রাশি লৈরবী, শাওং-শাদাদা মপা লৈতনা ফজরবী মচানুপী অদু—হৌজিক্তি মাইথোং ইমক-মকাশিনখ্রে, ময়াং কংত্রিক-কংখ্রে, শকতনা লৈতেখ্রে, মমিৎ কুংশিং কুংশিনখ্রে। ভ্রমরসু হায়কম খঙদনা কপ্লক্লে। মমৈঙংদা মবানিমক কম্না থাম্নরবগী মতুংদা ভ্রমরনা হায়রকই, "বাবা, ঐহাক্কী মতম লোইশিন্নরকপা যাম্লে। ঐহাকপু হৌজিক ধর্ম্ম কর্ম্ম খরদং তৌহনবীয়ু। চহি মতাং চাত্রবসু কৈদৌবগে, ঐগী মতমদি লৈশিল্লক্করে। মতম্না লৈশিল্লক্ত্রবদা অমুক করিগীদমক্তা থিম্নকম থোকপগে ? ঐগী দুখা য়াম্না লৈ, ঐহাক ব্রতনিয়ম চৎলগে

কনানা মসিগী মরম তাকপি-থোৎপিগনি ? বাবা নহাক্না মসি থোক্নবা অমুক্তা শীনবিনু ।”

মাধবীনাথ অদু করিমত্তা খুমখিদ্রে । মৈচাক অদু খাঙবা ঙম-শিন্নক্তুনা মহাক মপালগী কা তান্না থোরক্লে । কা অদুদা য়ান্না কুটনা ফল্লহনা কপ্পুনা লৈরে । কপ্পতা নত্তে, থরাই শোক্লা মুংঙাইখিদবা অদুনা মাধবীনাথকী থম্মোইদা তমথীনা শাওনিংবা অমসু পোকহল্লে । মহাক মথন্ত অসুম থনজরকই, “ঐগী ইচানুপীবু অসুম্না লাক্লরিবা মী অদুবু,—মসিগা চপ মান্ননা লাক্লবা ঙম্বা মী—ত্তেংবান অসিদা লৈখিদ্রবরা ?” অসুম খজিন-খাঙল্লরগা মাধবীনাথকী মথরাই অদু য়াবগী মহুত্তা অশাঙবনা পুমকুপ কুপখ্রে । অদুদগী মাধবীনাথনা মমিত্তা ঈ কাংক্লহনা বাশক্লকই, ‘ঐগী ভ্রংরবু অসুক তমথীনা মাঙনবা শীঁল্লবা মী অদুবু. ঐহাক্না অমুক মসিগা চপ মান্ননা মংবুসু মাঙননবা শীনগনি ।”

অদুদগী মাধবীনাথ অদু মপুক্লি' থরদং ইংলহনা ইমুংদা অমুক চংলক্লে । মচানুপীগী মনাক্তা চংলগা হায়রকই, “ইবেম্মা, নহাক ব্রতনিয়ম চংলগে হায়রবদু ঐহাক খল্লরিবনি । হৌজিক্তি নহক্কী নশা অসি য়ান্না শোত্লি, ব্রতনিয়ম চংপা তায়রবদি চরা য়াম্না হেনদা তাই, অদুনা নহাক হৌজিক চরা হেনবদু থম্না য়ানা থোকখিগনি । নশাদু খঙজক্তুং ফগংখিসনু ।”

ভ্র । হৃকচাং অসিবু ফগংলকখিগ্রনে ?

মাধ । করিগী ফগংলক্লোইদৌরিবনো ? মকম অসিদদি নহাক করিসু নিংখিনা লাইয়োংদ্রে—কররসু য়েংলুগনি ? নকু লৈদ্রে, ননেম লৈদ্রে, কনামত্তসু ননাক্তা লৈদ্রে কনানা নংবু নিংখিনা লাইয়েঙহনগনি ?

নহাক ঐগা লোইননা চৎসি। ঐহাক নংবু ইনাক্তা থমদুনা নিংথিনা লাইরেংহনগে। ঐহাক মকম অসিদা কুমিৎ মিনি লৈখিগনি, অদুদগী নহাকপু পুদুনা রাজগ্রামদা চৎকনি।

রাজগ্রামদা ভ্রমরগী মপামনি।

মচানুপীগী মনাক্তগী থোক্লকপা মাধবীনাথনা মচাগী থবক-পুরিবা মীশিং অদুগী মনাক্তা লাক্লে। দেওয়ানজীদা হংলে, "বাবুগী চিঠি চুংঠি ককা লাক-লাকপ্রা ?" দেওয়ানজীনা খুমকই, "করিমতা লাক্লে।"

মাধবীনাথ। মচাক চৌজিক মকম কৈদা লৈ ?

দেওয়ানজী। মদুগী পাও ফাওবা ঐখোই করিমক্তা খঙবা ঙমদ্রে। করিগুম্বা রায়োল অমতা থঙহল্লকপা লৈদ্রে।

মা। কনাদগী পাও অসি খঙবা য়াই ?

দে। মদুবু খঙলবদি ঐখোইসু পাও লৌগদবনি। কাশীদা মনাইবেম্মগী মনাক্তা পাও খঙনবা মী থাক্লে—মদুবু মকম অদুদসু করিগুম্বা পাও অমতা খঙলমদ্রে। বাবু চৌজিক অজ্ঞাতবাসতা লৈরে।

---

## অহুমশুবা তাঙ্কক

মাধবীনাথনা মচানুপীগী অরাবা মতৌ অদু উবদা মদু কোক্লবা ওঙমথৈ চোৎনগে হায়বসি, মপুক্কি'দা চপ য়ুনা লেপখ্রে। গোবিন্দলাল অমসুং রোহিণীনা মাঙনা-তাক্লবসিগী মকনি। অদুনা ইহান হানবদা থিথিবা তাই, ওকবা-ওকবী অনিমু কদাইদা লৈ হায়বসি। নত্রবদি কন্তবা থবকী চৈরাক পিবা য়াররোই ভ্রমরসু শিরগনি।

মখোই মনা মনিন নাইদনা লোৎখ্রে। মখোইবু ফাবা য়াবা

লংজীন পূরমক থদংশ্রে, খোঙ্গুল কাওবা মুথংশ্রে। অদুগ মাধবীনাথনা হায়রম্বই, "ঐহাক মথোইবু থিদুনা পুখোকপা ওমত্রবদি, নিপা অমনি হায়রুবগী করিস্সু কায়বক লৈজ্রে।"

অস্তুম্না চেংলবা রাশক লোইননা মাধবীনাথ অদু মথন্তা রায়-খোইগী যুমদগী মপাল থোক্লক্লে হরিদ্র'গ্রামদা পোষ্ট আফিস অমা লৈ; মাধবীনাথনা চৈগু অমা প'যুরদুনা, ছাই-হুক্কা, পানা চথোম চাওনা চ'রদুনা তপ্না তপ্না যাম্না কপ্রবা মী অমগুম্না মফম অদুদা ফাওরক্লে।

ডাকঘর অদুদা ময়বা ইগী য়ুম অমগী মনুংদা থ'দা লুপা তরামত্তা তলব চাবা ডেপুটী পোষ্ট মাষ্টর অমা ডাম্পোইদুনা লৈরি। কৈনৌনা শাবা অতেকপা টে'বল অমগী মথক্তা চিঠি থরা, চিঠিগী ফাইল, চিঠী থাও, কেগামদা হ'প্পুনা অবোনবা যাম থরা, থল অমা ডাকঘরগী মোহরনচিং'বা থম্নদুনা পোষ্ট মাষ্টর অমদি পোষ্ট বাবু অদু য়াম্না চী-লেম্না পিয়ন মঙ'শয়গী মফমদা মচাক্লা মপু'নি হায়বগী মতৌদু উংলি। ডেপুটী-পোষ্ট ম'ষ্টর বাবুনা ফংবনা লুপা তরামথানি, পিয়ননা ফংবনা লুপা ৭ নি মরম অদুনা পিয়নদুনা থল্লি, আনা তরেংকা আনা তরামত্তগা খেন্নবা অদুক্কগী হেন্না বাবুগা ঐগা খেন্নদে। অদুবু বাবু অদুমন্দ মপুক্লংদা লৌরি, ঐদি ডেপুটী অমনি—মচাক্লা পিয়ননি ঐহাক অসি মাগী হাংকে তুপকে ওন্বা মপুনি মাগা ঐগা নোংথক নোংখা খেন্নবগুম্বনি। রাকম অসি খুদমগা লোইননা উং-ননবগী দমক পোষ্ট-মাষ্টর বাবু অদুনা মতম চুপ্পদা লাইরবা অদুবু লাও-খোংদুনা তৌবি—মচাকন্সু আনা তরেংকী চাংদা অদুম মথুম্মি। বাবু অদু হৌজিক চিঠি থল ওনবা হোৎনরি, মদুগা লোইনা লোইননা

পিয়নব অহুদা আনা মরিকুগী মরামদা চৈ থাংলি, মতম অসিদা মাইথোং মকা লাম্নবা নোকমি নোকমি তৌরবা মাধবীনাথনা মকম অহুদা চংলক্লে। ভদ্রলোক অমা লাকপছ্ উবদা পোষ্ট মাষ্টর বাবুনা পিয়নগা চৈনবা অহু থংডোক তেংকুনা তিংঙক মাইতুন্না য়েংহুবা লৈয়ে। ভদ্রলোক অমবু তরাম তরাম তৌগদবনি হায়বসি মহাক মনিংশিংলকই, অহুবু করম্না তরাম তরাম তৌবা হৌনবগে হায়ভুদা মহাক্না তম্নকপদা য়াওরক্লে—অহুনা মহু খোইনা অমুক তৌবা লৈত্রে।

মথোইগুদা মাধবীনাথনা থগলে, য়োংগুম্বগী মীওই জাংনি? মহাক্না মোক্ল নোক্লহুনা হায়রকই, "ব্রাহ্মণ ওইবিরবরা?"

পোষ্ট মাষ্ট্ৰরনা হায়রকই, "মানি এনি—নং-নংদি—অদোমদি?"

মাধবীনাথনা নোক্লিংবা হাইকেং থিংহুনা মকোক লুক্লপ তৌনা মখুং অনি লোম্নহুবা মরাইবক পোক্লগা হায়রকই, "প্র ভঃ প্রণাম!"

মহু তাবদা পোষ্ট মাষ্টর বাবুনা হায়রকই, "লেংশিল্লু।"

মাধবীনাথ অহু হাইকেং অরাবা ফিজমদা তংবে, পোষ্ট-বাবুনদি ভাকপিরে, "লেংশিল্লু" অহুবু মহাক্না কমগদবসিবু কদাইদগো—বাবু অহু কাওবা য়ন্না লিরবা মথোঙ অহুমতা ভাইরবা চৌকি অমদ কল্লি—মহু নত্তবা কমকম অতৌদি ইমুং অহুদা করিমতা লৈতে। মতম অহুদা পোষ্ট্র মাষ্টর বাবু অহুগী আনা তরেংকী হরিদাস পিয়নবা অতেকপা উদল অমগী মথক্তগী শেগাইরবা বহি চবুন অমা থাংথরগা মাধবীনাথদা কম্নবা লানশিল্লক্লে।

মাধবীনাথনা কম্নগা মঙোন্দা য়েংহুনা হায়রকই, 'নংদি ইবো, করম তৌরি? ঐহাক নংবু নপক থঙবগুম তৌইনা?"

পিয়ন। অঙা, ননাই ঐহাক চিঠি য়েনবগী থবক তৌই।

মাধবী। অচুনা ওইবতারে। হিদাক ঙাম্বক অমতং অহুক হায়কউদনা—

মাধবীনাথত্তি অত্তোপ্পা থুল অমগী মীনি, মহাক কৈদৌঙুংদা হরিদাস বৈরাগী পিয়নবু উথিবা লৈতে, অদুগা বৈরাগী বাবাজীনসু মহাকপু কৈদৌঙুংদা উথিদ্রে। বাবাজীনা মপাঙুংদা থয়কই,—বাবু অসি মীওং অমনি, নিয়বাদ গত্তা মরিদা ওইরবসু বকসিস পিরম্বা যাই। অসি খন্দুনা মহাক হিদাকবু থিবা চেনখ্রে।

মাধবীনাথত্তি হিদাক অমুক্তসু থক্কে—হরিদাস বাবাজিত্তবু চংথোকহনখিনবগী দমক হিদাক থকে হায়শিন্নরিবনি।

পিয়ন মহাশয়না চংথোকখ্রবদা মাধবীনাথনা পোষ্ট মাষ্টর বাবুদা হায়রকই, 'ঐহাক করিগুম্বা মা অমত্তং হংজগে হায়ছুম্বা লাকচনি।"

পোষ্ট মাষ্টর বাবু অহু মথত্তা মপুক্লিংদা নোক্লক্লে, মহাক বঙ্গ-দেশকী মীন—লৈকমনা বিক্রমপুরদনি। মাইকৈ অমরোমদা কনা পঙ্জরবসু, মাগী মথৌগী ল মদদি শিংবগী ম-পা লৈতে। মহাক থঙলে, বাবু অসি করিগুম্বা মরম অমা থিবা ল ক্লিবনি। হায়রকই, "করম্বা রাফ.ম্না মহাশয় ?"

মাধবী। ব্রহ্মানন্দবু খঙবিবরা ?

পোষ্ট। থঙদে—খঙই—কয়া মুম্না খঙদে।

মাধবীনাথনা উরে, শাইয়োন অসি মাগী হায়গী শকক্ষ অমুক হন্থিনবা কৌত্তম তৌরক্লে। মানা হায়রকই, "ডাকঘর অসিদা ব্রহ্মানন্দ ঘোষকী মমিংদা চিঠিককা লাক লাকপদি লৈত্রা ?"

পো। অদোমগা ব্রহ্মানন্দ ঘোষকা করিগুম্বা খঙনবিবা লৈত্রা ?

মাধবী। খঙনবা খঙনদবগী না থম্বিখো, মাসি খঙজনিংদুনা মকম অসিদা লাকচরিবনি।

মতম অদুদা পোষ্ট মাষ্টর অদু মহাক্কী অচৌবা কম অমসুং ডেপুটি ওইবগী মগুন অদু নিংশিংলদুনা য়াম্না চীং-লেম্না কম্বা হৌরক্লে অমসুং হাইকেং শাওরম্না হায়রলে, "ঐখোইমা ডাকঘরগী ঊ-পাও হায়দোকপা য়াদে।" অসি হায়রগা পোষ্ট মাষ্টর অদু ভুমিম্না চিঠি ওন্দুনা লৈরে।

মাধবীনাথ অদু মথন্তা মপুক্কিংদা নোকচরক্লে। কোংনা হায়রকই, "নংনা পাক হেক হায়দোক্লোই হায়বসি ঐ য়াম্না মুম্না খঙই। অদুনা খরমু মপুরক্লি—খরা মপিরমগনি, হৌজিক ঐনা হংবা পুম্বা তশেং তশেংনা অদুক তাকউ।"

মদু তাবদা পোষ্ট-বাবু অদু মাইথোং মকা লাম্না হায়রকই, "করিনো তাকপিয়ু।"

মা। অসিনি, ব্রহ্মানন্দগী মিংদা করিগুম্বা চিঠিককা ডাকঘর অসিদা লাকপ্রা?

পো। লাকই।

মা। ছু'মং কয়ানিমুক থেম্ন থেম্না লাকই?

পো। হায়গ্রিবা মাসিগী পৈশাদি হৌজিক কাওবা কংদ্রি। হায়না মদুগী লুপা পুথোকপিরকখো, অদুদগী অনৌবা মাকম হংবিবা য়াগনি।

মাধবীনাথ অদু পোষ্ট-মাষ্টর অসিদা খরদং মপিবিরমগে হায়না খল্লম্বনি। অদুবু মাগী মতৌ অসিদা য়াম্না খোইদো শাওগৎপা অমা

পোল্লক্লে—হায়রকই, “নং অতোপ্পা লম অমদগী লাকপা মী ওইরমাল্লে—ঐবু শক খঙব্রা ?”

পোষ্ট মাষ্টরনা মতক হায়রদুনা হায়রকই, “খঙদে। ওইগে হায়বমখৈ ওইসনু. ঐখোইনবু পোষ্ট অফিসকী পাও অমা-অমদা পাক পাক হেক হায়দোকপা য়াব্রা ? কনানো নংবো ?”

মা। ঐগী ইমিং মাধবীনাথ সরকার কৌই, লৈকয়া রাজগ্রাম-দনি। ঐগী য়াথং ইনবা চৈতুপ পায়বা অকনবা মী কয়া লৈ হায়বা নং খঙব্রা ?

পোষ্ট বাবু অদু কিশিল্লক্লে—মহাক মাধবী বাবুগী মমিং অদুগা মহাক্কা ‘তৌবা’ ওন্নগী বা তারে। পোষ্ট বাবু অদু ওহাক তুম্মিন্না লৈরে।

মাধবীনাথনা অমুক হায়রকই, “ঐনা হংলিবা পুম্বা অশেং-অশেংবগা খুম্মু নিঙাইগী য়াঙাং তৌগনু। মতম তৌরবদি করিমতা পিরোই—পাই নাত্তংপী অমা ফাওবা। অতুম্বা তাক্কুবা নত্রগা মীনম-শোরিদুনা হায়রবা অমা নয়ুম মৈ থাগনি, নংগী তাকখর অসি লুট তৌগনি, অদুগা বিচারশঙদা বিচার তৌবা মতমদা, নংনা মী থাজিন্দুনা সরকারগী লুপা হুরানবনি হায়না প্রমান তৌহনগনি—খঙলেদনা, হৌজিক্তি তাক্লগে হায়ব্রা ?”

পোষ্ট বাবু অদু মকয়াক থক থক নিকত্রে, হায়রকই, “করিগী অদুক য়ারৌবিরিবনো ? ঐহাক শক খঙজক্লদনা তৌবনি। চুমগী মী অমা ওইরবোই নিংদুনা পংঙাং ঙাংজক্লবনি—হৌজিক খোঙ খোংনা লেংবিরক্লবদবু খুঙবিনিংবা পূন্নমক তশেংনা তাকচগনি।”

মা। দুমিং করানিমুক কায়না ব্রহ্মানন্দগী চিঠি লাকই ?

পো। থা থাগী অদুম্মা লাকই—অকক্লবা মতমদি লৈতে।

মা। চিঠি পুম্বা রেজিষ্টার তৌদুনা লাকইদবা ?

পো। অহোই—অয়াম্বা চিঠি রেজিষ্টারী ওইনা লাকই।

মা করম্বা আফিসতগী রেজিষ্টারী তৌরকই ?

পো। মদুদি নিংশিংজদ্রে।

মা। নংগী আফিসতা রসিদ অমমমদি লৈদবা ?

পোষ্ট-মাষ্টরনা রসিদ থিদুনা পুথোরক্রে। অমথক পারগা হায়রকই, "প্রসাদপুর।"

"প্রসাদপুর হায়রবসি করি জেলাদনো ? নংগী লিষ্টতা অদুক য়েংউ।"

পোষ্ট মাষ্টরনা মশা নিক্না নিক্না ছাপা তৌবা লিষ্ট শদু য়েংলগা হায়রকই, 'যশোর।"

মা। অদুদি য়েংউ, মকম করাই করাইদগী রেজেষ্টারী চিঠি মাসী মনিংদা লাকপা লৈবগে। রসিদ পুম্নমক কাক্তোকুনা য়েংউ।

পোষ্ট-বাবু অদুনা য়েংলে, হন্দক মরক লাকপা চিঠি পুম্নমক প্রসাদপুরদগীনি। অদুদগী মাধবীনাথনা পোষ্ট মাষ্টর বাবুগী থক থক নিক্লবা মথুং অদুবা লুপা তরাগী নোট অমা পিরম্লগা চংখ্রে। মতম অদু কাওবা হরিদাস বাবাজীদি হিদাকক্লু থিবা কংগ্রি। মাধ—বীনাথনা হরিদাসবী শকক লুপা অমম্ভু থম্বিরম্মি। অদুবু হায়রকদুনা কায়দে পোষ্ট বাবুনা মদুম্ভু উৎ অদুম্বক ওলহনখ্রে।

---

## মরিগুবা তান্নক্

মাধবীনাথ অদু নোক্লা নোক্লা হল্লক্রে। কহাক গোবিন্দলাল অমসুং রোহিণী অনিনা লৈথা-তারকপগী বারী মীগী মচিন্দগী

লোইনমক তারে। মহাকী মপুক্লিংদা চপ য়ুংনা লেপ্লে মতুদি, রোহিণী গোবিন্দলাল পূম্না মকম অমদা লোত্তুনা লৈরে। ব্রহ্মানন্দগী কীজমতু মহাক মুন্না নিংথিজনা খঙই—রোহিণী নত্তনা মাগী অতৈ কনামতা লৈতে। মরম অতুনা পোষ্ট-আফিসতগী মহাক্না, থা থা থুদিংগী ব্রহ্মানন্দগী মিংদা রেজেষ্টারী চিঠি লাকই হায়বতু খঙবতুদা—মহাক তাব তারে, রোহিণী নত্রগা গোবিন্দলালনা মত্তেন্দ থা থাগী চা-নবা শেল থাররে। প্রসাদপুরদগী চিঠি লাকই, অতুনদি মবানিমক প্রসাদপুরদরা নত্রগা মতুগা নরুবা কবিগুম্বা মকম অমদরা লোয়দনমক লৈরে, অতুবু শোইদবতু অমুক্ক' তেম্না লোয়দনবা মহাক্ক' মচাতুপীগী ময়ুমদা হেক হল্লকপগা থানাদা মী অমা থারে। সবইন্সপেক্টরনা চিঠি ইরে, কনষ্টেবল অমা থাবিরকই; তুন্নানবা পোৎ থরা ফাকয় লৈরে হায়না।

সব-ইন্সপেক্টর অতুনা মাধবীনাথপু য়াম্না মুন্না খঙই—কিবতু কি, চিঠি হেক ফংবগা নিদ্রাসিংহ কনষ্টেবলবু থাররে।

মাধবীনাথনা নিদ্রাসিংহগী মথুত্তা লুপা অনিথক পিরগা হায়রকই, "অতো নং—হিন্দিমিন্দি তাংলকনু—ঐনা হায়বসিদা তৌ। আদগী উ অসিগী মরুমদা লোত্তুনা লৈয়ু। অতুদু উথাতুদা নংনা লেপ্তুনা লৈগদবদি, মকম অসিদগী হেক য়েংলকপদা নংবু উননবা অতুম্না লৈগদবনি। অতৈ ক'রিনু তোগদবা লৈতে।" নিদ্রাসিংহনা হায়রিবতু য়ারতুনা চংখ্রে। মাধবীনাথনা অতুদগী ব্রহ্মানন্দবু মী থাতুনা কৌহল্লুরে। ব্রহ্মানন্দ লাক্কুনা মনাক্তা কয়রে। মতম অতুদা কনাগুম্বা মী অমতা মকম অতুরাইদা লৈতে।

মবানি অমগা অদগা তরাম তরাম কৌনরবগী মতুংদা মাধবী-

নাথনা হায়রকই, “মহাশয় নোঙ ঙবা ঐগী ঙাই অদু মহাশয়গদি য়ান্না মুনা ভিয়বা মকপ অমা ওইরম্মী। হৌজিক্তি মাগী মী হায়বদু কনাম্নু অমুক লৈত্রে—ঐগী ইঙ্গাকসু লংকৈদা লৈত্রে। মহাশয়গী করিগুম্বা খুদোংথীবা অমত্তং থোকপদা ঐখোয়না য়েংকম থোকই—অদুনা ঐনা মী থাদুনা কৌহল্লরবনি।”

ব্রহ্মানন্দগী মমাইদু থংমক-মকশিনখ্রে। হায়রকই, “খুদোংথীবা হায়বা মহাশয়?”

মাধবীনাথনা শুকথনা হায়রকই, “হোই খুদোংথীবগুম্বা অমা থোক্রে।”

ব্র। করম্বা খুদোংথীবনো মহাশয়?

ম। কনা শাথীবা মশাংনি। পুলিশনা করম্বা লংজীন্দগীনো মহাশয়দা হুরাল্লকপা নোট অমা লৈরে হায়বসি য়াম্না নিংথিজনা খঙলে।

ব্রহ্মানন্দদু শ্বাই পাথংখ্রে। “করিনো হায়রবা য়াসিবো? ঐগী ইকমদা হুরাল্লকপা নোট?”

মাধবী। নংনদি খঙজদবা হুরানবা ওইরম্বা য়াই। কনাগুম্বা অমনা হুরাল্লকপা নোট অদু শিরকপদা নংনা খঙদদুনা থমাজনবা ওইরমগনি।

ব্র। করি য়ানো মহাশয়! ঐঙোন্দবু কনানা নোট পিবিরপদগে?

মদু ভাবদা মাধবীনাথনা খোঞ্জেল অদু য়াম্না নেমথনা হায়রকই, “ঐহাক লোইনমক খঙলবান—পুলিশসু খঙলবনি। থাজৈশেংবদি, পুলিশকী মফমদগী য়ারম পূন্নমকসি তারকপনি, হুরাল্লকপা নোট

অসি প্রসাদপুরদগী লাকপনি, য়েংউ অদে, আদা পুলিশকী কনষ্টেবল অমা নংবু কানবা লাক্লিবদে। ঐহাক্লা পৈশা খরা পিচুনা হৌজিক অচুক থামহুনা থম্লিবনি।"

অসি হায়না হায়না মাধবীনাথনা উথাদা ডাম্থোইরিবা, রুল খুৎপায়নবা, কোই-লাংনা লৈতেংলবা, ফুইনা হৌরবা নোংগী কুচুবু ওবজরবা, কনষ্টেবল অচুগী নিংথিজরবা মুথি অচু উহল্লে।

ব্রহ্মানন্দ অচু কিখনা থক থক নিক্লক্লে ; মাধবীনাথকী মখোঙ কোল্লহুনা কপ্পা কপ্পা হায়রকই, "ঐবু অমুক্তদি কনবিয়ু।"

মা। থোইনা কিরুম্ব, নহাক হন্দক প্রসাদপুরদগী করম করম্বা নম্বরগী নোট কংবগে.মচু অচুক হায়্ ভাসি। পুলিশকী মীনা ঐহোন্দা নোটকী নম্বর অচু তাকথোক্লম্মে। হায়রিবা নম্বর অচুগী নোট নংলমত্রবদি, করিগী অমুক কিকম লৈরুপদগে ? নম্বর ওম্থোক ওবশিন তৌববু করম কুইনা চংগদগে, চংলো, হন্দক প্রসাদপুরদগী পিরকপা চিঠি অচু অচুক পৌক—নোটকী নম্বর য়েংগে।

ব্রহ্মানন্দনা চৎকদবসি করম্বনো ? মহাক কিবনা লোইরে—কনষ্টেবলদি উথাদা লৈরি।

মাধবীনাথনা হায়রকই, "করিমতা কিরুগম্ব, ঐহাক নংগা চৎমিন্নরবা মী পিগে।" মাধবীনাথকী য়াথং মতুং ইন্না থোং শংনা অমা ব্রহ্মানন্দগা লোইননা চৎখ্রে। ব্রহ্মানন্দনা রোহিণীগী চিঠি পুহুনা লাক্লে। চিঠি অচুদা মাধবীনাথনা থিরিবা হিরমশিং অচু ওম্মক থোংনরে।

চিঠি পাবা লোইরগা ব্রহ্মানন্দদা অমুক হন্না পিরহুনা হায়রকই,

"মখর অসিগী মোট নত্তে। করিস্থ কিকম লৈত্রে—নং য়ুমদা হল্লো।
ঐহাক কনষ্টেবল অসিনু থাদোকশ্রগে।"

ব্রহ্মানন্দহ্ শিরুবদগী ছিঙ্গংলকপমুক হুংঙাইত্রে; থোঙথাং মাংনা মকম অহুনগী চেনত্রে।

মাধবীনাথমা মচাম্নুপীবু লাইয়েংনবগী থমক ময়ুমদা পুরক্লে। মহাকপু লায়েংনবা অহৈবা মাইবা থনম্নগা মহাক কলিকাতাদা চৎত্রে। ভ্রমরনা কম্না থীংবা হোৎনৈ—অহুবু মাধবীনাথনা য়াবা কৌবা লৈখিত্রে। "য়াম্না থুনা হল্লকনি" অসি হায়দুনা মচাম্নুপীবু থেমজিল্লগা চ ত্রে।

কলিকাতাদা নিশাকর দাস কৌবা মাধবীনাথকী য়াম্না চাম্নবা মরুপ অমা লৈ। নিশাকর হায়বদি মাধবীনাথতগী চহি মাপল ভরারোম অহুম্না নগা ওইরিবা মীনি। নিশাকর করিগুম্বা থবক অমত্তা তৌদে—মপাগী মরল য়াম্না লৈ, পুং-ইশৈ হাইকেৎ হাইকেত্তুং অহুক তঙ্খি। থবক লৈতহনা অয়াম্বা মতমদা লংঙ্কৈ কোইচৎ চন্তুনা লৈ। মাধবীনাথনা মহাকা উনরে। রা অতৈ অতৈ ঙাংনরবগী মতুংদা মানা নিশাকরদা হংলকই, "লম কায়বা চৎলুসিদনা?"

নিশা। কদায়দা?

মা। যশোর।

নি। কৈদৌবা?

মা। নীলকুঠি লৈগে।

নি। অহু'দি চৎসি।

অহুদগী হোনবী থৌয়াং ভৌরহনা মরুপ অনিহু হুমিন্তুমক্তদা

যশোর জিলা খোঙশাল্লক্লে। মকম অদুদগী প্রসাদপুর তাম্না চৎক-দৌরিবান।

---

## মণ্ডাঙবা তাঙ্কক

য়েংউ অসে, তপ্না তপ্না য়াঙ্গ'লবী চিত্রানদীনা চেল্লি—মতুগী মপান্দা শনা-খোংনাং, কদম্ব, হৈনৌ, খর্জুর অসিনচিংবা মশীং লাক-ভমদ্রবা উপাশনা লৈতেংলবা উপবান্দা কোকিল, চোংঙ', তেনবানা মুংশিবা খোন্থাংদা খোংলি। মনাক অঙ্কুরাইদা থুল অমতা তাদে। প্রসাদপুর কোবা পিক্লবা কৈথেল অমদি ক্রোশ অমরোম চৎলগা লৈ। মকম অসিদা মী চৎথোক চৎশিন কয়া তৌদে, নিংভাইদনা পাপকী থবক তৌবা য়াবা মকম্ন থন্দুনা মমাংতৈদা নীল থাবা সাহেব অমথক্লা নীলকুঠি অমা লিংথংখি। হৌজিক্কি নীল-থাবহুস্ত অদুগা মহাক্কী নিথিনবা লৈতেং পুম্নমক অতুস্ত অতেক-অকায় জুম্না ওই-শিল্লক্লে—মহাক্কী অমীন, শিযন, নায়েব, গোমস্তা পুম্নমক মতিকচাবা মকমদা ম'না ম'না তৌজরুবা থবক্কী মতৌ কতুনা লৈখ্রে, বাঙ্গালী অমথক্লা মী ভাদ্রবা লমহাদা কেরিবা ফজরবা দলাল অদু লৈতুনা নিংথজনা শেং শাজিনখ্রে। লৈ গু মুগী-মুক্তি, ফমফম্ মিংশেল, লাই কয়ানা য়ুম অদু পুমল-শংখ্রে। মতুগী মগুংদা লৈবা মখোল আন লোড়বা য়ুংগী মথক থংবদ লৈব চাওরবা কা অদুদা ঐখোই অদুক চংতুনা য়েংসি। কা মনুংতুনা পুক্লিংহুরবা লাই কয়ামক্রম থেংসি—অদুবু থরা অমদি লূদব-নওংান—হায়দোকপা য়াদবা কৌভন্নি। তক-তক্রবা খোংলবা কনফমদা কম্লতুনা মকোই চোম্লবা মুসলমান অমথক্লা তম্বুরা অমগী স্তুর শেম্লি—মনাক অদুদা মৌ-নহা অমা ফম্লতুনা ভাং ভাং

ছায়না তবলাদা মখুৎনা ছাইফেৎ থারি—মতুপা লোইন-লোইননা মখুদাংদগী শনাগী খুজি ময়ামতুস্থ ক্রিং ক্রিং হায়না মখোল থোক্লি—নাকন্দূদা ফক্লাংদা থেৎলিবা চাওরবা শকয়েং মিংশেল অনিতুদা মবানিগী মমিস্থ মতৌ অতুম্বা তারি। থংনবা কাদা পাথং অমা ফম্লহুনা নভেল পারি, অতুপা মরক্তী হাংদোক্লুনা লৈরিবা থোঙ অতুদা মুপী

তম্বুরাগী খুটি অতু লৈ-না লৈ না কোইক্লে'ম্বতুনা মরী অতুদা খুদোনবীনা থংলি। মরী অতুগী দেংদেং অতুনে তবলাগী তাংতাং অতুনে, অনি অতু ওস্তাদঙ্গী অতুনা চা-নরে হায়না খল্লক্রবা মতমতুদা—মহাক্লা কোইরামগী গুক্লা মম্লবা মরক্লুদগী উন-মুক ঙোরবা ময়া খরা 'থন্দোরক্লুনা কাওমক্লা তমজনকম ওইরবা থোক্লৈ-থে'স্থাং অমা ঙংথো-রকপা হৌরে। অস্থুম ঙংলকপতুদা উন-মুক ঙোরবা ময়াশিং অতু মওং কয়ামক্রম থোক্লা খিগংলক্লে অমস্থং তেঙ্গালমুক মুরবা মকোইশিং অতুস্থ মতুগী মওং তু'ইম্না মথল কয়া কয়াগী কুম্মৈ তৌবা হৌরক্লে। মতম অতুদা মৌ নহা অতুস্থ খিগংপা মাইথো'তুদা অকিবা পোক্লহুনা শাওবু ঙমজরবা থে'ঙ্গল অতুগা মহাক্তী মেওলবা থোম্থাং অতুগা চুশিন্নহন্দুনা হৈশে শকপা হৌরক্লে—মতুনা অপিকপগা অপোৱবগা য়াম্নরবা থোম্থাংগী অহকপা শৈওং অমা থোরক্লে

মতাং অসিদা অরোইবা মুখল অস্তুম্মক থাদরসিরা থক্লে। কয়া লূবা, য়েংহৈদবা থৌদোকশিং অতু ঐথোই কয়া উৎনিংদে—হায়দবা য়াদবা র ফমশিং অতুতা মহায়গে। অতুম অতুম ওইনমক ইথোই অতুগুম্নবা থোংনাং-ৰোকুল হৈনৌ-কদম্বগী কুঞ্জদা থোইমুনা ঙংবা, কোকিলনা থোংবা, পিক্লবা তুরেলগী-ইথক্তা-তাওরিবা কাংগুপী

খোঙ্গেল, যাতি, যুতি, মাল্লিকা, মালতী অসিনচিংবা লৈরাংশিংগী মুংশিবা লৈনম, কা অতুগী মনুংদা অশংবা-মিংশেল থোক্তদা লিংশিল্লকপা ঙমিংকী কজবরবা মশেক, লুপাদা মুংনা-থামহনা শারবা লৈ-হাপকমদা থুং-চঙনা শেম্লবা লৈরাং চবুনগী নিংখিবা, ইমুং অতুবু লৈতেংলিবা পোৎ-চৈশিংগী মথল মথা অয়াম্বা লংলবা মচু, অতুগা ইদৈশ শক্লিবা মী অতুগী খোনকম চুমত্রবা স্বর তরেৎকী থাগৎনকম ওইবা থুংশেম, পুম্নমক অসি হাইক্ষেত্তংদি মপল্লবনি। মরমদি, মৌ নহা অতুগী তথক্লবা মিৎয়েংবু পুক্লিং চংনা য়েংলিবা পাথং অতুগী মপুক্লিংদা মিৎয়েং অতুগী মগুণতনা পুম্নমকসি মপুং ফারবা মুংঙাইবা অমা ওইনা থোকহল্লি।

পাখং অসি গোবিন্দলালনি—মৌ-নহা অসিনা রোহিণীনি—য়ুম অসি গোবিন্দলালনা লৈ-রবনি। মফম অসিদা মখোই লেত্তদনা লৈরে।

থংহৌদনা রোহিণীগী তবলা অতু স্বর চাখিংত্রে। ওস্তাদজীগী তম্বুরা অতুস্থ মরী তৎখ্রে; মথনাওগী খোম্থাং চুমখিদ্রে, ইদৈশ লেপত্রে, গোবিন্দলালগী মথুত্তগী নভেল তাখ্রে। মতম অতুদা ইরাঙ-শঙ অতুগী থোঙজিন্দা মশক থঙদবা পাথঙ অমা চংলক্লে। ঐখোইদি মাবু মশক থঙই—মহাক নিশাকর দাসনি।

---

## তরুকণ্ডবা তাঙ্কক্

মখোন অনি লোঙবা দলালগী মথক্কী কাদা রোহিণী লৈ—মহাক তংখাই-পর্দা-থনবৌনি। মখাদদা মনাইশিং লৈ। মী তাদবা

লম অসিদা গোবিন্দলালবু উনবা মী পংলাক-লাক্রে। মরম অদুনা মকম অদুদা মপানগী কা অমুক খুদুবগী থোইনা কান্নকম লৈতে। করিগুম্বদা অদুক কনাগুম্বা দোকান্দার নত্রগা মী অতৈ অমা লাকপা থোক্লগনা, মথক্তা বাবুদা পাও হেক তাক্লই বাবুনা মথাদা কুম্নকুনা মীদুগা উনরৈ। অদুনা বাবুনা ভাইহাক কম্নবা মথাদা কা মচা অমদি লৈ।

মখাগী থোঙজিন্দুদা চংঙকুনা নিশাকর দাসনা কৌরকই, "কনা কনা লৈবগে?"

গোবিন্দলালগী সোনা রূপা কৌবা মনাই অনিথক লৈ। মী মথোল তাদুনা মথোই অনিমক থোঙজিন তান্না চেনথোরকপদা নিশাকরবু উবদা পুমগুক ঙকখ্রে। নিশাকরগী মখক্তু হেক উবদা য়াম্না চাওবা ভদ্রলোক অমনি হায়রম্না খল্লে। নিশাকরস্তু ফজেৎ চাকচা অদু খরা মীৎথরুবা তৌরক্লে। অসিগুম্বা মীওংদি নোংমত্তা কাওবা থোঙজিন্দা লেপ্লরবদুদা—মীনাইশিং অদু অমগা অমগা ঙক্না য়েংনদুনা লৈরে। সোনানা হ ঙকই, "কনাবু ওইরবনো থিবিরিববু?"

নিশা। নথোইবুনি। বাবুদা পাও হায়রকচো, ভদ্রলোক অমা উনবা লাক্লি হায়দুনা।

সোনা। করি মিং হায়জক্লগদগে?

নিশা। মিংনা কৈদোগে হায়বগে। ভদ্রলোক অমনি হেক্তা হায়ু।

মীনাইশিং অদু খঙই, কনাগুম্বা ভদ্রলোকদি বাবু খক উনদে—উনবা শুকপাম পামদে। মরম অদুনা মীনাইশিং অদু পাও তাক্লবদু থোইনা পামদ্রে; সোনা অদু ইকও-ইকঙা তৌদুনা লৈরে। রূপোনা

হায়রকই, "অরেম্বদা 'রানা লেংখিন্নক্লে ঐখোইগী বাবুদি কনাগম্থু উনা-খোংনবা তোদে ।"

নিশা । অদু ওইরগা নখোই তোক্লো, ঐহাক.পাও ইতাক-তাক্তনা মথক্তা হেক্তা কারগে ।

মীনাইশিং অদু অরাক্না তারে । হায়রকই; "মদু তৌবিগন্থু মহাশয়, মহুম তৌরবদি ঐখোই থবক তোকপদা তারে ।"

অদুদগী নিশাকরনা লুপা অমা পুখোক্লগা হায়রকই, 'পাও হায়রুবা মী অদুনা লুপা অসিমা ফংগনি ।"

সোনানা রাখল তৌবা হৌরকই, তাল্লক অসিদা রূপোনা উমাইবীদোনা পাক লাওনা নিশাকরগী মথুত্তগী লুপা অদু লাক্নুনা মথকলোমদা পাও তাকপা চেনখংগ্রে ।

যুম অদু কোইশিন্দুনা লৈকোল অমা লৈরিবদু পুক্লিং হুনবগী মশাক্ল । নিশাকরনা সোনাদা হায়রকই, "ঐহাক লৈকোল অসিদা কোইচৎ-চত্তনা লৈগে । মসিদা রা ভাংণ্ডকপা তৌগন্থু—অমত্থু ন'ক্লগা ঐবু হেক কৌরো ।" অসি হায়রদুনা নিশাকরনা সোনাগী মথুত্তা লুপা অমা অমুক পিরে'।

রূপোনা বাবুগী মনাক্তা য়ৌরকপা মতমদুদা বাবুদি করিগুম্বা থবক অমা তৌদুনা লৈরম্মী, অদুনা মীনাই অদু মঙোন্দা নিশাকরগী পাও অসি ইহায়-হায়বা ওমদদুনা লৈরে। অসোমদনা লৈকোল অদুদা অস্তুম কোইচৎ চৎলকপদা নিশাকরনা অমুক্তং মথকলোমদা য়েংখৎলকপদা উরে, মশক মতৌ ফজরবী মুপী অমথক মিত্তংখোংদা লোয়ন্থুনা মহাকপু য়েংলে ।

রোহিণীনা নিশাকরবু উবদা মপুক্লিংদা থল্লকই, কনানো নিপা

অসে? মাগী মওং মতৌ অসিমা মহাক লম অসিগী মীদি নত্তমাক্লে লিংই। কৌজেং-চাবচাদা য়াম্না কে মৌবা অসিনদি মহাক অসি ইনাকখুনবা য়ী অমদি শোয়রদনা ওইরম্বা তাই। মশকস্থু কৈজে, গোবিন্দলালনগীদি হেনত্রা? মহুদি হেন্দে। গোবিন্দলালনা ঙোই অতুগা শক্তমনা মসিনা কৈজে। থুইদগী হেল্লিবদি মমিং অসিনি। ইস ও'স্থাকপনি। কয়াদা কঙ্গবা শক্তয়ো। কদাইদগী লাকপা ওইরমগদগে? হলুদগাঁগী মীদি নত্তে—মকম অতুগী মীদি ঐহাক লোইনমক মশক খঙই। মসিগা রা অমা অনিদং ঙাংনবা য়ারোইত্রা। মতুদা করি অকায়ব নৈবগে—ঐহাক্তি কৈদৌহুংদা গোবিন্দলালগী মফমদা লৌনম লিচং-চংপী হায়বীতুমা থক ওইরুগদবা নৈতে।

রোহিণীনা অস্থুম্না থন্দুনা নৈরিঙৈগী মতমসিদা নিশাকরনা মঙক হাইগন্দুনা মথকলোমদা হেক য়েংথংলকপা তাঙ্গা থো'ক্লুহুনা মিং মরিহু কোক হেক চানকরে। মিংকা মিংকা করি রারি শানথিবা মহু ঐখোই খঙত্রে, খঙলবস্থু থোইনা ফারদোক্লিংদে—অহুবু ঐথোইনা তাবদি, অস্থুম্না রারি শাবস্থু নৈ হায়।

মতম অসিদা রূপোনা বাবুগী অহাংবা তা'ঙ্গা কংলহুনা বাবুদা খঙহল্লে, "ভদ্রলোক অমা উনবা লাক্লি।"

বাবুনা হংঙকই, "কদাইদগী লাকপনি হায়?"

রূপো। মহুদি খঙজদে।

ব'বু। মহু হংদনা পাও তাকপা লাক্লিবদি করি মরমগীনো?

রূপোনা উরে মহাক অপঙবা তাবদা তাগ্রে। পাইরক্নৌ লৌশিং অমা লাক্লুনা হায়রকই, "মহু হংজরবনি। অহুবু মহাক্নদি হায়রে, "বাবুদা হায়গনি।"

বাবুনা হায়রকই, "অদুদি চৎলু, উনবা য়ারোই হায়রুচো।"

অসোমদা নিশাকর অদু পাও ইরাক-লাক্তবদুদা মপুক্কিংদা চিংনরক্লে,—গোবিন্দলালনা উনসি হায়বা য়াত্রমাল্লে, অদুদি মরমচৎ ফজদবা মঁদা কারিগী অমুক হৌন-রোন ঙাক্লা চৎকম থোকপগে ? ঐহাক ইশানা মথক ত'ন্না হেক কারগা লোইরেদনা ?

অদুগা থল্লদুনা মীনাইনা হল্লকপা অমুক ইঙাই ঙাইবা তৌদনা নিশাকরনা ইমুংদা চংলক্লে। মহাক্না উরে, সোনা রূপো অনিমক কনামতা মথাদুদা লৈতে। অদুনা মহাক্না য়াম্না ফীংনা সিড়ি কাথৎ-লক্তুনা, গোবিন্দলাল, রোহিণী অদুগা ইশৈ শকপা দানেশ খাঁনা লৈরিবা মফমদুদা য়ৌর'ক্লে। রূপোনা মহাকপু উবদা, বাবু অসিনি উনবা লাকিবা হায়না তাক্লে।

গোবিন্দলাল অদু য়াম্না শাঙরে অদুধু ভদ্রলোক অমনি হায়বদি খঙলে। মহাক্ন হংলকই, "কনা ওইহৌরিবনো ?"

নি। ঐগী ইমিং রাসবিহারী দে কৌই।

গো। লৈবিরিবা মফম্না ?

নি। বরাহনগরদনি।

নিশাকরনা কল্লদুনা হেক্তুমক কমথরে। মহাক্না থঙই, গোবিন্দলালনা কৈদৌঙুংদা কম্মু হায়রকদবা লৈতে।

গো। থিবিরিবাদ কনাবুনো ?

নি। অদোম্বুনি।

গো। করিগুম্বা ঐগী ইমুংদা নমদুনা চংবিরক্লমদদুনা, ঙাইহাক্তং ঙাইদুনা লৈবিরম্বদি, মীনাইগী মফমদগী তাবা ফংবিরমগদবনি ঐহাক মীপা উনবা শংদে হায়বসি।

নি । মতম য়াম্না শংনা লৈবি হায়বা উজরে । ঐহাক অসি কিহন-থংহল্লগা পাক হেক চৎপা মীতা ওইরম্লবদি, অদোম্ব উনবা লাকস্নু লাকচরম্মোই । হৌজক্তি ঐহাক য়োরক্লবনিনা ঐগী য়া থরদং অহুক তাবিরগা অরাবা থুনা কোকাপবনা ফগনি ।

গো । তাবা তাদবহুদি ঐগী ইনিঙনি, অহুবু য়াহৈ অমা অনিদা লোইবিগদবা লৈরবদি, হায়বিরগা চৎপিখিবা য়াগনি ।

নি । য়া অনিতনা লোইগনি । অদোমগী মুপী ভ্রমরদাসীনা মাগী লম পূম্নমক শান্দোক্লদোরি ।

ইবৈ শকপা দাগেশ খাঁনা মতম অহুদা তম্বুরাগী মরী অনৌবা অমা তিংলম্মি । মহাক্না মখুৎ নামনা মরী অহু তিনা তিনা মখুৎ নামনা খুৎশা থেক্লহুনা হায়রকই, 'এক বাত হুয়া ।"

নি । ঐহাক শান্দোকিসু লৌগে নিংলে ।

দানেশ খাঁনা খুৎশা অমা অমুক থেক্লহুনা হায়রকই, "দো বাত হুয়া !"

নি । ঐহাক মস্কগীদমক্তা হরিত্রাগ্রামগী যুমদা চৎলুরবনি ।

দানেশ খাঁনা হায়রকই, "দো বত ছোড়কে তিন বাত হুয়া ."

নি । ওস্তাদজী ওক মশীং থিবিত্রা ?

ওস্তাদজী অতু মমিং ঈ কানা গোবিন্দলালদা হায়রকই, "বাবু সাহেব, ইয়ে বেতমিজ আদমিকো বিদা দিজিয়ে ।

অহুবু সাহেবতি মত। অহুদা ব থল শেরাম্নবা অনা খন্দুনা লৈখ্রে, অহুনা য়া ঙাংলক্তে ।

নিশাকরনা অমুক হায়রকই, 'অদোমগী চুপীনদি ঐঙোন্দা লামশিং অহু শান্দোকপসি য়ারে । অহুন অদোমগী য়াথং ফংদহুনা

লৈরে। মহাক্কি অদোমগী লৈকমস্থ খঙদে, চিঠি-মুংখিস্থ থোইনা ইনিংদে। মরম অহুনা অদোমগী রা খঙনবা হোৎনবসি ঐগী থবক ওইনা তারে। ঐহাক য়ায়া রানা কোইথি-থিরুরবগী মতুংদা লৈকম অসি খঙলকুনা রা অমতং খঙজগে লাকচরিবনি।”

অদু কাওবা গোবিন্দলাল অদু করিমতাখুম্মক্কে—রাখল অমদা লুপ্তুনা লৈরে। মতম কুইনগী মতুংদা ভ্রমরগী মপাও তাবা ফংলে—মহাক্কী ভ্রমর অদো,—চহি অনিরোম হায়জিল্লকলে।।

নিশাকর অদু গৌরিবসি হুইকেৎ হাইকেৎ ভাব তারে।অমুক-তুয়া হায়রকই, “অদোমস্থ করিগুম্বা য়াবিনিংবা লৈরবদি, চে মচেৎ অমদা য়ারে হায়রবসিদং হবিষু। অঙ্গদগীদি ঐহাক অদুম্মক চংচখিবা য়ারে ”

গোবিন্দলাল অদু করিম্বা অমতা খুম্বা তৌদ্রে। নিশাকরনা উরে, অমুকস্থ হায়লদ তারে, অহুনা রাকম পূম্নমক্কু অমুক কন্না শুগাইনা হাধরে। হন্দক্কি গোবিন্দলালস্থ মপুক্কিং কাথহুনা রা পূম্নমক্কু মুন্না তারে। নিশাকরনা হায়রিবা পুম্নমকসি মীনম্বা ভাক্তনি হায়বদি পাবিরিবশিংনা ত্তেয়া খঙবিরবনি; অদুবু গোবিন্দলালদি মদু করিমতা খঙদে, হায়গী থোইরাংবা রাখল অদু থাদেকুনা হায়রকই, “ঐগী রা লৌবগী কান্নকম অমুক লৈতে। লন থুন পুম্নমক ঐগী মুপীগীনি, ঐগী নত্তে, মতুস্থ খঙবিরমগনি নিংই। মহাক্কা শান্দোক্লিংবা মীদা শান্দোকখিবদা, ঐহাক্কী ভাংকম করিমতা লৈতে। ঐহাকস্থ চিঠিন-চিংবা করিমতা ইরোই। হৌজিক্কি রা লোইরবনিনা ঐবু পোথাহনবিরগনি নিংই।”

রাজাং অসিনা নিশাকর হৌগত্তবা য়াত্রে; মহাক মথাদা

কুমথত্রে। নিশাকর চৎপ্রবদা গোবিন্দলালনা দানেশর্থাদা হায়রকই, "ইশৈ অমা শকউ।"

দানেশর্থানা মবুভোগী য়াথং ক'লবহুদা অমুক হন্না তম্বুরাগী সুর শেন্নহুনা হংঙকই, "করি ইশৈ শকচোগে ?"

"শক্লিংবা অমা" অসি হায়রহুনা গোবিন্দলালনা তবলা পাইরে, গোবিন্দলাল অহু হান্নদগী তবলা য়েবা কাবক কাবক হৈ, হৌজিক্তি মান্না নিংখিনা য়েবা ঙম্নবা তম্নে; অহুবু ঙসিদি দানেশর্থগা মাগা ইচা চানত্রে, তাল পুন্নমক পংকায়দা কায়রে। দানেশর্থানা মথোইদৌ শাওগৎলহুনা তম্বুরা থম্নগা ইশৈ লেপ্লহুনা হায়রকই, "ঙসিদি ঐহাক ইশাশি মান্না চোকথরে।" অহুদগী গোবিন্দলালনা সেতার অমা অমুক পায়থত্তুনা খোংবা হোৎনরকই, অহুবু গত্তপুম্না ইকাও কাওত্রে। সেতার থম্নগা নত্তেল পাবা অমুক হৌরকই। অহুবু পারিবহু ভাব করিমতা তাবা ঙমত্রে। অহুদগীদি লাইরিক অহু লংখাইরম্মগা মহাক তুম্ফমকাদা চংত্রে। রোহিণীবুদি মশক উত্রে, অহুগা সোনাদি মনাক্তা লৈ। থোঙজিন মপান্দগী গোবিন্দলালনা সোনাদা হায়ককই, "ঐ ঙহাক তুমগে ঐহাক ইশানা হৌগৎলক্তি মথৈ ঐবু কনানম্ন হৌদোক্লকহু।"

অসি হায়হুনা গোবিন্দলালনা তুম্ফম-কাগী থোঙ অহু লোনশিনত্রে। মতম অহু ময়াচ বা মতুং ওইশিল্লকলবনি।

থোঙ লোনশিল্লগা গোবিন্দলালদি তুম্বু তুমত্রে। কমু দা কম্নগা মথুং অনিনা মমাই থুমজিন্দুনা কপ্তুবা লৈরে।

করিগী দমক্তা ক'প্লবনো, মহুদি খুঙত্রে। ভ্রমরগী দমক কপ্লিবরা

নত্রগা মশাগী দমক কপ্পিবরা, মতু হায়বা ভমত্রে। অনিমকী ওইরম-গত্রে। হায়নদি নিংই।

ঐখোইদি কপ্পা নত্তনা গোবিন্দলালগী অতৈ উপায় লৈত্রে হায়না খল্লি। ভ্রমরগী দমক্তা কপ্পবা লপ্পীদি লৈ, অদুগা ভ্রমরগী মন'ক্তা ইন্দুনা চৎনবগী পাঞ্জিদি উত্রে। হরিদ্রাগ্রামদা শক অমুক উৎলুনবগী মথৌনা লৈত্রে। হরিদ্রাগ্রামগী লপ্পীদা ভিংখংনা থম্না লৈগ্রে। অদুনা কপ্পা নত্তনা অতৈ পাঞ্জি লৈত্রে।

## তরেৎশুবা তাঙ্কক্

নিশাকরনা চংভক্লুনা কা অচৌবা মঙুংদুদা কম্নরবা মতমদুদদি, রোহিণী অদু চত্তনা য়াদদুনা থংনবা কাদা চৎগ্রে। অদুবু মিৎলমগী রাংমদা লৈখি হায়বত্তনি—তাবগীদি নত্তে। ভাংনরিবা রা পুম্নমক মনাকো'ং থাঙজত্তুনা তায়, অদুগা থোঙগী য়ুখল অদু খজিক্কুং হাই-দো'ক্লুনা নিশাকরবু হুরান্দুনমু য়ে'ই। নিশাকরমু উরে, য়ুখলগী রাংমদা কোই-রাওনবী মিৎ অমনা মাবু লোন্না য়েংলি।

রোহিণী তারে, নিশাকর নত্রগা রাসবিহারী হায়বসি হরিদ্রা-গ্রামদগী লাকপনি। মীনাই রূপোমু রোহিণীগুম্না রা পুম্নমকসি লেপ্লুনা তারি! নিশাকরনা হৌগত্তুনা চৎগ্রবদা রোহিণীনা য়ুখলগী নাকন্দা মমাই লিংথোরক্লুনা খুদোনবী হত্তুনা রূপোবু কৌরক্লে। রূপোনা মনাক য়ৌরক্লবদা মহাক্কী মনাকোং ময়াদা তুমিন্না হায়রকই, "ঐনা হায়বা থবক অমা তৌবা ভমগত্রা? বাবুবুদি তাহনবা য়াবা থবক নত্তে। নংনা থবক্তু তৌবদা বাবু খঙহন্দবা ভম্নবদি, নঙোন্দা লুপা মঙা বকশিস পিগনি।"

রূপোনা খল্লকই, ঙসি অসি ক্ষেনকম অকবদা য়াচৌগ্রমাল্লে—লুপা ফংজো হায়বা মতাং ঙাক্তা থোকখ্রে, লাইরবা ঐথোইগীদি পৈশা অনিদা কংলবস্থ কায়বনি, কোংনা হায়রকই, "তাকপিবা থবক অমা হেক্তা ঙমজগনি করি তৌজো হায়বগে ?"

য়ো । বাবু অসিগী মতুং ইল্লতুনা মখাদা কুম্মু । মহাক অসি ঐগী ইপাম লমদমদগী লাকপনি । মকম অতুগী কয়িগুম্বা ঈ-পাও অমতা কংখিদবা ওয়োক্লা কুইরে—অতুনা ঐহাক কপ্পুনতা লৈরিবনি । ইপাম-লমদমগী মী অমা লাক্রবনিনা, মঙোন্দা অতুক ঐগী ইমুংমন্নুংগী পাও অমা অনিদং হংনিংই । পাবুনদি শাওতুনা মাবু চংহনখ্রে । নহাক চংলগা মহাকপু ঙাহাক্তা খাম্মু । অতুগা মাবু কমহনগদবা মকমদি, বাবুনা মখা কুমথরক্লবস্থ উবা ফংলোইদবা য়েংতুনা কমহনগদবনি । অতুগা অতৈনস্থ উদনবা য়েংগদবনি । ঐহাক তাঙ্গা থজিক্তং হেক ফংবদা লাক্কে । মহাক্লা কয়িগুম্বা কম্মু য়াত্রবস্থ, নংনা হায়জ-খোংচতুনা য়ানবা হোংনৌ ।

রূপো অতু বকশিসকী মনম হাইক্কেং কখ্রে অতুনা "য়াম্না কনি" হায়রগা চেনখ্রে ।

নিশাকরনা করি য়াখল তৌতুনা গোবিন্দলালদা লৌনম তৌবা লাক্লিবনো হায়বতু হায়বা ঙমদ্রে । অতুবু মহাক্লা মখানা কুমথরক্লগা চংলিবা শাজংশিং অতু কনাগুম্বা লৌশিং লৈবা মী অমনা উখিবা য়াওরবদি মহাকপু চিংনদফম শুকলৈ লৈতে । মহাক্লা য়ুম অতুগী হেক চংফম ওইরিবা খোঙজাও অতুগী খোঙপাক পৌরোল, কবজা পূম্নমক য়াম্না চেকশিন্না য়েংলম্মি । তাঙ্গা অসিদা রূপো খানসামা লাক্তুনা মনাক্তা লেপ্লরে ।

রূপোনা হায়রকই, "খুদোং ও হূক অমতং অহুক কানবিং খোদনা ?"

নিশা। নখোইগী বাবুনদি পিথক্রক্ৎগা মীনাইনা পিথকপবু করম্না থকনি ?

রূপা। আজ্ঞা, ঐনা হায়রকবদি, করিগুম্বা অরোনবা রাকম অমতং হূঙ্গচনি হূনা তৌবনি। অচিকপা মকম অমদা অমুক্তা লেং-থোকসি ।

রূপোনা নিশাকরবু মহাক্কী চিক্লবা কা অহু তম্না পুহুনা লাক্লে। নিশাকরস্থ থোইনা য়েংলু লাকউবা তৌদনা অহুম্মক মতুং ইল্লরক্লে। মকম অহুদা নিশাকরবু কমহল্লগা রোহিণীনা হায়রকপা পুম্নমক্কু রূপচাঁদনা তক্লে।

মহু তাবদা নিশাকর অহু মখুংনা থা লাম্বা ফংবমুক হুরাওখ্রে। মহাক্না পাম্লবা থবক অহু পাওখোক্লব য়াম্না লাযরবা লম্বী অমা খেংনরে। হায়রকই, "ইবো, নংগী নবুত্তোনদি ঐবু তাস্থেংক্লক্লে, অদুগা ঐনা করম্না মাগী মযুমসিদা লোক্ত্নুনা লৈককম থোকই ?"

রূপো। আজ্ঞা, মহাক করিমত্তা খঙলোই। কা অসিদা মহাক নোংমত্তা ফাওনা চংলক্লে ।

নিশা। চংওক্লমদবস্থ য়াই, অহুবু নখোইগী নবেম্মনা মখাদা কুম্লকপা মতমদা, নখোইগী বাবুহুনা কদায়দা চৎলিবনো য়েংগে হায়না থম্লক্লবদি ? মহুম খন্দুনা মানা তুমিম্না মত্তুং অস্থুম ইম্নরকপদা, করিগুম্বা তাঞ্জ অমদগী ঐগী ইনাক্ত নখোইগী নবেম্মবু হেক উথিবদা, ঐনা তাগদবা দশাহু করিনো অহুক হায়ু তাসি ?

রূপচাঁদ অহু তুম্মিম্না লৈখ্রে ; নিশাকরনা অমুকস্থ হায়থরকই,

"লমহাং অসিগী মরাইদা ইমুংদা থোঙ লোনশিল্লগা ঐবু হাংতোক্লুনা লৈকোল অসিদা ফুমজিন্দুনা থমগ্রবদা, ঐহাকপু তুমিং-কাঙ ফাওবনা থিকম খঙগদবা লৈত্রে।—মতম অতুংদি নস্তু ঐঙোন্দা চৈতুপ্না অমুক অনিরক্তি থাগে হায়রক্কনি—অদুনা অতুগুম্বা থবক্তু ঐ কয়া পামদে। নখোইগী নবেন্মদা নিংথিজনা হায়, ঐহাক হায়রিবতু শুবঙম শুম্মোই,—অদুগা রা অমত্তদি মঙোন্দা নিংশিংবিয়ু। মহাক্কী মথুড়ানা ঐঙোন্দা অরুবা রা থরা হায়রম্নবা পাও চেন্নকই। ঐহাক রাশিং অদু নখোইগী নবেন্মদা রাম্না হায়নিংবনি, অদুবু নখোইগী বাবুনদি ঐবু ঙাইঙমদনা তাম্বোক্লক্লে। ঐহাক হায়রম্নবা তাঞ্জা ফংদ্রে, অদুনা অস্নুপ্মক চৎপদা তারে।"

রূপা। উরে, খুৎচল্লবা লুপা মঙা মাঙখিবদা তাবে! হায়রকই, 'অদু ওইরগা, মকম অসিদা ফম্বিনিদ্রবস্তু, মপান্দা থরা থাপ্লপনা ফম্বিবদি য়াত্রা?"

নিশা। ঐস্তু মতুগী রাতু খল্লিবনি। ঐনা অস্নুম লাকপদা নখোইগী কুঠাগী মনাক্তা তুংরল মপালদা চেক চনবা ঘাট অমা উরাম্মি, মতুগী মনাক্ত বকুল পাম্বী অনিথকস্নু হোই। হায়রিবা মফমসি খঙত্র?

রূপ। খঙই।

নিশা। ঐহাক চৎলগা মফম অদুদা ফমদুনা লৈরমগে। য়াচংনা মতুং ওইরে—অহিং ওইশিল্লক্লে, মফম অদুনা ফম্নবদি কননস্নু পংঙ উরোই। নখোইগী নবেন্মনা মফম অদু তাম্না লাকপা ঙম্লেবদি, মহাক পাঙ পুম্নমক তাবা ফংগনি। ঐনা হায়থিবা অদুগুম্না করিগুম্বা খুদোংথীবা থোক্লকপা তারবস্তু চেলহৌতুনা থরাইসি হিংহোবা ময়াই। ইমুংদা ফাজিন্দুনা ঐবু হুই হংপদৌনা হাংশহুদি, ঐ কয়া পামদে।

মরম অসিদগী রূপোনা রোহিণীগী কনাক তাম্না চত্তুনা নিশাকরনা হায়রিবা রাকমশিং অদু অমুক হুক্তংলুরে। হৌজিক রোহিণীনা করি খল্লিবা মতু ঐখোই হায়বা ঙমদ্রে। মী মশা অদুনা মশাগী মপুক্লিং কাওবা খঙজবা ওয়্রকত্রবদা—ঐখোইনদি করম্না হায়রুগনি, রোহিণীগী মপুক্লিংদা অসি খল্লি হায়বসি। রোহিণীনা ব্রহ্মানন্দবু অস্নক্কী মতিক হুংশি, মহাক্কী মপাও তানিংবনা মাইকৈ-শলাই খওদবী ওইগনি হায়বা রাকমসিদি ঐখোই থে ইনা খঙলুবা লৈতে। মসি নত্তবা অতৈ খরদংগা লৈমাল্লে নিংই। হাইকেৎ মিচ্চায়খিনগুম্বা, হাইকেৎ মিৎকম লেংশিন্নখিবগুম্বা অমাদ তৌখি। রোহিণীনা উথি, নিশাকরগী মশক কজে—মমিৎ হুংশি। রোহিণীনা খনাখ, মীওইবশিংগী মরক্তা নিশাকরদি মীথোই মীহেনবা মীনি। রোহিণীনা মথস্তা মপুক্লিংদা অকনবা রাশক্তা লোইননা লেপখি, ঐহাক গোবিন্দলালগী মকমদা থাজবা মাঙহনবী খক ওইরোই—অদুবু থাজবা মঙহনবনা রা অমনি— অদুগা মসিমনা অতোপ্পা রা অমনি; পাপচেনবী অদুদা অস্রম্না খল্লম্ব তাই, "চন্দ্রবা শজী থেংনরবদা করম্বা শাদানবনা শা-তানবা লাক্লগা তেম্না থাদনা তেক্কদগে?" মপুক্লিংদা নিংলম্বা তাই, "ঙুপী ওইনা পোক্লগা মহাক্না খুদুম চান্নংবা নিপা উরগবু, করম্বা ঙুপীনা নিপাদুবু খুদুম চনশিন্নবা হোৎনিংঙোইদবা লৈবগে?" কৈনা যণ চাংলে, অচাংপা যণ পুন্নমক হেক চাবদি তৌদে। ঙুপী ওইবীনা নিপাবু খুদুম চাল্ল— লানঙম ফীরাল অদুতা থেংকে হায়বগীদমক। মী খরনা ঙা ফাই—ঙা অদুতা ফানিংহুনা—ঙ হুদি চাক্লদে, মীঙেন্দা য়োঙোকই। মী খরনা উচেক কাপ্প, কাপ্নহুতা পামহুনা — কাপথুরগনা অদুম্মক হুন্দোকখি। শা-তানবস্থু শাতানবহু পাম্বদগীনি—চাননবগী দমক নত্তে। খঙদে, মহুনা করম্বা

হুংঙাইবা অমা পোক্লিবা। রোহিণীনা খল্লবা য়াই, "ঘিৎ-তা ফজরবা শক্তী অসিনা প্রসাদপুরগী উমং অসিদা মথন্তা চেনশিনজরকল্লবদা—করিগী দঙক মহাকপু তেম্না খাদনা লেম্না থাদোকখিগদগে ?" ঐখোই খঙদে. পাপচেনবী অসিগী পাপকী থম্মোইদা করি রাখল পে'ক্লকপা,—রোহিণী অদু হরাওবগা লোইননা য়ারে, মমশিল্লক্লবা মতমদা তাঞ্জা হেক ফংবগা, লোন্না চিত্রাগী সিঁড় চনবা ঘট্টা মহাক মথন্ত নিশাকরগী মনাক তাম্না চৎতুনা মখুড়াগী প.ও ত'রুগনি।

রূপচাঁদ হল্লক্তুনা রা অসি নিশাকরদা হায়ররে। মসি তাবদা নিশাকর অদু মথর'ই হুংঙাইনা তপ্প তপ্না হৌগৎলক্লে।

---

## নিপালগুবা তাঙ্কক্

রূপোনা চৎথ্রবদা নিশাকরনা সোনাবু কৌরহুনা হায়রকই,—"নখোই বাবুসিগী মনাক্তা লৈবা কয়া কুইরে ?"

সোনা। বাবুনা মফম অসিদা হেক লাকপদগী অতুম লৈরক্লবনি।

নিশা। অতুদি প'কুই কুই দ্রবনা? কয়াদি ফংই ?

সোনা। থাদা লুপা অক্তম, শেৎপা চাবগা।

নিশা। তদব খজিক্তা অসিনা নখোইগুম্বা খানসামাগীবু মতিক চাবরা ?

রা অসি তাবদা সোনা খানসামা অদু পূমপেং পেৎথ্রে ; হায়রকই, "করম্নদি তৌগনি, লম অসিদবু কদায়রাইদা থবক তৌকমদি লৈরিবগে ?"

নিশা। থবক তৌকমগীবু করি রারিবগে? ঐখোইগী লমদা

চংশ্রবদি নখোইগুম্বা মীত্তাসিদি মুন্নবনা গুক'নি। নুপা মঙা, তরেৎ, তরাদি থাদা ইলাই লাইনা কংগনি।

সোনা। চানবিন্থনা পুথিরবদি হুংঙাইনিদা।

নিশা। চংসি হায়রগবু নং হেক য়াগদ্রা, অমুক কথ্রবা নবুঙোগী থবকপু থাদোকুনা?

সোনা। ঐখোইগী ইবুঙোসিদি অমুক হাক্না কত্তবা নত্তে, অদুবু ইবেম্মসিদি মহা হিংচাবীনি।

নিশা। খুদক খুদক্তা ঐসু মহুগী খুদমদি ক'লে। অদুবু নং ঐগা লোইননা চংপা হায়বাসি লেপ্লেদনা?

সোনা। লেপচরবনি।

নিশা। অদুদি চংলমদাতসিদা নখোইগী নবুঙোগী য়াইফনবা অমতং তৌবিরম্মু অদুবু য়াম্না চেকশিন্নদি তৌগদবা থবক্তি, ওমগদ্রা?

সোনা। অকবা থবক ওইরবদি করিগী ওম্মোইদগে?

রিশা। নখোইগী নবুঙোগীদি অকবা থবক্তি, নবেম্মগীদি য়াম্না ফত্তবনি

সোনা। অদু ওইরবদি হৌজিকমক তাকপিরো, তপথক্তদুনা কান্নবা লৈতে, ঐহাক মহু হরাওনা তৌজগে।

নিশা। নবেম্মা অসিনা ঐঙোন্দা পাও থারক্লে, চিত্রাগী চেক-চনবা খ'ট্টা ও'ইরম্মু, অহিংদা মহাক লোম্না ঐগী ইনাক্তা লাক্লে হায়দুনা। খঙলদ্রা? ঐসু কৈ হায়ব্রে। ঐনা পাম্বদি নখোইগী নবুঙো অসিগী মমিং অমুক্তং পাঙহনবা আসনি। নহাক য়াম্না লোম্না বা অসি নখোইগী নবুঙোদা খঙহনবা ওমগদ্রা?

সোনা। হৌজিকমক খুঙহল্লুগে—পাপচেনবী অসিতা হেক শিঞ্জবদি মুংঙাইনি।

নিশা। হৌজিক নত্তে, হায়া ঐহাক ঘ ট্টা চত্তুনা লৈরুথিগে। নহাক কুপ্পা রেংহুনা লৈয়ু। নবেম্মা অসিনা ঘাটলোমদা হেক চৎখিবা উবা তাঞ্জাহ্নদা নবুঙ্গোদা চংহুনা তাকউ। রূপোবুদি শুকখঙ খঙহনবা য়াদে। অহুগী মতুংদা ঐবু থিরকউ।

"য়াম্না ফনি" হায়দুনা সোনানা নিশাকরগী থুয়াগী উকুপ লৌহুনা খুরুম্লে। অহুদগী নিশাকর অহু হাইনা হুম্না খোঙথাং তপ্পা চিত্রাগী ভের্ব্বর ন লতেংলিবী সিঁড়ি তান্না চত্তুনা কমলুরে। অমম্বহুদা থবান-মিচাক্কী মনিনা তরং তরং লৈত্তেংলবী চিত্রা তুরেলগী ঈশিংনা ইপোম হৌদনা চেল্লি। মাইকৈ মরিদা তুই-লমহুইশিংনা মথন মথেনগী পোম্থাংদা থোংলি। অথাম্পদা লৈবা হি অমগী হিথক্তা কম্লত্তনা ভা-ক্ষাবনা খোঞ্জেল রাংনা শ্যামাগী ইশৈ শক্লি অহু নত্তবা করিগুম্বা খোঞ্জেল অমতা চিক্লবা লমহাং অহুদা তাবা লৈপিদ্রে। নিশাকরনা ক্লশৈ অহু তানা তানা গোবিন্দলালগী যুমগী মথক থংবা কাগী মিহুৎ-থোঙদা লিংখোকরক্লিবা ভাল্লবা-থাওমৈগী মঙাল অহু রেংলি অমস্তুং মপুক্লিদা অম্লম খল্লি, "ঐহাক অসিবু হিংচা-য়াইতম্বরা। নুপীমচা অমবু মাঙহন্নবগী দমক্তা কত্রবা লৌশিং কয়া য়াম্না তৌরিবা। অহুবু য়সি হিংচা-য়াইতম্বমক তারবরা? কত্তববু মাঙহনবা হায়বসিদি শেংই-জনমক তৌগদবা থবক্লি, মরুপকী মচানুপীগী মথর ই কম্লবগী দমক থবক অসি তৌগে হায়না মরুপকী মফমদা হায়দোকপ্রবানিবা শোইদ-নমক তৌব'দ তাই। অহুবু ঐগী থম্মোই'দ হন্দক্কী থবকসিদা করিমতা মুংঙাইবা পোক্তে। রোহিণীদি পাপচেনবীনি, পাপকী

মতিকচাবা চৈরাক পিগদবনি, পাপকী লম্বী খিঙগদবনি, মসিদা থবাইদা মুংঙাইভবা পোক্লিবদি করিগীনো ? হায়কম খঙদে, অহুবু অচুম্বা লম্বেন্দা থবক অসি পাংথোক্লবা হোৎনরম্মবদি অমুক খল্লম্মোই হায়না নিংই। অখোয়বা লম্বেল চৎলুবনা পুক্লিংদা অমুক চিংনবা পোক্লিবনি। অহুগা পাপ পুণ্যগী অরা মুংঙাই পিনবদি ঐগী করি ইতিক লৈ ? ঐগী পাপ পুণ্যগী অরা মুংঙাই পিনবিগদৌরিবা মহাক অহুনা, রোহিণীগীসু য়ায়েল মপুনি। খঙব্রে, মহাক অহুনা ঐবু থবক অসি ভৌনবা থৌদাং পিনবিবা ওইরম্মসু য়াই। কনানা খঙগনি—

"ত্বয়া হৃষীকেশ হৃদিস্থিতেন,
যথা নিযুক্তোঽস্মি তথা করোমি।"

অসুম্না রাখল ভৌরিঙৈদা অহিংগী মুশক অমা হৌজিল্লক্লে। মতম অহুদা নিশাকরনা উরক্লে, খোঙথাং তপ্প থাংল-থাংলহুনা রোহিণী চংঙক্লনা মনাক্তা লেপ্লরে। অহুবু থাঙ্গেশেংনা অচুম্বকলা হায়বহু খঙনননবগী দমক নিশাকরনা হায়রকই, "কনানো নহাক ?"

রোহিণীসু থাঙ্গেশেংনমক অচুম্বরা হায়বহু খঙনননবগী দমক হায়রকই, 'নহাক্তি কনানো ?"

নিশাকরনা হায়রকই, "ঐহাক রাসবিহারীনি।"

রোহিণীনা হায়রকই, "ঐহাক রোহিনীনি।"

নিশা। অমুক থেংলকলিবদি করিগীনো ?

রোহিণী। হাইকেৎ য়েং খোৎ ভৌদনদি পাক স্কেক লাকপা য়াবদি নত্তেদো। কনানা খঙগনি, কনাগুম্বা উ-লাকখিবা য়াওবসু য়াই। অহুবু ঐনা পংনা য়াহল্লবা হায়বহুনি।

নিশা। ন্নাবগী রা নত্তে, ঐনা কিকখা হায়ববু মহাক কাও-থোকপ্লমাল্লে অসিনি।

রোহিণী। ঐহাক অসি কাওগনবা মীওই অমবু ওইজয়ননবদি অমুক য়াম্না অৱাবসি কদাইদগী তাক্লগদগে? [মী অমবু কাওবা ওমদবদগী লৈপাক অসিদা লাকলিবনি, অদুগা ওদিনা অমুক নংবু কাওবা ওমদদুনা মকম অসি তাম্না লাকলিবসিনি।

রা অসি হেক হায়বা লোইরকপগী তাঙ্গাদা কনানো অমা লাকুনা তুংলোমদগী রোহিণীগী মথোক্কেং অদু মেৎলম্লে। রোহিণীনা খংপ্রেক খংবগা লোইনমা হংওবই, "কনানো হায়?"

নুমলবা থোঙ্গাংদা কনানো অমনা খুমলকই, "নংগী মমনি।"

রোহিণীনা মশক খঙলে, গোবিন্দলালনি। অদুদগী দি খুদকুদা থোক্কদৌরিবা অৱাবদু উবদা বুদ্ধি পূম্নমক মাঙলদুনা রোহিণীনা কিবনা থক থক নিক্লবা থোঙ্গাংনা হায়রকই, "খাদোকউ খাদোকউ। ঐহাক পুকচেল মাংদুনা লাকপা নত্তে। ঐনা লাক্লিবগী মরম, বাবু অসিদা হুংগে হায়রবসু হংউ।"

অসি হায়না হায়না রোহিণীনা নিশাকরনা কয়ম্বা মাইকৈ অদোমদা খুদোনবী থিল্লদুনা তাক্লকই অদুবু মহাক্লা উরক্লে, মকম অদুদা কনাসু লৈত্রে। নিশাকরদি গোবিন্দলালবু উবদা মিৎন-কুপ্পগী মচুংদা লৈথোকুনা চেনখ্রে। রোহিণীনা ওক্লদুনা হায়রকই, "কদাই, কনামতসু লৈরমদ্রেনা-সিদে?"

গোবিন্দলালনা হায়রকই, 'মকম অসিদা কনামত্তা লৈত্তে। লাও, ঐগা লোইনবা য়ুমদা চৎসি।"

রোহিণী অহু মথন্নাই য়াম্না ন্নানা ভপ্পা ভপ্পা গোবিন্দলালগা লোইননা ময়ুমলোমদা হল্লক্নে ।

---

## মাপলগুবা তাঙ্কক্

য়ুম য়ৌরক্লগা গোবিন্দলালনা মনাইশিংদা অকনবা য়াথং ত্তৌরক্লে, "কনামত্তা মথক্তা কারক্নু ।"

ওস্তাদজীদি ময়ুমদা হনখ্রে ।

গোবিন্দলালনা রোহিণীবু পুত্থনা চিক্লবা তুম্নম কাদা চত্তুনা খোঙ লোনশিল্লে । রোহিণী অহু মাগী মমাংদ, তুরেলগী-ইচেলদা তনিক-তনিক খাঙলবী দী পাম্বীগী মত্তৌগুম মশা থক থক নিক্লা লেপ্তুনা লৈরে । গোবিন্দলালনা ভপ্পবা খোঙ্খাংদা হায়রকই, "রোহিণি !"

রোহিণীনা হায়রকই, "করি হায়বগে ?"

গো । নংগা ওাংনগদবা য়া থরদং লৈ ।

রো । করিনো ?

গো । নং অসি ঐগী কনানো ?

রো । কনাম্থু নত্তে, নখোঙদা থম্বিরিমথৈ ননাই মুপীনি, থম্বিজ্রগনা কনাম্থু নত্তে ।

গো ? খোঙদগী হেন্দোক্তুনা নংবু ইকোকথক্তা থাঙ্গৎলবনি । নিংথৌগুম্নবা ইতিক-ইঙাল, নিংথৌদগী হেল্লবা ইরল-ইথুম, অমকপা পক্তবা ইরমচৎ, থাদোকপা হৌনজ্রবা ধর্ম্ম, পুম্নমকসি মহাকী দমক্তা থাদোক্লবনি ; অহুবু নং অসিবু রোহিণী অহুরা, নংগী দমক্তা পুম্নমক

অসি থাদোকুনা ঐনা বন্দা লৈবা ওইরিবা—নং অসিবু রোহিণী অহুরা, নওংলাংগী দমক্তা ভ্রমরবু—জগৎ অসিদা চাংদম্ফম লৈত্রবী, রাথলতদা মুংও'ইবা পোক্লবী, মুংঙাইবদা পম্মুংকম-নাইত্রবী, অরাবদা অমৃত ওইরবী অহুগুম্বী ভ্রমরবু—ঐনা হুন্দোক্লম্মিবা ?

অসি হায়রগা গোবিন্দলালনা মথরাই শোক্লবা মুংঙাইতবা-শাওনিংবগী ইচেল অমু অমুক থিংবা ওমক্তুনা রোহিণীদা খোঙপাক্লা ক্বাওরক্লে ।

রোহিণী অমু লৈমাইথক্তা কমথক্রে । রা মচেৎ অমত্তা ঙাংথিক্রে, কপ্পুনা লৈক্রে । অমুবু মাগী মমিৎতগী পি অমুদি গোবিন্দলালনা উখিক্রে ।

গোবিন্দলালনা হায়রকই, "রোহিণি, লেপথৎলু ।" রোহিণী লেপথৎলে ।

গো । নহাক অমুডৈ শিগে হায়দুনা লাক্লকই, হৌজিক অমুক শিবা ওমখিগদ্র' ?

মতম অমদা রোহিণী অমু শিনিংবগী রাথল অমা পোক্লম্মি, মহাক্লা মথরাই শো'ক্লা হায়রকই, "হৌজিক শিনিংঙাইদবসিবু করি লৈবগে ? লাইবক্তা তবমু. হৌজিক থোক্লে ।"

গো । অমু ওইরবদি লেপ্পু । খোঙকম লেংগনু ।

রোহিণী চুমক্লি'না লেপ্পুনা লৈরে ।

গোবিন্দলালনা পিস্তল উপু হাংদোক্লে. পিস্তলু লোথোরক্লে । পিস্তল অমু গুলী হান্দুনা লৈরবনি । হান্দুনা অমুম্মক থম্লবনি ।

পিস্তল অমু পায়রগা রোহিণীগী মমাংদা লেপ্লদুনা গোবিন্দলালনা হায়রকই, "কমদোই, শিবা ওমগনিদনা ?"

রোহিণীনা রাখল তৌবা হৌরকই। নোংমা ইরাই-লাইনা, ইরা-রাদনা, বারুনীগী ঈশিংদা লুপ্তুনা শিগে হোৎনরুবহু, ওসিদি মহাক মহু কাওরে। অরাবহু লৈত্রে, অছুনা খৌনা অহুস্ন মাওরে মহাক্না খল্লকই, করিগী দমক শিরুগদগে? মহাক্না ঐবু থাদোকপিরগে হায়রবস্নু, থাদোকপিসন্নু। মহাকপু কৈদৌঙ্গুদদি কাওরোই, অছুবু অহু হায় হায়ছুনস্নু করিগী দমক্তা শিরুগনি। মহাকপু পুক্নিংদা অস্নুম্নক খনগনি, অরাবা দশা তাররুগা মহাকপু নি শিংগনি, প্রসাদ-পুর অসিগী মুংঙাংহ পুম্বা নিংশিংগনি; মহুস্নু মুংঙাইবা অমনি, মহুস্নু আশা অমনি। করিগী দমক্তা শিরুগনি?

রোহিণীনা হায়রকই, "ঐহাক শিরোই, ঐবু হাৎকমু, নখোঙ খুয়াদা থম্বিনিংত্রবস্নু, ঐবু থাদোকপিরো"

গো। থাদোক্লুগান।

অসি হায়ছুনা গোবিন্দলালনা পিস্তল থাজংলছুনা রোহিণীগী মরাইবক্তা তম্লক্লে।

রোহিণী অহু কপ্লক্লে। মহাক্না হায়রকই, "কাপকমু। কাপকমু। ঐহাক নৌজরিবীনি, মুংঙাইবা ফংজত্রিবীনি। ঐহাক অমুক নমাংদা ইশকশি উৎলরোই, মংগী লম্বীদা অমুক খুরো ওইররোই। চৌজিকমক চৎলগে, ঐবু হাৎকমু।"

গোবিন্দলালগী পিস্তলদা টেক হায়ছুনা মখোল অমা থোকলে। অছুগী মতুংদা হৌরবা মখোল অমা, অছুগী মতুংদদি লোইনমক অমম্বা। রোহিণী অহু মথরাই য়াওদনা লৈমাইথক্তা তুথরে।

গোবিন্দলালনা পিস্তল অহু লৈপাক্তা হুস্থরগা য়াম্না য়াংনা ইমুং অহুদগী মপাল থোকলে।

পিস্তলগী মখোল তাবদা রূপানচিংবা মীনাই পুন্নমক য়েংবা চেন-খৎনরক্লে। মখোইনা উরে অঙাং নৌরানা মখুজিন্না খোৎত্তংলবা-খঙ্গাল-নৈরাংগুম রোহিণীগী অশিবা মশানা লৈমাইথক্তা তাহনা লৈরি। গোবিন্দলালদি মকম কদাইদস্থু থিবা ফংজে।

---

## তরাশুবা তাঙ্কক

### অনিশুবা চহি।

অহিং অহুমক্তদা চৌকিদারনা থানাদা চত্তুনা, প্রসাদপুরগী কুঠিদা মী হাৎনরে হায়রবসি তাক্লুরে। লাইবক ফবনা থানা অহু মকম অহুদগী ক্রোস তরুক লাপ্পনা লৈ। দারোগা য়ৌরকপদা মতু'গী ভুমিংকী ভুংথিল মুথকমুক হৌজ্রে। হেক য়ৌরবগা মহাক্না হাৎনরিবা অতুগী মরমদা থিগৎপা হৌরক্লে। হৌনবী মতু'ইন্না অশিবতুগী শক-চু অমসুং অশোক্তপা মকয়চিংবহু য়েং-খোৎপা তৌরগা রিপোর্ট থাগৎত্রে। অহুগী তুদা রোহিণীগী অশিবা মশা অহু য়োমশিন-খোৎচিন্দুনা পুনশিল্লগা ষণ গাড়ী অমদা হাপ্তুনা চৌকিদারগা লোইননা ডাক্তর-খানাদা থাত্রে। অহুদগী ইরু মাইথতুনা চাক-ঈশিং চারে। অতুগী মতুংদা য়াম্না ই'থনা মীহাৎপা মী থিগৎপা হৌরক্লে। মীহাৎপদি কদাই? গোবিন্দলালদি রোহিণীবু হেক কাপথুরম্বগা য়ুমদগী মপাল থোকত্রে, অমুক হঞ্জিল্লক্তে। অহিং অমগা অয়ুকচুপ্পা অমগা তাল্লক ফংবতুনা গোবিন্দলালদি মকম কৈদা—কয়া থাপ্পদা চৎত্রবা, কনানা খঙলুবা ঙমগনি। কনানস্থু মাবু খেংনবা য়াঙদে। কদোমদা চেনথিবা কনাস্থু খঙদে, মখিং ফাওবা কনাস্থু খঙনবা য়াঙদে। গোবিন্দলালনা প্রসাদপুরদা কৈদৌমুংদস্থু মহাক্তী মখিং লৈকম তাকথোকপা লৈত্তে,

মখম অদুনা মহাক অসি চুণিলাল দত্ত কৌই হায়নাময়ামদা খঙহল্লি। করম্বা লৈবাক্কী লাকপনো হায়বা ওসি ফাওবা মীনাইশিং অদু খঙভ্রি। দারোগা অদুনা মুখিৎ কয়ানিমুক চুপ্না মী অমমমতা ওইনা মচিন কোইরো লৌবা হৌরকই। অদুবু গোবিন্দলালগী মরী মখোক্ত করিগুম্বা অমত্তা পুথোকপা ঙমদদুনা লৈরে। মথৈথদা মহাক্না মীহাৎপদি মীচেন ওইগে হায়না মহাক্কী অরোইবা রিপোর্ট থাগৎত্রে।

অদুগী তুংদা যশোহরদগী ফিডেল-খাঁ কৌবা তৈ-শিংলবা ডিটেকটিভ ইন্সপেক্টর অমা থারক্লে। ফিচেল খাঁ নাং খিগৎলকপগী খনক মচংথ অদু ঐখোইনা ঙগাইনা হায়রুবগী থোইনা কান্নফম লৈতে। 16ঠি কয়ামরুম মহাক্না ইমুং অদু কোইথি-থেনদা ফংলে। মদুনা লংজিন ওইদুনা মহাক্না গোবিন্দলালগী থাক্লেশোবা মমিং লৈফম পুথোক্লে। করি অমুক হায়গনি, মহাক্না অরাবা কয়া মাইয়োক্নদুনা কীজেং ওল্লোকতুনা হরিদ্রাগ্রাম কাওনা য়োরক্লে। অদুবু গোবিন্দলালদি হরিদ্রাগ্রামদোমদা চৎলমদ্রে, অদুনা ফিচেলনা মফম অদুদা গোবিন্দ-লালবু খিবা ফংদ্রদুনা অমুক হল্লক্লে।

অসোয়বনা নিশাকর দাসনা ভমথীবগী মশক ওইরবা অহিং অদুনা অরাবদা তারগী রোহিণীবু হান্দোকলমম্লগা প্রসাদপুরগী কৈথেন্দা মহাক্না 'কারবা মফম অদুদা লাক্লুনা থংলরে। মফম অদুদা মাধবী-নাথনা মাবু ঙাইদুনা লৈরম্মি। মাধবীনাথদি গোবিন্দলালনা মশক খঙবা মীনি হায়দুনা মফম অদুদা চত্তে, নিশাকর লাকলগা রাংবী পুম্নমক অমত্তা চিথদনা তমলাের। মদু ভাবদা মাধবীনাথনা হায়রকই, "নংনা ভোরম্মিবসি কয়া অকনা থবক নত্তে। মীহাৎ—মীপুন অমা থোকলকপা য়াই।" অদুগী মতুংদা অদু মতুংনা করি থোকলকপগে হায়বা

ভ্রমর। করম্না খুদোং থীবা থোকলোইদৌরিবা?

যামিনী। মহাক প্রসাদপুরদা মমিং ওন্থোক্লুনা লৈরম্বনি। মহাক অদু গোবিন্দলাল বাবুনি হায়বা কনানসু খঙনদে।

ভ্রমর। নংবু তাত্রিবরা? হলুদগাদসু পুলিশকী মীনা মাবু থিবা লাকলাম্মি হায়রবদো। অদুগা করম্না খঙনত্রে হ য়রিবনো।

যামিনী। হোই, মদু খঙগে হায়রবসু খঙলসু। অদুবু মকম অসিদা লাক্লগা মহাক্তা লন থুম পূম্মক অসি লৌশিল্লরবদি মথুক্তা লৈশা পাম্মরগনি। বাবানা হায়রবদি, পুলিশতি লুপানা কাবা য়াই হায়।

মদু তাবদা ভ্রমর অদু কপ্লা হৌরকলে। মানা হায়রকই, "য়া অসিবু মঙোন্দা কনানা তাকপিরুগদগে? য়া অসি তাক্লনবা মকম কৈদা মাবু থেংনবা ফংগদগে? বাবানা অমুক কোইথি থিদুনা মাপ্পী লৈকম খঙগি—অমুক্তগা মদুমনা মাবু থিবসি ওমথিগদ্রা?"

যামিনী। পুলিশকী মী হায়বসিদি থি-থেংপদা হৈত্রবা পোংনি,— মথোইমক্লা অহিং-মু থিল নাইদনা থিবদা ফিকম হঙত্রেবা অদুবু, বাবানদি করম্না থিবা ফংলুগদগে? অদুবু ঐনা খনবদি গোবিন্দলাল বাবু মশানা হলুদগাদা ল ক্লুনা অদুম্মক লৈরগনি। প্রসাদপুরগী খোদোক অদুগী হেক মতু মরুদা মহাক্ল হলুদগাদা লাকলবদি মীনা মহাকপু প্রসাদপুরগী বাবু অদুনি হায়বাসি কম্ন খাঙনবা অমা পোকপ্রনি হায়দুনা, মহাক অসুক কুহলাসি লাক্লগা ওইরম্বা য়াই। হৌজিক্তি লাকপসু মযারে হায়না খল্লি।

ভ্রমর। ঐহাক মন্দ করিবতা থাজবা লৈতে।

যামিনী। কদিগুম্বা লাক্লবদি?

ভ্রমর। মফম অসিদা লাকলগা করিগুম্বা মাগী য়াইকগদবা লৈরবা, অদু ওইরবদি ঈশ্বরগী মফমদা থরাই-হকচাং য়াওনা থুরমজরি, মহাক লাকপা ওইসনু। অদুগা করিগুম্বা লাকম্লগনা মাগী য়াইক-গদবা লৈরবদি, ঐনা থরাইমক য়াওনা নিজরি, হন্দক্কী মপোকসিদা মহাক হরিদ্রাগ্রামদা অমুক লাক্কবা ওইরসনু। মহাক য়ৈথাই-খিজাই লৈতনা লৈজনবগী য়াথল অদু ঈশ্বরনা মডোন্দা পিনবিসনু।

যা। ঐনা অসুম থনবদা হবেস্মা। নহাক মফম অদুদা লৈবনা চুস্ম। কনানা খঙগনি, মহাক নোংমা পৈশা য়াংলকুনা কোক হেক লাকপসু? অদুগা নখোইগী শেল-পায়রিবা মী অদুবু থাজদবদগী করিগুম্বা উননিংলমদবসু? অদু ওইরবদি নাবু থেংনদগুনা মহাক তুমিন্না হনখিবা য়াই।

ভ্র। ঐগী লায়না অসিগী মতাসিনা কৈদৌউ শিবা, কৈদৌউ মথৈ হিংবা, কনানা খঙ্গনুগনি ঐহাকপু কনানা মফম অদুদা কম-শেন্নদুনা লৈবিগনি?

যা। নংনা পান্নগা ঐখোইগী মরক্তগী কনানো অমা চত্তুনা লৈগনিদনা—অদুগা নহাক মফম অদুদা লেংদনা লৈবা চুস্মি।

ভ্রমরনা উহাক্ত খল্লগা হায়রকই, করে, ঐহাক হলুদগাঁদা চৎলগে। ইমাদা হয়েংমক মফম অদুদা খিন্নবা ভৌবিরো হায়। হৌজিকমক্তি নখোই কনামত্তসু চত্তবা য়াখিনি। অদুবু ঐগী য়ারন্নবা মতমদদি নখোই শোইদনা লাক্কউ।”

যা। করি অরাবনোনে ভ্রমর?

ভ্রমরনা কপ্পা কপ্পা হায়রকই, “মহাক্না করিগুম্বা হেক লাক্লবদি?”

যা। মদুবু করিগী অরাবা ওইগদৌরিবনো ভ্রমর? নংগী

মাঙপ্রবা লল অদুনা মুমদা অমুক হন্নরুবদা, মতুনগী হেন্না মুংঙাইনিঙাই করি অমুক লৈরিবগে ?

ভ্র। মুংঙাইবা, ইচে, ঐগী মুংঙাইকম থোকপসিবু করি অমুক লৈরিবগে ?

ভ্রমর অদু রা অমুক ঙাংখিদ্রে। মহাক্কী মপুক্লিংগী রা যামিনীনা করিমতা খঙবা ঙমদ্রে। ভ্রমরনা মথন্নাই শোক্লা কপ্পা যামিনী করিমতা ঙাব তাবা ঙমদ্রে। ভ্রমরদি রাখলগী মিৎনা থোদোক অসিগী মমৈদা তারক্কদবা লৈকাং-চুরবা লাইগুম্নবা কৌতম অদু উবা ফংলে। অদুবু যামিনীদি করিগুম্বা অমতা উবা ফংখিদ্রে। যামিনীনা খঙজে, গোবিন্দলাল মী হাৎলুরর্বনি হায়বা রাক্কমসি ভ্রমরনা মপুক্লিংদা ইকাও কাওবা ঙমদ্রে।

---

## ভরানিথোইগুবা তাঙ্কক
### মঙাগুবা চহি

ভ্রমর অদু অমুক হন্না মনেম মকুগী মুমদা লাক্লে। করিগুম্বা মপুরোইবা হেক লাকন্না হায়দুনা মুখিৎ খুদিংগী থৌরাংনা ঙাইদুনা লৈরক্লে। অদুবু মপুরোইবদি লাকপা কোবা লৈখিদ্রে। নোংমগী মথংদা নোংমা, থা অমগী মথংদা থা অমা হৌদ্রে—মপুরোইবদি লাক্লে, করিগুম্বা পাও অমা কাওবা তাবা ফংদ্রে। অসুম্না অহুম গুরকপা চহি অদুমু হৌদ্রে। গোবিন্দলাল হন্নাক্লে। অদুগী মতুংদা মরিগুবা ঙাইসু লেনখ্রে, গোবিন্দলাল লাক্লে। অসোমদা ভ্রমরগী অনাবদুসু অসুম অসুম হেন্সিল্লক্লে। লোক খুবগী লায়নানি নিত্তিগী ময়াঙ অসুম

ৎংশিল্লকপনি—যম য়ৌশিল্লরবনি—হন্দকী মপোক্তা অমুক উনবা ক গনি হায়বা থাজরক্কে।

অতুগী তুংদা মত্তাওবা চহি চংশিল্লক্লে। মত্তাওবা চহি অসিগী য়াম্না কল্লবা ইরাং অমা থোক্লক্লে। হরিদ্রাগ্রামদা পাও তানরক্লে, গোবিন্দলাল ফারে। অস্থুম্না পাও ফংলে, গোবিন্দলাল অতু লম্বোইবগী কীজেং শেত্তুনা শ্রীবৃন্দাবনদা লৈরম্মি—মফম অদুদগী পুঞ্জিসনা ফাদুনা যশোহরদ পুবক্লে, যশোহরদা মাগী বিচার তৌগনি।

মীনা অস্থুম ঙাংনরকপদগী পাও অসি ভ্রমরস্থু তারে। পাওনিং-খোল অসিনা থোক্লকপদ অসিগুম্বা মওংদগীনি। মতুদি, গোবিন্দ-লালনা ভ্রমরগী দেওয়ানজীদা চিঠি অমা ইরকই মতুগী মরোলদি "ঐহাক জেলদা চংলে—ঐগী ইপাগী মরল মথুম অতুদগী ঐবু কম্নবগী দমক শল চানি তৌবসি নথোইনা চুম্বযাল্লে হায়না থনবা লৈর-বদি, হৌজিক মদগী মতম ওইরে। ঐহাক্তি মতুগী মতিক চাবা মীনি নত্রে। ঐহাক হিংনিংলুবগী য়াখলদি লৈত্রে, অতুবু ফাঁশি তৌদুনা শিবদদি থোকহনগনু, মসিনি ঐনা নিজরিবা। পাওনি খোল ওইনা য়া অসি য়ুমদা থত্তল্লু ঐনা চিঠি ইরকই হায়না য়াকমসিদি হায়দোকনু।" দেওয়ানজীনা চিঠিগী য় অসি কোংদোক্লে—মীনা অস্থুম ঙাংনরকপগী য়া ওইনা ইমুংদা তাহল্লে।

ভ্রমরনা মসি হেক তাবদা মপাবু কৌরনবা মী থাল্লে, পাও হেক ফংবগা মাধবীনাথস্থু মচাগী মনাক্তা লাক্লে। ভ্রমরনা মজোন্দা নোট ওইনা লুপা লিশিং য়াংথৈ পুথোক্তুনা পিরগা মখিত্তা পি চতুম চতুম তারতুনা হায়রকই, "বাবা! হৌজিক হোৎনবা য়াবা মথৈ হোৎন-বিরো। য়েংবিয়ু-ঐহাকপু ইথত্তা শিজবা হায়বতু থোকহনবিগনু।"

মাধবীনাথস্ু কপ্প কপ্পদুনা হায়রকই, "ইবেম্মা কারমত্তা রাক্লন্ন—ঐহাক লমিমক যশোহরদা যম্রা তৌরগনি। কারগুম্বা অমতা খল্লুসু। গোবিন্দলালনা হাৎপনি হায়বগী করিগুম্বা প্রমাণ অমতা লৈতে। ঐহাক নমাংদা রাশক্রুম্মিবাসনি, নংগী লুপা লেশিং লিক্কু-নিপাল ঐহাক শোক্লরোই—অদুগা ঐগী ইন্দ্রাকনিপাসু মকম আসদা শোইদনা পুরক্কনি।"

অতুদগী মাধবীনাথ যশোহরদা যাত্রা তৌরকলে। মকম অদু শ্রীরগা মহাক্ক তারে, প্রমাণগী ফীভমদি ওস্তোক্লা য়ায়া হকচিল্লমলে। ইন্সপেক্টর ফিচেল খাঁনা মোকদ্দমা অদুগী শেমগৎপা ওইনা মক্কী খল্লা থাগৎলকলে। মহাক্কা কাপো, সোনারচাবা থাকৈশেংবা ফিভম খঙনা মক্কীশিং অদুদ কনামতন্নু থিবা ফংদ্রে। সোনানা নিশাকরগী মনাক্কা লৈখে— কাপোনা কল্লি লমদা চৎখ্রবা কনামত্তনন্নু খঙনদ্রে। অসুম্না প্রমাণ রাংখলবগী ফভমদু উরদুনা ফিচেল খাঁনা লুপা খনা পিজদুনা সাক্ষী অতমখক শেয়ে। সাক্ষীশিং অদুনা ম্যাজিস্ট্রেট সাহেবকী মমাংদা হায়ররে, "ঐখোই ইমিৎমক্কা উদ, গোবিন্দলাল নত্রগা চুপিলাল হায়রাসনা মথুৎমক্কা পিস্তোল কাপ্তুনা রোহিণীবু হাৎপনি। ঐখোই মতম অদুদা ঐশে তাবা মকম অদুদা চৎলুই। ম্যাজিস্ট্রেট সাহেব আহেলা হায়বাস বিলাতীনি, রায়েল লৈবগী দমক্কা গবর্ণমেণ্টনা ইহৎ-তত্তনা থাগৎতুনা লৈরিবনি— মহাক্কা প্রমাণ অসিনা মতিক চারে খন্দুনা গোবিন্দলালবু সেশনগী বিচার তৌনবা থাগৎ-লকলে। মাধবীনাথনা যশোহরদা থুলবা মতমদুদা গোবিন্দলালদি জেল মনুদা পংতুনা লৈরি মাধবীনাথনা য়োরকলগা পাও পুম্বসি তাবদা মথরাংদা অরাবা অমা পোকলে।

মহাত্মা সাক্ষীশিং অদুগী মমিং লৈকম কোইহং হংদুনা থিরগা মখোইগী মমুমদা চৎলে। মখোয়না হায়রে, "নখোইনা ম্যাজিষ্ট্রেট সাহেবকী মমাংদা হায়খিবদুদি হায়থ্রে। ফৌজিক জজ সাহেবকী মমাংদা মদুগী ওয় তৈনবা ওইনা হায়বা তারে। মখোইনা হায়গদবদি 'ঐখোই করিমতা খঙদে' অসিনি। সে লুপা চামঙা চামগ্রাসি লৌ। কারিগা মী অসিনা থাদোকললকলগা লুপা চামঙা চামগ্রা অমত্তু অমুক পিখিগনি।"

সাক্ষীশিং অদুনা হায়রকই, 'জবান হোংবগী দমক্তা ঐখোইসিদি শিন্দা তাই।"

মাধবীনাথনা হায়রকই, "মদুগী দমক্তদি করিমতা কিক্লগনু। ঐহাক লুপা পিজইনা সাক্ষী খোমলগা, কিচেল থানা নখোইবু ফু টৈদুনা ম্যাজিষ্ট্রেট সাহেবকী মমাংদা মীনম্বা সাক্ষী পিইনবনি হায়বসি প্রমাণ পিইনগে।"

সাক্ষীশিং অদু মখোইগী পুরোন তরাগরিগী চাক্কক্তগী লুপা লিশিং অমা হায়বাসি পুন্না অমুক্তা উক্তবকঙ্গিননি। অদুনা খুদক্তমক্তদা হায়রিবত্তু যারে।

সেশনদা বিচারগী নুমিৎ খোক্লে। গোবিন্দলাল অদু উপী শারং মনুংদা লৈ। খন্দংবদা সাক্ষী অদু চংডুনা রশক্লে। সরকারগী উকিলনা মডোন্দ হংডকই, "নহাক গোবিন্দলাল নত্রগা চুংশলাল হায়রিবা নিপাসিবু মশক খঙব্রা?"

সাক্ষী কদাই—খঙদে,—নিংশিংবা ফাওবা থোক্তে।

উকিল। করিগুম্বা উখিবদি লৈব্রা?

সাক্ষী। উখদে।

উকীল। রোহিণীবু খঙইদনা ?

সাক্ষী। কনা রোহিণী ?

উকীল। প্রসাদপুরগী কুঠিদা লৈরম্বদো ?

সাক্ষী। ঐগী ইপা-ইপু হাক্তক্তগী কনামতস্থ কৈদৌঙ্গুংদা প্রসাদপুর কুঠিদা চৎলুবা য়াওদে।

উকীল। রোহিণীদি করম তৌবদগী শিরিবনো ?

সাক্ষী। অস্তুম তাবদি, মথন্তা শিজবনি হায়।

উকীল। চাৎনা-খোৎনবসিগী মরমদা করম্বা খঙবা লৈ ?

সাক্ষী। করিমতা খঙদে।

উকীলনা মতম অদুদা, সাক্ষী অদুনা ম্যাজিষ্ট্রেট সাহেবকী মমাংদা পিখিবা জবান অদু পাদুনা সাক্ষী অদুবু তাকল্লগা অমুক হংঙকই, "ম্যাজিষ্ট্রেট সাহেবকী মমাংদা হায়রিবা য়াশিং অসি নংনা হায়খিবা নত্রা।"

সাক্ষী। হোয় হায়খি।

উকীল। নহাক করিমতা খঙদ্রবদি, য়াশিং অসি করিগী দমক্তা হায়খ্রিবনো ?

সাক্ষী। চৈ চাবদগী। কিচেল থানা ঐখোইগী ইশাসিদা ফুখিদবা মফম লৈখিদ্রবনি।

অসি হায়রগা সাক্ষী অদু হাইক্ষেৎ কপ্লক্লে। মুমিৎ হুম্ম মরিনিগী মমাংদা মহাক্না হেক পোখম্লবা মনাওগা লোগী খৎনদুনা ফুনা চৈনখি ; মতুগী চৈকম কোক্তি। সাক্ষী অদুনা করিস্থ নিংঙাইবা লৈতনা চৈকমশিং অদু কিচেল থানা ফুখিবগী মফমনি হায়দুনা জজ সাহেবতা উৎলে।

সরকারগী উকীল অতুনা মখোইদো শাওগৎলদুনা অনিশুবা সাক্ষী কৌশিল্লক্লে। অনিশুবা সাক্ষীহুস্থ অতুম্না অতুম্মক হায়রে। মহাক্কা মনমগন্দা মিশি মচেৎনা খোৎতংলদুনা অশোকপা মফম শেমদুনা লাক্লম্মি—লুপা লিশিং অমগীদমক ওমদবা করিমতা লৈতে—মহু জজ সাহেবতা উৎলে।

অহুমশুবা সাক্ষীহুস্থ অতুম্না হায়রে। মতৌহুদদি জজ সাহেবনা মতিক চাবা প্রমাণ ফংদতুনা ফারিবা মী অতুবু থাদোক্লে, অতুগা ফিচেল থংবু ওমথৈ লৈতনা ক্ষুংত্তাইতবা পোক্কুনা মহাকী মরমচৎ য়েংশিন্নগী দমক ম্যাজিষ্ট্রেট সাহেবতা থগহল্লক্লে।

। চারগী মতমদা সাক্ষীশিং অতুনা অহুম্না মত্তোনলোমদা লৈশিল্লকপন্থ উবদা গোবিন্দলাল পুমওক ওকক্লে। অতুদগী মঁয়াম মরক্তা মাধবীনাথপু উরক্লতুনা মহাক পুম্নমক ভাবতারে। থাদোক্লম্ম মহাক জেলদা অমুক্ত দাদ য়োকখিবা তাং জেলারদা হুকুম যৌরক্লগা থাদো কদবনি মহাক্ল জেললোমদা অমুক হল্লকপা মতমদা মাধবীনাথনা মনাক্তা চংশিল্লক্লুনা মনাকোং ময়াদা তুমিন্না হায়রে, "জেলদগী থোরক্লগা ঐগা উনবা লাকউ। ঐহাক্ল লৈরমগদবদি হায়গী মকমহুদনি"

অহুবু গোবিন্দলালদি জেলদগী থাদোক্লগা মাধবীনাথকী মনাক্তা অমুক চংক্রে কদোমদা চংখ্রবা, কনামতা খঙনদ্রে। মাধবীনাথনা হ্যামৎ মরিনি মওানি চওনা মাবু কোইথি থিরে। থিবা অতুমক ফংদ্রে

এরন অহুনা মহাক অত্তোমতা হরিদ্রাগ্রামদ হল্লক্লে

## তরাহুমদোইশুবা তাঙ্কক্

### তরুকশুবা চহি

মাধবীনাথনা য়োৌরক্লগা ভ্রমরদা পাও তমলরে, "গোবিন্দলাল থাদোক্লে, অদুবু য়ুমদদি হল্লকত্রে, মফম কৈদা চৎখ্রবগে হায়বা থিকম খঙদ্রে। মাধবীনাথনা থোকখ্রগ ভ্রমর অদু ঙমখৈ লৈতনা কপ্লকলে; করিগী দমক্তা কপলিবনো হায়বদুদি হায়বা ঙমদ্রে।

অসোমদনা গোবিন্দলাল অদু থাদোকলকলগা প্রসাদপুর তাম্না লাকখল, মহাক্না উরে, প্রসাদপুরগী য়ুমদুদা পোৎ চৈ করিমত্তা তাদরে, মীসু লৈতরে। মীগী মাচন্দগী মানা তারে, দলাল অদুদা মহাক্কী মপোৎ মচৈ লৈগোবশিং অদু অয়াম্বনা মী খরনা লুট তৌদুনা পুখ্রে - খরা লেমতৌদা অদুসু মপু লৈত্রবনি হায়দুনা য়োম্থোকখ্রে। য়ুম অদুদংদি য়ুংদুনা লৈরি -- মদুসু থোঙজাও থোঙনাও পুম্বা তম্নবা লাই শাবা কাংবুনা পুলখ্রে। প্রসাদপুরগী কৈথেলদা নোংমা-নিনি লৈদুনা গোবিন্দলালনা য়ুম অদুগী খরদ লৈরিবা চেক উ-নচিংবদু, মমিংতা ওইনা মমল খজিক্তদা লিপা অমদা য়োম্থোক্লমলগা পৈশা অদু পুদুনা কলি-কাতাদ চৎখ্রে।

কলিকাতাদা য়াম্না লোন্না মীচম অমনা লৈনখুম গোবিন্দলাল লৈবা তৌরকলে। প্রসাদপুরদগী মানা পুরকপা লুপাদি খজিক্রনি, মদুদি চহি অমগী মতুংদা লোইথোকখ্রে। অমুক চান-থকুবা ফংফম লৈত্রে। মতম অদুদা চহি তরুক্কী মতুংদা গোবিন্দলালনা ভ্রমরদা চিঠি অমত্তং ইগে হায়না মপুক্কিদা খল্লকলে।

গোবিন্দলালনা মুকফু, কলম, চে পুথোক্লুনা ভ্রমরদা চিঠি ইগে হায়দুনা কমথরে। ঐথোই অওইবদুতা হায়গে, গোবিন্দলাল অদু

চিঠি ইবা হৌরগে তৌরকপা ত'ঙ্গাহুমক্তদা মমিত্তগী মপি তারকলে। কপ্পা কপ্পা মহাক্না খল্লকই, ভ্রমরনা ঙসি ফাওবা হিংলমখিনি হায়ব-সিবু করম্না খঙলুগনি? করনাদা চিঠি ইগনি? অতুদগী অমুক খল্লকই, অমুক্ত দি ইহুনা য়েংগে। ঐগী চিঠিসিনা অসুম্মক অমুক হল্লকলবদি ভ্রমর লৈত্রে হায়বা খঙলগে।

করি ইসিগে হায়বসিদা গোবিন্দলালনা কয়ামুক কুইনা খনখি-বগে হায়বহু ঐখোই হায়কম খঙদ্রে। কাইনথংদা মহাক্না খল্লকলে, মরাল্ করিমত্তা লৈতনা পুন্সিসিমগী খাদোকলম্লবী মহাক শাতুগী মফমদদু ঐনা ইফম থোকপা মরোল ইবদা করি অকায়বা লৈবগে? গোবিন্দলালনা ইরে,—

'ভ্রমর। চাহি তরুক্তী মতুংদা ওকত্রবা অসিনা নঙোন্দা চিঠি অমুক ইার। পানিংবা লৈরগা পাও, পানিংদবা লৈরবসু অদুম্মক শেগাইথোকখো।

"ঐগী লাইবকসিদা থোকখ্রবা থোদোকপূম্বা নহাকসু লোইনা তারমলগনি হায়না নিংই। অতুবু ঐহাকনা হন্নাইবক্তা তম্নকপনবি হায়করবদি, নহাক্না খনখিবা য়াই, ঐনা নগী নপুক্নং কানবা রা ঙাং-লিবনি হায়না। মরমদি, ঙসি ঐহাক নগী নফমদা ভিক্ষা নিবা মী অমা হায়বহু ওইরে।

"ঐহাক হৌজিক উপায় লৈজে। চহি অত্তম চুপ্পা ভিক্ষা তৌহুনা লেপ্লকলে। তীর্থদা লৈরিভৈদদি ভিক্ষা নিবা ফংলম্মি। মফম অসিদদি ভিক্ষা ফংদে— মরম অতুনা ঐহাক চরা হেন্দুনা শিবদা তারে।

"ঐগী চংফম অমত্তং লৈরম্মি—কাশীদা ইমাগী মনাক্তা। ইমাসু

নোঙ্গাখ্রে—মহু নংস্থ খঙলবনি হায়না নিংই। অহুনা ঐগী চংকম অমুক লৈত্রে— চাকম লৈত্রে।

"অহুনা ঐহাক হৌজিক খল্লে, অমুক হন্না হরিদ্রাগ্রামদা ঐগী তুক্কচনকম ওইরবা শক অসি উৎলসির। হায়না—নত্রবদি চাবা ফংনিংঙাই লৈতে। নহাকপু মরাল লৈতনা থাদোক্লমঙ্‌না অতোপ্পা মুপীদা মথরাক্ত লুপলুরবা, মুপী কাওবা হাৎলুরবা মহাক অহুনবু ইকাইকম থোকপা হায়বা করি অমুক লৌরি? চানিংঙাই লৈত্রবা মীগীবু ইক:ইক্ষম করি অমুক লোখগদগে? ঐহাক ইকাইবা খঙত্রবা মায় অসি উৎ-লবাদ ভমগান, অহুবু নংনা লন-থুম পূম্নক্কাদি মবেম্মানি—য়ুমন্থ নংগীনি—ঐাদ নংগা য়েক্কবা ওইক্করবান,—নহাক্কা ঐবু চংজক্ষম পিনগদ্রে?

"চানিংঙাই লৈতবদগী নঙোন্দা চংজকম নিরিবান—পিনগদ্রা?"

চিঠি অহু ইবা লোইরগা তরেৎ তরারক হন্না খন্তরবগী মতুংদা গোবিন্দলালনা ডাকতা থাদখ্রে। মতমচানা চিঠি অহু ভ্রমরগী মফমদা থুংলরে।

চিঠি চেক ফংবদা ভ্রমরনা ইরকলিবা খুৎই অহু মশক খঙলে। চিঠি অহু হাংদোকলগা মশা থক থক নিক্কা ভ্রমর অহু তুম্ফম কাদা চংখিড়না থোঙ লোনাশনখ্রে। অহুদগী ভ্রমরনা চিক্ক। ফমলহুনা মিৎকী অতং গথম পৈত্রবা পিগী ইরা তৈথোক-তৈথোক্ক চিঠি অহু পারক্লে। মহুগী মুমিৎতুদি ভ্রমরনা থোঙ অঙ্গম্ফ হা দোকত্রে। মহাকপু চাক চংনবা কৌজরিবা মীশিং অহুদা মহাক্কা হায়খ্রে, "ঐহাক লাইহৌ তৌবে—চাক চাররোই।" ভ্রমরদি অয়াম্বা মতমদা লংইহৌ তৌহুনতা লৈ, অহুনা মী পুম্বহু থাজনরে।

থংনবা স্নুমিত্তা মিংকী কক্লা-অমতা-উইশিল্লবা কয়ু তুদগী হৌগৎলকপা মতমদদি, ভ্রমর অদু থাংগৈমকশেংনা লাইহৌ হৌরাম্লে। অদুবু মতম অদুদদি মহাক জ্ঞান শেংনা তারি— রাখল চোইদে। চিঠিগী পাউথুম করি ইসিগে হায়বদুদি মহাক হায়না লেপ্তুনা লৈরে। ভ্রমরনা হন্না হন্না মশীং নাইদনা থল্লবগী মতুংদা লেপথ্রবনি ; অমুক নৌনা থনফম লৈরে। ইপদবা রাহৈ ফাওনা থন্দুনা লোইথ্রবনি।

"সেবিকা" হায়বা রাহৈ অসি পীজরে। অদুবু মপুরোইবা হায়নসিদি ভীকম থুদিংমক্তা থুকমফমদি থোকই হায়দুনা অস্তুমনা ইরে,—

'প্রণামা শত সহস্র নিবেদনঞ্চ বিশেষ'

অদুগী মথাদা ইরে, "পিনবিবকপা চিঠি ফজরে। লন-থুম পুম্নমক নহাক্কীনি। ঐগী ওইরনস্তু ঐনা কাথ কলবনি। চৎকমদাকুদা নপাক্কা শেগাইথে কথিবা দানপত্র অদুগী রা নি শিংবিরম্বা য়াই, মদুগী নকল রেজেষ্টারী অফিসতা লৈথ্রবনি। অদুনা ঐনা কৎথোকাথ্র হায়নাস থাজৈমক শেংলবনি। মদু হৌজিক ফাওবা লেগুদনা অক্নমক লৈরি।

'মরম অদুনা হৌজিক নহাক হবিদ্রাগ্রাম মদা লাকুনা নংগী লন-থুম্ পুম্বা অপনবা লৈতনা লোশিনবিববা যাই। যমস্তু নহাক্কীনি।

"অদুগা চৎতি মদা অসিগী মখুদা ঐনা লুপা যাম্নস্তু তাম্শিল্লে। মদুস্তু নংগীন লাকুনা লোশিনবিরো।

'লুপা অসিদগী ঐশাক থজক্রুদদি নিক্কংবনি। লুপা সিলিং নিপালদ লোশোকতগে লুপা সিলিং অগনা পঙ্কা মপান্দা ঐগী য়ুম অমত্রু শক্তগে, সিলিং মওানা ঐগী পুক্কাস লেম্নবা হোৎনজগে।

"নহাক হল্লকরবা থোরাং পুম্নমক লাংলম্লগা ঐহাক ইপামদা চৎকনি। ঐগী য়ুম শাবা লোইদ্রিবা কাওবা ইপামদা অত্নুম্নক লৈগনি, নংগা ঐগা হন্দক্তী মপোকসিদা উনগনি হায়বা নিংঙ্গে মতুনা ঐগী মুংঙাইবা ওইগনি—নংগীসু মতুনা মুংঙাইবা ওইগনি হায়বসিদা ঐহাক থোইনা চিংনবা কৈতে।"

"নংগী মথংগী চিঠি ভাইতুনা লৈরি।"

মতম চানা চিঠি অতু গোবিন্দলালগী মথুত্ত যৌরক্লে। কয়াদা তমথীগ্রবা চিঠিনো। অথোংপা-অমেঙবা হায়বতু মচেং অমা কাওবা য়াওদে। গোবিন্দলালনসু হায়া হায়গ্রবনি, চহি-তরক্তী মতু দা ইবনি হায়না, অতুবু ভ্রমরগী চিঠিদগি অতুগুম্বা র হৈ অতু অমা কাওবা পল্লক্লে। মসিবু ভ্রমর অতুবিকো।

গোবিন্দলালনা চিঠি অতু পারগা পাওখুম পিবক্লে, "ঐহাক হরিদ্রাগ্রামদা অমুক হল্লকলরোই। মসিদা ঐহাক অত্নুম্নক লনবা য়ানবা ফংহনম য়েংতুনা, থা থাগী থজিক থজিক্কুং নিজনা ওইনা থাবিরকউ।"

ভ্রমরনা পাওখুম পিরকই, "থা থাগী লুপা চামডা চামক্তা থাদক্লে। মসিদগী কেন্না থাবকপসু ভুদগনিদি হায়দনু, লুপা য়ুগ্রা থবকলগা ...রেম্বদা পওমাঙ মাওথবা য়াই। অদুগ ঐনা ত য়ুক্ত ... অমাদি, চহি চহিগী শেন্দোং অত্নুম্নক হনগৎলক্লি—মতুথা নহ ... ম... শাসনা লেংডদনা লৈবগা য়ে শিল্লবদি য়াম্না ফগনি। ... ... কাম্লফম ...সমদম থাদোকপদি তৌবিগনু—ঐগী মতম দ লোইশিল্লক্লগা..."

অদুম্মকথ গোবিন্দলাল কলিকাতাদা অদুম্মক লৈখ্রে। মবানিমক মতুনা করে হায়না থন্নরে।

---

## তরামরিশুবা তাঙ্কক

তরেৎশুবা চহি।

থ লৈশোংনমক ভ্রমরগী হুমিৎ লোইশিল্লকলে। মতম অমুক শাংনাস ভ্রমরগী তমথীরব লায়না অদু লায়রেঙ কনবদগী ফাজিন্দুনা থনম্নি। অদুবু অনাবন্থ লাইয়েঙবা য়াবক্ত্রে। ভ্রমর হৌজিক মোংমা নোমগী মমড অমুম কংশিল্লগলে। হিয়ৈ থাদগী ভ্রমর ফমুংদা য়াতাদুনা লৈখ্রে, অমুক হৌগৎ-কা শংখা ... । মাধবীনাথ মশামক মনাক্তা শঙতুনা অরেম্বদা কন্না লাইয়েঙহনবা হৌরকলে। যামিনীসু হরিদ্র গ্রামদা লাকুনা মনাওগী কম-শেগনদুনা লেংর

অনাবদু লাইয়েঙ পুম্নমক কান্নরকত্রে। অমুম্না পোইন্ন থাদুমা হৌখ্রে। র কচিং থাদগী ভ্রমর হিদাক চাবা লেপলে। হৌজিক হিদাক চারুবগী অমুক কান্নফম লৈত্রে। মহাক যামিনীদা হায়রকই, "ঐহাক অমুক হিদাক চাররোই। ইচে— লাকলিবা কাইরেলগী পূর্ণিমাগী অহিংদু লিংথোকহনখিবা য়াদে। কারণন্থ কাইরেলগী পূর্ণিমাগী অহিং অদু লম্থোকখিগদবা উরবদি— ঐবু মিহুন লেপ্পনা থোঙ ফাওবা শীনগদবনি। অনাবনবু ওইরবসু, মওং অমনবু ওইরবস্থু কাইরেলগী থাবলনা ইপোম হৌরবা অহিংদা ঐহাক শুকশোংই শোইদনা শিদবা য়াদে। মসিমদি থক কাওগদ্রবো ইচে।"

যামিনী অদু কপ্পকলে, অদুবু ভ্রমরদি হিদাক অমুক চাবা তেংত্রে।

হিদাকস্থ চাদে—অনাবত্থ পোশাকম থঙলক্লে—অদুবু ভ্রমরদি নোংমা নোংমগী মাইথোং মকা লাম্বা হৌরক্লে।

অসুক কুইরবগী মতু দা ভ্রমর অহু অমুক হয়া নোকচবা হৌরক্লে, চহি তরুক্কী মতুংদা মসিনা ইহান হানবা মথরাই হরাওজবনি। মুংলমদাইগী থাওমৈ ভানখৎপা হৌরক্লে।

মুমিৎনা অসুম্মক হৌজিনথ্রগা পুম্ফি লোইগদবা মতমনা অসুম অসুম নকশিল্লক্লগা, ভ্রমরদি হেয়া হেয়া মপুক্কিং তপথরক্লে, মাইথোং মকা লাম্লক্লে, নোকুনতা মতম লেল্লক্লে। মমৈথ দা অকিবগী মশক ওইরবা মুমিৎ অহু য়োরক্লে। ভ্রমরনা ইমুগী মী পূম্নমক্লা মপুক্কিং ইরাং লাংননা অহুগা যামিনীনা কপ্পা অহু উবদা থঙলে, ওসি মাগী মুমিৎ শুরম্বা তারে। মশাদম্থ অহুগুম্বা মৈচাক অমা ফাওরকপগুম্নম্থ তৌই। মতম অহুদা ভ্রমরনা যমিনীদা হায়রকই,—"ওসি ঐগী অরোইবা মুমিৎনি।"

যামিনী কপ্লক্লে। ভ্রমরনা হায়রকই, "ইচে—ওসি ঐগী অরোইবা মুমিৎ অসিদা—ঐনা নিজগদবা থরদং লৈ—মহুদদি শোইদনা তৌবিয়ু।"

যমিনী কপ্তুনা অহুম্মক লৈরে—রা করিমত্তা ওাংথিদ্রে।

ভ্রমরনা হায়রকই, "ঐনা নিজরিবা অমনা, ওসি মুমিৎ অসিদি কপ লাওবা তৌগনু। ঐনা শিগ্রবা মতুংদা কপ্প, মতম অহুদদি ঐনা অমুক থিংলগদবা লৈতে—অদুবু ওসি নথোইগা রা থরদং ওাংনবা ওম্মিদ্রৈওসিদদি, অপনবা লৈতনা ওাংলগা শিথিবা, মসিনি ঐনা পামজরিবদি।"

যামিনীনা মমিত্তগী মপি তৈথোক্লগা মনাক্তা চংশিল্লক্কুনা কল্লরে—অদুবু কপ্প খিঙ্গৎপা হোৎনবনা ঙ্গা ভাংবাদি ঙমদ্রে।

ভ্রমরনা অমুক হায়রকই,—"অদুগা নিজরিবা অমনা—নং নত্তনা কনাগুম্বা অমত্তা মকম অসিদা চংহনাবররক্কু। মতম চারক্লগ্গা ময়াম পুম্নমক উনগে—অদুবু হৌজিক্কি কনামত্তা চংঙক্কনবা ত্তৌবিম্বু। নংগা ঙ্গা ভাংনবা য়াররোই।"

যামিনী অদু কয়া কুইনা অমুক কপ্পা খিংদুনা লৈবা ঙমখিগদগে ? অদুদগী অ হং ওইশিল্লক্লে। ভ্রমরনা হংঙকই' "হৈচে, অহিং অসি খাবল কত্র ?"

যামিনীনা মিত্তুংথোঙ হাংদোক্লগা হায়রকই, "পুমল—লংনা খাবল থোক্লে।"

ভ্র। অদুদি মিত্তুংথোঙশিং অদু লোইনমক হাংদোকউ—ঐহাক খাবল য়েংনা য়েংনা শিখিগে। অদুগা আদগী মিত্তুংথোঙ অসিগী মথাদা লৈকোল অমা লৈবত্ত, মদুদা লে শাৎ লত্রা য়েংউ।

হয়রিবা মিত্তুংথোঙ অসিগী মনাক্তা লেপ্লদুনা অমুক অঙনবদা ভ্রমরনা গোবিন্দলালগা ঙ্গারি হেক হেক শাই। ঙাস চাহ ত্তরেং চুপ্পসি ভ্রমরনা মিত্তুংথোঙ অদুগী মনাক্তা গুকচং-চ লুত্ত্রবনি, অমুক্তা ফাওবা হাংস্থ হাংদোকাখত্রবনি।

যামিনীনা য়াম্না ঙ্গানা হোৎনদুনা মিত্তুংথোঙ অদু হাংদেক্লগা হায়রকই "কদাই, মসিদদি লৈকোল অমত্তা লৈত্তেনা—চরোং-হাপুংদমক লৈ—অদুগা শিরুম-নারুম ত্তৌরবা পাম্বী মচা অমা অনিদি হৌরি—মদুদা লৈস্থ উনাস্থ করিমত্তা পান্দে।"

ভ্রমরনা হায়রকই, "চহি ত্তরেংকী মমাংদা, মদুদা লৈকোল অমা

লৈরম্বনি। শেম্বি-খোৎপিদহুনা মাঙগ্রবনি। ঐহাক চহি তরেৎসি অমুক্তা হুন্না য়েংলুক্তবনি।"

মতম কনা কুইনা ভ্রমর অহু তুমিন্না লৈপ্রে। অহুদগী মহাক্না হায়রকই, 'অকংবা মকমদগী লৈ হেকহন্নুহুনা ঙসিদি ঐঙোন্দা খরদং পিয়ু ইচে। নং খঙহুবরা, ঙ'স অমুক হন্না ঐগী ফুলশয্যা হুমিৎনি।"

যামিনীগী য়াখংনা মীনাই হুপী নিপা ময়াম্না লৈ চবুন চবুন পুরক্লে। ভ্রমরনা হায়রকই, "লৈশিং অহু ঐগী ফমুদা চাইথোকউ। ঙাস ঐগী ফুলশয্যা হুমিৎনি।"

যামিনীনা হায়ারবহুনক ভৌরে। মতম অহুদা ভ্রমরগী মমিত্তা পি চহুন চহুন শিন্থরক্লে। যামিনীনা হায়রকই, "করিগী কপ্লিবনো ইবেম্মা ?"

ভ্রমরনা হায়রকই, 'ইচে, ঐহাক য়াম্না হুংঙাইতনা অমা লৈরে। মহাক্না ঐবু হু গুক্লমহুনা কাপীদা চৎখিবা হুমিৎ অহুনা,—এহাক্না খুৎ লোম্নরহুনা কপ্না কপ্না ঈশ্বরগী মকমদা নিজখি, নোংমতংদ মহাক্না ঐগা উনহনবিয়ু হায়না; ঐন চাওথোক্না মঙোন্দা হয়খি, 'ঐহাক্না করিগুম্ব। সতী ওইরবদি; অমুক মাগা শোইদনা উনখিনি।' অহুবু কদায়, অমুক উনবদি ফক্রে। ঙসিগী হুমিৎ অ'সদা—শিরমদাই মতমদা, মহাকপু অমুক্ত উজবা ক'লবদি হচে, চাহ তরেৎ চুপ্না অন্নাবা কংলকপসি নোংমতদা কাওখিগদবনিদো।"

যামিনীনা হায়রকই, "উনগেরা ?" রা অসি হেক তাবদা ভ্রমরগী মপুক্লিংদা নোংথাং কুপ্লগুম মঙাল অমা থংকাও-কাওই। মহাক্না হায়রকই,—কনাগী রানোনে হায়রিবহুবো ?"

যামিনীনা য়াম্না তপথনা হায়রকই, "গোবিন্দলালগী · রানি,

মহাক হৌজিক মকম অসিদা দৈ—বাবানা নংগী অনাবগী রাসি মঙোন্দা খঙহনখি। পাওহ্ হেক ফংবদা মহাক নংবু উননবা মফম অসিদা লাক্লে, ঙসি থুংলরে। নংগী ফীভমসি উবদা কিহনা হৌজিক কাওবা মঙোন্দা তাক্তিবনি—মহাকস্থ পাক হেক চংবা ঙমদহনা লৈরে।"

ভ্রমরনা কপ্পা কপ্পা হায়রকই, "অমুক্তা মশক্ক উহল্ল ইচে ? হন্দক্কী মপোক্কী ওইনা অমুক্তগা হন্না য়েংজখিগে। মতম অসিদা ঐবু অমুক্তদি উহনবিয়ু।"

যামিনী হৌগত্তুনা চৎথ্রে। ঙাইহাক্তুং লৈরগা খোঙথাং তপ্পা থাংলহনা গোবিন্দলাল—চাহি তরেৎকী মতুংদা মহাক মশাগী ভুক্ষমংকাদা চংলক্লে।

মখোয় অনিমক কপ্পরক্লে। কনামতস্থ ৱা ঙাংবা ঙম্রদ্রে। ভ্রমরনা মপুরোইববু মনাক্তা চংঙক্তুনা ফমু দা ফন্নবা ইঙ্গিত তৌরক্লে। —গোবিন্দলাল কপ্পা কপ্পা ফমুংদা ফন্নরে। ভ্রমরনা মহাকপু অমুক্তা নকাশন্ন চংশিল্লক্লবা হায়রকই—গোবিন্দলালস্থ মনাক য়ৌনা চংশিল্লক্ল। মতম অহুদঃ ভ্রমরনা মাগী মথুবাক্লা মপুরোইবগী মখোঙ অচ লা—স্ব, কংলহনা, মখোঙ অনিমক্তু শোক্লগা থুরোগী উফুল লৌরহনা মকোক্তা হাপচরে। অহুগা হায়রকই, "ঙসিদি ঐনা লঙজখিবা ইরাল পুন্নমক ঙাকাপহনা ঐবু আশীর্ব্বাদ তৌবিয়ু, মথংগী লাঙোন্দা ফুংঙাইবা ফংজক্লনবা।"

গোবিন্দলাল অহু ৱা মচেং অমত্তা ঙাংবা ঙমখিদ্রে। ভ্রমরগী মথুং অনিহু মাগী থুবামুংদা চেৎনা পায়শিন্নক্লে। অহুম্না অমগা অমগা মথুং প্লায়শিন্নহনা মতম শাংনা লৈরক্লবগী তুংদা ভ্রমর অহু তুমিন্না মথরাই ক্লানক্লে।

---

# তরামঙাশুবা তাঙ্কক

ভ্রমর শিগ্রে। হৌনবী মতুংইন্না মাগী সংস্কারনচিংবা তৌরে। সংস্কার তৌরকপা গোবিন্দলাল অহূ মমমদা চংশিন্দুনা কল্লে। মমমদা হল্লকপা মুমিগ্তগী মহাক্ক কনামখগা না অমা কাওবা ঙাংনদে।

অহিং অহুমনু হৌরে। ভ্রমরনা দৈখিদবা মতুংগী মুমিং অহুম্নু মুমিং খুদিংগী কোরৌহনবা থোরকপগুম, অহুম্মক থোরকই। পাম্বৌগী উনাপুম্বা মম্নি মম্নিবা মঙাল্লক্তা থরা থরা লংথৎলক্লে। পুম্প্রিগী মুম্বা ঈশিংম্ব ইশক মচা মচা হৌরক্তুনা তরং তম্নং নিংথিরকলে। অতিয়াগী অমুবা নোংগী মপৈস্থ অক্তোবা মচু ওন্নকলে—পুম্নমক ভ্রমর শিখিদবগুমনা থোকই। গোবিন্দলাল মপাল থোক্লকলে।

গোবিন্দলালনা ভুগী অনিথকপু গুংশিক্ক—ভ্রমরগা রোহিণীগবু। রোহিণী শিগ্রে—ভ্রমর শিগ্রে। রোহিণীগী মশক্তা মাগী থম্মোই চিং- শিল্লই—মথোক কারকপগী শককী ইংখৌলাংবা থিবে হুমদনুনা। ভ্রমরবু হুণ্ডেক্তুনা রোহিণীবু দৌরুই। রোহিণীবু দৌরবা মতমদতা মহাক্কা থঙঙকই, মাসদি রোহিণীনি, ভ্রমর নত্তে—মসিদি শককী ইখৌ লাংবনি, মুংশিবা নত্তে—মাসদি ইরাংতানি, মুঙাহবা নত্তে - মসিদি মন্দর-চীংনা নৈথাইবদা থাওবা-নাবনা খাস্নাকগী হোন্দোরকপা স্বর্ণা য়াওরকপা হ অহানি, ধন্বন্তরিগী চফুদগী থোকলকপা অমৃতহু নত্তে। মহাক্কা তাব তারকই, থম্মোই হপাক অসি হন্না হয়া নৈরবগী মতুংদা থোক্লকলিবা হু অসি, থকপা য়াবা পোং নত্তে, অহুবু শোইদনদি থকপা তাই—মরম অসিদগী নীলকণ্ঠগী মতৌগুম গোবিন্দলালনা হু অহু থকখি। নীলকণ্ঠগী খোন্নিদা লৈবা হুগুমনা মহাকী থোরিদনু, হু অহু পকখি। হু অহুদি তূমনু লৈত্রবা, ওথোকখিবনু য়াগ্রবা হুনি, অহুবু

মতম অদুদা মহাক্না, স্বর্গগী লৈনম চুরবা, থম্মোইমকা-লামহনবা, লায়নাট খুদিংগী হিদাক ওইরবা, অদুগুম্রবা মমাংঙৈদা মহাক্ত চুপ্রবা, শেংলবা ভ্রমরগী থুংশি-অমৃত অদো ঋহিং থুংখিল অনিমক্তা নিংশিংছুনভা লৈরকলে। প্রসাদপুরদা গোবিন্দলালনা রোহিণীগী থুংশিরবা ইশৈগী ইচেন্দা তাওছুনা লৈরিবৈ মতমছুদসু, ভ্রমরনা মাগী থম্মোইগুংদা কল্লবা মথৌনাগা লোইননা ওাম্মোইছুনা অদুম্মক লৈ— ভ্রমরনা থম্মোইথুংদনি। রোহিণীনা মপালখোংদনি। মতম অদুদা ভ্রমরবুনা লা-ম্বা ফংখদ্রে, রোহিণীনা থাদোকপা য়াদ্রে,— অদুমকপু ভ্রমরনা থম্মোইদনি। রোহিণীনা মপালদনি। মরম অদুনা রোহিণীনা অদুক থুনা শিপ্রবনি। কনাগুম্বনা মশিগী য়াকম অসি ভাব তাদবা য়াওরবদ, অরেম্বদা রারি অসি ইবদা তারবনি।

করিগুম্বা গোবিন্দলালনা মতম অদুদা রোহিণীগী চংপদবা থৌরাং পুম্নমক লাংবিরমলগা মহাক্তী থুংশিজরবী ভ্রমরগী মকমদা মথুং লোম্লনা লাকুনা হায়জরম্লবা, "ঐবু তাকউ, ঐবু অমুক হন্না থম্মোইথুংহন্দা চংজকম থজিক্তং পিয়্।" অদুগা মসিমস্ত হায়জরম্লবা, "ঐহাক্তীদি, নংনা তাকপিবা য়াবা করিগুম্বা ইগুণ অমতা লৈতে. অদুবু নংগীদি গুণ য়াম্না লৈ, নংগী তাকপিহৈবা গুণনা ঐবু তাকউ।" অদু ওইরবদি, ভ্রমরনা মহাকপু তাকপিরমগনি নিংই। মরমদি, স্ত্রী হায়বীসিদি তাকপী হৈবীনি, থৌজাল হৈবীনি, থুংশি চাউবীনি— স্ত্রীদি ঈশ্বরগী মিংচৎ হেনগৎনকমগী পোৎশক্তি, ঈশ্বরগী মমিনি, নিপা হায়বসিনা ঈশ্বরগী চুরগী থুংশেম্নি। স্ত্রীনা মঙালনি, নিপানা মমিনি। মঙালনা মমিবু থাদোকপা ঙম্বা হৌনব্রা?

১ অদুবু গোবিন্দলালদি হায়রিবশিং অসি অমতা ঙমখিদ্রে। কাবক

নাপল ভৌবদগীসুনি—নিপা হায়বসি নাপলনা থল্লি। কাবক অমনা ইকাইবদগীসুনি—ক্রুম্বা ভৌরবা মীশীদি ইকাইবনা দগুনি। কাবক অমনা কিবদগীসুনি— পাপনা ইরাই লাইনা পুণ্যগী মমাংদা লেপপা ঙমদে। ভ্রমরগী মমাংদা মশক উৎলুনবা লম্ব' ক দে। গোবিন্দলাল থোঙকাপ অমা কাওবা চ'শিনবা ঙমখিদে। অদুদগী গোবিন্দলাল মীহাৎপা ওইরে। মতম অদুদদি মহাক্কী নিংবা পুম্নমক অদুম ক ইগ্রে। অমম্বা অদু মঙালদা অমুক থোকলকপা ঙমখিদ্রে।

অদুমকপু অমুক নৌবা চাকথৎলকলিবা খিংবা ঙমজ্রবা ভ্রমর উনিংবগী মৈচাক অদুদি চহি খুদিংগী, থা খুদিংগী, নুমিৎ খুদিংগী পুংজা খুদি গী, মিকুপ খুদিংগী, অসুম অসুম গোবিন্দলালবু চাকশিল্লকপ হৌরক্লে কনানা অস্নুম্না থেংনাখিবগে? কন'না অসুম্না মাঙহন্নখিবগে? ভ্রমরসু অরাবা ক খি, গেবিন্দলালসু অরাবা কংখি। অদুবু গোবিন্দলালগা য়ে নকুরবদি ভ্রমরগী দি য়াম্না শাকৈ। গোবিন্দলালগী অরাব দ মীওইবনা খাঙঙমদবনি। ভ্রমরগীদি কনবিনব যম লৈখি, গোবিন্দলালগীদি মত্নসু লৈতে।

অমুক আহং অদু হৌগ্রে—অমুক হন্না কোর্নৌ মঙাল্লা জগৎপুম্বাই মুংঙাইবগী ইপোম হৌনরক্ল গো'বন্দলাল অদু চমু দগী থোক্লকলে। রোহিণীবু গোবিন্দলাল মথুৎমক্লা হাৎখি— ভ্রমরবুসু মথুৎমক্লা হাৎপগুম্বনি— অস্নুম্না থল্ল থল্লহুনা মপাল য়োরকলে।

অহিং অদু গোবিন্দলালনা মঙৎ করম্না লেনখিবগে হায়বসি শ্রীথোই খঙদ্রে। য়'ম্না শাথারবা অহিং ওইরমপনি হায়নদি নিংই। থোঙ হেক হাংদোকপদা মাধবীনাথকা মহাক্কা থেনরে। মাধবীনাথনা

মাবু উবদা মশক্তু মুমা য়েংহুনা লৈরে— মাগী মাইথো হুমা মীওইবগী মাখলনা মা·মা কংজ্রবা লায়না অমা পকপওম্মা উই।

মাধবীনাথ অহু মঙোন্দা মা মচেৎ অমত্তা ঙাংদে। মহাক মপুক্কিংদা মাশকখ্রে, পুক্নসিদা গোবিন্দলালগা মা অমুক ঙাংনগ্নরোই হায়না। মা ঙাংলমদনা মাধবীনাথ অতুম্মক চৎখ্রে।

গোবিন্দলালনা মুমদগী মপ ল থোক্লকলগা ভ্রমরগী তুম্ফম কাগী মনাক্তা লৈবা লৈকোল অতুদা লাক্লে। যামিনীনা হায়খিবত্তু থাঙ্গমক শেংবনি। মকম অহুদা লৈকোল অমুক লৈত্রে, নাপী, চরোং-হাপুংন- চিংবনা পুমথুন থগাগ্রে। শিবা নাইত্রবা লৈপাম্বী অমা অনিথাক্ত নাবক অহুদা শিক্রম-নাক্রম চৌরি—অহুবু মথোইত্তু লৈদি শাত্রে। গোবিন্দ- লালনা ফবা কুইনা নাপী মরক্কুদা কোইচৎ চৎতুনা লৈরে। মুমিৎ কনা হাইগৎলকলে, মুংশাস্থ য়ক থোক্লা শারকলে, গোবিন্দলাল অহু অস্তুম কোইচৎ চৎলম্বদগী মারক্রুতুনা মকম অতুদগী থোরকলে।

অহুদগী অমুক গোবিন্দলালনা কনাগম্তু মা ঙাংনবা তৌদনা, কনাবুম্ভু হম্না য়েংলম্বা লৈতনা, বারুনী পুখ্রি মপাল তাম্না লাকলে। অয়ুক্কী যুথক অমা মথাই হোখ্রে। য়াকলবা মুংশাগী মঙাম্না ঙৈবদা বারুনীগী লুরবা মুনা লংলবা ঈ শংগী মপৈ অহু পুনলং লংখ্রে। মুপী নিপা ময়াম ঘাট্টা ইরুজরি—অঙাংশিংনা অমুবা ঈশিং অতুগী লংলবা ইপোম অহু চাইথাই চাইথাইহুনা ইরোইহুনা শান্নরি। গোবিন্দ- লালদ মী অহুক মাম্না ভিনবত্তু হৈনদ্রে। ঘাটলোমদগী মহাক বারুনী মপান্দা লৈবা লৈত থম্না শাৎলবা, স্বর্গগুম্নবা মহাক্তী লৈকোন লৈরম্বা অদোম্মা লাক্লে। অহানবা চংঙকপামক্কদা উরে, রেলিং তেকখ্রে— য়োৎনা শাবা রেক-থোৎলবা থোঙ অহুগী মহুক্তা উ·না থাজিনখ্রে।

ভ্রমরনা গোবিন্দলালগী নমক্তা পোৎ-চৈ লন থুম পুম্বা চেকশিন্না ভাক-শেন্দুনা থনখি, অদুবু লৈকোল অসিমবুদি মহাক করিমত্তা য়েংশি-ল্লমদে। নোংমা যামিনীনা লৈকোল অসিগী মরমদা বা হোদোক্লখি। মতুদা ভ্রমরনা হায়খি, "ঐহাক যমগী মনাক্তা চৎলবনি—ঐগী নন্দন-কাননস্ত মাংগ্রমহ। ইচে, পৃথিবীসিদা ঐগী স্বর্গ ওইজরম্বদুবু—কনাদা অমুক শিন্নরমগদগে?"

গোবিন্দলালনা উরে, থোঙ্গাল পান্দ্রে, রেলিং তেকখ্রে। মমুংদা চংশক্লগা থেংনরে, লৈ-পাম্বী অমুক তৌখিদ্রে—চরোং তাপ্পগা, পাঙ-খোক্লা পাম্বীগা, হোংউ পাম্বীগা লৈকোলস্তু পুমথন থম্মা হৌদ্রে। উরিগী শঙ পূম্নমক নিংথাইদ্রে—মুংগী মুর্তিপুম্বা মতেক অনি অহুম থোক্লা তেক্কুনা লৈপাকথক্তা অন্দুনা লৈরে, মথক্কুদা উরি রারিনা কুপশিনদ্রে, থরা অমনা অতেক-অকাই ওইনা য়ুংতুনা লৈবস্তু য়াওরি। পোত্থাশঙগী য়ুমথকস্তু লিঙথাইরে—হৎ-থোৎলবা থোঙগী মিংশেলশিংস্তু ফক্কুনা পৃ-নখিবা য়াওরে। লৈমায়দা থা-নবা ফজরবা মুংপাকশিং অক্তুস্তু মুক্কুনা লৌনখিবা য়াওরে। লৈকোল অত্তুদা লৈ-শু শাৎত্রে, উইহে অমুক পান্দ্রে—অশেংবা মুংশিং কাওবা শিৎত্রবগুম তৌরে

অতেকপা মুংগী মুর্ত্তি অমগী মথোঙদা গোবিন্দলাল ফমথররে। মুমিৎ মুংবা মতম য়ৌ শল্লক্রে, গোবিন্দলালদি অদুম্মক ফমদুনা লৈরে। কল্লবা মুংশাগী মৈশানা য়ৈবদা মকোক অতু মৈ থোক্লা শারক্রে, অদুবু গোবিন্দলালদি মত্তু করিমত্তা খঙবা লৈখিদ্রে। মহাক মথরাই য়াওদবগা পাংথক ওইদ্রে। অহিংদগী হৌনা ভ্রমরগা রোহিণীগভবু মহাক্লা থল্লক্লি। অমুক ভ্রমর, অদুগী মতুংদা রোহিণী, অমুকস্তু ভ্রমর, অদুবগী অমুক রোহিণী অস্তুম্মা থম্মা থম্না মমিত্তা ভ্রমরবু উরক্রে, মমাংদা

রোহিণীবু উরক্লে—জগৎ-পুম্বা ভ্রমর-রোহিণী ভাক্তা ওইনা উগ্রে। লৈকোল অত্তুদা কন্নগা উপাল খুদিংমকপু ভ্রমর ওইনা খনবা হৌরক্লে। উকম খুদিংমক্তা রোহিণী কম্নি হায়না মমিত্তা উরক্লে। অসে ভ্রমর লেপ্লি—অমুক লৈত্রে—অসে রোহিণী লাক্লে, অমুক কদাইদা চংগ্রে? খোঞ্জেল খুদিংমক্তা ভ্রমর নত্রগা রোহিণীগী মখোল ওইনতা তাগ্রে। ঘাট্টা ইকজবশিংনা ব্রা ঙাংলি, অত্তুবু মহাক্না ভ্রমরনা ব্রা ঙাংলি হায়না অমুক লৌরি, অমুকস্থ রোহিণীনা ঙাংলি হায়না লৌরি—অমুকস্থ মখোাই অনি ব্লারি শারি হায়না লৌরি। অকংবা উনা লেং-ঙকপদা—ভ্রমর লাক্লিবনি হায়না খল্লি। উরক্তা কৌজেং হারৌনা চোং-কনবদা—রোহিণী চেনখিবনি হায়না লৌরি। মুংশিংনা উশা হুম্বদা—ভ্রমরনা মুংশাস্বর মপী হোনবনি খল্লি—চরোইনা খোংলকপদা রোহিণীনা ইশৈ শক্লিবনি হায়না লৌরি: জগৎপুম্বা ভ্রমর-রোহিণীভাক্তা মঙাইখ্রে।

মুংখিলগী মুথক অনি—অনি মখাই য়ৌরে—গোবিন্দলালদি অত্তুম্মক মকমত্তুদা অতেকপা মুর্ত্তি অত্তুগী মখোঙদা—ভ্রমর-রোহিণীনা থল্লবা জগৎতা তাওরি। মুংখিল মুথক অত্তুম—অত্তুম মখাই য়ৌশিংল্লক্লে—ইরু মাইখজল্লিবা, চাক-জীশিং চাল্লিবা, গোবিন্দলাল লেংদনা অত্তুম্মক ভ্রমর-রোহিণীগী মশক ওইরবা মৈক্তাদা তারি। য়াচংবা মতম ওইরক্লে, অত্তু কাওবদা গোবিন্দলাল হৌগৎলক্লি—মপালগী জ্ঞান মাঙখ্রে। মাগী ইমুংগী মীশিংনা মহাকপু হুমিং চুপ্পত্তু উদবত্তুদা কলি-কাতা চংগ্রমাল্লে হায়না থল্লত্তুনা অমুক থোইনা খি-থোৎপা তৌরক্লে। মকম অত্তুদা অত্তুম্মক হুমিং তাগ্রে। লৈকোল অত্তু মমশিল্লক্লে।

আতিয়াদা থরানমিচাক থোরক্লে। পৃথিবীপুম্বা হাচক হুমক্লে। অদুবু গোবিন্দলালদি লেংদনা অদুম্মক লৈরি।

ইখণ্ড খণ্ডহৌদনা অদুগুম্লবা মম্লবা, চিক্লবা উরক অদুদা গোবিন্দলালগী অঙাওবা চুরবা মপুক্কিং অদু শাথীনা জ্ঞান মাঙবা অমা হৌরক্লে। মহাক্না য়াম্না শেংনা রোহিণীগী মখোঞ্জেন তারক্লে। রোহিণীনা থোঞ্জেল রাংনা লাওবগুম ভৌরি—

"মক্ষম অসিদা"

গোবিন্দলালনা মতম অদুদা নিংশিংবা থোকখিদ্রে, রোহিণী শিদ্রে হায়বসি। মহাক্না হংগুকই, "মক্ষম অসিদা হায়বদি করিনো?"

মানা তাবগুম তৌই, রোহিণীনা হায়রকপদু—

"মতম অসিমক্তদা"

গোবিন্দলালনা অমুক হায়রকই, 'মক্ষম অসিদা মতম অসিমক্তদা হায়ববু করিনো রোহিণী?"

রাখল চোইরবা গোবিন্দলালনা তাবা ফংলে, অমুক রোহিণীনা খুম্লক্লি,—

"মক্ষম অসিদা মতম অসিমক্তদা, ঈশিং অসিদা,
ঐহাক শিগে চোংথরুই"

গোবিন্দলালনা মশা মথন্তগী অঙাওবা রাখলদগী থোক্লকপা রা অসি তাবদা হংগুকই,—"ঐহাকসু চোংথদুনা শিরোরা?"

অমুক হন্না অঙাওবা রাখলগী পাওথুম তাবা ফংলে, "হোই, লাকও। ভ্রমরনা স্বর্গদগী হায়রক্লে, মহাক্না তানজবা পুণ্যনা ঐখোইসু অরানবা খুঙম ফংলগনি।

"প্রায়শ্চিত তৌরো শিরো!"

গোবিন্দলাল অহু মমিং উইশিনখ্রে ; মশাংপুম্বা পুমচোক-চোকথখ্রে, থক থক নিক্লক্লে। মহাক রাক্ষচুনা মুংগী সিঁড়ি মথক্তা চুখ্রে।

রাত্রিরিতৈদা রাথলগী মিংনা উরক্লে, খণ্ডচৌদনা রোহিণীগী মুর্ত্তি অহু অমম্বা মরক্তা তিনখ্রে। অহুদগী মাইকৈ থুংনা মথং মথং ভাম্ভোরক্লুনা মণ্ডালগী মশক ভইরবী ভ্রমরগী মুর্ত্তি মমাংদা ফাওরক্লে।

ভ্রমরগী মুর্ত্তিনা হায়রকই, "করিগী শিগদৌরিবনো ? শিগহু। ঐহাক মাঙখ্রে হায়না শিগদৌরিব্রা ? ঐঙোন্দগী হেন্না মুংশিবা কনাগুম্বা অমা লৈরি। হিংচুনা লৈরবদি মহাকপু ফংগনি।"

গোবিন্দলাল অহু অহিং অহুমা অহুম্মক রাক্ষচুনা মকম অহুদা ভাচুনা লৈরে, অমুক্তা মাগী মীশিংনা থেংনচুনা মহাকপু হমুং ভান্না পুশিন্দুনা চংখ্রে। মহাকী অৱাবা মতৌ অহু উবদা মাধবীনাথমু মুংশিবা পোক্লক্লে, ময়াম পুম্নমক চংচুনা মহাকপু লাইয়েংবা হোৎনরক্লে। থা অমি অকুম লৈরগা গোবিন্দলাল জ্ঞান তাবক্লে, ময়াম পুম্নমক্তা মহাকপু হৌজিক্কি মুমদা লেঙদনা লৈরগনি হায়না থাজনরক্লে। অহুবু গোবিন্দলালদি মহুম তৌদ্রে। অাহুং অমা মহাক কনাদমু করিমু ভাক্লুম্বা তৌদনা মকম খণ্ডনা চংখ্রে। কনানমু অমুক মাগী করিগুম্বা পাও অমতা ফংখিদ্রে।

চহি তরেংকী মতুংদা মহাকী শ্রাদ্ধ শোনখ্রে।

---

## অরোইবা শরুক

গোবিন্দলালগী মরল-মথুম পূম্বা মহাকী মচম্না পোকপা শচীকান্তনা ফংলে। শচীকান্ত অহু পাংথং ফমুরে।

শচীকান্তনা হুমিং থুদিংগী, অহুগুম্বা কজবা মাঙব্রবা লৈকোল —মথাংদৈদা গোবিন্দলালগী পোখাকম ওইরবা,— হৌজিক্কা তক্লবা উমং ওইরবা— মফম অদুদা কোইথোকপা চংলি।

শচীকান্তন্থ অমাবনা থল্লবা রাত্রি অদু নিংখিজবা তারে।— হুমিং থুদিংগী কোইথোকপা লাকপদা মফম অদুদা ফমহনা যা অদুতা থল্লম্মি। অসুম অসুম থম্বক্করগা মহাক্না অমুক হন্না মফম অদুগী লৈকোল অদু শেমগৎপা হৌরক্লে। অমুক হন্না রেক-খোৎলবা রেলিং শাগৎলে— পুখ্রিদা কুম্লবা নিংথিজরবা অমুবা মুংনা-চনবা সিঁড়ি শেমলে। অমুক হন্না কে'লোম ত্তৌহনা কজরবা উপাল পয়েং পয়েং থাগৎলকলে। অদুগা মচুগী লৈরাং চারদি থাজ্রে। ইরৈবাক্তা উপালগী মরক্তা বকুল, কামিনী, মীরৈবাক্তীনা সাইপ্রেস অমস্তুং উইলো অনিং-ভমক থারে। পোখাশংগী মহুক্তা মন্দির অমা শারে। মন্দিরহুগী মহুংদা করিগুম্বা লাইরেম্বা লাইরেম্বী অমত্তা লাৎত্তে। শেল য়াম্না চঙনা ভ্রমরগী মশক মাম্না মূর্ত্তি অমা শনানা শারগা মন্দির অদুগী মহুংদা থমলে। শনাগী মূর্ত্তি অদুগী মখোঙ ময়াদা লাইরিক ময়েক হকুনা ইতুনা থম্মি,—

"অরা-নুংঙাইবদা, দোষ গুণদা ভ্রমরগা মাম্নরবা
মী অদুদা, ঐহাক্না অসিগুম্লবা শনাগী
মূর্ত্তি অসি দান তৌগনি।"

ভ্রমরনা শিঙ্রবা চহি তরানিথোইগী মতুংদা মন্দির অদুগী থোঙ-জিন্দা সন্ন্যাসী অমা লাক্কুনা লেপ্লরে। শচীকান্তন্থ মফম অদুদা লৈরম্মি। সন্ন্যাসী অদুনা মঙোন্দা হায়রকই, "মন্দির অসিগী মহুংদা করি লৈবগে অমুক্তা য়েংগে।"

শচীকান্তনা খোঙ হাংদোক্না শনাবা শাবা ভ্রমরগী মুর্ত্তি অদু য়েংহল্লে। সন্ন্যাসী অদুনা হায়রকই, "ভ্রমর অসি ঐগী ওইরম্বনি। ঐহাক গোবিন্দলাল রায়নি।"

শচীকান্ত অদু পুমঙক ঙকখ্রে। মা ঙাংবা থোকখিদ্রে।

মতুংদা ওক্লম্বা পুম্নমক্কু কোকখিদুনা মহাক গোবিন্দলালগী খুয়াগী উকুল লৌদুনা খুকমলে। অদুদগী মহাকপু য়ুমদা পুশিন্নবা হায়জবা হৌরক্লে। গোবিন্দলালনা মদু য়াদ্রে। মহাক্না হায়রকই, "ঙসি ঐহাক চহি ভরানিথোই চুপ্পা মী উবদনা লৈরকপগী মতম শুরে। মদু লোইরদুনা ঐহাক নখোইবু আশীর্ব্বাদ ভৌরম্নবা মকম অসিদা লাকপনি। হৌজাক্তু নহাবপু আশীর্ব্বাদ তৌরে। অদুনা ঐ ওমুব অদুম্মক হনগ্রগনি।"

শচীকান্তনা মখুং লোম্নরদুনা হায়রকই, "লন-থুম পুম্নমক নহাক্কীনি, লৌশিনবিদুনা লেঙদনা লৈবিরো।"

গোবিন্দলালনা হায়রকই, "লৌ-ইংখোল, লন-থুম পুম্নমক্কী হেন্নবা, কুবেরনা ফাওবা কংঙমদ্রবা লন অদু ঐহাক কংলে। ভ্রমর-অসিদগীসু হেন্না-মুংশিবা, ভ্রমরদগীসু হেন্না শেংলবা, পোৎশক অদু ঐহাক ফংলে। ঐহাক হৌজিক অইংবা খুঙম কংলে। লন-থুম্না ঐঙোন্দা কায়বা অমুক লৈদ্রে, নহাক পুম্নমক্কু অদুম্মক কংজরো।"

শচীকান্তনা য়াম্না নেংল্লুক্না হায়রকই, "সন্ন্যাস ওইরগা অইংবা খুঙম কবা ঙম্বিদ্রা?"

গোবিন্দলালনা খুমকই, "কৈদৌঙৈদা কংদে। লোম্না-থুপ্পা লৈননবগী দমক্তা ঐহাক সন্ন্যাসীগী ফীজেৎ শেংলবনি। ভগবানগী খুয়া-থম্বালদা পুক্নিং কৎথোকপা নত্তনা অইংবা খুঙম কনবা অতৈ

াষী লৈতে। হৌজিক্তি মহাক্না ঐগী ইরলনি—মহাক্না ঐগী ভ্রমরনি—ভ্রমরদগী হেনবা ভ্রমরনি।"

অসি হায়রম্লগা গোবিন্দলাল চৎখ্রে। অমুক কমানস্থ মাবু হরিদ্রাগ্রামদা মশক উবা কংখিগ্রে।

---

লোইরবা

